# ইমুং

# অমগী ৱারী




ইমুং অমগী বারী

কোওজবা: বাই, সরোজিনী দেবী

অহানবা খুৎনম, এপ্রিল, ১৯৮৪

মমল: রুপা ১৫·০০

ছাপা নম্ফম:—ইজ্ঞামী প্রিন্টিং প্রেস, থাঙাল বাজার, ইম্ফাল

# ১

নোংমা ৱাকচৌং থাগী নুংশা মেডনা শাবা থাংজ নুমিৎকী নুংথিল ফজনা মরেপ ৱাংবা, মশক মজবা, জরসি হীগোক লৌংপা, ৱাউ-থাংনবা শে ঙাউ অশাংবা শেংপা পাখং অমথক নাকলদা লাইব্রিক অথাবা অনী অক্তম য়েন্নুনা কোলেজদগী ময়ুমদা হল্লকই ; মহাক্না সিড়িদা কাখৎলকপদা মমাংগী শঙ্গোয়দা কোন্দা ফি শাহুনা লৈরিবা মমানা ফি শাবা অদু লোপ্লগা মচানুপাদা য়েংলগা হায়রকই, " অরুণ, ঙসায় নঙগী চিঠি অমা পোষ্টমেন্না পীরম্বনি, টেবল মথক্তা থম্লম্বনি ।"

অরুণ মাগী কাদা চঙলক্লগা উরে, মাগী টেবল মথক্তা ফজনা লোইশিন্দুনা থম্বা লাইব্রিকী মনাক্তা ফনা থাবা, টিকেৎ য়াম্না নপ্পা চিঠি অমথক লৈরম্মী। মহাক্না হাইফেৎ থঙনৌংনা লাইব্রিক অদু থুনা থম্লগা চিঠি অদুবু পায়খত্তুনা য়েংলকই। মহাক্না উরে চিঠি অদু হৌথিবা কালেন্দা কোহিমাদা চংখ্রবা মাগী মরূপ (মোগা লৈকাই অমতদা লৈমিন্নব) কুমারনা পীরকপনি।

অরুণনা মাগী চিঠি অনী অহূম হান্না ফংখ্রে, মানস্থ মখোয়গী পাউখুম হনখি। মানা ইরকপা মরোল অয়াম্বা অচম্বা হৌজিক হৌজিক্কী ওইবা মাগী ফীবমগী মরমদনি। মানা নোনা থবক য়াওবগী, মতুদা ফংবা শেলগী চাংগী, লৈমিন্নবা মীশিংগী, পোৎ-চৈগী মমলগী, চীংলক্তা লোত্তুনা লৈরবা ফজরবা সহর মচাতুনী তোপ তোপ্পা শুন্দাংনাংডাই ওইবা প্রকৃতিগী শক্তমগী, থাবল ফবা অহিংদা চীংনুং-মান্নুংদা চাক্রা নাইদেম তানা লেনবদা থল্লকপা ঙাথলগী অমস্নুং ময়ুম লুংশিনক্তুনা খোয়রাডবগী মরমদা ইরকই। অতুবু ঙসিগী চিঠি অতুদি হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা মনুংদা লৈরোং য়াওবা ফজরবা শংবান্নবা মচুগী ইনভেলপ অমস্থ য়াওরম্মী, মতুগা লোয়ননা চে মচা অমথক্তমক থুপ্লগা য়াওরম্মী, মতুদা মথাগী অস্মুন্না ইরম্মী:

"অরুণ, নহাক্না উপায় অমা তৌদুনা চিঠিসিগা কোন্ননা য়াওরিবা ইনভেলপ অসিবু ইন্দিরাগী মখুত্তা থবা য়োৎনবীখো।

"ঐ হৌজিক মফম অসিদা লৈবতু থবা লৈখা তারে, চাবা থকপা হৈনরে, মফমসিগী ঈশিং মুংশিৎস্থ থবা চুশিন্নরক্লে .

"নহাক্কী

"কুমার।"

অস্মুন্না ৱাহৈ মঙা তরাদং কুমারনা মডোন্দা পীরকপা চিঠি অতুদি থোইনা মরু ওইবা মান্দনা ইরকই।

অরুণগী মায়পোক্তু মতু পাবদা ৱাখল থম্বা মাল্লকই। মহাক লাইব্রেরি য়াম্না ফবা, লমচৎ ফজবা ছাত্র অমনি, মপুক্সাদা অহুগুবা থবক অদু অমুক্তা তৌখিদ্রে। মহাক্না মতু য়াম্না লুবা থবক অমা পাড়ংখাক্লবা হায়বক্লবগুম্না খল্লি।

মহাক্না ফনা কুইনা ৱাখল থন্দুনা চৌকিদা ফমদুনা লৈ-রুবগা লাইব্রেরি অথাবা অমগী মন্থুংদা চিঠিহ য়েপশিনখ্রে, অহুগা মফি-মরোল হোংদোকপা হৌরকই।

নিংথৌকাবা হুমিত্তা মহাক্না লাইব্রেরি তম্বা কানবা মতমদা ইন্দিরাদা পীনবা চিঠিহ পুহুনা ময়ুমদগী মপাল পোরক্লে। মচু মচুগী ফিজোল শেত্তুনা সড়ক্তা চাইনা মরী মরী চৎলম্বা ছাত্রা ময়ামদু উবনা মহাক্কী থবাক্কী নিংহল অদু থগহৌবনা চোংলকই। ৱাকচৌং থাগী মেংনা শাবা গুংশ অহনা করিগীনো মরম থগদনা মাবু য়াম্না চোকখহনবগুম তৌই। মানা কৈশাম-পাৎকী মনা পুংলবা খোংনাং পাম্বা অমগী মরুমদা ছেহাক পোথাবা ওইনা লেপ্তুনা চৎলিবী ছাত্রী ময়াম অদু মথং মথং য়েংলকই। মাকুপ খরগী মন্থুংদা টিডিম রোডলোমদগী ইন্দিরাহু হাইগৎ-লকপা উরে—অথাক্সনগী য়ে বদা মাবু থেক্ত মশাক থড়বা ডম্মী—মহাক মী কাহেন্না চাউদে, খোড় তোনাদি চপ মান্নে, মটকী মথাদা উবা ভৌরবা মখোংডশিংহু চপ তিংহ, মগুড় য়াম্না ভাই, মাগী মশমদা অভাডবা রিবোন অমা পুল্লি, কোয়দানবা মমায়হু অথাক্পদগীসু ইভান ডাম্না ফজনা উই— মমান্নবী অনীগা লোয়-ননা চৎমিন্নবা অদু মহাক্না ইহেন হেন্না ফজবগী মচাল অমা

থক্লোরকপগুম তৌই। অদুবু মুংঙাইতবদি অরাগী মপা য়ৌরমদাইদা মহাক কনাগুম্বা ফুরিৎ অভোবা লীংপা মশানানবা নূপা অমগা ৱারী শাথে। পাথং অদুনা ইন্দিরাগী মনাক্তা সাইকল অমা ঈন্দুনা মঙোন্দা করিগুম্বা রা থরা থরায় য়াওনা হায়রি, ইন্দিরানা মরক মরক্তা মোমোন নোক্তুনা বরিগুম্বা থরা খুম্মী।

মখোয় অনী ৱারী শানা শানা লাকপদুনা মাগী মপা লাক্হোকখে, মহাক চম্মা পোংনাং মপোঙদা অদুগ লেপ্তুনা লৈরে। মহাক্কী পুক্নীংদা থঙহৌদনা হঙ্গেইবা পোক্লকই, ইন্দিরাও মাগী মরূপ কুমারনা চৎলমদাইদা উন্নরুবদা শম্বল মম্মাদা কপ্লুনা লৈহৌবনি, অদুবু ঙসিনা কনাগুম্বা নূপা অমগা নোক্না নোক্না ৱারী শাদুনা চৎমিন্নরি- চুম্না থঙনবা মী অমা ওইহন্দম্লু য়াই অদুবু করিগীনো থঙদে মদুনা মাগী পুক্নীংদা বন্না মুংঙাইতবা অমা পোকহল্লকই।

অরুণ মমায় ওল্লক্রে।

মহাক্কা ময়ুম অম্মা হল্লকপদা লম্বীদা গৌরী কৌবী মখোয়গী লৈকাইদা লৈমিন্নবঃ নূপীমচা অমা মপন্তা স্কুল কারকপা থেংনরে। (মহাক ইন্দিরাগা স্কুল অমতদা তম্মিন্নবী ছাত্রীনি।) অরুণ গৌরীগা খোইনা লোন্দিন্ননা কোনবদি নত্তে, অদুবু উপায় অমা তৌদুনা মাগী মরূপ্তুনা মঙোন্দা শিন্নরকপা থৌদাং অদু পাঙথোক্লবগীদমক খন্দুনা মহাক্কা গৌরীগী মনাক্তা চংশিন্নুরে, অদুগা মঙোন্দা ৱাফম অদু হৌদোরকই।

গৌরীদু ভক্লা মশেভান্দা য়েংখৎলকই। মহাক্না অরুণসি অফবা ছাত্র অমনি হায়বা খঙই, অদুগুম্না অরেম্বদা মতম মাঙহল্লমগনি হায়বা থাজদে। অদুগা থোইদোক্তুনা ইন্দিরাবু পল্লকপদা মহাক্না ভকপা ফোঙদোরকই।

অরুণনা ইন্দিরাবু অংক কৃপা খঙদে। মাগী মরূপ কুমারনা অমুক অনীরক মাবু কোয়না পুবদগী ইন্দিরাবু মশক খঙবতনি। মহাক্না গৌরীগী অভকপা মতৌ অদু উবদা হংলকই, "ইন্দিরাবু কৈদোরবগে?"

"হুম, করিম্নু শোদেদা," গৌরীনা খঞ্জিক্তুং অর্থ লৈনা শুগা ঙুনা নোক্লগা মখূৎ শিংথোক্তুনা থুগ্লকই, "কদায়নো চিঠি অদু ঐ মভোন্দা পীবিগে, ঐ মাগা মুন্না খঙনৈ।"

অরুণনা মভোন্দা চিঠিদু পীরে।

মানা ইন্দিরাগী মমিং পল্লকপদা গৌরীনা ভকপা ফোঙদোরকপা অদুগী মরম অমা লে। মহাক স্কুল অদুদা থরা মমিং চৎলি, ভক্তবা অমগী মচানুপীনি, মমাগা মচে অমগা মখোয় অত্তমশা লৈ। মখোয়গী ইমুংদুগী ৱারী খঙবা মীনা মাবু থরা হঙ্গোইনা খনৈ। গৌরীম্বু মমাল্লবাশিংনা তমদুনা মখোয়গী ইমুংগী ৱারী থরা খঙই।

অরুণনা ৱাখলদা মগুল মগুল খন্দুনা কোলেজয়োমদা হাই-গৎলকপা অদু থেঙলে—প্রাক্তিকেল ক্লাস য়াওহৌদ্রে। মহাক্না ক্লাসতা চঙলকপদা মমান্নবা ময়াম্না থরায় য়াওনা নোটবুক পায়দুনা ওঝানা তাক্লিবদু শিঞ্জিন্দুনা, লেকচর তাদুনা লৈবা অদু উবদা

মহাক মরাল লৈরবা মী অমগুম মথন্না থজরকই: ময়ামগী থরায় য়াওবা, অচীকপা মতৌতনা মতোন্দা করিগুম্বা মওঙ অমদা ওংলবগুম তৌরকই। ফিজিক্স ক্লাস অতুদা ওঝানা ব্লেক বোর্ডতা ডাইএগ্রাম কয়া য়েক্না থরায় য়াম্না, মখোরিদা শিংলি লোক-পমখৈ অশোইবা খোন্তোক্তা নবিগুম্বা অকৰা চীৱম তমবু ভাব তানবা খাকপা অদু মহাক্না মতুদা উবগুম তৌরকই, মাগী খোঙ্জেল অদু তশোন্না কাদগী চাউনকপগুম নীংলকই। ময়াম অতুগা মাগা মরী অমতা লৈনদবগুম মপুক্তাংদা ফাওই।

হুমিৎ অদু মাগী পুন্সিদা ক্লাসংগী লৈথোকখিবা অহানবা হুমিৎনি--মতুদা মহাক্না লৈনখিদ্রবু মাগী পুক্নিংদা য়াম্না কুইনা নীংশিংহুনা লৈ।

কুমার হায়বসি হৌখিবা মেট্রিক পরীক্ষাদা ফেল ওইদুনা লাইরিক তম্না লোক্নুনা শেল থান্নবগীদমক কোহিমাদা ফুরিৎ তুবা চৎখিবনি। মহাক নংই। মাগী মপাদু কেরানী ওই। মপাদু মখোয়না অডাং ওইরিবৈদা মখোয় খুদিংমক্পু থৌশাদনা থাদোক্লগা লমদা নুপা অমগী ময়মদা য়াওদুনা লৈখে; মমা অহুম্ব চহী মডারোমগী মমাংদা মচামরি ভংদোক্লম্লগা অতোপ্পা নুপা অমদা মবম পানখে (কুমারনা অহন্নি, মাগী মথাদা মচনুপী অনীগা মনাউনুপা অতোম্বা অমগা লৈ )। মমানা মখোয়বু ভংদোক্লগা চেনখিবা হুমিৎ অদুদা মখোয় মচীন মনাউ মরিনা ফমাংদা

পুল্লপ তাশিন্নহনা কপখিবত্ন মাগী পুন্সীদা কাউবা য়াররোইদবা থোদোক অমনি। করিগুম্বা গুমিন্ডা মানা য়ু থক্লু রগা থোদোক অদুবু নীংশিংহনা হেক হেক কপ্পী, অদুগা শাউনা মমায় ভাঙনা মমা মপা অনীমকপু মথল কয়াগী শাপ ত্রোই। মগাক্লা হায় মানা মথোয়বু উন্নবা মফমদা হাৎপা ভমগনি। (অদুবু মতু মানা ভম্বদি নত্রে।)

মথোয়বু হৌজিক লুপ্ত্রবা, মচা পোক্লবী মন্দোমচা অমনা য়োকই। কুমারনা হেক হেক হায় মথোয়গী মন্দোমচা অসি মথোয়গী মমা মপা অনীমক্নি। অদুবু মাগী পুন্সীদা মমা মপা শুনা নাউকোল্লত্তবগী হৌনবা য়াম্না নীংতমখি, ফত্তবা সঙ্গ তিন্নহনা নেশা চাবা হৈনরকখি, লাইরিক-লাইস্সুদা থরায় কবি-মশা চঙখিদে। অদুবু মমৈথঙদা থা তরামুক্তী মপাক্লদা অকুপনা ইস্কালদা লাক্লবা মতুংদা (অকুপ নহানমথৈ মপাগা লোয়ননা আউটপোষ্টতা লৈরুই, মাগী মপাদু স্কুলগী ইন্সপেক্টরনি) মথোয় অনী তিন্নরকপদগী মাগী লমচাত্তা থরমথৈ অহোংবা লাকখি, কোয়বা-লংবা চৎপা, নেশা চাবা থরা তোকখি, অদুবু লাইরিক্তি অমুক ফরকপা ভমখিদ্রে। মগাক্লা অকুপবু ফিদমকম ওইবা ছাত্র অমনি হায়না থল্লি, অদুগা মাগা তিন্নবগীদমক্তা নাপল ত্রোই।

মথংগী চহীগী ম্যাউশঙ মতম য়োবরম্বদা কুনাবত্ন ইস্কালদা অমুক থোরক্লে। মহাক্লা হেক থোরকপগা নোংমা মুমিদাংবাইরম

অমা অরুণগী মনাক্তা লাক্লে। মফমতুদা অরুণ মাগী লাইব্রিক তৌকম কাদা ফম্লি।

কুমারনা মাঙ্গাল কাথংলকপদা অরুণগী মমানা ইমুংদগী ঊরদুনা কৌবকই, "হাবমা, ইবুংঙো কুমার নত্তদি কৈদৌরিগে থোরকই?"

"ঙসিদমক থোকতরকই ইমা।"

"আদা লেবদি শুংডাইবনা?"

"উম, ইমা শুংডাইরে।"

মহাক অরুণগী কাদা চঙখ্রে।

মহাক অহনবা রাউণ্ডংনবা জেকেট অমা শীংলি, অংঙৌবা খোঙ্গাউ অমা উপ্পা, মখাদা খুংশিনবা নমম চেল্লি, শেল থোক্তবা নহা অমনা মশানা মশাবু শোংহচনা ডয়বগী খুংডাইবা, মশানা মশাবু থাজবা মতৌ অহু উঙাল।

মাগী অথোংবা নংঙৌহুদা অরুণনা মতেঙ্গদা মোমোন নোক্নুনা য়েংলকই, অদুবু মাগী পুক্নিংদা ফাওরিবা রাখল অদুদি শোঙ-দোরক্লনা হায়রকই, "চঙলকউ, ফম্মু।"

কুমারনা কয়া থৌশাদনা অরুণগী ফমুংদা ফমগা মাগী টেবল মথক্তা পৈরিবা অথাবা লাইব্রিকশিং অদুদা ঙঙ্গনা য়েংলগা হায়রকই, "লাইব্রিক্তা পাদুনা লৈবরা?"

"লৈতেদা," অরুণনা শন্নপা খুমকই।

অদুদগী কুমারনা মানা লৈরুবা মফমতুগী থৌদোক, মুংডাইবা-মুংডাইতবগী মরমদা রারা শাবা হোরকই।

অকোনবদা অরুণনা ইন্দিরাগী মরমদা হৌদোরকই; মহুদা মহাক্না মমায় ডাঙনা শাউরকই, অদুগা চৈনা হৌরকই, "নহা ফত্রবী নুপীনি! মাগা ঐঙোন্দা কয়া য়াম্না নমথাক ত্তোথ্রবনো!" ইন্দিরানা হল্লকপা চিঠিগী মরোল অদু নীংশিংলুরগা অহুম অশাউ-বা মতৌ উতুনা শমথরকই, "হুম, তুকচে!"

"কার তৌরবগে?" অরুণদি ভাব তাদনা হাংলকই।

কুমারনা ৱা খবা থম্লগা হায়রকই, "অরুণ, মাগা ঐগা মরী লৈনব্রে। মানা ঐঙোন্দা বিদায় তৌরব্রে. ঐঙোন্দা কয়া কুইনা শাং তৌরনথ্রবনা!"

মাগী ৱাহৈশিং হায়বা অরুণ মানা মোমাং চংপদা ইন্দিরাগা নুপা অমগা ৱারী শাহুনা চৎমিন্নদবা তৌদোক অহুবু নীংশিং-লকই। অদুবু মহাক্না মরমকী দমক্তা য়েংদুনা হায়রকই, "ঐগা লোংমা মাগী মনাক্তা চৎমিন্নমি, মাগা ৱা থরদি শেংদোকৌ।"

"মাগা পুন্না তাসনগী উন্নরোই," কুমারনা মউক হাইদুনা তায়রকই।

মহাক কুমিদাং য়ামা থেংবা কাংবা অরুণগী মনাক্তা থম্মোয় শোক্না, মথোল নীক্না, মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না ইন্দিরাগী মরমদা ৱারী শাদুনা ফম্মী, অদুগা হনথি।

য়াউশঙ লোইখে। কুম্মৈ মন্নংদু অরুণদি মপাল থোক্রে। কুমারদু অমুক কোহিমাদা চৎলগনি হায়বা ভারদুনা মহাক্না মাগী

মনাক্তা নোংমা মুংথিল অমা চৎলুই। কুমার মাগী কাদা ফমুং ময়াদা নোঙ্গরহৃনা করিগুম্বা মপোৎ-মচৈ খরা য়েংমহুনা লৈরম্মী, মাবু উবদা হরাউনা কৌশিল্লকই, "চঙলকউ, অরুণ ফংলোলাউ।"

মগাক্তা মোরা অমনবা অমা ফমাংদা থারে, অহুদগী মাগী ফমুংগী মথাইদা। লৈরিবা বেড্ডিংগী মরা অদু ফাজিল্লমদনা মপান্দা থোকখৎগা মচননূপী অমা কৌহনা চা লোনবা হায়রকই।

মীকুপ খরা অরুণ মাগী কাদা ফমখোই। কা অদু অপীকপা কা অমনি, থোইনা নান্দে। মহুগী অকোয়বা ফক্লাং অদু ফিলম ফিয়ারদগী শেৎপা এক্তর, এক্ট্রেসকী লাইনা পীক খল্লা নপ্পী; মহুগী মরক্তা ফ্রেম চনবা, উশা অমগুদা গোংমল্লবা উচেক অনী-থক্কী ফিদা লোনবা লাই অমা থেৎলি। মহু ইন্দিরানা মহুৌন্দা পীরকখিবা খুদোল অমনি। পীরকপা নৌরিবৈওদদি মহাক্না মহু লুনা ভৌজরম্মী, তুমিৎ থুদিংগী রুমালনা হৈংথোক নাম্ফোক্রম্মী, অদুবু মানা কোহিমাদা চৎখ্রবা মতুংদা মহু কনাম্ভ গল্লা য়েংবীদনা লৈহৌরে। থোরক্লবা মতুংদসু মথোয় অনীগী মরীদা অহোংবা অমা লৈখিবদগী খুদোল অদুবু থোইনা থৌশাখিদ্রে, মহু অতৈ লাইশিংগী মরক্তা মিরাং ভাক্তা থাংনা লৈ।

কুমাবহু মাগী কাদা চঙলক্লে।

অরুণনা ফ্রেম চনবা ফিদা লোনবা লাই অহুদা খজিক্তং য়েংলহৃনা হায়রকই, "নহাকপু ইন্দিরাগা তশেংনা উন্নরম্নরোইদ্র?"

কুমারনা পাউখুম পীদনা ফমুংদা মরু খরা লুক্না ৱাথল খন্দুনা লৈ।

অদুদগী মানা মঙক হাইরবুনা হান্নগুম্না অদুম হায়রকই, “উন্নরবোই অরুণ, মাগা উন্নবরোই।”

মহাক্না ইন্দিরাবু লুংশিখিবা তসি চুন্নগী নুপীমচা অমবু উরগা শক্তম ভাক্তগী ওইনা হেক্তা অপাম লুংশি পোকখিবা অদু নত্তে, মহাক্না ইন্দিরাগী ইমুং, ৱুম্নাল-কৈবাল, হৌরকপা পুন্সী পূম্নমক্কী খন্নক্রগা থোইদোক্না লুংশিখি। অসিগুম্বা ইমুংগী নুপী অমবু মানা অমুক খোয়দাক্রিবা অদুগী মরমদু মশামক ফাওবা হেক হেক খঙজখিদে। মানা খল্লবা অফবা রাখল অদুনা ইন্দিরা, মচে অমদি মমা মখোয় পূম্নমকপু লুংশিখি, মখোয়গী পুন্সীগী ফাবম হেন্না ফংহনবা পামখি। (হেন্না ফগৎপা পুন্সী হায়বদু করিনো, অদুগা মদু ওইথোকপ্রা হায়বা অদুগী মরমদদি মহাক খোইনা ভাব তাখিদে।) মী অমগী পুক্নীংদা লৈরিবা ফজবা রাখল, অশেংবা লুংশিবা অদু কনাগুম্বা অমগী মফমদা করিসু তথ লৈবরা ওইনা থোকপা য়াই। মাগী পুক্নীং অদু অদুক্কী মতৌক পেথকই, মীলুংশি উৎলুই--মদুনা মাবু খোইদোক্না উশিক্ত-নবা মরম অমতুম ওইহনখি। মদুগী খল্লুব্দা মহাক য়াম্না লুংঙাইতে।

কুমাবনা মরু লুক্না অতুম কন্নহনা মাগী থিংগৎলুরবা লুংশিবগী রাখলশিংদু থম্মোয় পানা চেষ্টরকপগুম পৌনা মখোল নীক্না অরুণদা হায়বা হৌরকই, “অরুণ, ঐনা মাবু করম্না লুংশিখি! খরায় হকচাং য়াইনো, মহাক্তা নত্তে, মখোয় পূম্নমকপু।” অদুদগী মানা ইন্দিরাখোয়গী ইমুংগী ৱারী লীবা হৌরকই।

তাঙ্গা অদুদা মাগী মচনুপী লৈশাবী মচা অমনা ট্রে অমদা চা পুশিল্লকই।

মহাক্না ওহাক্তুং তূমিন্না লৈরগা মচানুপীনা পুশিল্লকপা ট্রে অদু টেবল মথক্তা থম্লগা, চা কপ অমা অাংদা পীরবক্তি, অদুগা অমনা মানা পায়রগা মচানুপী অদুনা হেক থোরখিবগা বারী অদু অনুক নীবা হৌরকই, "......মখোয়গী মমাংগী মমিং রমা ঙোঁই, মমানা মখোয় অনীমা পোকই. ইন্দিরাগী মচে অমগা লে। মখোয়গী মপা অদু গাড়া এক্সিডেন্ট অমদা লৈখিদবানি, সরকারগী থবক ওমা তৌরম্মী। মখোয়গী মমাংস অহোঙ্গী ওইনা লৌবনি, অদুগা অদুদি মতম কুইনগী মমাংদা শাইনগে। মপানা থবক তৌদনা লৈখিদবা অদু মখোয়গী ইমুংদা অচৌবা অরাবগী ঠৈক্ অমনি, মাগী পেন্সন থরদি থাদা হংই হাঙ্গু, অদুবু মতৌনা মখোয়দা করি ওইবা য়াগনি? মতম অদু ইন্দিরাগা মচে মালিনীগা য়াম্না অচোং ওইরি হায়-- মানা চহী নীপাল, মচেনা চহী তরা। মতম থরা লৈরবা তুংগা মাগী মমাদু কিংবা ডয়বা নত্রগা মতুগী মিংদা করিগুম্বা অমা ঙংখোলা তুনা ওইরবস্ত শাজং হোংগে। মপুরোইবা কায়নবগী অরাবগী মমি মায়থাঙদা তা-খিদ্রে, সড়ক ময়াগী দুকান্দা কেনা ফম্না হৌরক্লে, ময়াম্না তুঙ্কচবা মওঙদা ওাওনরক্লে। অদুদগী ইকুই কুইদনা মহাক মচা অনী তন্দোক্লম্লগা ময়ূম পানথে, ঐগী ইমাগুম্না।" তাঙ্গা অদুদা কুমারগী মমীত্তা থওহৌদনা পিগী ঈরা চেল্লকই, মরোল ফাইরকই। অদুদগী অমুক অনীরক্তুং চিংলুরগা পায়দুনা লৈখিবা চাগী কপ অদু টেবল

মথক্তা থন্নগা মথুং অনী পায়শিন্নহুনা মমীং হন্থনা য়েংলগা ৱারীহু অমুক চথরকই, “ মহাক নূপা অমগী অতাম্বী ওইরুবনি, থা অহুয়োম লৈরুরগা অমুক হল্লক্লে, অহুবু অরুণ, মাগী হান্নগী শাভং অহুদি অমুক থাদোক্লে ।”

অহুদগী মহাক্না মীকূপ অমতং অমুক তূমিন্না লৈরগা মচানূপী অনীহুগী মরমদা অমুক হায়রকই, “ মচানূপী অহল মালিংবী হায়বাও হায়নীংঙাই লৈতনা ফৈদে, মহাক ঐখোয়গী ক্লাসনি, স্কুল কাখোক-কাশিন তৌবদা মহাকপু মীশিংনা কোয়-হন হান্নে। লাইবক থীবদি নোংমা লমহেনবা নহা থরনা মাবু চিংবীগে তৌবদগী মমানা মাবু লাইরিক তম্বা তোকহনখে । মহু গুংভাইশিদ্রবা থোদোক্নি !

“ মহাক লমচৎ ফজবানি, মনাগা য়াম্না হৈগে, ঈং-তম্বী । মমা য়াম্না মালিবদি ইন্দিরানি, মহাক্তি মমাগুম্না মমীং ওাওই । অরুণ, থহুদে মখোয়গী পুন্না অসিবু ঐনা হুংশিরুই, মখোয়বু ফহন্নীংলুই । মসি ঐগী থরাল ওইবত্তু মাই ।” অহুদগী মানা ইন্দিরাগা মরা লৈনবা অমুক হায়রকই, “ঐনা নাবু কয়াদা হুং-শিরবা, অহুগা মানা ঐবু খোশানক্কদা ! ঐ নোংভিক ভাব তারক্লে. মহুভান্দা শাগংলুবা তাশা অহু অরেম্বনি, ঐনা খল্লুনা ৱাখল অহু লাল্লে। অসিগুম্বা মথলগী নূপীশিংদা মিন্নুংশি য়াওদে ।”

মহাক্না মকোক লূকথবগা স্বদমগী হোল্লকই ।

অরুণ য়াম্না থরায় চঙনা কুমারগী ৱারী অহুনু তাহুনা

লৈ, মরক্তা করিমত থংলক্কে, মহোন্দদি হাইফেং ভরা খোকপা ৱারী অহুনা মগী পূক্রীং য়াম্না চিংশিনহনবগুম লৌই।

কুমারদা মহৌশা পোকফিবা অহুংম্না মহোন্দসু ঙমখ্রম থঙদনা মখোয়গীদমক্তা ৱাখলবা ৱাখল ঙমা পোক্লকই, মহাকনা হায়রকই, “ ঐনা নঙ নইবমবদি ইন্দিনাবু উন্নরমথিগনি।”

“ ৱারিগী ?” কুমারনা ভরা থাক্তনা অরুণদা য়েংলগা হংলকই।

“ মাবু থেমজিনগদবনি......।”

“ বিদায় তৌরক্রবা মী অমবু ?” কুমারনা মরক মতুংনা ৱা অহুবু য়ানীংদবা মওংদা হায়রকই।

“উম, বিদায় তৌবক্রবস্তু নহাক নশানা চংলবদি মাগী মপূক্নীং অমুক ওক্লকপস্তু য়াই,” অরুণনা ইমুং অদুগা মরী ভঙ্গু অহুম থমহল্লাংবগুম্না হায়রকই।

“ মহু ওইগোক্রবা ৱানি অরুণ, কদাইগুম্বা মী অমবু তুংশি-খ্রবা মীনা অমগী অমুক থনবা ওইথোক্কে। মাগী মফমদগী তুংশিবগী ৱা অমুক তায়রোই।”

মখম ওকপা, তুংশিবগী লমীদা খোঙদাহ্রিবা অরুণগী অপোবা পাউনাক্ক অদু মাগী মরূপ অহুদদি য়াম্না চম্বা অর্থ লৈতবা ৱা ওইনা থোকই।

“মহাক লোংমা নংগীদমক কপকনি,” অরুণনা ইচম চম্না হায়রকই, “ নংগীদমক অনুতাপ তৌরক্কনি।”

“ মহু ওইখোক্কে, অরুণ, মহু ওইখোক্কে। ঐনা হায়খ্রবনি

মহাক তদুন্না লৌগদবা মাওই নত্তে," অরুণগী ভাবংগী ওইবা খঙবা ৱাখল অদু পুম্নাদা পানশিনবা য়াৱোইদবনি হায়বা মংঙলা মহাক্কা খুমলই।

কুমারদু অননা ইন্দিরা উগনবা হায়বদু ওতুম য়াদ্রে।

ঙামিং অদুগী থুদাংদা অকণবা মনমদা হল্লক্লগা কুমারনা লাংবা ৱারী অদু নীংশিংলুনা লৈ। ৱারী অদু তাবদা মতোংদা লোকখিবা হাঙ্গাইবগুন, নুংশিনবগুম, ৱারীবগুম লৌবা ৱাখল ওতু মাগী কোক্তা য়াম্না কুইনা নৈদুনা লৈ; মহাক ঙমিং অদু য়াম্না থেংনবা পাংবা তম্মা য়াখিদে।

## ২

নোংঙাল্লগা কুমারহু ইথা থাজদনা অকনগী মনাক্তা অমুক লাক্লে। মহাক্না হায় মহাক ইন্দিরাগা উররমন্নগনি, অহুগা থরা লৈরগা চংলগনি।

অকুণ মকপুগী রারেপ শহুদা থরদি ওকই, অদুবু মগাক মচুগী মরমদি অমুক হংলক্তে। মহাক্না ভাবা থল্লকই কুমারহু অতিং চৎখা মচুগী মরমদা থল্লুরগা লাকপা ওইরমগনি।

মুমিৎ তাত্নগী নুংখিলদা মখোয় অনী মফি নান্না শেল্লুনা সাইকল অমমম তোংহুনা খোরাক্লে।

ইন্দিরাখোয়গী য়ুম অহু কাকৈথেলদনি; সড়কা নোংপোক-লোমদা লৈরক থজিক্তুং চঙলগা লৈ। মখোয়গী লৈবক হাই-জিনফমদগী খুটি অমরোমদংগী অথাঙ্গদা অপীকপা জিজ্ঞ অঙাঙ-বনা পাকথন থনবা তুকান মচা অমা লৈ। মহু ইন্দিরাগী মমাগী তুকান্নি হায়না কুমারনা অকণদা তাকই।

মতাম্না অরুণবু শকখঙনদবা মী অমদা খঙনবা হৌবগুম থম্মিগুং নোক্লকই, অদুদগী কুমারগী মনাক্তা নঙ্গা চঙ্শিন্দুনা ওরাই হরাই থুনা ৱা ঙাংনা হৌবকই। মখোয় অনি ৱারী শাবদগী অরুণনা খঙলে নুপা অদুগী মমিং রমেশ কৌই।

অকোনদি মখোয়দা পোক্তনা পূরাং চঙ্শিনুনা কন্নিগুম্বা অচক-পা পোৎ অমদা য়েংবগুম ইন্দিরাখোয়গী মপুম অদুদা থেংনা চঙলকই। নহানমক কুমারনা কোতিমাদা চংলমদাইদা মফম অদুদা লানমিন্নবগুম ওমিদাং মমথবল্লবা মতমদনি, ঙম অদুগী মশক মওং মুন্না খঙখিদে (মতম অদুদদি মখোয়গী ইমুংগী ৱারী অদুসু থাদ্রি)। অদুবু ঙসিদি অঙানবানা মতুং য়েংবদা কুমারনা লৌখিবা ৱারী অদু নীংশিংলদুনা মপূক্তাংদা থুক লাংবরকই। য়ুম-ইংখোল, অকোয়বা দশ্য অদুনা মাগী পূক্নিং মফম খংদনা রাহনবগুম শৌই।

মাখোয়না চঙলকপদা ফনেক হাঁগোক শেংপী, ফুরিৎ ঙাংলৈনবা লাংপা, মী ৱাচাউবা নৈশবা অমথক মাঙ্গান্দা কন্নিগুম্বা ফিজম্বা অমা লৌশিনবা থোরকই। মতাক্তা মখোয়বু ফল্লপ য়েংলম্মগা অমুক থুনা ইম্মুংদা চংখি। "মসি ওইবা তাই ইন্দিবাগী মচে মালিনী হায়বাদু," অকনা খল্লকই।

মখোয় ফমফম কাদা চঙদুনা ফয়ে।

কুমারগা মরুপ্পুগা কুইনা উম্নরুদবগী লনাইগী ওইবা ৱারী কয়া শাবা হৌরকই। অদুদগী কুমারনা নাশোল ওইনা মাংদুদা ৱা থরা হায়রকই, মদুগী পাউথুম ওইনা মরুপ

অহুনা হায়রকই, " মমাম্ন লৈতে, ঙাইথো ঐ হায়গে।"

মাগী মরূপ্ত মপাল্লোমদা থোকথে অহুগা ঙহাক্কী মনুংদা অমুক চঙলক্লগা হায়ররে, " লাক্লগনি।"

অহুদগী ইকুই কুইদনা মপান্দা ইন্দিরাগা মচেগা করিগুম্বা ব্বারী অমা শাবগী মখোল মরমলোমদা তারকই।

ইন্দির'হু ফনেক অঙাঙবা অমা শেংলগা, পান্নোম অকৌবা ফূরিং অমুবা অমা লৈংলগা শৃমাঙদা অঙাং অমা লক্কহুনা হঙ্গং-হন্দা চংলবে, মমৌং অহুদি ফমফম কাগী থোঙনাউ অদোমদা য়েংশিন্নরক্কে।

কুমারগী মরূপ অহুনা থোঙনাউ বাবগী মরক অহোবদা য়েংহুনা হায়রকই, " 'সিদনি চঙলকউ।"

ইন্দিরাহু মীরক নারক য়েংলগা মাঙ্গোন্দা কাথংলক্লে।

কুমারগা মখোয় অনীমা ফমফম কা অহুদা ব্বারী শাহুনা লৈহৌরে, অহুগা অরুণগা নূপা অহুগনা মাঙ্গোন্দা থোরক্লুনা ফম্মরে। মখোয়না ফম্নিবা মফম অহুদগী কুমারগা ইন্দিরাগা ব্বারী শান্নিবা অহু ইঙান ঙান্না উই।

অরুণনা মাঙ্গোন্দা ফম্নিঙৈদা ইন্দিরাগী মচে অহু সনাবুন অমা পায়হুনা পুথ্রাদগী ঈশিং শোকপা থোরক্লে, মমৌংনা মখোয়গী মায়কৈ অদোমদা থরা চেকশিন্না মরৌ লৈনা য়েংলকই। মমৌং-য়েং অহুনা অসুয়া হায়বগুম তৌই, " উম, থঙগনি, নখোয়না শীন্নিবা অহু।"

মহাক অমুক থোরকপহুদদি শমজিন্না গোলাব অঙাঙবা

অথোনবা অমা থেংলি, ফি মতুপ লৈমচুগী উবেঙনা মোইরাংফি চনবা অমা ইল্লি, ফনেকণ্তি হান্না শেংলম্বা হীগোক অত্নি। মমায়-দু হান্নদগী থরা কেনা উই। মগাক্কী রাংচাউবা মশা খজিক্তং পারপ তৌবা ফীবম মৃত্তি অদু চুং কিরাল চায়। কুচুদু কুলৈ কুচুদগী খবা হেন্না ডৌই, অথাম্মদগী য়েংবদা মমায়দু রাশি য়ান্না লৈনা উই। তারমদাই তুমিংকা তাঙলৈনবা মঙান্দা মাগী মায়থোঙদু ফজবগী মঙাল অমা থক্তোরক্লবগুম তৌই।

মহাক্না ঈশিং সনাবুন অদু মখাঙদা য়োগগা শমাঙদা চঙলকপদা কুমারগী মক্ষপ অদুনা দারীগী উংথোঙদা তাঙনা লেপ্লগা খঙংৌদনা কৌরকই, "মালিনী।"

"করিনো?" মালিনীনা খৌশাদনা মটীংনাংনা কাংলপ তৌনা অর্থ লৈনা খজিক্তং নোক্লদুনা খুল্লকই।

"লিলা য়েংবা চংলোইদ্রা?" লৈকাইগী ঙাংকপা মসম অমদা মাইক খোংবগী মখোল অমা তারদুনা মানা হায়রকই।

"খঙদেদা," মালিনীনা নোক নোক্তুনা খোংশাদনা খুম্ল-ম্লগা চঙখে।

অদুদগী মহাক মরক মরক্তা মপান্দা থোরকই—অমুক্না পোলাংখোক্তা ফৌবা ফি লৌশিল্লি, অদুগা অমুক্না রমেশ-খোয়গা তাইনবা শমাঙ মচীদা হৌরিবা মনা-মশীং খরা ঈশিং চাইদুনা লৈ। মালিনীগী মায়থোঙ অদু খরা নকশিন্না উরবদা য়াম্না শুক্ষংনীংঙাই ওইনা রাশি লৈরম্মী, ময়ায়দা খায়রিবা মুশুক মুবা শম অদু খায়ফমদগী খজিক্তং খোইরপ তৌনা লৈ, মমাক্তু

মালিনীগী। আরত্তিবু নীংশিংলুবদা মহাক্না ইনাক খুনবা ইমুংগী নাপল, ওইথোকপা য়্যারাইদবা মরী পুম্নমক্কু হেক্তা খল্লকই; অতুগা মালিনীবু নীংশিংলুবদা তমফম খণ্ডবা অৱাবা, মিচুংশি পোকপা, মহেং পাংনাংবগী ৱাখল তমা হেক্তা মপুক্নীংদা ফাওরকই।

তুমিং থরম্নগী তুংদা কুমারত্তু অমুক কোহিমাদা চৎখ্রে। মানা চৎখিবা মতুং ইকুই কুইদনা ইন্দিরাসু অতোপ্পা নুপা অমদা চেনখ্রে হায়বা পাউ অরুণনা তাবে। মহাক্না ৱাফম অতুবু কুমারদা চিঠি ইড়না থহনখি।

অরুণ হৌজিক অমুক মপাল ইথোক থোক্লনা নাইতোম তানা লেনবা হৌরক্লে, অয়াম্বা মতমদা লাইরিক পাত্তুনা লৈ। অতুবু হৌখিবা থোদোক্কুদি মাগী পুক্নীংদা নীংশিংহনা লৈ। মীওমদবা লাইরিক ফবা ছাত্র অমগী কল্পনাদা লৈরিবা মুংশিবা, পামদক্রুবা নুপীগী ৱাথলত্তু পাঙদবদগী ওইরবসু, লাইরিক্তা শোয়-ৱক্কনি হায়বগী ফিবনা ওইরবসু অতুম ফোঙদোক্তুনা থম্বা (অতুগা বল্লনাগী মুংঙাইবা রাগ অমদা তাউবা) অতুগুম্না অরুণসু কনাগুম্বী অমগী মুংশিববু খম্মোয়হনদা য়োক্কুনা থম্মী; মতু অহানবদা আর-ত্তিগী মফমদা ওইরম্মী, অতুবু হৌজিক্তি মালিনীগী মফমদা অমুক ওইখ্রে।

অতুবু নোংমদি মাগী পুক্নীংদা তগৌবা অহোংবগী তাঙ্গা অমা লাক্লে। তুমিং অতু অয়ুকী পুং তরামুক তাবা মুংশা কনথৎলকপা

মতমনি, মহাক্না খাজারদা চৎলুবদগী হল্লকপদা কুমারগী মমাম্নবা রমেশ অহ্নু খ্বাইরম্বন্দ থোংদা সাইকল অমা ঈন্মুনা টিফিন কেরিয়র অমা পায়রক্নুনা মমায়হু হুমাং মরীক মরীক পক্লা হাথু হাথুনা চৎলম্বা থেংনরক্লে। মহাক্না অরুণবু উবদা হৱাউনা কৌরকই। অরুণনা কদায়দা চৎলিবনো হংবদা মহাক্না খুম্নকই, "ইন্দিরাগী মমাহু নায়ে, হোসপিতালদা মাগী চাক থিনবা চৎলিবনি।"

ৱা অহ্নু তাবদা অরুণনা থরা শকক্ষম হঞ্জিন্না কুপথনা হংবা হৌরকই।

"মহাক গুসিগা থানা হুমিৎ কুম্নিয়োম শুমে হোসপিতাল-দা লৈথিবা, মথোয়গী ইমুংহু য়াম্না অরাবা ফীবমদা তারে," রমেশনা তম্নকই।

ৱাহু তাবদা অরুণ খঙহৌদনা মথোয়গী মতেং পাংনীংবা ৱাথল অমা পোক্লক্লে।

খঙহৌদনা লাকপা মতেং পাংনীংবগী ৱাথল অহুনা ঈন-শিন্দুনা মানা ভাব তাহৌদনা হায়রকই, "ঐসু মাগী মনাক্তা চৎকে, চৎমিন্নসি।"

রমেশ অরুণগী খঙহৌদনা হায়রকপা ৱাহৈ অহু তাবদা থরা ঙক্লা মঙোন্দা য়েংলকই, অহুবু মহুদা করিসু হায়নীংঙাই লৈতবগুম তৌনা মহাক্না হায়রকই, "ফে, চৎলুসি লাক্লো।"

লম্বীদা অরুণনা ইন্দিরাগী মরমদা হংবদা রমেশনা খুম্নকই, "মহাক লুহোংবা ইকুই কুইদনা থাইনহুনা হল্লক্লে, মাবু লৌ-রুবা নুপা অহু লাইরিক-লাইসু তমগ্রবা মথোঙ চাগ্রবা নহা অমনি।"

মহাক্না কুমারবু নীংশিংলকই, মহাক্না ইন্দিরাগীদমক্তা মমী-ত্তুগী পি শিত্থিবহ্নে!

মখোয় অনী রান্তী শানা শানা লাক্পনা হোস্পিতালদ্ যৌরক্লে, তীরাক-লাংথক্নী ঙকনবা মনম ফাওরক্লে। শুরেন্দ্রাগী মকোক খুপ্পী, অঙৌবা ফিজোল শেৎপী, মশা থীংবী, নৌরিবী নর্সশিংনা থবক চিনবা মওডা কা অমদগী কা অমদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি; মখোয়না মী থরনা হংবা করিগুম্বা রা থরা খুম্নগা খুদোল্লী-না থিন্দুনা কানচিংবা মফম তাকই। মথক্ত কয়াগী অনাবশিং অমস্তুং মখোয়গা লোয়নরকপা মীশিংগনা মফম অহু ফনা য়াম্না চিল্লি (অনাবশিং অহুগী মরক্তা থরনা মমীত্তা, মথোঙ মথুক্তা বেঙ্গুজ পুনবা য়াওই)। কা থরদা কপ্পা, অনাবগী নাহেবা, লাউথোংবা মখোল তায়; ডাক্তর থরনা অচেৎপা মায়থোঙগা লোয়ননা মশাবু থাজনা, মথুক্তং যন্ত্র পায়দুনা কাশিংদা কোয়না চত্তুনা অনাবশিংবু য়েংলি। হোসপিতালদা হেক চঙলকপদা পুক্নীগী মীকুপ অতৈশিংদা তোয়না থনথিদবা রাথল অমা হেক্তা পোক্লকই মদুদি—ঐখোয়না হিংলিবা অসি মুংডাইনবগী ঙাক নত্তে, অসিগুম্বা অরা অনাশিংতগী ওইবা জগৎ অমসু লৈরি।

অরুণসু রাথল অদু মপুক্নীংদা পোক্লকই; তোপ তোপ্পা সংসার অমগুম্না লৈরবা মফম অসি উবদুনা মাগী পুক্নীং অদু য়াম্না শোক্কহল্লকই, মদুনা মাবু মীওইবগী মরমদা রাথল য়াম্না থকু-হল্লকই।

অরুণ রাথল থম্না থম্না অস্থুম রমেশকী মনাক্তা চৎপুহ

করায়দা, বদোম্মদা চৎলিবনো থোক্লিনা খঙক্লোদে, অনাম্বা খরগা ডাক্তর খরগা, মথৃত্তা চেন্নচিংবা পায়রুনা থোঙ মরাদা ওয়শিন্দুনা লৈরিবা মীশিং অকুপতা উখিবগুম তৌখি।

রমেশনা খরা চংলগা পোঙ অমগী মনাক্তা লেপ্লগা হায়রকই, "সিদনি।"

ফমুং য়াম্মা থাবা কাজাউ অমগী অৱাং নোংপোক শংরকাচিন ওইরপা মহাক্তা উরে, মালিনী অদু মমাগী খুৎতা মপাদ ফমুংদা মথোঙ য়াম্থরুনা ফম্মি, অদুগা মমাখদু মমাদা ওনশিন্দুনা খিনচিংবা শেমজিন্দুনা করিগুম্বা লেবা খরা তৌরি।

অরুণ খঙহৌদনা থোদোক অদুগা মানা লাক্লিবা অদুগা চাশিন্নদবগুম মপূক্লীংদা ফাওরকই। মফম অদুদা লৈরিবা, উরিবা মীশিং অদু মীত্তোপ ডাক্তনি, মাগী ফজবা মত্তে পাংনীংরবী রাখল অমগা লোয়ননা লাক্লিবা অদু মথোয়না খঙবীদবনি য়াই; অদুগা থোইদোক্রম্বু মালিনী অদু ঈনখৎলকপী মশক ফজবী লৈশাবী অমনি, মথোয়না অত্তোপ্পা ভাব অমা খনথিবনি য়াই।

মালিনীদু মথোয় অনীনা চঙলকপা উবদা ফমুংদগী হৌগৎলক্লে, অরুণ য়াওরকপা অদুদা হাইফেৎ ওক্লা য়েংলকই। মহাক্তা ফমুং মমাংদা স্তুল অমগা মোরা অমগা থারে, অদুগা রমেশনা পুরকপা টিফিন কেরিয়র অদু লৌরগা লুখুম মপান্দা লাক্লা টেবল মচা অমদা থম্মে।

"কমদৌরি, ডাক্তর য়েংলম্লব্রা?" রমেশনা হংলকই।

"উম য়েংলয়ে, লাইহৌদি খরা হল্লে হায়।"

লোংখাক লোংনা হীপ্নিবী কুচু ভৌবা, শকক্মদি শোক্লবী ইন্দিরাগা য়ান্না মান্নবী মমা অহনা মমীৎ তুকথনা মখোয় অনীদা য়েংলকই।

রমেশনা মীৎয়েং অহুগী অর্থ খঙবগুম ভৌনা অরুণবু মশক তাক্লকই, "ঐগা তিন্নবা ইমান্নবা অমনি।"

ইন্দিরাগী মমানা অরুণবু মীতোপ অমদা খঙনবা হৌবগী মীৎয়েংগা লোয়ননা কৌনীংনা য়েংলকই।

অরুণসু খজিক্কুং নোক্তুনা মাগী মীৎয়েং অহুগী পাউখুম পী।

অরুণ মাবু উবদা পুক্নীংদা অমুক্তা ফাওখিদ্রিবা অওকপা ৱাখল অমা ফাওরকই—হঙোইবা অমসুং মুংশিবা অনীগী অপুনবনি। অহুবু মহাক রাদি করিমতা ভাওদে। মতাং অহুদা মানা তৌগদবা অমসুং ভাওগদবা ৱা করিনো মহাক করিমতা খঙদে।

থংনবা কমুংদা মথুৎ নাম্ম বেগেঙ্গ য়েংপা চহী মীয়ায় চল্লবী ৱা য়ান্না ভাওগনবী, ময়াও কংবৌ নুপী অমনা মঙোন্দা ৱারী শাবা হৌরকই; মহাক্না অনাবা লায়য়েংবগী অমসুং ইমুংমসুংগী ৱা কয়া ভাওলকই। মনাক্তা হুমাই অমা পায়হুনা কয়িবা মশা নোইবী নুপী অমনা মরক মরক্তা ৱারী অহুদা হায়নীংবা ৱা অমা অনী খেংলকই। অরুণসু মখোয়না ভাওবা ৱাদা অমুক অমুক খুমহুনা খোদোক অহুগী মরিং মরাংবা মতৌ অহ কোক্লবা হোৎনৈ।

মমাগী মখোঙ ময়াদা মখোঙ নাম্বুন্না ফমুংদা ফম্লিবা মালিনীসু মরক মরক্তা রা অমা অনী ঙাওবা ম্লাওরকই। অরুণনা পুক্লীং চঙনা মাগী নাকল ওইরগা ঙাওলক্লিবা মালিনীগী থুংশিবা থোক্লোক অহু তাই।

অহুদগী ওহাক নৈরগা রমেশকা মালিনীগা মমাগী অনাব-তুগী মরমদা রারী শাথে। মখোয়গী রারী অহুদগী অরুণনা খঙলে মাগী অনাবা অহু থরা অরুবা অনাবনি।

মতাক্লা মরক মরক্তা মালিনীদা থজিক্কং য়েংলুই, মালিনী-সু রারী শানা শানা মঙোন্দা মরক মরক্তা য়েংলকই।

অসুম্না হুমিৎ অহুদা অরুণনা মালিনীবু থরা হেন্না মুন্না শক থঙখি।

হোসপিতালদগী হল্লকপদা রমেশনা মঙোন্দা মালিনীথোয়গী ইমুংগী রারী লীনা লীনা হল্লকই।

ময়ুম য়ৌরগা তারুণ মথন্তা অঙেকপা রাখল অমা পোক্লকই, মতাক্লা ওসি চৎলুরিবা অহু মরম চাত্রা চাদত্রা খনবা হৌরকই, অহুবু খোংদক অরুগী মুংঙাইতবগুম্বা রাখল অমা মপূক্লীংদা ফাওরহু নত্তনা মহাক মহুগী অচুম চুমদগী মরম্দি করিমতা থঙরা ডমস্রে।

মহাক্সু ওয়িদি মাগী মরূপ কুমারনা ইন্দিরাথোয়গীদমক্তা থনফিবা রাখলগী মীবম অহুদা তাররে, মরম খঙদনা মখোয়গী ইমুংগীদমক পাচরাদা রাজীবা হৌরক্রে। মহাক্লা আরবিন্দু অহুম কাউথোকথে, মানা থল্লি—মাগীদমক্তদি কনাগুম্বা মঙোন্দগী হেন্না মতীক চাবা মী অমদা থোকহল্লোংই।

ৱমেশনা মঙোন্দা লীথিবা ৱারীদগী মানা খ্বাইদগী নুং-ঙাইতবা অমদি অসিনি—মালিনীগী মমাগীদমক্তা ডাক্তরনা ইবা অফবা চীদাক কয়া মথোয়না লৈবা ঙমগ্রে—অদু নৎলমগ্রবদি মহাক নহাল্লা থরা ফরম্লগদবনি।

মহাক্লা নুমিদাং থাবলদা শূমাঙদা হঙৎ-হুন্দা চত্তুনা মতুগী ৱাথল থনবা হৌরকই। মানা অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা পরী-ক্ষাদা মকোক মথং ভাবগী স্কোলারসিপ ওইনা ফংবা শেনফম থরা (লুপা ৫৫০ মুক) মপানা তাকপা মতুং ইল্লা ডাকঘরদা থম্মী। মহাক্লা শেনফম অদু নীংশিংলকই, মতুদা মহাক থঙ-হৌদনা মশাদা নুংঙাইবা ৱাথল অমা ফাওরকই। "মচু মথোয়দা পীরবদি…," মহাক্লা থল্লকই। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মহাক্লা অমুক থল্লকই, "মচু করম্না লম্লানবা মথোয়দা পীগনি? মথোয়-না লৌ হায়বা য়াগদ্রা? অদুগা মরমদি চাত্রা?" মহাক চমম্লবা পোল্লকই। অম্ভবু মমৈথঙদা মাগী নুংগী খোঞ্জেল অমনা ৱাহং অদুগী পাউথুম পীরকই, "অৱাবা মাগী মতেং পাংবদা মরম চাবা চাদবা লৈতে।" মানা শেলদু পীবগী ৱা মপূল্লীংদা লেপ্লে। অদুদগী মহাক্লা মচু করম্না পীগদগে হায়না অমুক থনবা হৌরকই, "মালিনীদা পীগদ্রা, ইন্দিরাদা পীগদ্রা?" মথোয়দা মচু হেক পীবদু মহাক য়াম্না হঙোইনা থোকই। অদুবু মমৈথঙদদি মহাক্লা মচু রমেশকী খুথাঙদা পীথগে হায়না লেপ্লে।

# ৩

মথংগী সুমিত্রা অরুণনা পূং তরামুক তাবা অতুবাইদা পাসবুক পুত্থুনা ডাকঘরদা চৎলে, অতুগা লুপা চামঙাথক লৌথোক্লুরে, অতুদগী মহাক চুমথ্রীং হোসপিতাল্লোমদা হাইগৎলক্লে, কোলেজ-রোমদা চত্রে।

হোসপিতাল য়োরকপা মতমদা ঙরাংগুম্বা হীদাকশিংগী ঙাকনবা মনম ফাওরকই, অশোন অনাশিং উবগী হুংঙাইতবা বাথল অতু ঙসিসু ফাওরকই। মহাক্না লাক্লিবা অতুগী মরমদা খল্লুবদা মশা মথন্তা পাখৎপা পোল্লকই, মপূক্লীংদা শাগৎলুবা ফজবা বাথল অতুগা অশেংবা থৌদোকা য়াম্না চাশিন্নরোইদ-বগুম খল্লকই।

মহাক তপ্না তপ্না লাক্লুনা ঙরাংগী থোঙ মপা অতুদা লেপ্লরে।

মহাক্না উরে মালিনীহ্ খূয়া মপা ওইরম্বা মমারোমদা ঙনশিন্দুনা লেপ্লুনা লৈ, কুচু ঙৌবী মী পীকপী নর্শ অমনা

নোঙ্খুনা অনাবগী খুদাংদা য়ুকোজগুম্বা অমা কাপ্লি, মনাক্তা ষ্টেন্দ অমদা মরী পানবা লীক্লি অমা মথক মথা ওল্লগা য়াল্লি। মালিনীনা পুক্নীং চঙনা নর্শ অহুনা হায়বা পুখমক তৌহুনা লৈ, মমায় অমুক্তা লৈথোরক্কে।

অরুণ মখোয়গী মনাক্তা চঙবা ভুমদ্রে, করিগুম্বা ইন্দিরা নত্রগা রমেশ লৈরম্লবদি মহাক খজিক্কং থৌনা ফরমগদবনি।

মহাক্না ভেরেন্দাদা থোঙনাউ মপাদা য়েংহুনা অমুক অনী-রুক হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈরে। মালিনীহু অমুক্তা থোঙনাউ-রোমদা য়েংথোরক্কে।

ঙহাক্কী মতুংদা নর্শ অহু থোকখিবা উরে, মালিনীসু মমাগী খুয়া মপাগী কাংথোল মচাদা অমুক ফমখে।

অরুণ ভেরেন্দাদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলয়গা থরা চথোক্লগা উথোঙ অমদা ভাথহুনা লেপ্লগা লৈ। অস্নুম্বা মিনিট তরামুক লেপ্তুনা লৈরবা মতুংদা মহাক্না হন্না য়েংবদা উরক্লে, মালিনীহু ভেরেন্দাদা বালটিন অমদা করিগুম্বা ফিগুম্বা অমা নুপশিন্দুনা শুখগুম তৌনা লৈ, মানা লেপ্লিবা মায়কৈ অদোমদসু মরুক মরক্তা য়েংলকই। থঙহৌদনা মাগী থবাক্কী মিহুল অহু কন্না চোংলকই। "চঙলসিরা? বা থরা হেক্তা হায়রুরসিরা?" মহাক্না খল্লকই। অহুবু মঙোন্দা চঙবা ওম্বগী থৌনা অহু লৈত্রে। মালিনীনা মঙোন্দা য়েংলিবা অহু চুম্না লম্লানবা অমদা য়েংবা-ওম্না য়েংথনি খল্লুবদা মহাক্কী মচেং পাংবগী ফজবা রাখল অহু ওইথোক্লরোইদবা অমগুম্না খল্লকই। ফন্না হুইনা মালিনীগী

মতৌহ্ন য়েংহুনা লৈরম্মগা মহাক রা করিসু হায়বা ঙমদনা হল্লক্লে। মালিনীহ্ন মাবু অহুম মুন্না য়েংহুনা লৈহৌই।

মহাক চুমথ্রোং রমেশখোয়গী ময়ুম ভান্না লাক্লে।

রমেশতু চংখোক্কদবগী মফি-মরোল শেত্তুনা লৈরম্মী। অরুণ-না মঙোন্দা মালিনীখোয়গী ইমুংদা মাগী মতেং পাংনীংবগী রাথল খুদিংমক অহু ফোঙদোক্তুনা শেলহু মখোয়দা পীবিনবা হায়রকই। রমেশনা হৱাউবগুম তৌবা অঙকপা মতৌ অমা উৎলকই, হায়রকই, "করম্না অহুক য়াম্বা শেল অহু মখোয়দা পীগদৌরি-বনো? মখোয়না মহু পাক শিংবা ঙম্লোই।"

"হুম, নত্তে নত্তে," অরুণনা ভাব তাদনা চামচংপী নোট মঙাখক্তু রমেশকী মখুত্তা পীরহুনা হায়রকই, "মসি মখোয়দা পীদ পীবিয়ু, ঐনা মখোয়দা মতেং ওইনা পীথোক্লবনি, অমুক শিংত্রবসু য়ারে।"

অরুণনা থোইদোক হেন্দোক্লা ইমুং তহুগী হীরমদা পুক্নীং চঙবা মানবা মতৌ অহুদা রমেশ করিগুম্বা রাথল অমা থন-বগুম তৌনা য়াম্না ঈংথখি, অহুবু মহাক রাদি মখা তারক্তে, শেল অহু লৌহুনা ফুরিংথাউদা হাপচিনখ্রে।

মাগী ঈংথখিবা মতৌ অহুদা অরুণ হৈনদবা পোক্লকই।

তাঙ্গা অহুদা ইন্দিরাহু মমাগীদমক থিন্নবা চাক য়াওবা টিফিন কেরিয়র অহু পায়হুনা রমেশখোয়গী মাঙোন্দা কাখৎলক্লে, অহুগা মখোয় অনীনা ফম্লিবা ফমফম কাগী থোঙদা চেপ-থহুনা য়েংলকই। মহাক্লা অরুণবু উবদা ইকাইবগুম তৌনা

টিফিন কেরিয়র অমু থোঙজীন্ ময়াদা থুনা থম্লগা লৈথোক্লুনা থোকখে। (মহাক হায়দগী হেন্না মশামু নোয়থোকই, কুচু ঙৌথোকই, মমায়মু ইপোম পোমথৎলি, চাক থোংলুবগী তঙাং তঙাংই।)

মখোয়দা মতেং পীবগী ৱাফম ঙাঙনবদা রমেশকী মতৌ অমু উবদা অরুণনা খল্লকই, "পৈশা অমু ইন্দিরাদা অমুম পীরম্গদবনি।"

অরুণ রমেশকা থোকমিন্নরক্লে। পৈশা পীখ্রবা মতুংদা রমেশনা মঙোন্দা ইন্দিরাখোয়গী ইমুংগী ৱারী হায়গুম্না য়াম্না শারক্লে, থোরকপদা মখোয় অনী অতৈ ৱা অমা অনীদগী হেন্না ঙাঙনরে।

অরুণ মফম থঙদনা য়াম্না ইকাইবগুম্না অমা পোক্লকই। মহাক হোসপিতাল্লোমদা চত্তনা ময়ূমলোমদা লাক্লে। রমেশনা হোসপিতাল্লোমদা হাইগৎখে।

ময়ূম য়ৌরগা অরুণ মাগী কাদা তূমিন্না ৱাখল খল্লগা ফমথুনা লৈ। মহাক্না হেক কাউবা য়াদবা অমদি মহাক্না মালিনীখোয়গী ইমুংদা তেংবাং পীনীংবগী ৱাখল অমু ফোঙ-দোকপদা রমেশনা খঙহৌদনা ঈংথখিবা মতৌ অমুনি। "মতুগী মরম করিনো?" মানা থনবা হৌরকই, "মহাক্না মখোয়বু চুম্না য়ুমলোন্নবা অমা ওইনা মতেং পাংত্রা নত্রগা করিগুম্বা মরম অমা লৈমুনা তৌত্রা?" মহাক্না পূক্নীংদা য়াম্না লাওতরুবা পোক্লকই, ফনবা খন্দুনা তৌরুবা থবক অমুনা কনাগুম্বা অমগী

সুংঙাইতনবা শীনবথুম খনবা হৌরকই। মানা হাপ্পু হাথুনা তৌরুবা থবক অদুনা মাবু অমম সুংনাংবা পোকহল্লকই।

রমেশনা হোসপিতাল য়ৌরগা অনাবগী ফমাংদা তুং অমদা জ্ঞান তানা ফম্লগা রা ইঙাঙ ঙাওদনা ফংবিংথাউদগী চামচংপী নোট মঙা অদু পুথোক্লগা ফমুংদা ফম্লিবা মালিনীদা পীরদুনা হায়রকই, "সে, মালিনী, পৈশা অসি লৌশিল্লু।"

"কদায়দগী পৈশানো অসিদি?" মালিনীনা ঙক্লা হংলকই।

"অরুণনা নখোয়দা মতেং পাংলকপনি," রমেশনা খোন-ফম ইকায় কায়দনা হায়রকই।

"কনানো অরুণ হায়বদি?"

"'সিদা ঐগা ঙরাং লাকমিন্নরম্বা মীশক অদুনি, ঐনা নখোয়গী অরাবগী মরমদা ৱারী শারুবদা মানা পীরক্লিবনি।"

মালিনীনা ঙসায় ঙহাকী মমাঙদা ঙরাং লাক্লম্বা মীশক অদু যুম্বীদা ঙাদুনা লেপ্লম্বদু নীংশিংলকই, থোদোক অদুদা হায়-নীংঙাই লৈতনা ঙকপা পোক্লকই।

মহাক্না তৌকম খঙদনা পৈশা অদু লৌদনা হায়রকই, "নঙো, মানা করিগীদমক্তা মদু ঐখোয়দা পীরক্লিবনো?"

"মদুদি ঐনা করম্না খঙগনি?" রমেশনা অর্থ লৈনা হায়রকই।

মালিনীসু তুমিন্না তৌকম খঙদনা পৈশা অদু লৌবা ঙমদনা লৈরে।

"থমজিল্লো মালিনী, থমজিল্লো অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু নখোয়গী ইমাগী হীদাক-লাংথক লৈবদা থরদি মতেং ওইগনি," অসি হায়ছুনা রমেশনা হৌজিক্কী শেলগী দরকারছু নীংশিংছুনা মালিনীদা নমছুনা পৈশা অছু পীরকই, অছুগা থৌ-দোক অছুদা অতৈ ম্নাখল থোইনা থন্দবা শারকই।

মালিনী অছু থগুহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, তুমিন্না কমছুনা লৈথে, মচীন্দি থোক্ত্রবসু থম্মোয়দা লেপ্পা লৈতনা ম্নাহং অমনা তত্তুনা হংলকই, "করিগীদমক্তা মানা মতেং অসি পীরক্লিবনো ?"

মাগী মমাদি ভরাং অহিং অনাবা কন্না হৌছুনা অহিং ইতুম তুমদে, মরম অছুনা ঙসায়মথৈ তুমছুনা লৈ, মথোম্ন অনীনা শারিবা ম্নারী অছু তাহৌদে; হৌজিক্তা মহাক মীকপ থোরক্লে।

রমেশকা মালিনীগনা মঙোন্দা তারুণগী মতেং অতুগী মরমদা তম্লকই। মঙগুম্নবা থৌদোক অছুগী মরমদা মহাকসু হায়নীং-ঙাই লৈতনা ঙকথে, অরুণগী মরমদা রমেশতা ম্না কয়া হংলকই। রমেশনা কয়াদি থোয়জঙদনা অরুণবু থরা কূপথনা মশক তাক্লকই। মালিনীগী মমানা মীশক অছুবু ঙমথৈ লৈতনা থাগৎলকই।

মহাক্লা মালিনীদগী পৈশা অছু লৌছুনা খুবাম চেৎনা পায়রগা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না রমেশতা হায়রকই, "মীশক অছু অমুক্তুংদি পুরকউ, ঐথোয় মঙোন্দা তৌবীমল থঙবা উৎকে।"

মাগী পুন্সীদা মুংঙাই য়াইফবা মী কয়া সঙ্গ তৌখ্রে, মখোয়না মঙোন্দা পৈশা কয়া পীখ্রে, সনা লুপা কয়া থোনখ্রে, অদুবু পূম্নমক অদু ঙসিগী মতেং অসিগুম্না মমল য়ামদে। মখোয় খূদিংমক মানা য়াত্রিবৈঙদা মাগী মী শাখিবা ভাকুনি, মানা হৌজিক নারক্লবা মতম অসিদা কনাস্থু মাবু হয়া য়েংলদে।

মুমিৎ অহুমা মালিনী অঙকপা মতেং অদুগী মরমদা নীং-শিংহুনা লৈ, অদুগা রমেশনা মঙোন্দা শেল অদু পীরমদাইদা উৎখিবা যোর হন্থবা মায়খোঙগী মতৌ অদুবুস্থু নীংশিংহুনা লৈ। অরুণনা মখোয়দা মতেং পাংলকপা অদু করিগুম্বা মরম অমা লৈহুনা তৌরিবনি হায়না রমেশনা খল্লম্বা য়াই। মানা অরুণবু মশক মুম্না খঙদে, মীতোপ অমগুম্না অদুম লোই, অদুবু মাগী তোপ তোপ্পা য়াথল অমা লৈরম্বা থোক্লবদি কনানা খঙলু-গনি? অদুগা কনানস্থু য়াথল অদু থিংলুগনি?

রমেশকা মালিনীগদি অঙাং ওইরিবৈঙদগী নক্না হৌমিন্নরকই। রমেশকী পুক্নীংদা মালিনীবু মুংশিবগী য়াথল অমা য়োক্লকই, মঙোন্দা তুংগী আশা কয়া তৌই। মানা হেক ঙম্বমথে মখোয়গী ইমুংগী অরাবা থৌদোক খূদিংমক্তা মতেং পাংলকই। মালিনীস্থু মাগী য়াথল অদু খঙই অদুবু মানা রমেশপু মুংশিবদি ঙমদে, চুম্না অঙাং ওইরিবৈঙদা তিম্নরকপা মরূপ অমগুম্না খনবদগী হেন্না অতৈ য়াথল খল্লুদে। করিগুম্বা মীকুপ্তা মখোয়দা রমেশনা পাংথিবা মতেং অদুগী খল্লুবদা মখোয় অসি মাগী লমন তোল্ল-বনি হায়না খল্লি, অদুবু মতুনা মাবু কৈদৌঙৈদস্থু মুংশিবগী

কীবম অমদা তাহল্লকপদি ওমদে।

সুমিদাংদা রমেশমা হোস্পিতালদা লেকই, অদুগা মালিনীনা ময়ুমদা হল্লি।

ময়ুমদা হল্লগা সুমিদাংদা চাক থোংনা থোংনা মাপিনীনা মনাউমগী ইন্দিরানা অরুণগী মতেং অদুগী মরমদা ৱারী শারকই।

ইন্দিরানা হরাউনা মমীৎ লাওথোক্লদুনা হায়রকই, "উম, মহাক ওসায় রমেশথোয়দা লাক্লমী।" অদুদগী মানা অরুণবু থাপংলক্লুনা অমুক শমথরকই, "মহাক অফবা ছাত্র অমনি, মীগী মতেং পাংগনবা।" অদুদগী অমুক মানা অগল্ডবা অরুণগী মরমদা ৱারী লীবা হৌরকই। ৱারী অদুনা মালিনীগী পুক্নীংবু য়াম্না টিংশিল্লি, মীশক অসিবু অমুক য়াম্না উনিংবা পোক্লকই।

মথংগী সুমিত্তা মহাক্না হোসপিতালদা ওন্না চত্তুনা মমাগী মনাক্তা সেবা তৌদুনা লৈ। মহাক্না মরক মরক্তা অরুণ লাকপ্রা হায়দুনা থোঙলোমদা য়েংই, অদুবু সুমিং অদুদদি মহাক লাক্তে। থংনবা সুমিত্তদি মহাক্না হোসপিতালদা লাকপদা গেট ময়াদা অরুণদু লেপ্তুনা লৈরম্লে, মাবু উবদা কোমাংবগুম তৌনা য়েংলকই। মীকুপ অমগী মতুংদা অরুণ মাগী মনাক্তা চঙলক্লে, অদুগা মাবু কৌরকই।

অরুণনা মনাক্তা চংলরগা অনাবগী মরমদা হংলেকই। মালিনীনা থকা কগংলে হায়না খুমী। মানা অরুণনা পীরক্লিবা মতেং অদুগীদমক্তা য়াম্না তৌবীমল থঙকা উংনাংলকই, অদুবু করিগীনো থগদে মহাক মচীন্না মপু পুমমক্তু করিমত্তা হায়দোকপা

ঙমদে, য়াম্না ইকাইবা পোকই ।

অরুণস্লু তশেংনা অনাবগা মরী লৈনদবা রারী কয়া কন্নি-মতা শাবা ঙমদে, মনাক্তা চৎলিবী মালিনাগী হকচাংগী লেঙ-ওৎপা, অভাঙবা ইমফি, খোঙথাংগী মখোল, মুংশিবা থাউ-গুম্বগী মনম পুম্নমক অহুনা মাবু পুরীং থকৎহল্লি, ইপঙ পঙ-শিনবগুম তৌহল্লি ।

ঙহাক তুমিন তুমিম্না চৎলগা মালিনীনা মমাগী মনাক্তা চঙলুনবা মঙোন্দা হায়রকই ।

"ঐ মাগী মনাক্তা চঙবদি য়াম্না ইকাই," অরুণনা খুম্মী ।

"মানদি অদোম্বু উম্ননীংই হায় ! অদোমগী মতৌংদগী মহাক হিংলবনি হায়না থল্লি ।"

"অহুবু মতাং চাবা অমা লাকখিগনি," অরুণনা হায়রকই, "মহাক কয়াম কুইবা ফাওবা হোসপিতালদা লৌখিগনি ।"

"হৌজিকমক্তি খঙজ্রি, ডাক্তরশিংনা হায়বদা হৌজিকী চাং অসিদা অস্মুম ফগৎলক্রবদি থুনা চৎপা য়ারগনি হায় ।"

মখোয় অনীনা অস্মুম তপ্না রারী শাহুনা চৎপা অহু মী থরনা ফম্লপ য়েংলম্মী, থরনা মথুক্তা চে থরা পায়হুনা থৌশা-দনা থৈদোক্তুনা চৎখি, থরনা অনাবগী সেবা তৌবা হোৎ-নবদা কনাবুস্লু হয়া য়েংলক্তে; ডাক্তর, নর্শ থরা থৌ চিম্না হঙৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ ।

অনাবগী কা মপা য়ৌরমদাইদা য়ুম্বী অমগী মনাক্তা মখোয়

অনী লেপ্তুনা ঙহাক ৱারী শান্নুনা লৈ।

মালিনীস্তু অরুণবু মমাগী মনাক্তা চঙলুনবা কন্না ঙক-শিল্লক্লে, মরমদি মহাক্না মঙোন্দগী পুক্নীংগী ওইবা ৱা কয়া তানীংলকই, অদুগা অমরোমদস্তু মমাগী মনাক্তা মখোয় অনী চঙগদবত্তু কিথী-কিরুম তৌবা পোক্লক্লে।

অদুদগী ইখঙ খঙহৌদনা মখোয়না উরক্লে রমেশ অদু মখূত্তা হীদাক লৌক্লি অনীথক অমমম পায়দুনা মালিনীগী মমানা লৈরিবা কাগী থোঙ মপাদা লাক্লে। মহাক্না মখোয় অনীবু মুন্না য়েংলম্লগা থোঙদা চঙখি।

মহাক উথিবা অদুদা মালিনী থুনা কাদুদা চঙথে।

মালিনীনা চঙখিবদা রমেশ অদু ফমুং ময়াদা থাবা স্তুল অদুদা চীংলেম্না ফমদুনা লৈরম্মী, মাবু উবদা শকফম হোংদনা। য়েংলকই, মতৌ অদুনা অস্থুম্না হায়রগুম তৌই, "ঐ হৌজিক্তি পুম্নমক খঙলে।"

মহাক্না লৈরকপা হীদাক থূদিংমক্তু ফমুং মম্নাগী টেবল মথক্তা লৈ। মালিনীনা মনাক য়ৌরক্লবদা মহাক্না হীদাকশিং অদু অমমমতা ওইনা লৌখত্তুনা ডাক্তরনা ইরম্বা চে অদু পারগা অনাবনা চাগদবা মতম তাক্লকই, অতৈ ৱাদি অমতা ঙাঙলক্লে।

# ৪

মথংগী হুমিত্তুস্থু অরুণ মালিনীগী মনাক্তা চংলি, মহাক মাবু উবদা থোরকই, মথোয় অনী ৱারী-ৱাতাই কয়া শাই। অমুম্মা হুমিৎ মঙা তক্লুক্লি মহাক কোলেজ ক্লাস য়াওদনা মালিনীগী মনাক্তা চংলি। হুমিৎ থরনি অদুগী মতুংদা মালিনীগী মমাংস্থু ফীবম য়াম্মা ফগংলক্লে, মথোয় অনীগী ৱারী অয়াম্বা ইমুং-মনুংগী, তুংগী পুন্সীগী মরমদা শাবা হৌরকই। নোংমনা অরুণনা মালিনীবু সড়ক্তা ঙাইহনা লৈরগা চংমিন্নৈ, নোংমনা ভেরেন্দাদা লেপ্তুনা ৱারী শাই; নোংমনা হোসপিতালগী মনীংদা লৈরিবা অচীকপা লম্বী অদুদা নাপী মনম নম্বা লন্মাঙগী লিরি শীংপা হুংশিং মরক্তা চীক্লা ৱারী শাহনা চংমিন্নৈ—মীকুপ অদুদা হুংঙাইখিরা অদু অরুণগী পুন্সীদা অমুক্তা থেংনখিদ্রি—মাঙদা লৈরিবা লৌবুক-লম্মাঙ, মতুংগা শম্মনা উখিবা অথাম্বদা লৈবা মুৱৈনবা চাংশিং, অশংবা অতিয়া, চীংদোংদগী লৈথখিবা হুমিংকী শোন্-মেঙনবা মঙাল, উরুম লাংশিনখিবা জগাদা লৌবুকী ফৌনাশিংনা

অতম্মা মুংশিংনা হুম্বদা ইপোম হৌবা—পূম্নমক অহুনা মাগী পুক্নীংবু য়াম্না মথ্‌ম মরাঙ হৌহনখি।

অসিগুম্বা ৱারী শারুবা মুমিত্তা অরুণ ময়ূমদা মুমিৎ চম্না মালিনীগী ৱাখল তৌহনা লেপ্লি।

অহুবু নোংমদি অরুণনা হোসপিতালদা চৎলুবদা মালিনীগী মমানা হীগ্লম্বা কমুং অহু অতোপ্পা নূপী অমনা হীগুনা লৈরম্বা উরে। মহাক ভাবনা খঙলে মালিনীগী মমাহু নাবা ফরহুনা ময়ূমদা শোয়দনা চৎলম্লগনি।

মুমিৎ অহুদি মহাক নীংবা কায়না ময়ূমদা হল্লক্লে।

মহুগী মতুং মুমিৎ খরনিহু মহাক্না মালিনীবু উবা ফংজ্রে।

মালিনী লাইৱিক তম্বা তোক্লবী ময়ূমদগী মপাল থোক্রবী নূপীমচা অমা ওইবনা উন্নবা খুদোং য়াম্না চাদে। মালিনীখোয়গী লৈকাইদা লৈবা মাগা কোলেজদা তম্লিন্নবা মমান্নবা খরা য়াওই, অহুবু মখোয়হু মাগা লোন্দিন্নবা পোইনা য়াওদে, মখোয়গী মতেংনা মালিনীবু উন্নবা পামদে। অহুবু মখোয়নদি মালিনী মখোয় অনীগী লৈনৱিবা মরী অহু খঙহুনা মরক মরক্তা মখোয়গী ইমুংগী পাউনচিংবা মঙোন্দা হেক তম্নকপা য়াওই। মখোয়না হায় মালিনীগী মমা ৱমাহু নাবা ফরবসু মাগী হাম্নগী শাজৎ অহু হোংদে। অরুণ য়াম্না খোয়শাউনবা পোক্লক্ই। মহাক্না খল্লুই কম্না নারুৱবা (মাগী কনা লৈক্লদ্রবা) মতুং অসিদদি মাগী হান্নগী শাজৎ অহু থাদোক্লগনি। অহুবু মহাক্তি কদায়নো! মঙোন্দা পাপ পুণ্যগী ৱাখল করিসু য়াওদে।

নোংমা মঙোন্দা মালিনীনা মমাগা উল্লনবা হায়বা মতমদা মহাক মতম অতুদদি উল্লবা ঙমখিদ্রবস্তু, নোংমা মতাং চাবা মতম অমদা অমুক্তং উল্লগে হায়না খনখিবনি, অদুবু হৌজিক্তি মহাক মাবু তশেংনা উল্লবা পামদ্রে। মহাক্না মালিনীদা ৱাকম অসিগী মরীদা মাগী অনীংবদু ফোংনা হেক্তা হায়দোক্লসিরা হায়না খল্লকই। অদুবু মখোয়দা ৱা অদু হায়বগী মাগী করি অধিকার লৈবগে? মহাক অসি মাগী কনানো? অদুগা মমাগী লীচৎ অদুগী মরমদা হায়রগা মহাক্না করি ভৌবা ঙমগনি? অসিগুম্বা ৱাখল পুম্নমক অসি খল্লুবদা মহাক চমম্নরকই। অদুবু মমৈথঙদা মাগী পূক্নীংদা লেপ্লে ৱাকম অদু মালিনীদা নোংমা অমুক্তংদি হায়গে।

অদুগা মসিমস্তু অরুণগী পূক্নীংদা লেপ্লে মানা চিংনরিবা মালিনীগা রমেশকগী মরী অদু নোংমদি মাবু শেংদোকহনগনি।

নোংমা সন্ধ্যাদা তরুণনা চৎপদা সড়ক ময়াদা লৈবা মালিনীখোয়গী দুকান মচা অদু হাংবা উরে, পোৎ লৈবা মী খরস্তু চঙবা উট, খরনা থোকখি। মানা সড়ক ৱাংমদা ঙহাক লেপ্তুনা য়েংলকই। অদুবু মানা য়াম্না ঙকপদি থোইনা ঙান্দবা ইলেক্ট্রিকী মঙানদুদা দুকান মমুংদা কা তপ্তুনা ফম্লিবী নূপী অদু মালিনীগী মমা নত্তে, মালিনী মশামক্তি। মাবু উবদা অরুণ মুংঙাইবগী মহুত্তা খঙহৌদনা মপূক্নীংদা অৱাবা অমস্তুং মুংশাথীবা ৱাখল পোক্লকই। “করিগীনো মানা অস্তুম্না মুমিদাংদা দুকান ফম্লিবা?” মানা খল্লকই, “করিগীদমক্তা মমানা মাবু

অশুম্না থাদোক্লিবনো ? ” ওহাকী মতুংদা মাগী পুক্নীংদা ফত্রবা ৱাখল অমা লাকই, “ উম, মমানা মচাশিং অসিবু মাগুম্না ওক্নবী ডাক্তা ওইহন্নবা শীল্লবনি ।”

ছুকান মমাঙদা পোং লৈবা অঙাং, পাখংমচা খরা লৈরম্বদু খোকখ্নগা মহাক চঙশিন্দুনা ছুকান মমাঙদা লেপ্লরে ।

মালিনীদু থাজদবগুম তৌনা মঙোন্দা মুন্না য়েংলকই, অহুদগী হর.উবা মায়থোঙগী মগী অমগা লোয়ননা মানা তপ্লম্বা ক্কা মতপ অদু ফাল মথক্তা থম্নগা মপান্দা খোরক্লে ।

অরুণ শকফম করিমত্তা হোংদনা তুমিন্না মাগী মাঙদা লেপ্লুনা লৈবদু উবদা মালিনী থজিক্তং ইকাইবগুম তৌনা শকফম হুপ্পিল্লগা হায়রকই, “চঙলগা ফম্লুসি ।”

অরুণনা ৱা অমত্তা ডাঙদনা তুমিন্না মালিনীগী মতুং ইন্দুনা চঙলকই, চুরুট, বিড়ি, ক্কা, মিথায়, অতৈ অকুপ-অতা পোং খরদমক য়োনবা দুকান্দুদা চঙলবপদা তোপ তোপ্পা অচা-অথকশিংদুগী মনম অমা নম্লকই । মহাক্না মমায মনীং ওন্দুনা গদিদা মখোঙ স্নান্থদুনা ফম্নগা হায়রকই, “ মালিনী, করিগীনো অশুম্না ছুকান ফম্লিবা ? ”

“ ঐখোয়গী ইমাদু ইনে অমগী মচানুপী লুহোংবগী অযুক্তগী চংপে, অদুননি, মহাক লাক্তি লাক্লগনি, ” মালিনীনা খুল্লকই ।

অরুণনা ৱাখল থল্লগা হায়রকই, “অদুবু মতুং মনাউদি কনগনু । ”

মালিনী তুমিন্না নুকখদুনা লৈ, কবিমত্তা খুম্নক্লে ।

ভুকান অহু নোংমতা কমহোৎনবদা মথোয়গী ইমুংহু অরাবা তাই হায়বহু অরুণনা খঙদহুনা তাঙলিবনি হায়না মহাক্না খল্লি। মহাক্না অহানবদা মহু হায়দোক্নগুমসিয়া হায়না খল্লমী, অহেবু থংনবা মীকুপ্তা য়াকম অহু ইশাং শেংনা অরুণগী মকখদা হায়-দোরক্নে, "ভুকান কম্বা লেপ্লবদি ঐথোয় কয়া হিংগনি?" অরুণগী মায়থোংহু হেন্না অরাবা, তোকম খঙদনা মতৌ অমা উৎলকই। মা য়াকম অহুগী মখমদা অমুক ঙাক্লাকখিরে।

"ঐথোয়গী ইনানা অদোম্বু পোন্দুনতা পৈ, মহাক অদোমগী অমল ম্লামবা মতেং অহু কৈদৌভেদম্বু কাউরোই হায়," মালিনীনা হায়রকই।

"হেরা, অহুবু কবি নৈবনো?"

মালিনীনা পুক্লীং চঙমা মায়থোং অমগা লোয়ননা অমুক হায়রকই, "হৌজিক মানা হেক হেক নৌংশিংই, অদোমগী শেল অহু করম্বা কান্দা শিংবা ঙমগদগে হায়না; মী অতৈগী তোল্লম্বা শেল থরদি শিংথে। নাকুবা হৌগৎলকপা মতুং থুমিং তরানিমুক অহুদি লোংভানবগা শেল থোবা লাকপা মীনা ঐথোয়-দা পীক থল্লি···।"

"নত্তে, মালিনী," অরুণনা মরক থস্তুনা হায়রকই, "নহাক মতৌন্দা হায়মু ঐগী শেলহুদি অমুক শিংলক্নগদ্রু হায়না, হায়-মুকো।"

মালিনী লুকথহুনা খল্লকই, "অমুক য়'ম্না থৌজানবীবা, অমুক য়াম্না থুংশিন্নীবা।"

মালিনীগী অঙাংবা মায়খোঙ অদু মৈগী মঙান্দা লুকথদুনা লৈবা অদু য়েংলগা অকণনা মখা তারকই, " মালিনী, নখোয়না অরাবা কীবমদগী কপংলকুবগী ঐ মতম পুম্নমক্তা থন্দুনা লৈ। ঈশ্বরগী থৌজাললনা ঐনা নখোয়গীদমক করিগুম্বা থন্না তৌবা ঙমখে, মহুৎগীদমক্তা ঐনা করিস্নু পামদে, করিস্নু পামদে, মদু ঐনা নখোয়দা পীথোকখ্রবনি।"

"অদুবু ঐখোয়দি অদোমগী লমন অদুম তোন্দুনা লৈরগনি।"

"মালিনী, মদুগীদমক করি থন্নীংঙাই লৈবগে ? নোংমস্নু নখোয়না ঐগী ইত্তেং পাংলকপা য়াই, অদুবু ঐ মদুগীঙাক্তা থনবদি নত্তে...।"

মালিনী অকণগী য়াহৈদু তাবদা থঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই, কনাগুম্বা মী অমনা কনাগুম্বা মী অমদা কথোকপদা কংবা মুংঙাইবা, পুক্নীং কুংশিবা পোকপা, থঙহৌদনা পুক্নীং পেখরকপা মতৌ অদু মচোন্দস্নু ওইরকই। মহাক্না হায়রকই, "উম, মতম অদু ঙাইগনি, মতম অদুদা ঐখোয়স্নু অদোমগী অঙম্বা মতেং পাংগনি।"

ঙহাক্তং অপীকপা তুকান মচাহুগী মমুংদু পুমচীক চীকই, মরক মরক্তা অঙাং, পাথংমচা, অহলশিংনা মিথায়, চুরুট, ক্বা অসিনচিংবা পোৎ-চৈ কয়া লৈবা লাকই, থরনা মখোয়বু মুম্না য়েংলম্বা য়াওই, থরনা থৌশাদনা চৎথিবা য়াওই।

মালিনীগী নৌরবা অপীকপা খুৎশাশিং অদুনা হৈশিংনা

পোৎ-চৈ তম্মী, অদুগা শকখঙদবা মীশিং অদুদা লেপ্লা ৱা ঙাঙদুনা ( অরুণদা ঙাঙবগা মায়েদনা ) পৈশানচিংবা হন্দোকখি।

মীশিং অদুনা চৎখ্রবদা অরুণনা মালিনীদা য়েংলগা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "মালিনী, নহাক পোৎ য়োনবদি য়াম্মা হৈরে।"

মালিনীসু হন্দক্তি ভৌরবা চাং মান্নরবা য়াতোন অদু উক্তুনা নোক্লক্লে।

অরুণনা হায়খিবদু মালিনীগী পোৎ য়োনবগী পকচবা, ফজবা মতৌদু উবদা থঙহৌদনা হায়দোকখিবনি। নৌরিবী মশক ফজবী নূপীনা দুকান ফম্বগী তোপ তোপ্পা শুম্ফৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অমা লৈ, মালিনীসু পীক্লবা দুকান মচাদু মানা ফম্বতদা পূমঙাল ঙাল্লি। মহাক্লা মমাঙদা লৈবিবা ফাল মথক্তা ক্বা তপ্লগা থম্বা, ক্বা তপ্পা তপ্পা ৱা ঙাঙলকপা, লেঙএৎপা. নোক্লক-পা খুদিংমক্তু হায়নীংঙাই লৈতনা অকণগী পুক্নীংবু শুম্ফৎলি।

মুমিৎ অদুদা মালিনীনা অহানবা ওইনা অরুণদা মাপী পুম্নাগী অনীংবা, সমাজদা মখোয়গী থাক, মখোয়বু ময়াম্না হন্থনা য়েংবীবা—পূম্নমক অতুগী মরমদা ৱারী কয়া শারকই। ৱারী অদুদগী অরুণনা খঙই মালিনী অসি মানা মপালথোংদা উবদগী য়াম্না খেন্নরম্মী। মহাক লাইরিক-লাইসু তম্বা তোক্তুনা যুমদা লেপ্লবী নূপীমচা অমা ওইরবসু য়াম্না ৱাখল থনবী মী-শক অমা ওইবম্মী। মহাক কুমারনা মতম অমদা হায়খিবদু থাজরকই, " মহাক মমাগুম্বী, মনাউনূপীগুম্বী নত্তে।"

ডসিদা অহানবা ওইনা মালিনীনা মমাগী মরমদা পাল্লদুনা মঙোন্দা হায়রকই, "ঐনা মাবু ইমানি হায়দুনা যুংশি.........অদুবু মাবু কয়াদা য়ানীংখিদ্রবা! পুন্সী হিংনবনি হায়রগনা মানা চংপা শাজৎ, কয়াদা ভুকচখ্রবা! অদুবু কনাদা কন্নি হায়রগনি? ঐখোয়না মাবু অদুম যুংশিদবদি ওমদে!"

ৱাহু তাবদা অরুণ য়াম্না ওকপা পোক্লকই। মহাক্না নহান-মথৈ মমাগী শাজৎ খুদিংমক অদুবু মালিনীনা য়াবগুম্না থলুই। মহাক্না হৌজিক্তি থডসে মানা হায়গে নীংদুনা লাক্লিবা ৱাহু অমুক মালিনীদা হায়রুবগী কাম্নদ্রে, মালিনীনা মঙোন্দগীদুম হৈল্লা থডলম্মী।

মালিনীনা মখা তারকই, "তোঙান তোঙানবা মীওই-শিংনা ঐখোয়বু যুংশিবা শাবীবা, মখোয়গী ওইজবা থিবা ৱাথল থরগীদমক! মতম অদুদা ঐঙোন্দা গৌরকপা পুক্নীংগী লাংগৌ অদু অকিকবী মশক্তি! অদুবু মুসী ওইবী ঐখোয়না কৈদৌগনি? অশাউবগী ৱাথল অদু মীংকী পি ওন্দুনা তোকই।"

অরুণনা মরু লুক্না ৱাথল থন্দুনা মালিনীগী ৱাথল অদু শেমগৎলদুনা হায়রকই, "য়াম্না চুম্নবা শাজৎনি মালিনী, মঙোন্দা মঙগী অনীংবা ৱাথল পুম্নমক অদু ফোঙদোক্লনা হায়ব্রু।"

মালিনীনা হৈনীংদনা খজিক্কং কংনা নোক্লকই অদুগা হায়রকই, "হয়, মহু অরেবনি। মহাক মানা নীংবতা তোৱা মীশক্তি, হায়রবগী কামজ্রবা!"

"পুম্নমক অসি অৱাবগী মশক্তি!" অরুণনা মালিনীনা

হায়্রিবা অদুগী অর্থ মুন্না থওনা স্বরমপী হোল্লদুনা হায়রকই।

"ঐখোয়না হিংলিবা অসি মহাক নোংমদি জ্ঞান তারকখিবা মাই হায়বগী আশাদনি।"

অরুণ ওহাক অমুক তূমিন্না লৈখ্রে। মমা মচাগী অচেৎপা মরী অদুদা মানা কবি অমুক হায়রুনাংঙাই লৈবগে? মহাক্না তৌবা আশা অদুস্মু মালিনীগী আশা অদুগা চপ মান্নে।

"ইন্দিবাদি কমদৌবি?" অরুণনা ওহাকী মতুংদা হংলকই।

"অস্মুম পঙলৈ লৈবি," মালিনীনা হায়রকই। অদুদগী মহাক্না মনাম্নূপীবুস্মু পেন্দবা কোঙদোক্লুনা মথা তারকই, "থংদে মহাকা তৌগদবা অসি। মহাক্না মীপুম খূদিংমকপু চপ মান্ননা লোই। মশাগী মুংঙাইবা কাহেন্না থিবা, ওক্লবা, অতোপ্পগী থন্দবা মী অমবুস্মু মহাক্না অফবা মীনি হায়না থল্লি। মহাক মতম চূন্নদা মখোয়গী মপালথোংগী কেথোক মৌ-পোকপা ঊবগা শুন্নৰলি। অদুনা মহাক ফীবম অসিদা শাবিবনি।"

মখোয়গী মপা শাবা মীওই কন্নাবু ইন্দিরানা অফবা মী-ওই ঙাক্তনি থন্দুনা লুনা তোংন-তিন্নবগী রারী কয়া লৈ, অদুবু পূম্নমক অদুদি মহাক্না অরুণদা তম্নক্লে।

কালেনগী মতমনিনা থেওখিবা থংহৌদে, মুমিদাং পুং নিপাল তাশিল্লক্লে; লন্বীদা মী চৎপা থরা লংলক্লে। মুংথিলদা নোং চুখিবগী মালংদু লৈচিল-নোংফাই য়াম্না থাংই, পূর্ণিমা মতুং নোংমা কোনবগী থানা লৈচিল-নোংফাই মরক্তা মমি শামি

ওইনা শেংদনা থোরকই। মরক মরক্তা রাপল-উপলশিংগী মতোন্দা নুংশিংনা তপ্না হুম্বগী মখোল থোরকই, অনকপদা শাংপা খাবক্লেগী লৈনমস্তু কন্না নম্নকই।

অরুণনা হংলকই, "মালিনী, য়ুমদা চঙখিরোইদ্রা?"

"চঙলগনি, ঐখোয়গী ইমাস্তু লাক্কে।"

ওহাক্কী মনুংদা মহাক্কা অতপ্পা কা, মিথায় লাপ্পা লীক্লি অমা অনী মিংশেল চনবা অলমারী অমগী মনুংদা হাপচিনবা থোরকই।

"ঐ থিনবীরম্মুরা?" অরুণনা হংলকই।

"উম।"

অরুণ মপান্দা থোরক্লে।

মালিনীনা মৈ মুখংলগা তুকানগী উশাক অহু অমমমত্তা ওইনা চেকশিন্না লোনবা লোইরগা শো লোনশিল্লে, অদুগা শো অহু অরুণদা পীরগা হায়রকই, "'সি অমুক্তা পায়বীয়ু।"

মাগী মোল্লবা মথুং অদু অরুণগী মখুত্তা তপ্না থেংলকই।

অদুদগী মালিনীনা চেঙগুম্বা য়াওবা খাউ অমগা ছাত্তিন অমগা পায়রগা হায়রকই, "য়ারে।"

অরুণনা মথুং তিংথোক্লদুনা হায়রকই, "কদায়নো খাউদু ঐ পায়বীগে।"

মালিনীনা খাউদু মঙোন্দা পীরকই, অদুগা মখোয় অনী তুংথ-মাঙথ চঙমিন্নরকই।

কোম্থোক্ত য়োরগা মালিনীনা খাউদু অরুণদগী লৌরে,

অদুগা মহু লৈমায়দা থম্নগা অরুণদগী শো অহু লৌরগা ফিরৈদা য়েপশিনখ্রে, অদুগা মাবু অমুক্তং হুংশিনা য়েংলগা হায়রকই, " অছদি, চঙখ্রগে।"

থাবল ফবা মুমিদাং অহুদা লিরি শীংপা হুংশিং মরক্তা অরুণনা সড়ক্তা মথক্তা রাথল থম্না লাকপহুদা মুংভাইথিবা অহু করিগুম্বা রাহে অমতনা থাবা ভম্নরোই। নহা ওইরিবা মী অমগী পুক্নীদা লোয়নরিবা থৌনা, ঈখৌলাংবা, অনীংবা, মশানা মশাবু থাজবা রাথলশিংহুগী মরক্তা শুক্নাংনীংভাই ওইরবী নুপী অমগী শক্তম অমস্তুং মঙোন্দগী ফংবা অশেংবা হুংশিবা—মহুনা পুক্নীবু অমৃতগুম্না খোয়থুম্নহল্লি। মুমিদাং অহুগী থাবলদা তোপ তোপ্না নহানমথৈগা মাম্নদবা শুক্নাংয়াই অমা য়াওবগুম নীংই, য়েংলু য়েংলুবা মহৌশাগী পোৎ খুদিংমক হান্নদগী হেন্না ফজে। মাগী পুক্নীংদা লাকপা রাথল খুদিংমক মুংভাইবগী ঈথক ওইনা মাগী থম্মোয় অমস্তুং লূ-তোং খুদিংমক পাথনা ঈহৌরকই। মহাক ময়ুম য়ৌবা ফাওবা খোইনা থঙহৌদে।

মুমিং অহুগী মুমিদাংহুদা মালিনীনা মাঙোন্দা থাবলদা ফমহুনা মমা লাকপা ভাইহুনা লৈ। ইন্দিরাদি ভম্না তুমখ্রে। মম্নানা হল্লকপহু থেঙলে।

মানা হেক লাকপগা মালিনীনা মঙোন্দা অরুণ লাক্লম্না অমদি মানা হায়রম্না পৈশা শিংলক্তনবগী রাফম অহু ভম্নকই।

মালিনীনা মাগী য়াম্ভু তাবদা মমানা য়াম্না হৈরাউগনি হায়না থম্লুই, অদুবু মানা ভকপদি মাগী য়াম্ভু তারগা মমানা মঙোন্দা হায়া করিগুম্বা বা থরা থঙলবগুম তৌনা মমাং থারপ্পা য়েংলকই।

মালিনী মমাগী মতৌ অদুদা কিথী-কিরুম তৌরকই; মহাক য়াম্ভু অরেম্বদা হায়রুরমাল্লে হায়না থল্লকই।

মালিনীগী মমানা হাম্নগী অচেৎপা শককম অদুমক্তদা হায়রকই, "ঐঙোন্দা পৈশা লৈরে, মাগী পৈশা অদু শিংথ্রগনি।"

মাগী পাউথুম অদুনা মালিনীগী থম্মোয়দা অনাবা ফাওহল্লকই; নহানমখৈদি মমানা অসিগুম্বা তৌবীমল থঙনবা মানবা য়াহৈ অসি অমুক্তা হায়খিদে। মহাক বা মথা অমুক তারক্রে।

ঙসি মাগী মমাদু রমেশকী মনে থোকপা মখোয়গা ইংখোলমুং অমতদা লৈমিন্নবী মশা চাউবী নূপী অমগা সুহোংক্ষমদগী হনমিন্নরকই। রমেশনা হায়বদগী নূপী অদুনা মালিনীগা অরুণগা লৈনবা মরাদু মুন্না থঙই; মহাক্না মালিনীগী মমা রমাদা মখোয় অনী মরী লৈনবগী য়াম্ভু ঙসি তমথোরক্রে। মরম অদুননি মমানা মালিনীনা ভাঙবা বা অদুদা মরো লৈনা খুন্নক্লিবহ্ন।

সুমিদাং অদুদি মালিনী ফমুংদা হীপ্পা হীপ্পা মমাগী য়াহৈহু অম্নুম নীংশিংহুনা লৈ। মাগা অরুণগী মরী অদু মমানা থঙলক্ত্রনা মমানা বা অদু হায়রকপনি হায়না মানা চিংনবা হৌরকই। মালিনী মপূক্রীং সুংশিরকই, পুল্লাগী অহানবা ওইনা মানা পূকচেল তিংনা অরুণবু সুংশিজরুই, অদুগা থোইদোক্লা নূপীমচা

শুইবীশিংনা তৌনবগুম্না তুংগী য়ুম্বানবগী, পুন্সীগী মুংঙাইবগী আশা কয়া তৌরুই। মহাক মমাগুম্না নত্তবা শীচং চংকে হায়বগী আশা তৌবা নত্তে; মহাক থল্লু থল্লুরগা অস্নুম মুংঙাইতবা পোল্লকই। মানা মমাগী তোঙানবা অনীংবা থয়া লৈহনা তৌত্রা হায়না খনবা হৌরকই। মমানা করিগুম্বা কান্দা ইন্দিরা মখোয় অনীদা হেক হেক ফোঙদোকই—মখোয় অনীমক মানা হায়-বতা ইনগদবনি। মালিনী নুমিৎ অতুগী অথেঙবা অহিং ফাওবা তূমদে, মাগী তুংগী পুন্সীদা থোক্নবা য়াবা অৱাবা থোকদোক কয়াগী মরমদা থল্লুরগা অকিবগুম্বা ৱাখল অমা পোল্লকই। মহাকী মমানা ওম্বা শক্তি কয়াবু মহাক মুন্না থঙই।

নোংঙাল্লগা মমানা রমেশ থাহনা অরুণগী শেল অহু থিল্লহল্লুবে।

## ৫

অরুণ মাগী শেলহ্ অমুক শিংলকপদা ইকাইবগুম, পূক্নীং হুংশিবগুম, খোয়রাঙ খোয়শাউনবগুম তৌবা হৌরকই; মানা অফবা য়াথলদা তৌরুবা থবক পূম্নমক অহ্ অরেম্বগুম থল্লকই। মহাক মহ্নগী করিগুম্বা ফল অমা পাম্বদি নত্তে, অহ্নবু মহ্না মালিনীখোয়গী ইমুংগা মাগগী মরক্তা অচেংপা হুংশিবগী মরী অমা তন্তুনা থম্লিবগুম নীংলুই। মরমদি খঙদনা মহ্না মাবু য়াম্না হুংঙাইহনবগুম তৌহল্লি। অহ্নবু হৌজিক অহ্নগুম্বা হুংঙাইবা য়াথল অহ্ থরা হন্থথিবগুম তৌখ্রে। মানা মালিনীবু হুংশিবা হন্থবদি নত্রবস্থ মাবু থরা লাপথোকখিবগুম থল্লকই।

মালিনীনা ঙরাং তম্লকপদগী মহাক মখোয়গী ইমুংগী অনংবা মতৌ অহ্ মুম্না খঙলকই, অহ্নগা হৌজিক্না অম্নক থুনা পৈশা অহ্ কনাদগী লৌরমগদগে হায়বহ্ মহাক খনফম খঙলক্তে। মানা মালিনীগী মমাবু হেম্না হেম্না হঙ্গোইবা পোক্লকই। মী অমনা মানা মানা পাম্বা মতুং ইন্না চৎনরিবা শাক্ষৎ, লেম্নরিবা

পুন্সী মরেল অসিদা অতোপ্পা মী অমনা করিব্রু হায়নীংঙাই লৈবগে? অদুবু অচুম্বা ফজবা পোৎ থরদি সংসার অসিদা লেঙদনা লৈ, মী থরনা মদু উত্রগা মদু সংসার অসিদা লৈতে হায়বদি য়াধোই। অদুগুম্বা মপুং ফাবা পোৎ অদুনি মানা মতম লৈবা খিবিক্তা ঈথৌ লাংলিবা। অচুম্বা, ফজবা, প্রকৃতি হায়বসি অমতনি—মসিনা মীওইবগী য়াঙাঙ-শঙাঙ, শক্তম অমস্তুং লীচৎ পূন্নমক্তা উৎথোরব্রুবা মতমদা মীবু শুদ্ধৎনীংঙাই ওইবা মতৌ ওইহল্লকই। মদুদগী থরা থৈদোকথ্রগা ঐথোয়না মীহুবু নকশিন্নীংদে। অরুণনা মালিনীদা প্রকৃতিগী ফজবা শুণ পূন্নমক উই, মমাদদি মদু উদে।

মুমিৎ থরনিগী মতুংদা অরুণনা নোংমা সন্ধ্যাদা অমুক মালিনীখোয়গী হুকান মমাঙদা হঙ্গৎ-হন্দা চৎলুই। মালিনীগী মমানা হুকান্দা ফমহুনা লৈরম্মী, মাবু মশক খঙলমগদ্রা খঙ-লম্লোইদ্রা খঙদে, মুম্না য়েংহুনা লৈহৌই। অস্তুম্না মানা নোংমা নীনী হম্না হন্না চৎলুরে অদুবু হুকানদি মালিনীগী মমানা অদুম ফমহুনা লৈরম্মী। মানা মালিনীবু ফনা কুইনা উবা ফংখিদ্রে। মহাক্না নোংমা মুমিদাং অমগী থৌদোক্তবু নীং-শিংহুনতা লৈ। অদুগুম্বা থৌদোক অদু পুন্সীদা অমুক হন্না থোক্লরোইদবগুম মপুক্লীংদা থল্লকই।

অস্তুম্না নোংলৈ মুংশিংকুম্বা নহা ওইরিবৈগী পুন্সী অদু পল্লেপকম খঙদনা, লাইরিকলোমদা শোয়থরক্লে হায়বা থোইনা খঙজদনা অমুম লেপ্লি, করিগুম্বা মীকুপ্তা শেংফাত্তনা মহু

খঙলকপা য়াওই, অদুবু মশানা মশাবু লাকশিনবা ইঙম ঙমদে। মহাক হৌজিক ময়ুমদা ইরৈ লৈনিংদে, লৈরকসু লাইব্রিক পানীংদে, পাগে হোৎনরবসু ক্লাস তোয়না য়াওহৌদবদগী পায়া অয়াম্বা খঙদবা ভাক্তা ওইরম্মী—অদুনা মফি-মরোল নায়া শেৎলগা হেক হেক কোয়থোকপনা হেন্না মুংঙাই।

মতম অদুদা মাগী বাখল অদু মথন্তা মপুং ফারবগুম খল্লি, মী পূম্নমক্কী মানা শিংবা হেন্নবগুম নীংই।

হৌজিক আউটপোষ্টতা লৈরিবা মপানা মচোন্দা মরক মরক্তা চিঠি ইরকই, মদু পাবদা মহাক কোকচাউবী কায় মরমদি মপাগী অনীংবদি মাবু ডাক্তর-ইঞ্জিনিয়ার ওইহনবনি, মাবু লাইব্রিক্-লাইসু কম্না পানবা বারক্তুনা ইরকপদু খাঙডম-দবগী মশক্নি। করিগুম্বা মাগী মকোক্তা লৈরিবা বাখল পূম্-মক্তু মাগী মপানা খঙখিবা থোক্লবদি মদুদা করি ওইরা য়াবগে হায়বদু খল্লুবদা মহাক অকিবা পোক্লকই। অসিগুম্বা মীকুপশিংদা মহাক লাইব্রিক থরা কন্না পায়গে হায়না চপ মুংনা খল্লি, অদুবু অদুগুম্বা অরেপ্পা বাখল অদু মাগী পুক্নীংদা লেঙদ্রনা খ্রম্বা ঙমদে, মাগা তিন্নবা মী থরনা মাবু কোয়বা হোৌবা লাকই, অদুগা মথোয়গী মপাল হেক থোকখিবগা লাইরিকী বাখল অমুক পূমকাউ কাউই।

য়ুম্না লৈরগা মতম চুপ্পা মাজিনীগীদমক্তা খল্লুনা লৈ। করিগুম্বা মানা লাইরিক মনাক্তা ফম্মগা থোক্লবদি মদু চুম্নী মমাগী মমাঙদা তোবা তাৎ অমনি, মাগী বাখলদি মপান্দা লৈ,

ফিরোল অনৌবা তুবগী, কোয়বা চৎপগী মরমদা থন্দুনা লৈ।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে, মালিনীবুদি মতাং চাবা মতম অমদা অমুক্তা উমদ্রে। মানা চৎলুবা খুদিংগী তুকানতু হায়গুম্মা মমানা অতুম ফমতুনা লৈরম্মী, ময়ুমলোমদা চঙলুবদস্তু মালিনী মাঙোন্দা, শুমাঙদা নত্রগা য়েনথাদা লৈরম্বা য়াওই, লৈরমদবস্তু য়াওই, লৈরম্বা কান্দা থোরক্লীংবগী মওঙ মায়া মঙোন্দা য়েংলকই, অতুবু লৈকাইগী মীশিং উবনা অমুক্তা থোরক্লুনা রারী শাবগী খুদোংচাবা ফংদে। নোংম-ফাদোক্লা মানা মালিনীবু মমাগা লৈরক্তা চৎমিন্নবা উই, মহাক্লা মতুংদা লাপ্পা ইন্নতুনা চৎপা য়াওই (মমা অতদি মাবু মশক খঙলমগদবা মান্দ্রে); মালিনীদি মানা লাক্লিবা অতু শুঙবগুম তৌই, অতুবু মমাবু কিবদগী মঙোন্দা য়েংশিন্নরক্তে।

নোংমদি মমান্নবা অমনা হৌতুনা মহাক সিনেমা অমা য়েংবা চৎলি। সুংখিলগী সোনি। হোল মনুংতু ওমচাক্লে, ছুমলিবা ফেনশিং অতু মীনিলগী অশাবা সুংশিৎ ঙাক্তা ছুম্মী, সিনেমা হৌরমদাইদা থানবা অঙানবা মৈঙাল অতুদা হোলতু পুমথন থম্না ফম্লিবা মীশিংনা খরনা তন্থনা রারী শাতুনা, খরনা ছুমাই ছুমতুনা লৈ। অরুণগা রারী শারম্বদগী মমান্নবা অতু ফিলম ফিয়ার অমা য়েংতুনা লৈ। অরুণনা খঙহৌদনা উরক্লে মাগী মাঙদা পরেং অতুম চৎখৎলগা মপা খরা থৈরপা মালিনীস্তু

ফমহুনা লৈরে, মাগী মনাক্তদা ইন্দিরাবালা রমেশকন্নু ফরি—ইন্দিরবালা মাগী ওইরোমদা, রমেশনা য়েংলোমদা ফম্মী। ম'লিনীহু লৈ মচুগী ফি অমা ইল্লি, মশমহু বেণী লোল্লি, য়াম্না কেনা উই, মাগী চূখাদা শম মচা খরা তারিবহু শেংনা উই—মরক মরক্তা ইন্দিরাগী ৱারী শারি—রমেশন্নু য়াওই। অরুণ খঙহৌদনা খোয়রাও খোয়শাউনবা ৱাথল অমা পোক্লকই, মখোয়গী মতৌ খুদিংমকপু তুমিন্না য়েংলকই। অস্নুম তৌরিঙৈদা লাই য়েংলিবা মাগী মরুপ্তুনা মমাঙদা ফাক্লিবা লাই অহুগা মরী লৈননা মঙোন্দা ৱা অমমম অনীনী অমুক অমুক ডাঙলকই, অরুণনা পূক্নীং চঙদনা মহুদা য়েংলগা ৱা অমা অনী খুম্মী।

অহুদগী ভহাক লৈরগা মৈ মুখংখে, সিনেমা হৌখে। অহুবু মহাক সিনেমা য়েংবা অদুদা পূক্নীং করিমতা চঙদে, অতোপ্পা ৱাথল অমা খন্দুনা লৈরে। "করিগীনো রমেশকা মখোয়গা অস্নুম লোয়নরিবা? মহাক অসি মখোয়গী কনানো?" মহাক্না মপূক্নীংদা খল্লকই। মহাক্না নহানমখৈ চিংনরগা রমেশকা মালিনীগগী মরী অহু নীংশিংলুরগা মহাক অস্নুম অস্নুম খোয়শাউনবা হেল্লকই। খুদক অহুদা মালিনী অসি মঙোন্দগী য়াম্না লাপথোকখ্রবগুম খল্লকই—নোংমা মুমিদাং অমা মাগা নক্না উমখিবা মালিনী অহু নত্রবগুম নীংলকই। নহান মুমিদাং উমবা অহুদা মহাক্না রমেশকা মখোয় অনীগী মরীহুগী মরমদা হংগে নীংখিখনি, অহুবু মালিনীনা মঙোন্দা মুংশিনা ৱারী শাবা অহুনা ৱাহং অহু মঙোন্দা হংবগী দরকার লৈত্রবগুম ফাওবা

খনখি, অদুবু ওদিগী থৌদোক অদিনা মাখী থম্মোয়বু নৌমা অমুক ওৎলরে।

তুমিং অদুগী সিনেমা য়েংবা অদু মহাক থৌবাগী লোইবা ফাওবা ভাব অমত্তা তাহৌদে, রাম্রী করিনো খণ্ডহৌদে। সিনেমা লোইরগা মালিনীগা মথোয় মরী মরী থোকখিবদু মানা উই, অদুবু মাবুদি মথোয়না উখিদ্রে।

মথোয় অনী থোরক্লগা মরূপ অদুনা বাজারদগী ফি অমতং লৈমিন্নখিসি হায়দুনা লৈমিম্মে, অরুণগী পুক্রীংদি মালিনীগী মনাক্তা লৈহৌরে। মরূপ অদুনা মশাগী অপাম্বা ফি অমা মথন্তা খঙ্গরগা তুকান্দগী থোরক্লে।

মথোয় অনী কায়নরে।

"ঐ অমুক মাগা উন্নখিসিরা?" অরুণনা মখন্তা চৎনা চৎনা খল্লকই, "নত্রগা মাগা পুন্সী চুপ্পা উন্নরগুমসিরা?" অহানবদা মথোয়গী ইমুগী মরমদা ফনবা খনবা রাখল খুদিংমক অয়ানবগুম্না নীংলকই। "মহাক মমাদুগী মচানি। মভোন্দসু করি থাজনীংডাই লৈবগে?" মহাক্না খল্লকই, "অসিগুম্বা ইমুংগী নুপীশিংসি মুশিবদা মতীক চাদে—মথোয়না অশেংবা সুংশিববু মশক খঙদে।" নহান নোংমা উন্নবদা মালিনীনা ডাওখিবা ৱাডাওশিংদু নীংশিংলগা মানা খল্লকই, "মদুসু তাং ভাক্তনি, মথোয়না সুপা খুদিংমকপু মথোয়গী লৌনম হৈরবা ৱাডাও অদুনা শুক্রৎলি।"

মহাক্না ময়ুম য়ৌরগা মাগী ফমাঙদা মথুং ভুংকুপ্পা মক

লূন্না হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা করিগুম্বা রারেপ অমা লৌনবা কন্না হোৎনরকই। অদুদগী ফনা কুইনা চৌকিদা অমুক ফমদুনা লৈ-ক্লরগা খঙহৌদনা মহাক ময়ুমদগী মপাল অমুক থোরক্লে।

মহাক্না মালিনীখোয়গী তুকান মমাঙ য়ৌবদু ফনা য়াম্না মমশিনখ্রে, মী অমগা অমগা মশক খঙনদ্রে, লম্বীগী নাকল অনীমক্তা লৈবা তুকান, অদৈ য়ুমশিংদগী মৈ থানগৎনরক্লে। মালিনীখোয়গী তুকান অদু মমানা অদুম ফমদুনা লৈরম্মী।

অরুণ লৈরক্লোমদা হাইজিল্লক্লে।

মহৌশানা অচৌকপা মালিনীখোয়গী ময়ুম অদু মম্লি মম্লিবা অদুদা থোঙনাউদা মৈগী মঙাল উনা চেক মোক লাউদনা লেপ্তুনা লৈরম্মী। য়ুমগী অরাং অমসুং নোংপোক থংবদা হৌরিবা শম্বৈ, শূমাঙদা হৌরিবা হৈ-লৈ খুদিংমক মম্লি মম্লিবা অদুদা তুম্বক তুম্বক লেপ্তুনা লৈ; লৈনমগুম্বা, মনা-মশাংগী মনমগুম্বা অমা য়ুমগী অকোয়বা অমদি সড়ক্তা নম্মী। অতিয়াদা থরান-মিচাক ফনা য়াম্না মুশি মুশি উবা হৌরক্লে। মালিনীখোয়গী য়ুম-ইংখোল, অকোয়বা অদু মফম পূম্নমক্তগী হেন্না ফজবগুম, মুংশিবগুম, মমল য়াম্বগুম খল্লি।

অরুণনা থোঙ্গাল মপাদা অমুক অনীরক চত্তুনা য়েংবদা শূমাঙদা নূপী অনীথক রারী শাদুনা হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা লৈবা উই। অমম্বা অফুদা মশক শেংনা উত্রবম্ন মহাক্না খঙই মখোয়দু মালিনীগা ইন্দিরাগা শোয়দনা ওইরমগনি। ওহাকী মতুংদা অনীদুগী মসুংদা অমদি থোঙ হাংদোক্তুনা চঙখিবা উই, অমনা

শূমাঙদা অহুম চত্তুনা লৈ। অরুণ শূমাঙদা লৈহৌখিবহ্ন কনানো হায়রবা খঙমীংবনা লাওতরুরকই।

মীকুপ খরগী মমুংদা থাবলগী মঙাল লাক্লে, পূর্ণিমা হুমিৎ-নি। থাবলগী অরুংবা মঙালনা য়ূমগী ফক্লাংদা লংত্রিক লংনা য়ৈরকই, অহুদগী তপ্না তপ্না শূমাঙদা মঙাল শন্দোরক্লে। উ-বা মনা-মশীংগী মমি শাংনা শূমাঙদা তারি। শূমাঙদা চৎলিবা মূর্তি অহুম্মু শেংনা উরক্লে। কি অঙৌবা অমা ইন্দুনা শূমাঙদা তপ্না তপ্না চৎলিবী অহু মালিনী মাল্লি, মরমদি মূর্তি অহু বাংই, মানা ইন্দিরাদগী বাংবা হেল্লি।

ওহাক্কী মতুংদা মূর্তি অহু থোঙথাং তপ্না, শমিন নাইদনা কোম্থোঙলোমদা থোরকপা উরক্লে, অরুণমু কোম্থোঙগী শম্বল্লে মরুমদা য়েংহুনা লৈ। খরা নকশিল্লরুগা শেংনা উরক্লে, মালিনী-গী রাশি লৈবা মায়থোঙ অহুদা থাবলগী মঙালনা লংনা য়ৈবহ্ন। ওসায় সিনেমা স্নেংবদা কেরুবগী খুদম খুদিংমক লৈরি। মাগী লাইবক্কী মথক্তা থোইরপ তৌনা থায়রিবা শম, তরু তরুবা হুংশিবা ঈখৌ লাংবা মমীৎ, খজাই, চীনবান পূম্নমক থাবলগী মঙালদা ফজনা উই।

"মালিনী," অরুণনা কৌরকই।

"হুম, ঐনা ইন্দিরাবু লাইরিক পানবা চঙহনখে।"

মথোয় অনী শূমাঙ মতোন্দা হৌবা মনা পুংবা নবাব পাম্বী অমগী মরুমদা চঙখে।

মানা হায়রবা বাহু থোইনা তাদনা অরুণনা হংলকই,

" মালিনী, সিনেমা য়েংবা চংঙাইব্রা ?"

অরুণগী ৱাহংঙ্ তাবদা মালিনীনা ঙক্না হংলকই, " কমদোনা খঙবগে ঐ সিনেমা য়েংই হায়বা ? "

" ঐস্তু য়েংই, নখোয়গী তুংদা।"

" হায়না, ঐখোয়দি উদে ! "

" উম, করম্না উগনি ? নঙদি রমেশকা থরায় য়াওনা য়ারী শাহ্না লৈ, " অরুণনা অর্থ লৈনা হায়রকই।

মাগী ৱাহ্ তাবদা মালিনীহ্ শকফম থৱা ওনখে।

অরুণনা মথা তারকই, " মালিনী, ঐ নখোয় অনীগী মরমদা করিগুম্বা থৱা নঙোন্দগী শেংদোকপা পাম্মী। "

মালিনীনা নবাব মনা অমা পায়রগা লূকথরগা খুম্নকই, " মহাক ঐখোয়গী ইমুংগী চুম্না মতেং থৱা পাংবা মী অমা ওইবতনি। "

" অদুবু মালিনী ······ , " অরুণনা মাগী পাউথুম অদুবু পেন্দবগুম তৌনা হায়রকই।

" করিনো ? "

" ঐনা মাবু ইচম চম্না থনবা ঙমদে, মহাকপু নখোয়গী কনানো ? "

" কনাস্তু নত্তে।

" অদুদি মহাক্না নঙবু নুংশিবদগী········· নত্রা ? " অরুণনা থোইনা থৌশাদনা হায়দোরকই।

মালিনী ঙহাক্কং খুমফম থঙদনা তূমিন্ন: লৈ, মানা তুমিন্না

লৈবা অতুদা অরুণনা রাখল অমা লাম্না লৌখ্‌ঃ মানা অমুক হায়রকই, " অতুদি মালিনী, ঐস্ন চৎলগে, ঐ পুন্নমক ভাব তারে। "

" ভাইবীখো, ঐ পুন্নমক হায়জগে।"

তাঙ্গা অতুদা মালিনীগী মমাতু কোম্থোঙলোমদগী থাউ অমা পায়তুনা চঙলক্লে।

মহাক উবদা মালিনীতু পাখৎনা লৈশিন্দুনা চঙখ্‌।

মখোয়না রারী শারম্বা মফম অতু কোম্থোঙদগী লম অতুম মরিদং লাপ্না মফমনি। অরুণস্ন পাখৎপগুম তৌনা তপ্না নবাব পাম্বী মখোঙদগী কোম্থোঙগী লম্বী মচা অতুদা থোরক্লে। মহাক্না লীৎপা শংলৈনবা ফুরিৎ অতু মুংদাং অতুদা অঙৌবা ওইনা শেংনা উই। মালিনীগী মমাগা মাগা অতুম থৈনরে। মমানা চিংনবগুম তৌনা লেপ্তুনা অরুণবু লৈতুনা য়েংতুনা লৈহৌই। অরুণদি খোঙথাং থুনা থোরক্লে। মমানা মালিনীবু কৌরগা করিগুম্বা রা থরা খোঞ্জেল রাংনা হায়খিবা তায়। অতুবু মহাক পাখৎপোই করিবোই তৌনা অমুক পম্থরমদনা থুনা ময়ুমলোমদা হল্লক্লে।

মালিনীস্ন তুংথ-মাঙথ মমাগা অতুম চঙমিন্নরক্লে। থৌ-দোক অতু ইফোং ফোংলে।

মালিনীগী থম্মোয়দা মিহুল তিং তিং চোংলকই। মহাক্কী মমাতু মহৌশানা মীফ্‌ য়াম্না থী।

ইমুংদা চঙলক্লগা মহাক্না মালিনীদা হংবা হৌরকই, " কনানো

নুপা অদু ? ”

মালিনী খুমখে।

“ হায়য়ুনহে, কনানো নুপা অদু ? ” অসি হায়দুনা মমানা খঙহৌদনা হোৎচিল্লক্লুনা মালিনীবু মশম ফোয়দুনা মনক্তদা খুমাক্লা, খুত্তুম্মা থাদুনা ফ্‌বা হৌরক্লে।

মমাভ কাদা মৈ ভান্না থাল্লগা লাইরিক পাবোই পাদ-বোই হিকু মাদুনা লৈরিবা ইন্দিরানা, মচে ফ্‌বগী পুপ-পাপ ল্লাউবা মখোলদু তাবদা পাথৎনা থোরক্লে। মহাক্না মমাবু মথুং মশা ফাদুনা মচেবু ফ্‌বদু থাম্বা হৌরক্লে, য়াম্না রানা মালিনীগী মশম ফোয়রিবা মমাগী মথুং অদু থাদোকহল্লে। ফ্‌বা লোইরগা মমানা স্বর থবেং থবেং হোন্না মথুং মশা য়াওনা মালিনীগী মনাক্তা চৈদুনা লৈরম্মী, অদুগা থোকখি।

মালিনীদি ফমুংদা মমায় খুমজিন্দুনা পাকথরগা অদুম লৈখ্রে।

ভহাক্কী মতুংদা মমাদু চৈ-চৈদুনা চাকশঙলোমদা চঙখ্রে।

ইন্দিরাদি মচেগী মনাক্তা অদুম লৈহৌই। মহাক্না মচেগী মশা পায়দুনা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা হংবা হৌরকই, অদুমক মালিনীদি অদুম পাকথদুনা কপ্লুনা লৈখ্রে, করিমত্তা খুমকখিদ্রে।

মমানা ইন্দিরাবু চাকশঙদগী শাউনা কৌরক্লে।

চাকশঙদা মমানা য়েনশাং শেম্না শেম্না ইন্দিরাদা নুপা অদু খঙব্রা হায়না হংবা হৌরকই; ইন্দিরামু কিবোই করিবোই

মহাক ফরিমজা খঙদে হায়না খুম্মী।

ঙুংদাং অহু চাক লোইরগা ইন্দিরানা মচেবু চাক চানবা ফমারক হন্না হায়রৈ, অহবু মালিনীদি থোরকউ হায়বা য়াক্রে।

মহাক চাক চাদনা তুমথে।

৬

নোংমা হুমিদাং অমনি। মালিনীগী মমাহ্ নুপা অমগা লোয়-নবা ময়ুমদা লাকই। নুপা অদু মফি-মরোল নাল্লি, মশম নাম্না হাংলি, মমাগা চহী লেঙ্গা ওইনা ভৌই।

মতম অদু ইন্দিরাগা মালিনীগহু মমাঙগী লাইরিক তৌফম কাদা ফম্মিন্নরি।

" য়ানি, য়ানি, অশোমদা হেক্তা, " মালিনীগী মমাগী মখোল তারকই।

মালিনীগা ইন্দিরাগহু অমগা অমগা মুন্না য়েংনরকই। মালিনী-গী মায়খোঙ অহুনা তূকচবা, অরাবগী ইঙ্গিৎ অমা উৎলকই; ইন্দিরা-গী মায়খোঙ অহুনা ইচম চম্বা অঙকপা মতৌ অমা উৎলকই।

ইন্দিরানা মখোঙ তপ্না তপ্না থাংহুনা পদা মরুমদগী অরাং থংবা কা অহুদা য়েংলুরগা, অমুক মালিনীগী মনাক্তা চঙলক্লগা তম্নকই, "মশক য়ান্না ফজে, ঐখোয়দা অমুক্তা লাকপা মী নত্তে।"

"তুমিন লৈয়ু তানীংদে," মালিনীনা পীশূম শুক্কুনা চৈরকই।

তাপ্পাহল্লা ইন্দিরাবু মমানা কৌরকই।

মহাক ময়াম্বী কা মমদা চল্লগে (মখোয়না কৈরম্বিবা কা অহুগা অমাং থংবা কা অহুগগী মরক্তা লৈ)।

মানা চঙখিবা মতমদা মমানা ইন্দিরাদা হায়রম্লকই, "মে শুরেংখি থরা পোম্‌চো, ঐ চাকথুমদা চঙলগে, নচেদি।"

"ঐগী লাইব্রিক তৌফম কাদা লৈহৌই," ইন্দিরানা খুম্লকই।

"মাসু থুরা থোরকউ হায়হয়।"

"য়ারকওইদ্রা," ইন্দিরানা মচেগী পুক্নীং থজনা হায়রম্লই।

মালিনীনা মমাহু মাবু কৌথোকপা চঙলকল্লা নীংবনি অহুবু মাগী মনাক্তা চঙদি চঙলক্লে। মহাক ইন্দিরাগী লাইব্রিক তৌফম কান্নদা থাম্বিবা ফমুং অহুদা কাংথল থাহনা হীপথে। মহাক তূম্লগে নীংবনি, অহুবু মীং উইশিনরা মলেং মখোয়না, ওাঙলিবা, তৌরিবা থুদিংমক কোক্কনা তাম্ন, (ইন্দিরানা) শরেং অহু ঈশিং য়াওবা পাত্র অমদা হাপ্লগা থাজনা খেৎপগী চোপ চোপ লাউবা মখোল তায়, মমানা চাকখুমদা রা থবা মরক মরক্তা ওাঙলি; অমাং থংবা কা অহুদা মরক মরক্তা খোদেম্বা, নাচ্চতান্দা শুং শুং লাউনা চিংখৎপা, চৌকিদা ফমুংগী ক্রেক ক্রেক লাউবা, লাইব্রিক য়া মুনা ফাকপগী প্রেক প্রেক লাউরা মখোল পুম্নমক তায়।

ওহ্যাক কৈরগা ইন্দিরা ভা শেম্বা লোইরজনা ফি অমদা মখুং কৈথোক কৈথোক্তা চঙলগা হংলকই, "ইচে, নঙ তুম্লব্রা?"

"ভূমত্রি," মালিনীনা কাওখল মমুংদগী খুমকই।

ইন্দিরা অছু চৌকি মথক্তা ফমথে, অদুগা পিকচরপোষ্ট অমা ফাক্তুনা য়েংলকই।

মমানা নূপাগা লোয়ননা চঙলকপা মথোয়না মহৌশা তত্তুনা থেংনখে। ইন্দিরাদি মহুদা থোইনা থন্দে, হান্নগী হান্না অন্না অন্নানি; অদুবু মালিনীদি ওসি মপুক্কীংদা মমাবু কন্না নিন্দা তৌনীংবা পোক্লকই।

মচেনা অঙকপা মতৌ অমগা লোয়ননা হীগুনা লৈখিবা অদুদা ইন্দিরানা কাওখল হাইদোরক্লগা হংলকই, "ইচে, নঙবু কৈদৌরবগে?"

মালিনীদু কপ্পগুম তৌনা ফিনা মমায় তৈথোক্তুনা লৈ।

মহু উবদা ইন্দিরানা অমুক থৌহুনা হংলকই, "কৈদৌ-রবগে ইচে?"

"ইন্দিরা, নঙ অসিগুম্বা পুন্নী খুংলেন অসি য়ানীংলিত্রা?" মালিনীনা হায়রকই।

ইন্দিরা চঙক্লনা মচেদা য়েংহুনা লৈ।

মালিনীনা অমুক মথা তারকই, "ঐনি অমুক থাওবা ওয়রোই, হৌজিক্তি মতোন্দা কোংনা হায়রগনি, অসিগুম্বা থবক অসি তৌদনবা, নত্রবদি ঐ য়ুম অসিদা অমুক লৈররোই।"

ইন্দিরাহু মচেগী ৱাহু তাবদা থবায় ৱারকই, মুমিৎ অদুদা অহানবা ওইনা মথোয়গী ইমুংদা করিগুম্বা অকায়বগী মরি অমা লাক্লবগুম নীংলকই; নহানমথৈদি মচেনা পুক্নীং ফাথহুনবু ওইরবমু

নত্রগা রাথল থল্লমদবনা ওইরবসু অহুগুম্বা রা অহু নোংমত্তা মঙোন্দা হাম্নরিদে।

মালিনীহু কমুংদগী তপ্পা হৌগৎলক্লে, 'কাওথল হাইদোক্কনা কমুং মচীদা ইন্দিরাগী মনাক্তা লখোও য়াম্হুমা কয়ে, অহুগা মনাউনুপীদা থোক্লিবা থৌদোক অহুগা মরী লৈননা নুপী ওইবীগী লীচংকী, মখোয়বু ময়াম্না করম্না থনবীবগে হায়বগী, মখোয়গী তুংগী পুন্সীগী মরমদা ওাংবা হৌরক্লে। ইন্দিরাদি মচেনা ভাওবা অহু থোইনা ভাব তা্দনা অহুম তাহুনা লৈ।

মতম অহুদা মমানা মখোয়বু চাকথুমদগী কৌরক্লে।

মালিনীদি লৈহৌরে, ইন্দিবাদি চওখে্।

ইন্দিরানা চওবদা মমাহ্ চাকথুমদা স্তিলগী পুথম অপাকপা অমদা চাক থিদ্হনা লৈবম্মা। স্তিলগী পুথম-তেঙ্গোৎ, জগ, গ্লাস অসিনচিংবা ৈলতেংগী ওইবা ফজবা পোৎ থরা মমানা সুমিৎ থুদিংগী শীজিন্নদনা অলমারী মনুংদা হাপ্তুনা থম্মী; অসিগুম্বা পোৎশিং অসি মীতোপ লাক্লবা মতমদত্তা পুথোকই। ঙসিসু অসিগুম্বা স্তিলগী পোৎ-চৈশিং অসিনা চাকথুম অহু ইরং লংনা উই। মচু মচুগী লৈবোং লোনবা ফজববা চাকচা ফিদা অমসু পুথোক্কুনা থম্মী।

নুপা অহুগী চাথরবা থোরাও থুদিংমক তৌবা লোইরগা মমানা মালিনীবু চওশিল্লক্কুনা কৌররে। মহাক চাক চাবা থোরকউ য়াত্রে।

নুপা অহু চাক চাবা তোক্লগা মখোয়গী ময়ায়গী কাদা থাবা

চৌকি অমদা চুরুট থক্কুনা ফমদুনা লৈ। ইন্দিরাদি থোইনা ইকাইদনা মাবু মুন্না মরক মরক্তা শুক্নংপশুম তৌনা য়েংই। নূপা অদু মশা নোয়পেল্লি, মমায় কোয়দানৈ, মনাতোন থজিক্তুং চাউই, মমীৎ ইতুক তুকথৈ (তৌগে হায়বা অমা য়াওনা), মথুৎ ওইগী থূৎনীংথৌদা সনাগী থূদাপ অমা শি, থূদাংদা সনাগী ঘড়ি মরী অমা শি। ইন্দিরানা মনা ক্তা হঙ্গং-হন্দা থবক নোম্বা চৎপদা মঙোন্দা কৌনীং কৌনীং তৌরকই। মহাক তৌফম থঙদবগুম তৌনা চুরুট অদু অমমুক লোইথ্রগা অমমুক চম তৌদুনা থক্কুনা লৈ।

অমুক্না ওহাক ফম্নবা মতুংদা নূপা অদু মমাগা করি করিনো ৱারী থরা শারগা মথোয়দগী হনথে।

ইন্দিরাসু মাগী কাদা চঙথে।

হুমিৎ অহুদগী হৌনা নূপা অদু মালিনীথোয়দা হেক হেক লাকই। নূপা অহুগী মমিং রবি কৌই, শেল য়াম্না পায়বা ঠিকাদার অমনি, নূপী কয়া থিরবা মীওইনি। মঙোন্দগী মালিনীগী মমা রমানা পৈশা কয়া লৌথোকই। মহাক্তা নাবা ফরবা মতুংদা মীগী অতোনবা পৈশা কয়া শিংখিবা অদু মীশক অহুনা পীবা ঙাক্তনি। মহুগী মরম অমা লৈ। মানা মালিনীবু নূপা অহুদা পীনবা থৌরাঙ তৌই।

নোংমদি মালিনী মমাগা তিন্নবী লৈকাইগী নূপী অমনা

তম্লকপদগী মহাক মমাগী অয়োনবা থৌরাও অহু থওলে। নুপী অহুনা হায় মাবু মমানা পৈশা লৌরগা ৱবিদা পীখিগদৌরে। মহাক ব্রা অহু তাবদা থোডদগী তোন ফাওবা নীকথে, খুদক্তুদা মমাবু ভাবনা অকিবগী শক্তম ওইনা উৱকই, হলোইবগী ব্রাথলনা মাগী মকোক্তা পীক থল্লকই।

মালিনীনা ময়ুমদা লাক্লগা ফমুংদা ফমহুনা লৈরিবা মমাদা মমীত্তা পিরাং চেন্না হায়ররে, "ইমা, ঐ গুসিদি নডোন্দা ব্রা অমা হংগে।"

"করিনো?"

মমাবু শাউনা য়েংলগা মালিনীনা হায়রকই, "হায়য়ু ইমা চুম্ব্রা, নহাক্লা ঐবু ৱবিদা পৈশা লৌরগা ............?"

মমাহু মডোন্দা মরাল লৈরবা মীগুম্না চঙকনা য়েংলকই।

মালিনীনা মমাগী মৱেঙবানহু নোম্লগা থৌহুনা অমুক হংলকই, "হায়য়ু ইমা, অশেংবা ব্রা অমা হায়য়ু। করিগী তু-মিন্না লৈরিবনো?"

মমাগী মরাল লৈবা মতৌ অহুনা অমুম্না হায়বগুম তৌই, "ব্রাফম অহু অচুম্বনি।"

মালিনী মচীনবান থক থক নীক্লা মমীত্তগী পি শিন্থনা শমথরকই, "হায়য়ু ইমা, হায়য়ু নহাক্লা পৈশা কয়াদা ঐবু য়োম্হোক্লবগে?"

মালিনীনা ফমুংদা মমাগী মনাক্তা ফম্লগা মমাগী মপাম্বোম পায়রগা নোমহুনা ব্রাহং অহু হম্না হম্না কপ্তুনা হংলক্লে।

" ভাইখো মালিনী, নহাক ঐগী ৱা খরা তাঁখো ··· ।"

" ভাৱারোই, ঐ তাৱরোই, ঐ নঙগী অতৈ ৱা অমুক তা-ৱরোই, ঐগী ৱাহং অসিগী পাউখুম পীযু," মালিনীনা মরক খত্তুনা হায়রকই, " ঐ খঙলে, নহাক ফত্রবী নুপী অমনি, নহাক্না শেলতবু মুংশি, পুম্নমক্কুগী শেলবুনা লুনা খল্লি'। ঐসু ঙসিদগী নঙগী কনাসু নত্রে !"

রমানা মীগী পৈশা য়াম্না তোনবা, মচানুপীবু ৱবিদা পীবা য়াখিবগী থৌদোক অমা লীগে তৌবকই, অদুবু থংনবা মীক্পুগা মহু মচীনবাম্না কাঙখোকপা ঙমদহুন নুংগী মৃত্তিগুম তুমিন্না লৈখে।

মালিনী মমায় থুম্লগা কপ কপ্পুনা মমাগী মনাক্কুগী হৌগৎলগা মাগী কাদা চঙখে।

মালিনীহু কমুংদা মোন্দা পাকথবগা মমায় উপশিন্দুনা মখোল থোক্না হীক হীক কপ্পুনা লৈরে।

মহাক্কী মমাহু মাগী কাদা চঙলক্কুনা ফমুং ময়াদা লেপ্লগা মাবু শোন্থাঙননা কৌরে, " মালিনী !"

মালিনী থুম্লক্তে, হায়গী ফীবম অদুদা অদুম লৈ।

রমানা ফমুংদা ফমথরগা তপ্না ৱা খরা থপ্পুনা হায়রকই, " মালিনী, নঙোন্দা ৱাকম অহু কনানা হায়জিনবীবক্লিবনো ? ঐনা নহাকপু করিগী ৱবিদা পৈশা লৌহুনা য়োম্লুগদগে ? ৱবিনা ঐখোয়গী ইমুংদা চুম্না শেলগী মতেং ফঙা পাংলকপহু নহাক্সু খঙলিবহুনি।"

মমানা ভাওলিবা অদু নমথাক্লি হায়বা মালিনীনা খঙই। মহাক্না কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ওক্রে, ইমা, ওক্রে তোক্লো! মদু ঐ ভানীংদ্রে।"

রমানা ফনা কুইনা চমম্নবা। ফমুংগা মচানুপীগী মনাক্তা ফমদুনা লৈরম্মী, অরেম্বদা মাবু থেমজিন্নবা হোৎনরম্মী, অদুগা থোকখি।

মুমিদাং থেঙনবা ফাওবদা মালিনী ফমুংদগী হৌগদ্রে। মমানা মমায় মক্লা মরাল লৈরবা মীগুম্না মাবু চাক চানবা হন্না হন্না হায়রবা ফাওবদা মহাক হৌগৎলক্লে।

মহাক্না ফমুংদা হীপ্পা হীপ্পা কপ্পগী মোন অদু পূমচোৎ চোৎলে, মহাক্না খল্লু খল্লুরগা মপূক্কীং অম্মুম থুংশিরকই। মহাক্না মমাবু কয়াদা থুংশিজবা, মহাক্না মডোম্দগীমু কয়াদা অচৌবা থুংশিবা অমা ফংলি হায়না আশা তৌরম্বা! অদুগা অমরোমদা মমানা শীল্লম্বা মিথুংশি য়াওদবগী খুজিল! পূম্নমক অদু খল্লুবদা মহাক অম্মুম লেপ্পা লৈতনা কপ্পীংলকই।

ওহিং অদু মালিনী মীৎ বক্লা অমতা তুম্দনা হৌখ্রে। নোংঙাল্লগা মহাক মমীৎ-মমায় ইপোম পোম্মা হৌগৎলকই। ইন্দিরানা মদু উবদা খরা ঙকই, অদুবু মহাক মচেদা মদুগী মরমদি থোইনা হংলক্লে।

মুমিৎ য়ুংবা মতমদা ইন্দিরানা রমেশথোয়গী তোটি মখোঙদা ফি শূরিঙৈদা রমেশনা মনাক্তা লেপ্লগা হায়রকই, "ইন্দিরা, নখোয়গী মালিনী লুহোংগদৌরে হায়না?"

" কনাদা ?" ইন্দিরানা কি অঙৌবা অমা বাপটিন অমগী মমুংদা থাদোক থাদোক্না মঙোন্দা ওক্না য়েংলদুনা হংলকই।

" রবিদা।"

" চরোদা, কনানা হায়রিবনো ?" ইন্দিরানা রমেশনা ঙাঙলিবা অদু ফাগী ওইনা খন্দুনা নোক্কুনা শুগৎলগা হায়রকই।

" অওইবনি ফাগী নত্তে, নখোয়গী ইমানা মাবু রবিদা পীরগনি হায়না মীনা ঙাঙৈ।"

ইন্দিরাদু মানা ঙাঙলিবদু করিমতা অদুম থাজদে, রমেশনা মচেবু মুংশি হায়বসি মাসু খঙই। মুংশিবা মীনা কনাগুম্বা মী অমবু মরম চাদনা হেক্কা চিংনবা অদুগুম্না রবিনা মখোয়দা লাকপা অদুদা মানা চিংনরিবনি হায়না ইন্দিরানা খল্লি।

অদুবু মহাক্না ময়ুমদা লাক্না লাক্না মচেনা অয়ুক মমীৎ-মমায় ইপোম পোম্না ফমুংদগী হৌগৎলকপা অদু নীংশিংলকই; রাফম অদুগী মরমদা মহাক্না মচেনা খঙহৌদনা হংনিংলক্লে।

মানা ময়ুমদা লাকপদা মচেদু ফমুংদা অদুম লৈরম্মী।

মমাদি ওসায়না চাকওন চাদুনা তুকান ফম্বা চৎখ্রে।

ইন্দিরানা মচেগী মনাক্তা চওদুনা মদুগী মরমদা তক্কুন হংলক্লে। মালিনীনা অকোনবদা মপি তৈথোক্লদুনা হায়রকই, " ইন্দিরা অচুম্বনি ! ইমানা ঐবু পৈশা লৌরগা য়োম্থোক্লে ! ঐ খঙলে ঐখোয়গী ইমানা ঐখোয়বু করিস্নু মুংশিদে !"

ইন্দিরাদি রবিবু মতীক মগুণ লৈবা মী অমনি হায়না খল্লি, অদুগা মহাক মঙোন্দা থোইদোক্না শুম্মাংনা থোকপা মীশব

অমনি, অহুবু মচেগী পুক্নীংগী ফীবমহু খঙনা মানা হায়রকই, "ইচে, মহুদা করি ৱানীংঙাই লৈ? নঙনা নীংবা অমা তৌখ্রগা লোইরে।"

মালিনীহু করিমতা খুয়ক্তে।

৭

নোংমা মুংপিল অমা কুমারহ্ন কোহিমাদগী থোবকপদা রমেশ-থোয়দা কোয়থোরকই। মহাক্না লুনা তিন্নবকপা রমেশপু মুংশি অহুগা অমুকম্ম মথোয়দা লাক্লগা মানা মহৌশা থৱায় তানা মুংশিখিবা ইন্দিরাবু হেক হেক উবহ্ন মুংঙাইবা পোকই।

কুমারগী মথোল তাবদা রমেশনা ইমুংদগী কৌরকই, অহৃবু মানা থোরকপা নংব্রিঙৈদা কুমারহ্ন মাগী কাদা চওলক্লে। রমেশ ফমুংদা হীপ্পুনা লৈরম্মী, মহাক্না হৌগৎপা নংহৌব্রিঙৈদা কুমার-না হায়রকই, "করিনো হৌজিকপু তূম্লিব্রা?"

"তূমদে।"

মহাক মায়থোঙ ইমক মক্না উই, মমীক্তু খরা পোমখৎ-পগুম তৌই। মহাক্না ফমুংদগী হৌগৎলগা কুমারবু চৌকি অমদা ফম্নবা হায়রকই, অহুগা ফমুংদা ফম্নহুনা হংলকই, "কৈদৌঙৈ থোরকই?"

"নহান থোরকই," কুমারনা খুম্নকই।

ৰমেশকী অনোয়বা মমায় অহু ময়েং তাই, মমীৎ অহু কূৎশিল্লি, মাগী হরাউ হরাউবা মাংথোক্তগী মতো অহু ওসিল্লি উদে। মাবু উবদা কুমায়না খঙলে, করিগুম্বা সুংডাইতবা থৌদোক অমদি থোক্লে।

ৰমেশনা ৱাবী শাবা হৌবা ওইনা হংলকই, "কৈদৌউডে অমুক চৎকনি?"

"থৱা নৈরগা চংকনি," কুমারনা হায়রকই, "কমদৌ-রিবগে নঙবু? মালিনীনা কমদৌবি?"

মহাক ৰমেশনা মালিনীবু সুংশি হায়বসি খঙই।

মালিনীগী ৱা পায়রকপা অহুদা ৰমেশতু অমুক হেন্না শক-ফম হঞ্জিনথি। মহাক্না সুংডাইতনা হায়রকই, "কুমার, মহাক ময়ুম থাদোক্তুনা চৎলে, সুমিৎ হুম্নিগী মমাঙদা।"

কুমারনা মমীৎ লাংডথোক্লতুনা হংলনই, "মালিনীবু! কদায়দা চৎখ্রবা?"

"মাগী মমাসি মহা ফত্রবীনি! মহাক্না মাবু কয়াদা মিন্নুংশি পোকথিদ্রবা!" খঙহৌদনা ৰমেশকী মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লগা হায়রকই, "মহাক মমাগী ফত্রবা থৌশীল অহু খঙলতুনা তুমিন্না চৎখ্রবনি!"

"করি থৌশীলনো?"

"মমানা মাবু পৈশা লৌথোক্লগা মগোয়না হেক হেক লাকপা ঠিকাদার ৰবিদা পীনবা থৌরাঙ তৌই। থৌরাঙ অহু খঙবদগী মালিনী ময়ুম থাদোক্তুনা চৎখ্রবনি।"

"অহুদি হৌজিক মহাক মফম কদায়দা লৈরিবগে ?" কুমারনা থৱায় ৱানা হংলকই।

"মফম খঙদে, অনকপা অসিৱাইদদি লৈত্রে, লৱায়দা মথোয়গী মরী-মতাশিংগী মনাক্তা লাকপ্রা হায়দুনা হংগদবা মঙায়।"

"ফত্ত-ঙ্গংদা থোক্লমদবা ওইসনু !"

"মহুনি ঐনা খল্লিবা !" রমেশনা মকোক নোম্থরগা মমীত্তা চেল্লিবা পিগী ঈরা অহু খঙহন্নীংদবা মওঙদা লৈথোক্লগা হায়রকই।

কুমার অৱাবা ফোঙদোকপা ওইনা থোক্লিবা থৌদোক অহুগী মরমদা ৱারী শারগা অমম্তুং মতৌ করম্না কদায়দা থিগদগে হায়বনচিংবা ৱাফম খরা তাম্নরগা রমেশথোয়দগী হল্লক্লে।

মহাক্না হল্লক্লগা ময়ুমলোমদা চঙলমদনা অরুণথোয়দা চঙহুনা মঙোন্দা মালিনীগী থৌদোক অহু তম্লকই। অরুণগী পূক্নীংদা মালিনীবু চিংনখিব। অমম্তুং মথোয়গী ইমুং-মচুংগী ঋীবমগা মরী লৈননা খনথিবা ৱাথল অহু কোকপা ঙমদ্রবস্থ মালিনীগী থৌদোক অহুদা অৱাবা পোক্লকই।

কুমারনা চৎথ্রবা মতুংদা অরুণ ৱাথল য়াম্না খন্দুনা লৈহৌই। তূম্নমদাইদা মহাক্না মালিনীগীদমক্তা খন্দুনা থৱায় ৱানা তূমথখি। অহুদগী মহাক্না হেক তূমথখিবগা মালিনীগী মরমদা মঙ অমা মঙবা হৌরক্লে। মঙ অহু অওইবগুম্না শেংই। মালিনীহু অৱাবা শকফম অমদা থজাইদা পিগী ঈরা শিন্থনা স্বর ফূরনা

হোল্লহনা মাগী মনাক্তা লাক্লগা হায়রকই, " ঐ অদোমগী নাক্তা চেম্লক্রবনি। " মহাক্না ওক্না মালিনীবু খোঙদ্গী তোন ফাওবা য়েংলকই। মহাক মখোঙদা খোঙউপ তোংদে, মঙ্গুনরবা ফি ঙাক্তা শেংলি। মাগী য়াশি লৈবা মায়খোঙ, উইথরপ তৌবা মমীৎ, পুক্লীংগী ইহুলনা হেনমনথিহনা য়া অমতা ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা তনিক তনিকপা চীনবান, লাইবক্তী মথক্তা ময়াম্ন থায়-হনা হাৎলিবা খোইরপ তৌবা শম পুম্নমক শেংনা উই। মাম্নু চমম্লহনা মীকুপ অহুদা মালিনীদা য়া অমতা ঙাঙফম থঙদ-থগুম তৌনা লৈ। মালিনীনা মাগী পাম্বোমদা ঙাথহনা থরায় শোক্লা হীক হীক কপ্লকই। মঙ অহু অহুক্তী মতীক শেংনা মঙই মহুদি মাগী মপাম্বোমদা ঙাথহনা কপ্লিবা মালিনীগী অশাবা মীৎকী পি অহু মশাদা ফাওরকই। ভাঙ্গা অহুদা মহাক মী-কপ খঙহৌদনা খোরক্লে। মানা থৌদোক অহু মঙনি হায়বা ফাওবা থাজদনা স্বরমপী হোল্লকই, কাগী অকোয়বদা য়েংলকই, কাগী মৈহু মুশি মুশি অহুম থাল্লম্মী, ফক্লাংদা থেংলিবা ঘড়িদা পুং তরানীথোই তাবগী পুংজা য়ৈরম্মী। মাগী মপাম্বোম অহু মশামক্তী অশাবা মীৎকী পিনা চোংলম্মী। মহাক্না মোল্দা মমায় অহু নাক য়েং চেপ্তুনা অম্নাবগী মৈচাক অমা থাঙলকই। মঙথিবা মঙ অহুগী ফল অহু মাগী মকোক্তা কুইনা নৈহনা লৈ। মহাক অমুক তুমথবা য়াদ্রে। অম্নুম তৌনা মহাক অহিং অহু নোংঙানবা ফাওবা মীৎ কল্লা অমত্তা উইশিনবা য়াদ্রে।

নোংঙাল্লগা মানা মালিনীগী মরমদা তাবা য়াবা পাউগী

মরমদা খনবা হৌরকই। অহানবদা মানা ইন্দিরাবু নীংশিং-লকই, অদুবু হৌজিক কালেন ছুটি থাখ্রে, মাগা উন্নবা উপায় লৈতে। অস্নুম্না মালিনীগী মরমদা অবেপ্পা খওদনা খোয়রাঙ খোরশাউননা মতম থরা হৌখ্রে। মবক মবক্তা মহাক মালিনী-খোয়গী লৈকাইদা চত্তুনা য়েংলুই, অদুবু মহাক্তি লৈবা উদ্রে। মখোয়গী ময়ুম ইংখোল অদু মাগী মমাত্তা পুমহাঙ হাঙনা উই। মখোয়গীদা চৎলুবা মুমিৎ অদু মহাক কমুংদা লোংখাক লোংনা হীগুনা কুইনা য়াখল তৌদুনা হেক হেক লৈ। হৌজিক মাগী মরূপ কুমারস্মু অমুক কোহিমাদা চৎখ্রে, মাগী পরীক্ষাস্মু লোই-খ্রে, য়াম্না নাইত্তোম তাবা পুন্সী মথল অমা লেনবা হৌরক্রে।

নোংমদি কালেন ছুটি লোইরগা স্কুল কানরকপা মতমদা অরুণনা ইন্দিরাগা উন্নবা চৎলুই। ইন্দিরানা মওোন্দা তন্নকই মালিনীছু পান্দৈদা লৈবা মখোয়গী মন্দোমদা অমগী মনাক্তা লৈরে।

পাউ অদু তাবদা অরুণ নুংঙাইবস্মু পোকই অদুগা অৱা-বস্মু পোকই। মালিনীগী অবেপ্পা অমা খঙবা, ববিগী মথৃত্তগী নাম্মোকথিবা অদুগীদমক নুংঙাই—অদুগা অমরোমদা মাগা কায়নবগীস্মু য়ায়। অদুগা থংনবা মীকুপ্পা রমেশকা মপোয় অনীগী মরমদা খল্লুরগা মানা থরায় য়াবা অদুগীদি মরম চা-দবগুমস্মু খল্লকই।

মালিনী চৎখ্রবা মতুংদা ববি অহ্ রমাগী মনাক্তা হেক হেক লাকই—মচানূপী অহ্ মঙোন্দা পীগনি হায়হ্না নমথাক তৌবনি হায়না শাউবা, চৈবা, কিহনবা, পৈশা থৌবা অসিন-চিংবা কয়া তৌই। রমানা করিগুম্বা উপায় অমা তৌহ্না মালিনীবু মঙোন্দা পীগনি হায়না থেমজিল্লি।

অম্নুম্না নোংমা নোংমা চৌপ্রে। ববিস্নু মখোয়গীদা লাকই। খরা লৈরগদি মাগী অশাউবগী খর' ঈংথখিবগুম তৌরে, মহাকস্নু ইমুংহ্নগী মরু ওইবা মীশক অমা অমুক ওইরে। মালিনীগী মমাহ্ থজিক্তুং ঙকপা পোকই। ববিগী হান্নগী মিন্নুংশি য়াওদবা লীচৎ অহ্নগা হোংলক্লিবা লাচৎ অচগা য়ান্না থৈরে, অহ্নবু মানা চন্না থল্লি, মখোয়গা অম্নুম তোংন-তিন্না তৌবা অহ্না মরম ওই-রহ্না মানা মখোয়বু হৌজিক মিন্নুংশি পোক্লক্লে। মহাক মহ্-গীদমক মুংঙাইবা পোকই। মরক মরক্তা ববিহ্ মখোয়দা লেকই। মানা ইমুং-মন্নুংগী অরাং-অপা পূন্নমক য়েংশিন্দুনা য়ুমগী য়ুমুরেল শাবা মঙঙ অহ্না মাগী পূক্নীংবু লুমহল্লি। নূপী ঙাক্তা পানখ্রা ইমুং অমদা নূপা অমগী দরকার অহ্ মহাক্না মেনশিনখ্রে। মালিনীগী মমাহ্ চুকান্দা পোৎ-চৈ মরাং কায়না পৈহ্না কম্লে। মহাক অহানবদা মালিনীগীদমক্তা থরায় রারম্মী, অহ্নবু হৌজিক্তি মহাক মাগী লৈকয়চিংবা খঙলবা মতুংদা থোইনা অমুক রাকল্লে।

অহ্নবু মতম খরা লৈরগদি অঙকপা থোদোক অমা থোক্লে। ইন্দিরা নোংমা ববিগা বাজারদা কি লৈবা চৎমিন্নথিবদগী হল্লক্লে। ববিনা মখোয়বু লূনা চান্না তৌবা হৌরকপা মুমিৎ খরনিহ্

মখোয় অনী খাঙ্না লোন্দিন্না উই, মুংশিনবা মাঙ্না ফিরোল লৈবা, কৈথেল কাবা, সিনেমা য়েংবা য়াম্না তোয়না চৎমিন্নে। মমানা মতুদা চন্না হুরাউরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি মহাক খঙলক্কে মতু ৱবিগী তমথিৱবা শরো অমনি। মহাক্না খঙই মালিনীগা মায়ত্রবী মাগী মচানুপী ইন্দিবাতু ববিগী সনা লুপা, অকে-অরংগী পোৎ কয়াদা মমীৎ থক্লবী, রাখল তয়াং-তশোইবী নুপীমচা অমনি। মহাক থোৌদোক অদুদা করিম্মু তৌনীংঙাই উপায় লৈত্রে।

মমা হৌজিক অৱাবা নাইতোম তাবা ফীবম অমদা লৈরে, মরক মরক্তা নাবম্মু লেপ্তে। মহাক্না নোংমা পাক্লেদা চত্তুনা মালিনীবু লাক্কবা হায়রুরে, অদুবু মহাক মায় পাক্তে, মালিনীনা লাকউ য়াদ্রে। হৌজিক মাগী পুক্নীং য়াম্না পীকশিল্লক্লে, মাগীনি হায়রবা কনা লৈত্তবগুম থল্লক্লে। মচানুপী অনী মনাক্তা লৈম্নি-ডৈদা লেনবা পুন্সী অদুগা হৌজিক্কী পুন্সী থুংলেন অসিগা য়াম্না খেন্নরে। মমা নীংলবী মালিনী—মাগী নাবা-য়েকপা থুদিংদা পুক্নীং চঙনা সেবা তৌবী, ইমুংগী থবক-ইথাং থুদিংমক পান্নকবা তৌদনা মপৃ ফানা পুবীনি; অতুগা অমরোমদা ইন্দিরা—মাগা হাইকেৎ মান্নবী—করিগীনো মরম খঙদনা মমানা খাম্না লুনা তৌবী, মাগী চরাঙনবা লৈকাইগী রারী, মমান্নবগী রারী—মচীন লেপ্তনা ঙাঙবা রারী কয়ানা মমাগী ছুকান কুম্নকপা মতমদা পোথাকম ওইবীনি—অদুবু হৌজিক্তি পুম্নমক্তু কদায়দা চৎখ্রে? উল্লুরাইমুক চীকখ্রে। চাকঙন চারগা ছুকান কাখিবদগী

মুংদাং হন্নকপদা ইমুংগী থবক-ইআং পূন্নমক মাবু ঙাইহন্না লৈরম্মী। মথন্তা খোংলগা চাবা চারা অদু য়োৎপা য়াদে, চাকলুক হেক উবগা থুক লাউই, মচানুপী অনীমা ইচাউ চাউনা মনাক্তা লৈরম্বা অদু নীংশিংলুরগা কপ্পীংলকই। মাগী পুন্সীদা অসিগুম্বা মীকুপতি অমুক্তা থেংনখিদ্রি! মহাক্তা পুন্সীগী মী-কুপ খরদা অমুক অমুক শেংফাত্তনা খনখি মত্তদি মাগী মচানুপী অনীমক নোংমদি মাবু থংদোক্নুনা চৎখিগনি—অদুবু হন্দক্কী অসিগুম্বা ফীবমদদি নত্তে। হন্দক্কী অসিদা য়াম্না নীংঙমদবা, নীংবা থুংদবা, অৱাবা ৱাখল অমা য়াওরি। মহাক হৌজিক্তা খরা খরা খঙলকপগুম তৌরকই মহাক অম্সুক্কী মতীক মশাগী মুংঙাইবা কাহেন্না থিরুরে, অদুগা অচুম অন্নান, ধর্ম্ম, হৌন-লোনচৎকী ৱাফম করিমতা খঙলুদ্রে, মচাশিংগী পুন্সীগী মরমদসু অতোপ্পা ৱাখল অমা চঙলুদ্রে। মাগী মুংঙাইবা কায়দ্রিবমথে মখোয়গা পুন্সীদা অদুম পঙহিং হিংমিন্নবা, পঙলেন লেনমিন্নবা—শন্না হায়রবদা মাগী মুংঙাইবদা অপনবা পীরক্ত্রিবমথে মখোয়সু মখোয়না হিংনিংবা মওঙদা হিংহনবা অসিনি মাগী ৱাখল, মত্তুনা মচাশিংদা কয়া য়াম্না অকায়বা পীবগে হায়বগী ৱাখল তৌরুদে। অদুবু অৱাবা ফীবমদা তারব, মাগী নাক্তা কনাসু লাকপিদ্রবা, মথন্তা শূদ্র-নোমজবতনা হিংবা তাররুবা মতমদা মশেল মরাল ওইনা মাগী দোষ থূদিংমক খঙজরকপগুম তৌরকই। অদুবু পুন্সীদা ধর্ম্মগী ৱারক লীপুন্না পুনবা, ইশাগী নিয়ম ঙাকপা হায়বসি মতম শাংনা হোৎনগদবা অমনি। মী অয়াম্বনা তৌনবগুম মহাকসু

করিগুম্বা পুন্সীগী মীকুপ্তা ভাব থংতা তাজরকপা য়াওরকই, করিগুম্বা থরদি শোয়রে হায়রবা থঙলকই, ঈচেলগুম্বা পুন্সী অসি ঈয়ম পীদনা চেন্থনীংবা মায়কৈদা চেন্থখে, হায়বসি থঙ-জরক্‌না অচুম্বা লম্বীদা খোঙ থাংজিল্লগে থম্লি, অহুবু কদায় ! হৌন-লোনচং, ধর্ম্ম, চংনবীগী থৌওঙ অসি মাগী মুংঙাইবগী মায়য়োক্তা লৈ; অশুম্বা মতম থরা লৈরগদি য়াথঙ ইন্তাউ তাউনা মহাক হায়রগী মশাগী মুংঙাইবা খিবা লম্বী অহুদা অমুক খোঙদাথি।

# ৮

মাঙ্গিনীনা হৌজিক লৈরিবা মন্দোমচাখোয়গী য়ুম অছু সড়ক অচৌবগী মমাঙলোমদা লৈ, ইংখোল অছু কৌবীলা, হৈনৌ অমস্তুং থৈবোঙ পাম্বীশিংনা কোয়শিন্দুনা ঈপূং পূংনা হৌই। তিন্না কূপ্পা মখোয়গী য়ুম মচা অছু পাম্বীশিং অছুগী মরক্তা পীকতন্না তঙ্কু তঙ্কু উই। নোংপোকলোমদা অশংবা নাপী হৌবা লম্পাক অমনা পাক্কা শন্দোক্তুনা লৌবূক্তা তাইননা লৈ, লৌবূক অছুনা অথাপ্পা অশংবা চীংখোঙ থেংবা ফাওবা শন্দোক্তুনা লৈ অশংবা অতিয়াগা তাইনবা মতোনছু শেংনা উরিবা, করিগুম্বা মফমদনা লৈচিল-নোংফাইনা কূপ্লিবা চীংশিং অছু য়েংবদা থোই-দোক্না পূক্নীং শুম্মৎনীংডাই ওই। নোংপোক পাংনা শন্দোক্তু-না লৈরিবা থাঙ্গপাৎ মানবা ( ময়াম্না লাইরম হায়না খঙনবা ) পাৎ অছু মতম চুপ্পা থম্না অমস্তুং কৌনানা মপালগী অথেনবা জগাদা থম্না শংত্রিক শংনা হৌই, মরক মরক্তা অঙৌবা, অঙাঙবা থম্বালশিং শাংলি। মপান্দা হৌবা কৌবীলা পাম্বীদা চুন্না শাংপা

সনামচুগী মপান অদু অথেওবা ৱসন্তগী, মতমদা থোইদোক্না পুক্নীংহুনা নীংথিজে। সন্ধ্যাগী মতমদা অঙৌবা নাপী অমসুং থম্না মনম নম্বা মুংশিং শীৎলকই।

মুমিদাং থাবল ফবা মতমদা মালিনী করিগুম্বদা মাঙোন্দা ফমহুনা নত্রগা শুমাঙদা চত্তুনা লৈ। অথাপ্পা চীংদগী লমহূইনা কপলাউবা খোঞ্জেলদা খোংলকই। মহু তাবদা মহাক মরিং মরাংবা কিবগুম্বা ৱাথল অমা হেক হেক পোকই, অহুবু প্রকৃতিগা নক্কবগী মুংঙাইবা অমদি ফাওই। মহাক্না মুমিৎ থরনি মকম অসিদা লৈরকপদা পুন্নীগী অমুক্তা ফংথিদ্রিবা মুংঙাইবা ৱাথল অমসু পোকই, অহুগা মীৎকী পিম্নু তত্তুনা শিহৈ—অশেংবা, অচুম্বা, ফজবা প্রকৃতিগা লৈমিন্নবগী মুংঙাইবা, অমরোমদা ময়ুম থাদোকপগী অৱাবা অসিনি।

হৌজিক মহাক মন্দোমচাগী ময়ুম অহুদা লৈবগী মুংঙাই-ভবা থরম্নু লৈ। মন্দোমচা অহু কয়া য়ুগান হৈবা নূপী নত্তে, য়াম্না ইশৌ লাংই, অহুগা মথুরা অহুনা মুমিৎ চুম্না য়ু থক্তুনা, জুৱার শান্নহুনা লৈ। মথুরাহু লম অহুগী এল,পি, স্কুল অমদা ওঝা ওই। মহাক্না য়ু থক্লুরগা লাউ-থোংবা, চৈ-থাংবা, মন্দোম-চাবু ফু-চৈবা কয়া হেক হেক তৌই। মহুদা মালিনী থাওবা য়াম্না ৱায়। মুমিৎ থরনিসিদি মথুরানা য়ু থক্লুরগা মমাবুসু হেক হেক চৈ-থাংবসি তৌই—মালিনীবুদি মহাক্না লাইরেম্বীনি হায়না থাগৎলি, মমাবুনা অথীবা খোল কয়ানা ঙাওই।

নহানমুক মমানা লাকপা মতমদা মথুরাহু মাঙোন্দা ফমহুনা

লূ অমা কম্না ৎেমহুনা লৈ, হু থকপা তাপ্পা থোকখিদে, অহুনা মমাবু চৈ-থাংবদি তৌখিদে। মখুরাগা মন্দোমচাগনা মাবু মতম খরা মথোয়গীদা লৈজখিসহু হায়না ইক-কজনা হায়খি। মহাক্কি মমাবু ৱারৌবা, মুংঙাইতবা অমগা লোয়ননা ৱা ইঙাঙ ঙাঙখিদে। মমানা জ্ঞান তাবা শাহুনা ইমুংদা থোক্লিবা থৌদোক, ইন্দিরাগা ৱবিগা চেনখিবগী ৱা কয়া তম্লম্মী।

হৌজিক মালিনী মমাগীদমক্তা থনবদা মমীত্তগী পি হেক্তা তারকই। মাগীদমক্তা মাঙলবা শীল্লবী মমাবু মানা কৱিগী-দমক্তা মুংশিরিবনো হায়বা মরমহু মহাক খঙবা ঙমদে। কনা-গুরা অরানবা তৌরকপা মী অমবু মী অমা ওইনা মানা তৌ-ৱিবা অরানবা থবক অহু পঙবদগীনি হায়না খন্দুনা মিহুংশি পোক্লবহু নকশিন্নবদি কিবগুম মালিনীনা মমাগী মনাক্তা অমুক হনবগী ৱাদি থনখিদে। মমানা লাক্লম্বহু থা মথায়মুক্তী মমাঙদনি, মহুগী মতুংদদি অমুক লাকখিগ্রে, ইমুংগী ঈ-পাউ থোইদোকপা তাখিগ্রে।

অকুণবু নীংশিংলুবদা মহাক মমাবু নীংশিংবদা কপ্পহুদগী হেন্না কপ্নীংলকই। মাগী পুক্লাগী আশা, মুংঙাইবা, তুংগী ৱাখল পুম্নমক মন্নবা ঈৱোন্নুং অমদা লুপথ্রবগুম তৌরকই।

অহুগা অমুকহু মালিনীনা পঙলবী মনাউনুপী ইন্দিরাগীদমকহু থনবদা ৱাদবা ঙমদে। মহাক্না ৱবিদা লৈৱগা মুংঙাইগনি খল্লিবা ৱাখল অহু মানা হায়নীংঙাই লৈতনা নিন্দা তৌৱকই।

অম্মুম্না কনাগুম্বা মীনা ময়ুম থাদোক্কনা থাপ্পা লৈৱবা

মতম্না ইমুংগী মী খুদিংমক, মাগা নক্না মী খুদিংমক, ময়ুমদা খোঙ্খিবা খোদোক খুদিংমক পূক্নীং হুংশিনা নীংশিংছনতা লৈ-কণ্ডম মাজিনীসু মখোয়বু নীংশিংছনতা লৈ।

নোংমা নোমো হৌখ্রে, কানোপ্পা লোইখ্রে। মাসিনীনা ময়ুমগী অমদি অরূপগী পাউ অমতা তাবা ফংদে। মহাক খুজডগী চমবা পুন্সী অমদা হৈনববা লেপ্লে। য়ুম অসিদা লৈ-বদা মাগী থবক থোইদোকপা লৈতে, মাগী থবক হায়ববু ইমুং-মঙুংগী থবক্তা মন্দোমচাগী মতেং থবা পাংবা, মথুরানা ফুপদগী কূমক্লগা মন্দোমচাগা লৌকৃম্বা চৎখিবদা মখোয়গী মচা-শিংছ (নূপামচা অমগা নূপীমচা অমগা) থবা য়েংশিনবীবা অসিতনি। মহাক হৌজিক লৈকাইগী মমাল্লবীশিংগা ফনা য়ায়া শক খঙনরে, লোম্বিম্মনা তিম্নবা য়াওরে, কবিগুম্বদা মখোয়-নম মাঙ্গীদা কোম্বখোরকনা য়ারী শারৈ। লৈকাইগী পাথং-শিংনা মাবু লোইনা মশক খঙই, মখোয়না খুঙডদা তোম-থিল ওইনা ভাল্লববী, হায়নীংঙাই লৈতনা শুম্নাংনীংঙাই ওই-রবী মালিনীবু অঙকপা, কিবা, হঙ্গোইবা অমসুং কল্লকপা মীৎ-য়েং অমনা য়েংই। মখোয়না মহাক্না শক খঙননীংবা অমসুং য়ারী শানীংবনা ঈখৌ লাংই, অদুবু মাজিনীদি মপাল ইথোক থোক্কে। ফনাগুম্বী লৈকাইগী মমাল্লবীশিংনা পাথং কয়াগী পাউ পুহনা লাকই, মখোয়না পাথং থবনু থাগত্তুনা মখোয়গী পূক্নীং-গী য়া মঙোম্মা ফোঙদোক্লে। মহুদা মহাক্না থৌশাদনা লৈখোকই।

নিংথমথাগী নোংমা নুংথিল অমনি। নুমিৎনা মাগী অরোইবা মঙালনা (উন্না ঙৈবদা ৱাউথাংনরবা) মচু ওল্লবা নাপী হৌবা লম্পাক অমসুং থাওথ্রবা মতুংদা ঙাঙৈলেনবা চরাংথোক্লা থল্লবা লৌবুক মথক্তা ঙহাক্তং ঙাল্লম্লগা খংহৌদনা উক্লম লাংশিনখ্রে। অতুবু চীংয়াগী উপাম্বী মচা থরা লম্না হৌবা অশংবা লম্পাক মচা অতুদি নুমিৎকী মঙালনা ঙৈবদা সনামা ফুদোংথগুম ফজরি। খুলগী যুমশিংদা কাঙমৈ থুবগী মৈথুনা মাঙং অতুদা পারপ্লা শন্দোকই, মফম থবদা শম্থী অকংবা থাবগী মনম নম্মী। খুলগী অঙাংশিংনা তাম্না শন্দোকখ্রবা লম্পাক্তা থুমোক নত্ত্রগা বোরা পুতুনা শম্থী অকংবা থুনবা চংলি। অঙাং খরনা লম্পাক মচীদা লাওতুনা ফিবুল হাবী শান্নরি, অহল ওইবশিংনা ফিজাত্তি অমমম ইল্লতুনা শূমাঙ মচীদা, মাঙোন্দা অমসুং লম্পাক মচীদা মৈ তীক্লি। লম্পাক্তা শজিক চাক্ষবা শলশিংনা মযূমদা শঙ্গু ওইনা হম্নরক্লে।

মতমসিদা ম্যালিনী পুখ্রীদগী ঈশিং শোক্লগা হল্লকই। মহাক্না হল্লকপদা মখোয়গী মাঙোন্দা মী অনীথক মথুবাগা ফমতুনা ৱারী শাতুনা লৈরম্মী। অমনা নহানি, জরসি ভোক্লনবা লীংলি, মশম তেন্না ককই, মীংয়েংদা মী উশিত্তবা মতৌ অমা মাল্লি, মচীনতু নোকথি নোকথি তৌই, অমনা খন্না অহন্নি, কোঁট অমুবা অমনবা অমা লীংলি। নুমিৎ অতু থাংজনি। থাংজ খুদিংগী মাগী মথুরাত্ত কদায়দনো জুৱার শান্নবা হেক হেক চংলি, করিগুম্বা নুমিত্তা অহিং হল্লক্কে। ঙসিদি মাগা জুৱার

শাম্নমিন্নবা খোঙবুশিং অদু ময়ুমদা পুদুনা লাক্লবনি। মালিনী-না মখোয়দা খোইনা য়েংলুদনা ঈশিং সনাবুন অদু অরাং থংবা নাকলদা লৈবা চাকশঙদা চঙদুনা থম্মগা অমুক মপান্দ খো-রক্লে। নুপা অনী অদুনা ৱারী শানা শানা মঙোন্দা হাইকেং য়েংলকই।

মালিনীনা লম্পাকলোমদা অমুক থোরক্কুনা থুমোক পায়-দুনা শম্থী অকংবা থুনবা চংখিত্রবা অঙাংশিংবু ঙাইদুনা লৈরুরে। মহাক্না অঙাংশিং অদুগা অমুক ময়ুমদা চঙমিন্নরকপা অদু ফনা য়াম্না মমশিল্লক্লে, ঙসায়গী নুপা অনীদু মাগী মথুরাগী মমাঙ কাদা ৱা ঙাঙবা তায়।

মানা চাকশঙলোমদা চঙবদা মাগী মন্দোমচাদু লালতেন অমা চমখত্তুনা শাউনা মুক্নম মুক্নম শোন্দুনা লৈরম্মী, “ কায়ত্রবা মথৌ লৈত্রবা মী ঙাক্লা! ”

মালিনী চঙলকপা উবদা মানা মৈ চমখংপা লোইবা তাঙ্গা থোক্কুনা হায়রকই, “ সে মালিনী, লালতেন অসি মথোয়দা থরা পীরম্মু।”

মালিনীনা লালতেন অদু পুদুনা মখোয়না ফম্লিবা কাদুগী থোঙজীন ময়াদা লেপ্লগা মৈদু পীবদা মথুরানা মঙোন্দা হায়-রকই, “ মালিনী, নন্দোমচাদু চাগা থরা লোল্লকউ হায়য়ু।”

মানা চাকশঙদা চঙদুনা মথুরানা হায়রকপদু মন্দোমচাদা তম্বদা মন্দোমচাদু অমুক হেন্না শাউখ্রে। মহাক্না হঙ্গাম মনগে হায়না পুথোক্লম্বদগী মচৌন্দা মুকম মুকম শোন্দুনা ফুনাক্লা মৈ

থাগত্তুনা চা লোয়বা থোৱাঙ তৌখ্রে। মহাক্না কেটলি অদু মৈদা থাঙ্গত্তুনা শোয়কই, "মা মঙায়রে মুংঙাইরিবা, নীং- তম্নিবা, ফত্রবা মী ঙাক্না পুশিল্লক্কনা!"

মুমিৎ থরনিগী মমাঙদা মথুয়ানা তলবকী শেলদগী লুপা চনীমুক জুবারদা থাদোকখ্রে; মতুংগীদমক মন্দোমচাহু মথুয়াগা খৎনহুনা লৈরিবনি।

"কনা কনানো মথোয়শিং অসিবু?" মালিনীনা হংই।

"চোঙলম চাবা মী অমত্তা নত্তে," মন্দোমচানা মমায় ঙাঙনা প্রোক প্রোক চাক্না হায়রকই, "মঙোন্দগী জুবারদা থেম থেমহুনা পৈশা লৌথোকপিরিবা ফত্রবা মী ঙাক্তনি।"

মন্দোমচানা পাথোল শীহুনা মালিনীনা চাহু জুবার শাম্ন- রিবা মীশিং অদুদা পীরুই, মমায় অৱাং ওন্দুনা ফম্নিবা নহা অদুনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলকই।

অমুম্না মুংদাং অদুমা কনা থেঙবা ফাওবা মথোয়গী চা লোনবা, কংঙৌ ঙৌবা অসিনচিংবা সেবাশিংদু মন্দোমচানা মঙোন্দা শিন্নহুনা তৌহল্লি।

সেবাশিং অদু তৌরম্নগা মানা ফমুংদা চঙহুনা তুম্নবা হোৎ- নবদু তুম্বা য়াদ্রে। মহাক্না মথোয়গী য়ারী শাবা, মরক মরক্তা মরৈ য়েৎনবা, লোক খুবা, মৈখেৎ খেৎপগী মথোল পুম্নমক তায়। নিংথমথাগী অহিং ওইবনিনা পুংদি য়াম্না তাত্রবমু মতমদি থেঙখি। মীচীক মীরাউথোল তাত্রবা অচীকপা অহিং অদুদা মথোয়গী খোঞ্জেলশিং অদু হোৎবা হেল্লি, য়াম্না শেংই, অহিংদা

থাঁভবগী তোপ তোপ্পা থোম্বাভ অমসু য়াওই। মখোয়না শান্নবা লোইহনা হনখিবা অহু পূং তরানীথোইমুক তারমগনি।

মখোয়না চংনখ্রবা মতুংদসু মালিনীদি তূমথবা য়াদ্রে, তোয়না তোয়না য়াওন্দুনা লৈরে। মথল কয়াগী ঋাথলনা মাগী কোক্তা চঙলকই, পুক্নীংগী পোথাফম থঙদবা অমা কন্না হৌরকই। মহাক্না মমাগী মথুত্তগী নাম্থোক্তুনা মন্দোমচাগী মনাক্তা চেপ্লক্লে, অহুগা মফম অসিদদি মাগী মুংঙাইফম লৈরব্রা? মহাক মথুগী থল্লুবদা ঋাথলহু মমশিল্লকই। মাগী মথুরানা য়ুমদা ফত্তবা মী পুরক্তুনা জুরার শান্নবা, য়ু থকপা তৌরগা মানা মখোয়গী সেবা তৌবহু মাগী পুক্নীংদা কয়াদা য়ানীংখিদ্রবনো! মীগী মযুম ওইবগী করিসু হায়বা য়াদবগী তৌবতনি। ফীবম অসিদা মহাক কয়াম কুইনা লৈবা ঙমখিগনি? মাগী মন্দোমচা অহুসু অশিংবী নূপী নত্তে, খুঙ্গঙগী ওইবা পুন্সী মরেল অমদা পঙহিং হিংবা নূপীনি, মানা মালিনীবু চুম্না মনাক্তা লৈহনবদগী হেন্না মাগীদমক অতোপ্পা ঋাথল অমা খন্দে। মালিনীনা মমাগী মরমদা অমুক থল্লকই। হৌজিক মমাহু অরাবা ফীবমদা লৈরে হায়বা মহাক থঙই; ইন্দিরাগা রবিগা চংখ্রবদা মানা মফম অতৃদা অমুম লৈবগী করি কান্নরিবগে হায়না খনবা হৌরকই। মহাক মমাগী মনাক্তা চংনীংবা হৌরকই। অহুদগী মানা মথং মথং নীংশিংলকই মখোয়গী উফ্রল হৌবা সড়ক ময়াদা লৈবা অপীকপা তুকান, শূমাঙ মতোন্দা হৌবা মনা পূংবা নবাব পাম্বী অমম্পুং মখোয়গী মুংশিরবা অচৌকপা মযুম। পুন্নমক অহু

মীংশিংনুৱগা মহাক পণ্ডকপ্পা কপ্লীংলকই। ৱাকচীংগী অঙৈংবা অহিং অদুদা মহাক খণ্ডহৌদনা খোঙ হাংদোক্লুনা মপান্দা খোৱকই। ইমুংগী মী খুদিংমক তুম্লখ্রে। লৈচিল-নোংম্বাই মৱক্তা চেপ্পা থোকপা মপূং ফাত্রবা, পূর্ণিমা মতুংগী থাজদু চীংগী মতোন্দগী ফনা ৱাপ্পা ৱাংখৎলয়ে, শাৎলিবা মুংশিং অদু হকচাংদা ঙৈবদা চীক চীক লাউবমথৈ ঈংই। অথাপ্পা চীংদগী লমচুইনা খোংলকপা, অথাপ্পা খুংদগী মতম চাদনা য়েন অমা অনী খোংলকপা, অদুদগী মথং মথং থাপ্পা থাপ্পা মখোয় মশেল খুয়রকপা—পূম্নমক অদুনা অহিং অদুগী তোপ তোপ্পা মতৌ অমা উৎপগুম মাগী পুক্লীংদা ফাওই। ঙসিদি তশেংনমক মাগী পুক্লীংদু ময়ুমদা চৎনীংবনা য়াম্না লাঙতক্লরকই, মাগী থৱায়না হায়না মাগী মুংশিরবা ময়ুম য়ৌগ্রবগুম নীংলকই। উখোকতেন্দ্রা ঙাতুনা লেপ্পগা মহাক থাবল অদুদা কুইনা কপ্লুনা লৈরুরে। মহাক নোং হেক ঙানবদা ময়ুমদা চৎলগে হায়না মপুক্লীংদা লেপ্লে। মানা ইমুংদা চঙলকপদু নোংঙাল্লমদাই য়ৌশিল্লক্লে।

অদুবু নোংঙানবদদি মানা ময়ুমদা চৎনীংবগী ৱাফম অদু মন্দোমচাগী মফমদা হৌদোকপা ঙমদ্রে। মানা ৱাথল মুন্না অমুক খম্বুরুৱগা মমাগী মনাক্তা চৎপদুম্ব খঞ্জানৱক্লে, মমানা হায়গী হৈনবী শাজৎ কয়ামরুম থাদোক্লম্লোই খল্লুবদা মুংনাংবা পোক্লকই। অম্তুম্না মানা মতম থৱদি ফীবম অসিদা অম্তুম খাঙথিগে হায়না অমুক খল্লে।

মতুংগী চুমিংশিংদকী মথুরানা নী পুরক্লুবা জুলায় শাৱবা, মু থকপা অদু শ্রোক্লে। মা মখল মথল চঙলকই। মতুংগীদমক মথুরাগা মন্নোমচাগা থংনৈ, কয়া কুন-চৈনম্না তৌই, অদুবু পুম্নমক অয়েংবনি। অকোনবদনি মন্নোমচাদু যা ঙাঙবা কিদুনা ঙাঙক্লে। মালিনী পুম্নমক অদু থম্মৈং থাডকা তক্লে।

অদুম্মা মতম থরা থরা হৌখিদুনা বসন্ত মতম অমুক য়ৌরক্লে। মনাউনুপী ইন্দিরাদু হৌথিবা চুমিং থরনিগী মমাঙদা মচানুপী অমা পোক্লে হায়বা পাউ পীরকই, অদুবু মাদি শাউবদগী চৎলুক্লে। মহাক্না অসিমদু তায় রবিগী নুপী অহল অদু ঙাক্লোকখ্রগা ইন্দিরা হৌজিক মথন্তা য়ুম অদুদা লৈবে। "মদু পাপকী পুক্লীবা নত্রগা তশেংনা চংঙাইবা পুক্লীরা?" মালিনীনা মথন্তা শক্লকই। মহাক্না মনাউনুপী অদুবু অমুম শাউনীংবা পোক্লকই।

হৈনীংবা পোক্লুবা নিংথমথাগী মতম লোইখ্রগা বসন্ত ঋতম য়ৌরকপদা প্রকৃতি লাইবেপীমু হবাউ মোমোন নোক-পগুম উরে। অশংবা চীংয়-তময়া, লৌবূক-লম্পাক খুদিংমক্লুগী ফজবদুনা মীওইবগী পুক্লীংবু অমুক হিংগৎহনবগুম তৌই। অনৌবা নোংমা থীকপদা ময়োল চোংলবা নাপী, অঙাঙবা অনৌবা ময়োলনা লৈতেংলবা উপালশিং, অশংবা যম্না অমঙ্গং অঙাওবা থম্বালনা লৈতেংলবা লাইরমগী ঈশিংগী ঈমায়--পুম্নমক অদু য়েংবদা থম্মোয়দা অঙকপা চুংশিবা চুংওনবা রাধল অমা পোকহল্লি। ফাইরেন থাদগী তাবা হৌরকপা অকনবা চুংশিংনা হৃদয়না

পুরকপা অঙোবা চোইজাইনবা লৈচিন্না শংত্রিক শংবা অতিয়াদা শন্দোক্তুনা লৈ, মখোয়গী মপানদু অবুংবা লুপা মচুগুম্না নীং-থিজে। লন্মাঙদগী হুয়কপা মুংশিংনা থম্না থম্বালগী মনম পু-রক্তুনা নহানমথৈগা মান্নদবা মরোল অমা তম্লবগুম তৌই। পাংকী ময়াদা হৌবা কৌবীলাদা চুম্না শাংপা সনামচুগী মপাল্ল-ক্তা থোইনীংনা মরোল কয়া লোন্দুনা থোংলকই। থুঙঙগী অকোয়বদা উচেক-ওইরা, শা-শল খূদিংমকসু হয়াউবা শক্লক য়াবগুম্না উই। উশা খূদিংমক্তা মথল কয়াগী উচেকশিংনা হয়াউনা ঈশৈ শকই; লম্পাক্তা, চীংয়াদা শলশিংনা থোয়দানা অনৌবা হানৌ চারি।

মালিনীগী পুন্সীদা অহানবা ওইনা থুঙঙদা লৈরিঙৈদা লাক-পা বসন্ত—ইম্ফাল সহরদা কুম খূদিংগী লাকপা বসন্ত অদুগা খেন্নবগুম নীংই—ইম্ফালদা লৈরিঙৈদা অম্নুম্না মাগী পূক্নীং অমুক্তা মুংওনখিদে। মফম অসিদা মহাকপু প্রকৃতিনা হকথেংননা নাউ-কোনবীবগী মুংঙাইবা অমা পোকই। অদুবু অমরোমদসু মহুনা মঙোন্দা তমফম খঙববা অরাবা অমসু হেক হেক পীরকই। জগৎ অসিবু মথন্তনা থম্না উরিবা মুংশিবা মাগী শক্তম অহুনা অচৌকপা লন্মাঙ অসিদা ঙাল্লরবা, অদুগা মুংশিনা য়ায়ী শাহুনা চীংয়া-তমম্বা, লৌবুক-লন্মাঙগী ফজবসি য়েংমিন্নরবদি কয়াগী মতীক মুংঙাইগনি? অদুবু পুম্নমক অদুদি ওইথোক্তে। ঈশ্বরনা মীপুম খূদিংমক্তা মপুং ফানা নীংবা থুংবা, মুংঙাইবা থক পীরমদে, পূক্নীংদা লৈবা মুংঙাইবগী আশাগা অশংবা পুন্সীগী মুংঙাইবগা

থক থুংশয়হল্লমদে ।

ইকুই কুইদনা য়াউশঙ লোইখ্রে । য়াউশঙ অদুদা মমান্নবী ময়াম্না শীন্দুনা থাবল চোংবা, লিলা-ফলানচিংবা কয়া তৌখি— লুমিৎ চুপ্পা কুম্মৈগী, লাঙবগী মথোলনা নিন্দুনা লৈখি । অদুবু মহাক্তি য়ুমদগী মপাল থোকখিদে, লাঙলিবা, লুংঙাইবা পুন্নমক অদু মাগী শরূক অমতা য়াওদবগুম নীংখি ।

নোংমদি মমান্নবী ময়াম্না হায়দুনা মহাক চাকচানবা অমা য়াওবা চৎলুই । মদুদগী হল্লকপদা মাগী মন্দোমচানা মঙোন্দা চিঠি অমা পীরদুনা হায়রকই, "সে মালিনী, ইচেনা নঙোন্দা পীরকপনি, বস তোংলকপা মীনা পীরগনি ।"

অঙৌবা অচম্বা মথুম অমদা য়াওরিবা চিঠি অদু পাগে হায়দুনা মালিনীনা মফি-মরোল হেংদোক্লনা মাঙ্গোলগী মোরা অমদা ফম্নগা মথুম হাংদোক্লকই ।

মন্দোমচা অদুম্নু চিঠিগী মরোলশু তানীংদুনা মাগী মনাক্তা লেপল্লদুনা লৈরম্মী, অদুবু তাপ্পা অদুদা ইংথোল মতোন্দা লৈপাক তৌরিবা মথুরানা মাবু পাখোল অমা শীরক্লুনা চৎখ্রে ।

মালিনীচু চিঠিগী অহৌবা শরূক থরা পারগা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্দুনা ইমুংদা চঙখ্রে । মরোল অদুদি মথাগী অসিনিঃ

"মালিনী, নহাক করিগীদমক হৌজিক ফাওবা ঐগী ইনাক্তা

লাক্তিব্রনো? ঐ হৌজিক অনাবগী কীবমদা অমুক লৈরে, ঐদি নহাক্কা উন্নবা লাকপা ওয়রোই। ছুকান হাংদরকয় কুইরে, ইন্দিরা নখোয় অনী চৎখিবদগী ঐঙোন্দা কয়াগী মতীক অরাবা ওইরবা! মুমিৎ চুপ্পা অচীকপা, অচীকপা—অচীকপনা ঐগী থরায় হকচাংবু চাখিগদৌরে। নারবা মতম অসিদস্থ ঐগী ইনাক্তা সেবা তৌবীনীংঙাই কনাস্থ লৈতে। ইন্দিরাহ্ নোংমা নীনীদি ঐগী ইনাক্তা লৈরম্মী, অদুবু মহাকস্থ হৌজিক্তি ময়ুম-গী থৌ পুরে। কয়া কুইনা ঐগী সেবা তৌহনা অহুম লৈগনি?

" মালিনী, হৌজিক নহাক ঐবু শাউরমু, চিঠিসিনা হেক ফংবগা নহাক ঐগী ইনাক্তা থুনা লাক্লো। ঐনা নঙোন্দা হায়নীংবা রা কয়াস্থ লৈ, পুম্নমক নহাক লাক্লগা রারী ওইনা শাগসি।

" নহাকী নমা,

" রমা।"

চিঠি অসি পাবা লোইরগা মালিনী মমায়দ্ কিনা থুম-জিল্লগা কুইনা কপ্পুনা লৈখ্রে। মমাগী রাহৈশিং অহুনা মাগী খম্মোয়বু মপুং ফানা পেংহনখ্রে, ভাঞ্জা অসিদা মানা মমাবু উন্নবা চন্ডবা য়াদে হায়না মপূক্লীংদা খল্লকই।

মহাক্কা মাগী ফমুং অমতং থাবা অপীকপা কাহুদা চঙহুনা চিঠি অহু মোন মখাদা থম্মগা মফি-মরোল হোংদোক্লে। ছুমাং

মরীক পক্লবা, ( মীৎকী পিনা চামথোকথ্রবা ) চন্দনগী শরূক খরদমক উরিবা মায়থোঙ অদু হায়নীংঙাই লৈতনা রাবগী মতৌ উৎলকই। মহাক্না ফমুংদা ফমহ্নুনা রাখল তৌহ্নুনা লৈরিরৈদা মন্দোমচাদু অমুক চঙলক্নুনা চিঠি অদুগী মরোল অদু মঙোন্দা হংলরে, " মালিনী, করি করি হায়রকই ?"

. " ইন্দোমচা, ঐখোয়গী ইমাদু নারে হায়রকই, ঐ অমুক্রুং চৎলুবা তারে।"

" কয়াম কন্না নারবা জাৎনো ?" মন্দোমচানা থজিক্রুং থরায় রানা হায়রকই, " ইবানী চৎলুসি, ঐসু চৎনীংই। মাগী মনাক্তা চত্তবস্লু কুইরে।"

# ৯

মথংগী নুমিত্তা মালিনীনা মন্দোমচাগা লোয়ননা অঙনবগী গাড়ী ভোংহুনা মমাগী মনাক্তা লাক্লে।

মালিনীনা মখোয়গী কোম্থোঙ য়ৌরকপদা উরে, বসন্ত মতম অহুদা মখোয়গী শূমাঙ মতোন্দা হৌবা নবাব পাম্বীহু মপালনা পূমঙৌ ঙৌনা শাংলম্মী, মনম্মা অকোয়বহু শীনথুংনা নম্মী। মহু উবদা মহাক মপুক্লীংদা থুক লাউরকই, মতম থবগী মন্নুংদা করিগুম্বা থবা পূমহোং হোংলম্বগুম নীংই। মখোয়গী শূমাঙ মতোন্দা লৈবা লৈকোল অহু নাপী ডাক্তা হৌজিন্দুনা লৈরম্মী, কবোক্লে, গোলাব অমা অনীদং নাপী মরক্তুদা রানা থিনগত্তুনা শাংপা উই।

মানা শূমাঙ মতোন য়ৌরকপদা মখোয়দগী য়ুমলোন অনীদং লাল্লগা লৈবী মমাগা তিন্নবী মশা চাউবী নূপী অহু শূমাঙ মতোন্দা ঈরুক্তহুনা লৈরম্মী, ফি শুম্না শুম্না মহাক্না লাউরকই, "মালিনী, নহাক লাক্লবোইরে!"

"উম, ইনে," মালিনীনা মায়থোঙ মকাপ্লামদনা খুমগা শূমাঙদা চঙলকই।

রমেশখোয়গী ইনা কূপ্পা অপীকপা যুম অহু নৌনা রিপি-য়ারিং তৌবদা ঙায়রম্মী—শুমু ভোরোক ঙেৌনা তৈরম্মী, থোঙহু অতিয়া মচুগী রং ফজনা তৈরম্মী, অহনবা অৱাংবা ফিশিংগী পর্দা হাপ্লম্মী।

মাগা মন্দোমচাগা অৱাং থংবা মমানা নাহুনা হীপ্লিবা কা অহুদা চঙলকই। ইন্দিরাহু সনা লূপা ইবং লংনা শিহুনা ফুরিং অঙৌবা অমা লীংলগা, ফনেক মপান্নাইবা অমা শেং-লগা মমাগী মনাক্তা সেবা তৌহুনা লৈরম্মী (মহাকসু লাকপা কুইদ্রি)। মখোয় অনী চঙলকপা উবদা মহাক্তা হৱাউবা, থাজদবা মীৎয়েং অমনা য়েংলহুনা মমাদা হায়রকই, "ইমা, ইচেগা ইন্দোমচাগসু লাক্লে।"

রমাহু লোংনা হীপ্পম্বদগী চেপ্পা খজিক্কুং য়েংলকই।

মাপ্লিনীগী মন্দোমচানা চঙলক্কুনা মোবাদা ফম্লরে। (মানা অচৌবা থাউ অমদা মখোয়গী ইংখোলদা পানবা হৱাইথরাক, ইং-খোলদগী তাপ্লকপা আলু, কৈথেন্দগী লৈরকপা ঙাক্রা খরগা হাপ্লুনা পুরকই। মহু মহাক্তা ইন্দিরাদা লৌশিন্নবা হায়রকই।)

মীকুপ অহুদা মালিনীগা মমা মচা রা করিমৃতা ঙাঙনদে, অহুবু মখোয় অনীমক্তী থম্মোয়দা ফাঙনরিবা ৱাখল অহুদি থঙমথঙম তৌই।

রমাগী কীথম অহু থীনা শোক্লে, ফজবা কুচুহ মাডখে,

মওঙ তারবা মমার অহু চপশিনখ্রে, মায়হিং য়াম্না কারে, মচীনবান তাইফেং তাই, মখুদাং অহু যাম্না শীকশিনখ্রে, মখুত্তা শিরিবা সনামচুগী অমকপা খুজি অনীত্র হীকথরে। হীদাক মনম কম্না নম্নবা মানা হীপ্লিবা কা অতুদা পোৎ খুদিংমক ইচাই চাইনা লৈ—খুম্নাদা ঈশিং হাপ্পা খুদেং অমগা, লাগী অশাংবা চৌকি অমগী মথক্তা কুইনা শূদ্রবা পুল্লপ তাশীন্দুনা থম্নবা ফি খরগা, ফমাঙদা হীদাক হাপ্পগী চে মখুম খরগা চাইশাম্নহুনা লৈ।

মন্দোমচানা মমাগী অনাবগী মরমদা হংবা হৌরকই।

মালিনীগী মমানা লোংখাক লোংনা হীপ্লম্বদগী ওইরোমদা রানা চেপ্লহুনা মমীৎ তুকথনা হায়রকই, "পূকসিদা নাবা ফাওই, চাকস্থু মরু অমতা চানীংবা পোক্তে। নহানমথেস্থু কুইরে মুংঙাইতবা, অস্থুম চৎলি হায়বহু মঙায়। খঙদে হন্দক্তি করম থোক্লগদোরিবনো!"

"করিস্থু তৌরোইদা, শোয়দনা ফরকনি," মন্দোমচানা অনাবগী পুক্লীংহু থোগৎলহুনা হায়রকই।

মালিনীনা খঙই, মমানা মন্দোমচাদা অনাবা অহু নৌনা মশক তাকচরবস্থু নারিবা অহু মহৌশাগী অনাবা অহুনি, অমুক অমুক হৌরকপতনি।

মাদি রারোবগুম করিগুম রা ইঙাঙ ভাঙলক্তে, লাপ্লিচৈঙদা মমাবু মুংশি, মমাগীনমক্তা কপথি অহুবু নকশিল্লরবা মতম অসিদা মমানা তৌথিবা থোরাঙ পূম্নমক অহু নীংশিংলুরগা মহাক নৌনা অমুক মপুক্লীংদা শাউনীংবা পোক্লকই।

মমাগা মন্দোমচাগা ইমুং-মনুংগী, অনাবা লায়য়েংবগী রারী কয়া শারকই। ফনা ফুইনা রারী শারবা মতুংদা মন্দোমচাহৃ মমাগী ফিরোল শূনবা থোকখ্রে।

ঙসায়মথেং মন্দোমচাগা রারী শারিবৈঙেদা মালিনী য়ুমগী থবক তৌশিনহনা লৈথোকপা য়ারম্মী, অদুবু মন্দোমচানা ইমুং-দগী থোকখ্রগা মমানা মাবু কৌশিল্লক্লে।

মালিনীনা মনাক্তা চঙলক্লবদা মমানা হায়রকই, " নহাকপু ঙসেংনা লাক্লবা নত্রা ?"

মালিনীহৃ খুয়ক্তে, মপূক্লীংদদি হংলকই, " করিগী হংলিবনো ?" মহাক্না করিগুম্বা রাহৈ থরা মমাদা পেন্না হায়নীংলকই, অদুবু মহুনা মমাগী জীবন ফহল্লরোইদ্রা হায়না অমুক থল্লকই। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা খঙহৌদনা মানা ফাথবা ঙমহৌদনা মমাদা হায়রকই, " ইমা ঐদি নঙগী নাবগীদমক্তা লাকপনি, থাজৈশেংনা লাকপা নত্তে।"

" নত্তে মালিনী, নহাক ঙসি ঐগী ইনাক্তগী হনখ্রগনু," মমানা হায়রকই।

মালিনী খুমদে।

" মালিনী, করিগীনো ঐবু হৌজিক ফাওবা অশুম শাউরিবা ?" মমানা খোনজম মেঙনা হায়রকই, "ঐ বা থরা হায়গে তাও……।"

মমানা ঙাঙবা অদু লোইদ্রিবৈঙেদা মালিনীনা খঙহৌদনা মরক থংলহনা হায়রকই, " তাররোই ইমা, ঐ নঙগী বা অমুক

ভাররোই, ঐদি চুম্না নঙগী সেবা ভৌবা লাকপনি, নঙগী ৱাদি অমুক ভাবা লাকপা নত্তে। নহাক মীতোপ অমনি। নহাক ঐগী কনাসু নত্তে! নহাক ঐগী ইমা নত্তে!" মালিনীগী মমীত্তু ভাঙই, পিগী ঈরা চেল্লি।

মানা মচীনবান থক থক নীক্লা শাউনা ভাঙলিবা অহুদা মমাহু মরাল লৈরবা মীনা ভৌবগুম ইতুক তুকথনা করিমত্তা খুমদনা লৈৎখ্রে। মচানা ভাঙলিবহু চুম্মী হায়বগুম ভৌনা গাগী মকশিল্লবা মায়থোঙ অহুনা উৎলকই।

মমাগা মালিনীগা ৱা ভাঙনরিডৈদা ইন্দিরাহু থংনবা কাগা ফাওনবা থোঙ মচীদা লেপ্তুনা লৈরম্মী। মচেগী ৱাভাঙশিংহু ভাবদা মাসু লৈশীন্দুনা চঙখ্রে।

মপান্দা মন্দোমচানা ফি শূনা শূনা করিগুম্বা ৱা খরা হায়-রগা ইন্দিরাবু কৌরকই।

"মালিনী," মমানা হায়রকই, "হৌখিবা ৱাকম পুম্নমক কাউরো, ঐ হৌজিক্কি খঙলে মহু ঐগী অচৌবা ইরাল অমনি। নঙ ঐবু শাউরসু, নহাক ঐবু ভাকউ!"

মমাগী শোক্লবা মায়থোঙ অহুদা য়েংদনা মালিনী লৈথোক্ল-গা লুকথহুনা কপ্তুনা লৈ।

মীকুপ অমত্তং পুমচীক চীকখ্রে।

অহুদগী ঙহাক লৈরগা রমানা মচানুপীদা মীগী মরল ভোনবদগী মাবু ৱবিদা পীনবা থোরাঙথিবা অমসুং মাগী অপঙবা ৱাখল, মশাগী মরাল পুম্নমক শেংনা হায়দোকচবা হৌরক্লে।

মালিনী অদুম তূমিন্না লৈখে।

ৱা ডাঙনা ডাঙনা মমাগী চপ্পবা চাইরুং অনৌদগী পিগী ঈরা চেহ্নরকই।

মালিনী মীকূপ অদুদা করি হায়বসিগে খঙদ্রে। মমাগী মরাগ অদুবু করম্না ডাকপিবা ঙমগনি? অচৌবা অরানবা তৌরুরবা মী অমনা মাগী মরাল খূদিংমক য়াজ্ঞরবস্তু, মাবু হেক করম্না ডাকপিগনি? অদুবু খূদক অদুদা লাকপা মমাবু মুংশিবা ৱাখল অদুনা মাগী থম্মোবব খুত্তুম চনখে। মালিনীদু অদুম হীক হীক কপ্পুনা ফিনা মমায় খুমদুনা লৈখে।

মমাস্তু মমীত্তগী পি অদু তৈথোক্তুনা ৱা অমত্তা ঙাঙ-দনা লৈখে। ঙহাক কা অদু চেক মোক লাউখিদ্রে।

তাঞ্জা অদুদা ঙসায় মালিনীনা চঙলকপদা কৌরকপা মশা চাউবী নূপী অদু ৱা লাউনা শাউনা ডাওদুনা মাঙোন্দা কাখৎ-লক্লগা কা অদুদা চঙলক্লে।

"কদায় মালিনী, নহাক লাকপা য়াম্না ফবে, নমানা নঙদা শোন্দুনা লৈরবনি," মগাক্না মথোয় অনীনা লৈরম্লিবা ফীবম অদু ঈখঙ খঙদনা হায়রকই, অদুবু মীকূপ অমগী মতুং-দা মথোয় অনীনা লৈবম্লিবা মওঙ অদু খঙ্গিক্কুং শঙলকপগুন তৌনা ৱমাদা ঙনশিন্দুনা হংলকই, "খরদি মুংঙাইরব্রা? কমদৌরি?"

"উম, খরদি মুংঙাইরে, অদুবু খোঙ অসিদি ঙহ্নাক্না ঈংখে," ৱমানা খুম্নকই।

নূপী অচুনা মালিনীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নহাক নমাগী ঈশিং খরা লুখীরকউ।"

মালিনীনা মমাগী মনাক্তগী ঈশিং লুম্বা থোকখে, অচুগা ওহাক লৈরগা ৱবরগী খাউ অমা পুচুনা কাচুদা অমুক চওলক্লে।

মমানা মঙোন্দা ফি অমা উৎলচুনা হায়রকই, "সে 'সিদা মচু য়োমশিল্লু অচুগা খোঙদা ওম্মু।"

মালিনীনা মমাগী কমুংদা ফমচুনা মমাগী মখোঙদা ৱবর খাউ অচু থম্লে।

নূপী অচুনা মমাগা ৱারী শাচুনা লৈ, মালিনীদসু মহাক্না লৈরিবা মফম অচুগী মরমদা হংলকই। মালিনীনা মানা হংবা ৱাহংগী পাউখুম অচুতা মরক মরক্তা পী, ৱা অতৈদি মথা থোইনা তারক্লে।

মতম অচু অয়ুকী পুং তরামাথোইমুক তারক্লে। নূপী অচুসু ওহাক সেবা তৌবা য়াওরম্নগা হনখে।

অনাৰগী সেবানচিংবা তৌবা লোইরগা মালিনীনা, মন্দোমচা-গা ইন্দিরাগা চাকশঙদা চাক চামিন্নৈ। মচুদা মন্দোমচাগা ইন্দিরাগা ইমুং-মন্নুংগী ৱারী কয়া শানৈ। মালিনীদি মনাউ-নূপীগী লীচৎ অচুবু য়ানীংদবদগী মঙোন্দা ইমুং-মন্নুংগী ৱা য়াম্না ঙাওলক্লে। মন্দোমচানা ইন্দিরাদা হায়রকই, "নমাগী নাক্তা লৈচুনা সেবা খরা তৌবীয়ু, ঐখোয়সু লাপ্নগা লৈরেদো, থঙদে তৌগদবসি করিনো। ওন্থোক্না অৱাবা ফীবমদা তারে।" মন্দোম-চানা ৱাখঙবী শাচুনা ৱা অচু হায়রগা অমুক হংলকই, "মপাদি

লাক্লু ?" ( য়বিবুনি মহাক্লা হায়রিবনি ।)

য়বিগী য়াহু তাবদা ইন্দিরাহু খঙহৌদনা মমায় ঙাঙশিনখি, মচেগী মমাঙদা য়বিবু পল্লকপহু মহাক য়াম্না হৈনদবগুম তৌই ।

মহাক্লা য়াহং অহুগী পাউথুম কয়া থুম্নীংদনা থুম্নকই, " মাম্ন হোরেন লাকনি । নাবা ফত্রিবা কাওবদি থবা অস্থুম লৈখিবা তারি ।"

চাক চাবা তোক্লবা মতুং মুংথিল অহু মন্দোমচাগা ইন্দিরাগা মাঙোন্দা হীক কাইনহুনা লৈ । মালিনীনা মমাগী হীদাক-লাংথক পীজবনচিংবা সেবা তৌহুনা লৈ । মখোয় অনী হৌখিবা য়া-ফম অহু থোইনা হৌদোক্লত্রে । অস্থুম্না মালিনী ফনা কুইনা সেবা তৌরবা মতুংদা ইন্দিরানা অমুক মহুৎ শিলহৌরে ।

মালিনীহু ঙসায় মখোয়দা লাক্লগী নুপী অহুগী ময়ুমদা কোয়-থোরকই ।

" চঙলকউ, ফম্নোলাউ মালিনী," মাঙোন্দা তরেঙনা লংচাক চাক্লুনা ফম্লিবা নুপী অহুনা মাবু কৌশিল্লকই ।

মালিনী চঙশিন্দুনা মনাক্তা ফম্লুরে । মমাগা হাইফেৎ লুনা তিম্লবী নুপী অহুনা মালিনীবু য়াম্না লুনা তৌই; মানা লাকপা অহুদা হয়াউনা হায়রকই, "ঐখোয়গীদা লাকপা অসিদি করি চাগনি ?"

" হুম, য়ারেদা ইনে, করিশু চায়রোই ।"

নুপী অহুনা মচানুপী অঙাং অমা কৌহুনা চা লোম্নবা হায়রকই, অহুদগী মঙোন্দা ওনশিন্দুনা অমুক হায়রকই; " নহাকপু

সুংঙাইত্রা মীগী ময়ুমদা অমুম লৈরুবদি ?" মহাক্না মালিনীনা লাক্লিবা অহু তশেংনা লাক্লত্রা নত্রগা চুম্না লাকপ্রা হায়বহু খঙদনা মখা তাররকই, "নহাক লাকপসিদা নমানা কম্নাদা হরাউজরবনো !"

মালিনীনা অ:ত থোইনা কুপথরুবা তোৗদনা মানা লৈরুবহু সুংঙাই হায়না খুম্লকই; অহুদগী নূপী অহুগী অনৌবা শাগৎপা শঙ্গোয়, য়ুমগী অনৌবা লৈতেং, মাঙ্গোন্দা থেৎলম্বা অনৌবা লাই খরা উরগা অমুক হায়রকই, "ইনেখোয়গী অসিদি করি-গুম্বা খরা ইহোং হোংলম্নে।"

শেমগৎ শাগৎপগী সুংঙাইবা মায়থোঙগী মতৌ উৎলহুনা নূপী অহুনা খুম্লকই, "উম, নঙদি স্বাইগী অহোংবা খরদি করম্না খঙগনি ? নহাক খঙদ্রিত্রা রমেশস্থ লুহোংলে! মাগী লুহোং-বা নংনবা শঙ্গোয় অসিস্থ লোইশিনবনি, অহুগা য়ুমস্থ খরা শেমজিন শাজিনবনি।" ( নূপী অ'স মালিনীনা লৈরিম্নবগী 'ইনে' কৌবতনি, মাগা থোইনা মরী-মতা থোক্লদে, অহুগা রমেশকদি য়াম্না নক্লবা মরী থোকই। মানা মরু ওইনা হায়ন-লীংনহুনা রমেশকী নূপীহু থিবনি। মানা মালিনীগা রমেশকা হাইফেৎ সুংশিনবা মানবা মরী অমা লৈ হায়বসি খঙই। মরম অসিনা রমেশকী মা মঙোন্দা পল্লক্লিবনি। )

"হায়মা, মাবু লুহোংলত্রা ?" মালিনীনা রমেশকী নৌনা শেমজিন শাজিনবা গুম্নগা রংগা তৈবা য়ুম অদোমদা য়েংলহুনা হংলকই।

ৱাউশঙ ময়াদা রমেশনা মঙোন্দা মুংশিবগী ৱাথল পুন্থ-মক ফোঙদোক্লদুনা চিঠি অমা থারকখি। মতুংদা মানা ওই-থোক্লোইদবা মওঙদা ফোঙদোক্ননা মরোল হনখি। মালিনীনা থোদোক অদু নীংশিংলকই।

" উম, মহাক থবক তৌবী নুপী অমা হায়নদুনা লুহোং-লে, নুপী অদু হৌজিক অফিস কাখি। অদুগা রমেশসু ঠিকা তৌদুনা শেল থোক্লে, মহাক্না মাগী থবক মফমদা লৈখি," নুপী অদুনা মাগী মরী-মতাশিং অদুবু থাগৎলদুনা খজিক্কং নাপল তৌনা হায়রকই।

" অদুদি য়াম্না ফরবা ৱানি, মপোয় অনীমক শেল থোক্ল-বদি," মালিনীনা জ্ঞান তানা হায়রকই।

" উম, মহাক হৌজিক মুংঙাইরে," নুপী অদুনা হায়-রকই। অদুদগী মহাক্না খঙহৌদনা অতোপ্পা ৱা অমা হৌদোক্ল-দুনা হায়রকই, " মালিনী, নঙসু নখোয়গী ইমা'না নঙনা নাং-জবা কনাগুম্বা অমদা থাজবিরনি হায়।"

ৱা অদু তাবদা মালিনী নুপী অদুদা ঙক্না য়েংলকই।

নুপী অদুনা মালিনীগী পুক্নীংগী ফীবম অদু খঙনা ৱা অমা তম্বা হৌরকই, " তুমিৎ তুম্নিগী মমাঙদা ঐ নখোয়গী ইমাগী মনাক্তা সেবা তৌদুনা লৈ। তুমিৎ অদু মাগী অনাবসু কল্লি, লাইহৌসু কম্না হৌদুনা চোইরোম্নচিংবা লোল্লি, অদুবু মুংদাং য়োৱবা কান্দা মাগী অনাবদু থরা হন্থরক্লে। অদুদগী মানা নঙবু শোন্দুনা কপ্পা হৌরক্লে। অদুদগী......... ।"

" অহুদগী কৈদৌরবা ?"

" নখোয়গী ইমানা অমুক কন্না নাবা মতমদা নখোয়দা শেলগী মতেং পীখিবা কনাগুম্বা য়াওব্রা ? মীশক অহুবু মানা অমুক শোল্লকই, মানা হায় মানা মঙোন্দা তৌবীমল খঙবা করিমতা উৎখিব্রে। মহুগীদমক মহাক য়াম্না নুংঙাইব্রে। "

মালিনীহু মহু তাবদা রাথল খল্লবগুম তৌরকই। অহুবু নুপী অহুদদি মহাক্লা অরুণগী মরমদা করিমতা হৌদোরক্তে। নুপী অহুগা অতৈ রারী থরা শারগা মহাক ময়ুমদা হল্লক্রে।

অহুদগী ময়ুমদা মানা মমাগী সেবা অমুক তৌরৈ। মমানা হান্নগুম্না মাবু থেল্লগা হায়রকই, " মালিনী নহাক ওসি হনখ্রগনু, নহাক্কী নফি-নরোল খরা লৈহৌরিবহু ঐ নঙ্গোমচাদা পুরক্লবা হায়খিগে। "

মমানা মাবু হনখিদনবা অমুক য়াম্না কন্না থেম্মী, অহুবু য়ুম অহুদা রবিগা ইন্দিরাগা লৈরগনি হায়বা রাথল অহু খল্লুবদা মহাক্লা খঞ্জানহুনা মমানা হায়বা অহু য়াদনা নুংথিল অথেঙ-বদা মঙ্গোমচাগা লোয়ননা পাঙ্গৈদা অমুক হনখ্রে।

## ১০

অরুণ মালিনীগা উন্নখিদবা চহী অমরোম ফারে। হৌখিবা পি,ইউ,সি, পরীক্ষাদা মহাক পাস তৌহৌদ্রে। মতুদা মহাক য়াম্না নীংহন্নখি। মহাক মশামক পুন্সাও মাওঙ্গরবা মী অমা ওইরে হায়বত্থু জ্ঞান তারকপগুম তৌখি, অতুগা থোইদোক্লম্ন মালিনীবু নিন্দা তৌপি, মরমদি মাগা নক্লরুবদগী মহাক ফীবম অসিদা তারক্লে, অতুদগী মানা চিংনখিবা রমেশকা মখোয় অনী-গী মরীতু নীংশিংলকই, অতুদগী মহাক অস্নুম মুংনাংবা হেল্লকই। মহাক্কা মেট্রিক্তা ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌমিন্নবা মমান্নবা খুদিংমক পি, ইউ, সি,দস্থু ফাষ্ট ডিভিজন্দা পাস তৌই। মখোয় খুদিংমক ইঞ্জিনিয়ারিং নত্রগা মেডিকেল তম্বা চৎপগী সেলেকসন ফংহুনা লম লমদা চৎনখ্রে। মখোয়দি মাগুম্না ঈরাং অমতা য়াওখিদে। মহাক হৌজিক মতুগী থল্লুবদা য়াম্না ইকাইবা পোক্লকই। অসি-গুম্না লৈরিবৈ পূক্লাংগী ফীবম অসিদা নোংমা মাগা কোলেজদা তম্মিন্নবা পাঙ্গেদা লৈবা রতন কৌবা মমান্নবা অমদগী মহাক্কা

মালিনীগী মরমদা রা খরা তারে। মমান্নবা অহুনা হায়, "মালিনীগী মখুরা অহু য় য়েল্লি, জুরার শাগ্নৈ, মখোয়দা মী কয়া চঙই, মখোয় অত্তগী সেবা মালিনীনা তৌই।" "কয়াদা হঙ্গোইখ্রবনো!" মহাক্না খল্লকই, "মালিনীনা অস্থুম তৌই হায়বসি ওইথোকপা য়াব্রা?" অহুদগী মানা মালিনীগা রমেশকগী মরী অহু নীংশিংলকই। মহাক য়াম্না হেন্না নীংবা কায়রকই। "মহাক চিংননীংঙাই ওইবীনি, মহাক্না কনাগুম্বা অমবু অমুক মুংশিরম্বা য়াই," মানা খল্লকই। রাথল অসি খল্লুরগা মুংশিবা হায়বা অসি ফাওবা মহাক য়াম্না থাজরক্লে। মুংশিবগী মরমদা মহাক্না অমুক খল্লকই, "কনাগুম্বা অমনা কনাগুম্বা অমবু হেক্তা মুংশিবা য়াই, মসিদা অরেপ্পা করিস্থ লৈতে। নূপী খুদিংমক্না নূপা অমবু মপুরোইবা ওইবা য়াই। অহুগা নূপা খুদিংমক্না নূপী অমবু মাগী নূপী ওইবা য়াই। মুংশিবা হায়বসি মতম মতমগী ওইবা অপাম্বা অহু নত্তনা অতৈ করিস্থ নত্তে।"

অস্থুম্না পরীক্ষা ঙমদবগী নীংবা কায়বগা মালিনীগী মরমদা ফত্তবা পাউ তাবগা অরুণ তুমিন্না লৈখ্রে। মালিনীগা মখোয় অনীগী মরীহু তংপগুম তৌখ্রে, মরক মরক্তা নীংশিংবতা মঙায়রে। উখিত্রবা মতমদা মী অমবু কাউরকপা, পুন্নীংদগী মাগী শক্তম অহু তপ্পা তপ্পা মাঙখিবগা লোয়ননা মাগী মমল, মগুণস্থ খরা খরা হস্থখিবা, মমৈথঙদা মীতোপ অমা ওইনা ফাওবা খল্লকপা (অসিগুম্না খল্লকপা মতমদা মহৌশাগী থোক-খিবা থৌদোক অহু থোইনা নীংশিংদবা অহুগা করিগুম্বা

নীংশিংলুবা থোক্লবস্সু কায়দবা অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক্তি থন্দুনা থোশানরক্কবা )—মসিনি মীওইবগী হৌনশা। অরুণস্সু মালিনী-বু থোশারক্তে। ময়ুমদস্সু মাগী মাঙথরক্লবা লীচৎকীদমক অহল-লমম্মা ঙাঙবগা, মহাক মপাল ইথোক থোক্তে, কোলেজদা মহাক্না হঞ্জিল্লুনা তম্লিবা ক্লাসতুদা চাংনাইনা য়াওরে।

মানা মতম অমদা মালিনী উন্নত্রিঙৈদা তুমিন্না থম্মোয়দা নীংথিবা মথোয়গী লৈকাইদা লৈবী আরতিস্সু হৌজিক মাগা। ক্লাস অমতদা তম্মিন্নরে। কয়াদা ইকাইখুম্বা নৌনা ক্লাস কাথৎ-লকপা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী মরক্তা ফম্বদু! মাগী পুন্সীদু চেন্নরবা ঈচেলগুম থল্লকই। মহাক মতম লৈবা থিবিক্তা ক্লাসতা তুমিন্ন-তা ফম্মী। মানা মকা ফোংদনা মুংশিথিবা কুচু ঙৌবী, মশক ফজবী, ইনাক খুনবা ইমুংদা পোকপী আরতিবু উবদা মহাক হৌজিকস্সু অতুম কিবা পোক্লি। মালিনীদা ইকোম কোম্না মুং-শিবগী রা ফোঙদোকথিবা অতুগুম্না মঙোন্দদি কৈদৌঙৈদস্সু রা অমা ফাওবা ফোঙদোকপা ঙম্নরোই, ফোঙদোকেস্সু নীংলুদে। মাগী মপুক্কীংদা অমুক অমুক থল্লকই, মুংশিবনা মাবু লৈথা তানা মাঙহল্লুরে। হৌজিক মহাক মতুগী জগত্তা অমুক চঙলরোই, মরম অসিনা মহাক কনাদস্সু মুংশিবগী রা হায়গে থল্লে।]

নহানমুক মালিনীনা মমাগী মনাক্তগী লাক্লগা অকবা মুমিৎ অমা য়েংলগা ময়ুমদা চৎকে হায়না থম্মবনি। অদুবু মহাক্না

হৃষিগা ইন্দিরাগগী মরমদা নীংশিংলুবদা অমুক য়াম্না থগ্নানি।' অম্মুন্না অরেপ্পা অমা খঙদনা লৈরিঙৈদা নোংমদি অথেঙবা অমম্বা অহিং অমদা ইখঙ খঙহৌদনা রমেশকা, লৈকাইগী মী খরগা জিপ অমা তোংহনা মমা লৈথিদবগী পাউ পুহনা লাক্লে।' মালিনী পাউ অহু তাবদা মকোক্তা বজ্রনা পানখগা চপ মান্নখে, পৃথিবী অসিনা মথক্তা ননবগুম তৌখে। মহাক নোং খোংবগুম কপ লাউবা হৌরকই। মম্নবা থাশিরমদাইগী অহিং অহুদা শীংলিবা মুংশিং, হৌরিবা উ-রা, অরাপ্পা খুলদা উরিবা মুশি মুশিবা মৈঙাল, অমম্বা লম্মাঙ পুন্নমক্ত হায়ফম খঙদনা অকিবগী শক্তম ঙাক্তা ওইনা উরকই।

লাক্লিবা মীশিং অহুগী মরক্তা খরনা মাগীদমক রাবীবগুম তৌনা উই, খরনা খোইনা খৌশাদনা মখোয়গী লনাইগী ওইবা রায়ী খরা শাহনা শূমাঙদা লৈ।

মাঙোন্দা মালিনীনা কপ্পা অহু থায়গা রমেশনা খোজেল নীক্লা হায়রকই, " মালিনী, হৌজিক খৌরাঙ তৌরুরো চৎনবা !"

অরাবা রাখলনা লাকহৎখিহনা জ্ঞান ভাদ্রবী মালিনীবু মখুরাগা মন্দোমচাগনা খেমজিল্লগা মখোয় পুল্লপ জিপতুদা তোংহনা ইম্ফালদা হাইগৎলক্লে।

মখোয়না লাকপা মতমদা মালিনীগী মমাহু পোৎলোইরম্মী। অমখুবা অহিং অহুদা সভকী মম্নাদা পোৎলোইবগী মৈজাউনা মৈরি রাংনা ভাঙশং ভাঙনা পুমঙান ঙাম্না চাক্রম্মী; জুমাই জুম্বা, শীংখায়বা, য়োৎপ্পাক পায়বা খুদৈ শেৎপা পোৎলোইবা রাওবা

মীশিংনা ইকোয় কোয়না লৈ। মচু উবদা মালিনীদি থঙ-হৌদনা ৱাম্লখে।

মহাক্না জ্ঞান তারকপা মতমদা মহাক ফমুংদা লৈরম্মী। মহাকী মনাক্তা ইন্দিরাচু ফমলুনা শূৎ শূৎ কপ্লুনা লৈরম্মী। মৈ ঙাম্না থাল্লম্মী। থংনবা কাদা মী থরা ৱারী শাহুনা লৈ-বগী মখোল তায়। মতম অচু নোং ঙানগদবা কুইত্রে, য়েন খোংবা মখোল তারক্লে।

"ইচে, হকচাং থরা ফুংঙাইরব্রা?" ইন্দিরানা হংলকই।

"উম।"

ইন্দিরানা কপ্লা কপ্লা মচেদা মমা লৈখিদবগী ৱারী লীবা হৌরকই। মহাক্না হায় মালিনী চৎখ্রবা মতুংদা মমাচু থঙ-হৌদনা অহুম শোম্লখ্রে।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে, মমাগী শ্রাদ্ধতু লোইখ্রে। ববিগা ইন্দিরাগা যুমচুগী পুমশ্ন প শম্লা যুম্ন শাই। মালিনীনা মখোয়গা লৈমিন্নবা ওইখোক্লোই হায়বা থন্দুনা শ্রাদ্ধ লোইত্রিবা ফাওবা পাক্লৈদগী অসুম হকং-হন্দা চত্তুনা থবক নোম্বা লাকই। শ্রাদ্ধ মতুংদা মহাক মন্দোমচাগা লোয়ননা অমুক পাক্লৈদা চৎখ্রে।

হৌজিক ইন্দিরাগা ৱবিগা যুম অচুদা ফুংঙাইনা লৈরে। যুম অচু অনৌবা ফজবা লৈতেংগী ওইবা পোৎনা পীক থল্লে—সোফা সেট, ড্রেশিং টেবল, সোবোক্স, স্তিলগী অলমারী, গালিচা ফিদা, লৈরোং য়াওবা কাঙথল, মচু মচুগী লৈরোং চাউনা লোনবা মোম্পাকফিদক অসিনচিংবা। অসিদা নত্তনা ইন্দিরাগী

ফিজোল মথল মথেল — ফনেক মপাম্লাইবা, শাড়ি, মুগাফি অসিনচিংবা কয়া লৈরে। মশাস্থু লীক, লৈ, খুদোপ্পা পূমভাঙ ভাংখে। অভাং ওইরিবৈদা নুংশিজবা মচে অহু য়ুম পাল্লবা, মমীত্তা মচা উরবা, মাগী সংসার অমা শেম্লবা মতম অসিদদি মাবু কয়া নীংশিংখিদ্রে। মহাক্না মচেবু মরাল শীহুনা থল্লি মানা মাবু তাম্থোকপা নত্তে, মশানা লৈয়ু য়াজদবনি। মমা নাবা মতমদস্থু মহাক্না মচেবু য়ুমদা লৈনবা হায়বনি, অহুবু মহু-দস্থু মহাক্না য়াদহুনা মমা শিবা নংহৌদ্রে। রবি হৌজিক মাগী মপুরোইবা ওইরবনি, করিগীদমক্তা মানা কিরিবনো? অস্নুমা ইন্দিরানা মশাগী অমস্নুং মপুরোইবগী মরালবু উদনা নাকল অমতদা থল্লি।

রবি হৌজিক মাগী মনাক্তা লেঙদনা লৈ। মাগী নোংমগী চৎপা হৌনবা ঠিকাগী থবক-ইথ্থাং শ-নোম্বা চৎলুরগা য়ুমদা হল্লকই, অহুগা লেম্না লেম্না মখোল হৌনা মাঙ্গোলগী ফক্তা ফম-হুনা মচা লৌহুনা, লরুহুনা লৈ। ইন্দিরানা কেনা চন্দন থিন্দুনা, পাউদর থারগা, ফি মতুপ অহনবা হঙ্গামপাল অমা ইন্দুনা সন্ধ্যাগী ধূপ থাবা, অতৈ থবক ইথ্থাং নোম্বা অসিনচিংবা তৌহুনা শ-মাঙ মাঙ্গোন্দা হজং-হন্দা চৎলি। মখোয় অনী মচাশিংহু য়েংলগা ৱা অমা অনী ভাঙনরগা নোকই (হৌথিবা থা অহুমমুক্তী মমাঙদা ইন্দিরাগী মচানুপা অমস্থু পোকখ্রে)।

অস্নুমা মমা শিবা মতুং থা তরুক তরেৎ হৌখ্রে। মহুগী

ফুংনদি ৱাবিগী লীচংসু থরা হোৎলক্লে, মহাক মরক মরক্তা যুমদা হল্লক্কবা য়াওরক্লে। ইন্দিরাহু মুংশ্রাণীবা পোক্লকই। হল্লক্কবগী নোংডাম্লগা ৱবিনা লাকপদা মহাক্তা হংই, মহুদা ৱাবিনা মহাক ঠিকা তৌকমদা লেকউরে হায়না খুম্মী। করিগুম্বা হুমিত্তনা মহাক পাড়ী মেরা তৌহনা লম্বীদা অহিং লেক্লক্লে হায়না খুম্মী। ইন্দিরানা মাগী লমচৎ অদু য়াম্না চিংনবা পোক্লক্লে। মহাক্না মোংমা ৱাবিখোয়গী লৈকাইদা চত্তুনা থগনবা মীদা মহাক মযুমদা লৈত্রা হায়না হংলুরে। মখোয়না হায় নহানমথৈ থাই-মহুনা লৈরুবা ৱাবিগী নূপী অহল অদু থৌজিক মপুরোইবগী মযুমদা লাক্লে, ৱাবিসু মযুমদা লৈবা য়াওই।

অসিগুম্বা পাউ অসি তারগা ইন্দিরা নিংদোল পোম্না, শাউনা মযুমদা হল্লকই। হুমিৎ অদুদা ৱাবিনা মাগী মনাক্তা লাকপদা মাগী হায়নীংঙাই লৈতনা থীনা থৎনৈ। মহাক্না মপু-রোইবদু নীংতম্না অথীবা খোলনা চৈ-থাংহনা ঙাওই; মহুগীদমক মাবু ৱাবিনা কয়া ফু-চৈহনা তৌই। অকোনবদা ইন্দিবানা ফমুংদা থরায় শোক্লা মচে অমসুং মমাবু কৌহনা কপ্পী।

মালিনীগী মঙদা মনাউনুপীগী অসিগুম্বা ফীবম অসিবু হেক হেক উই—করিগুম্বা হুমিত্তা ইন্দিরাহু মমাবু কৌহনা কপ্পা উই, করিগুম্বা. হুমিত্তা মাঙোন্দা চিন্তা তৌহনা ফম্বা উই, করিগুম্বা হুমিত্তনা থৎনা-চৈনবগী ইরাও লাওনা উই। অসিগুম্বা মঙশিং অসিনা মাবু য়াম্না লাওতরুহল্লি। মতম অমদা মমানা মঙোন্দা

অয়ানবা তৌখি, অদুবু মানা মাবু নুংশিদবদি ঙমখিদে; হৌজিকসু মনাউনুপীনা মাগীদমক করিমতা খন্দবগুম উই, অদুবু মহাক্না মনাউনুপীবু নুংশিদবদি ঙমদে।

অসুম্না মঙ নুংঙাইতে হায়দুনা খন্দুনা লৈরিঙৈদা নোংমদি সুমিৎ য়ুংবা মতমদা ইন্দিরাদু মচা অনীদু পুদুনা মালিনীগী মনাক্তা লাক্লে। মতমদু মন্দোমচাগা মখুয়াগা লৌকুম্বা চৎখি। মালিনীনা মাঙোন্দা কুমাল লোল্লি।

মহাক্না ইন্দিরাবু উবদা ঙক্না হংলকই, "হায়মা, ইন্দিরা লাক্লিব্রা? কাখৎলকউ।"

ইন্দিরাদু মমীৎ-মমায় ইপোম পোম্না উই, মথজাই অনীদু ইঙাঙ ঙাঙই। মানা মচা অদু অমনা পম্নগা অমনা মথুং শম্ন-গা মচেগী মনাক্তা কাখৎলক্লগা ফক্না ফম্লে।

ইন্দিরাগী মতৌদু উবদা মালিনীনা থরায় খজিক্কং য়ানা হংলকই, "করি খবক্কী লাক্লিবনো? নহাকপু খৎনরকপ্রা?"

ইন্দিরানা মচেগী মনাক্তা ফম্নগা য়া অমতা ঙাঙদনা অঙাং মচাগুম্না কপ্পা হৌরক্লে।

"করিনো ইন্দিরা নঙনা তৌরিবসি? হায়য়ু, কৈদৌনরক্ল-বগে?"

ইন্দিরা রবিগা খরা খৎন-চৈন তৌরক্লে। রবিদু মাগী য়ুমদা কুইনা লাক্লবদা মাগী চানীংঙাই খক্কীংঙাই করিমতা লৈরক্তে। রবিনা অমুক লাকপদা মানা মচীন খীদুনা ঙাঙ-বদগী মখোয় অনী খৎনরকপনি।

ইন্দিরাদু থুমজে, কপ্পুনা অতুম লৈরে।

মালিনীনা মনাউনুপীগী থূদাংদা ফ্বগী খাম্বা চৈফম অমা উবদা সুংশাথীনা অমুক্তা হংলকই, "হায়ম্ ইন্দিরা, কৈদৌনা-থক্লে?"

ইন্দিরানা অঙাং মচাগুম্মা অতুম শূং শূং কপ্পুনা ববিনা ফ্বগী পাউদু মচেদা তম্লকই।

মালিনী তশেংনা য়াম্মা পাথংখ্রে। মহাক্না মনাউনুপীগী মশা পূম্মক্তা ফ্বগী মুশুক মুনা খাম্বা চৈফম ময়াম লৈরিবদু মথং মথং য়েংলক্লে। মাগী ভোরবা হকচাং অদুদা লৈরিবা অমুবা দাগফম ময়ামদু উবদা মালিনী থঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লক্লে। মহাক্না অশোকপা মফমশিংদু য়েংলগা নান্দুনা শাউনা শোল্লকই, "হিংচাবা, মিসুংশি খঙব্রবা! মীবু অসুম্না শা-শজগুম্মা ফ্বা হৌনব্রা?"

হৌজিকসু মহাক্না মাগী অপঙবী মনাউনুপী অদুবু অঙাং মচাগুম্মা উরি। মখোঙনা খোংনা কৈগী খয়াত্তা চেজিঙরুবা শক্তিগুম্বী মনাউনুপীগীদমক্তা মালিনী হায়ফম খঙদনা সুংশাথীবা পোক্লকই, মাগী তুংগী পুন্সীগীদমক্তা খল্লুবদা অকিবা পোক্লকই। অদুবু হৌজিক পূম্মক অদু হায়রুবগী করি কান্নগনি? রাখল থম্নবা মতম অদু হৌখ্রে।

"ইন্দিরা," মহাক্না জ্ঞান তানা মনাউনুপীবু খেমজিল্লদুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি য়ুম পান্নুবনিদা জ্ঞান তানা লৈমিন্নবনা ফরে, পূম্মক অসি নঙনা শীঙ্গথিবনি, কনাদা তাইনরুগনি?

নত্ত মহাক্কা য়ানবা চৎপা ভায়বনি। মহাক্কা হায়বা রাগা হঙংদা খুম্ৎ গছু, মাগী লীচত্তা পেন্দবা য়াওবা য়াই, অহু পুম্নমক অহু থরা থাওবা তারে। হৌজিক ঐখোয়গীদমক্তা কনা লৈরে!" মতাং অসিদা মালিনীগী মমীত্তু নৌনা অমুক লিগী ঈরা চেল্ল-কই। মহাক্কা মতিন য়োংথরগা রা ডাঙকম থঙদনা অমুক শমথরকই, "ঐনা হায়রিবা অসিনি, ইন্দিরা, নত্ত জ্ঞান থরা তারো। হৌখিবা পুম্নমক্কি হৌখ্রে।"

মালিনীনা উপায় লৈত্তবা মওঙদা অহল শাহুনা মনাউনুগীবু চনীং তানা য়ুম পাল্লবা থেমজিল্লবস্থু অশেংনমক মাগী থম্মোয়-মুংদদি শাউনীংবা, পুক্নীং মুংশিবনা পীক থল্লি।

"ইচে, নহাক য়ুমদা লাক্লো," ইন্দিরানা মচেনা য়ুমদা লাক্নীংত্রিবা অছুগী মরম থঙনা হায়রকই, "ঐ মাবু অমুক হল্লা য়ুমদা চঙহল্লরোই।"

"করি রাবো ইন্দিরা? মছুবু হেক ওইখোকপা য়াবা রারা? হৌজিক নঙগী নচা অনী অসিমস্থু য়াপ্রে," মালিনী-না হায়রকই, "ঐনা লাকপগী রাহুদি মতাং চাবা মতম অমা লাকথিগনি।"

"হৌজিক মাগী মত্তে য়াওজ্রবস্থু হিংবা ঙমগনি, ঐখোয়-গী চুকান মচাহু হাংলগা!"

মালিনীনা ইন্দিরাগী রাহু ভাবদা মতম অমদা মমানা লেনবা পুক্নী মরেল অহু নীশিংলকই, মমাঙদা ফম্লিবা তনৌ তনৌরবী মশক ফজরবী মনাউনুপী অহুদা মীকুপ অমতং য়েংলকই,

অহুবু মাগী মপূক মমুংদা ফাওবা ৱাখল অংগদি হায়দোরক্লে, চুম্না মনাউনূপীবু অহুম থেমজিল্লহুনা হায়রকই, "ভাইখো ইন্দিরা, নহাক ৱাখল থরা খঙ্ঘো।"

ঙুমিং অহু ফনা থেঙবা ফাওবা ইন্দিরাহু মচেগী মনাক্তা লৈরম্মী।

মালিনীনা থেমহুনা উচিন নাচিন্না মাবু থাদোকখ্রে। মানা চংখ্রবা মতুংদা মালিনীহু ৱাখল তয়াং তশোইহৱবী মনাউনূপীগী মরমদা হুংভাইতনা খন্দুনা লৈহৌই।

মানা মাগী অপীকপা ফমুং অহুদা ৱাখল খন্দুনা ফমহুনা লৈরিবৈদা মপান্দগী মমান্নবী অমনা মাবু কৌরকই। কুচু ভৌবী, মী কয়া ৱাংদবী, মচীন মখা য়াংবী মমান্নবী অমনা মাঙোন্দা কাথৎলক্লগা হায়রকই, "নহাক ঈশিং শোকপা চৎ-লোইদ্রা ?"

মালিনীনা খুম্বা নংদ্রিবৈদা মহাক্না ইমুংদা চঙলক্লগা অমুক হায়রকই, "কৈদোয়ে নথক্তা তুমিন্না ফমহুনা লৈরবদি ? থেঙলে নফি-নয়োল হোংদোক্লবো চৎলসি।"

মখোয় অনী থোরক্লগা চৎনা চৎনা মমান্নবী অহুনা মালি-নীদা হংলকই, "ভসায় লাকপহু কনানো ?"

"ঐগী ইনাউনূপীনি।"

"ইন্দিরা হায়বীহুরা ?" নূপীহুনা হংলকই। মহাক্না মালিনী-না ৱারী শাবদগী ইন্দিরাগী মমিং অমস্তুং মাগী মরমদা হান্না তারে।

"উম।"

"হায়মা, নওগা মান্নখে, ঐস্ থল্লমিবনি ওইরমগন্রা হায়না, ফজরব্রি নওনা হেল্লিবু, মাম্বা ঙৌজবতনি," মমাম্নবী অহনা মালিনীবু মমাঙদা থাগৎলহনা হায়রকই।

মালিনীছ নোক্লক্লে, হায়রকই, "চরোদা নওমা ঙাওবা অমা।"

"অওইবনি, নওনা ৱাংবা হেল্লি, ৱাশি লৈবস্ন হেল্লি," মমাম্নবী অহনা হায়রকই। অহুদগী মীকুপ অমগী মতুংদা মানা অমুক ইন্দিরাবু থাগৎলহনা হায়রকই, "অহুবু মাস্ন ফজেদা।"

ঙহাক তূমিন্না চৎলগা মমান্নবী অহুনা অমুক হংলকই, "মাদি কৈদোনা লাক্লিবনো?"

"'স্নুম চুম্না লাক্লম্বনি," মালিনীনা মন্নুংগী ৱা অহু তমদনা হায়রকই।

"করিগীনো মানা হন্নুবদা লৈরিববু? পাম্মুখ্রেদা।"

"মাগী মাগী অনীংবা হান্নবহুনি।"

অহুদগী নূপী অহুনা খঙহোদনা নোক্নুনা ফাগী তৌরগা হায়রকই, "মালিনী, মঙোন্দগীদি তাগোপালনদি ফগনি।"

গোপাল হায়বসি মালিনীগী মথুরাগা তিন্নবা নোংমা মখোয়দা জুরার শান্নবা লাকপা মশম তেন্না ককপা নহা অহুনি। মানা অয়াম্বা মতমদা মালিনীবু লুমহুনা লৈ। মহু মমাম্নবী অহুস্নু খঙই, করিগুম্বদা মাগী মমাম্নবীশিংনা গোপালনা মালিনীবু হুংশিবগী ৱা মঙোন্দা তম্নকই, অহুগা মানা মালিনীদস্নু ৱা অহুবু খঙহল্লি।

মতাং চাদনা তৌরকপা ফাগী অহুদা মালিনী থরা শাউরপা

মমায় ঙাঙনা হায়রকই, "হেরা, অঙাউবা মানবা অহুবু, হন্দমুক মখোয়না ঐগী ৱা ঙাওলক্লবদি থীনা চৈরকই হায়না তমখো।"

মালিনীনা শাউরকপা অহু উবদা মমায়বী অহু হৌনা নোকথোরক্লে।

অশংবা নাপী মথক্তা মখোয় অনী নোক নোক্লুনা ৱারী শাহুনা চৎলি। লম্পাক মচীদা অঙাং ময়াম বোল শায়রি, হুমিৎকী মঙাল লৈত্রে; হুমিদাংৱাইগী লৈচিল-নোংফাইনা অহাঙ-বা মালং অহু কূপশিল্লি। অথাপ্পা লম্পাক্তা শস্থী অকংবা থুনবা চৎলিবা অঙাংশিংনা লাউনা লাউনা থোম্থাঙ য়ৈনা ঈশৈ শক্লকই।

মমায়বী অহুনা ফাগী তৌবা তোক্লুনা অশেংবা ৱা ওইনা হায়রকই, "মালিনী, নহাক থরদি চেকশিল্লু, নহাকপু মানা চিংগনি হায়বা তায়, ইমায়বীশিংদা ৱারী শারম্মী।"

মালিনীগী মায়থোঙ অহু থঙহৌদনা মকশিনখ্রে। মমায়বী অহুনা মানা মমায়বীশিংগী মফমদগী তাবা ৱা কয়া তয়কই।

হুমিৎ অহুগী হুংদাংহু মালিনী ৱাথলনা ফুম্বংনরে। অম-ৱোমদা মনাউনুপীগী ফীবম, অহুগা অমরোমদা মাগী হৌজিক ওইরিবা ফীবম অনীসিগী থল্লুবদা মহাক অহিং চুপ্পা তুম্বা য়াদে। মহাক্না নোংঙানবগা মন্দোমচা অমদি মথুৱাদা ৱাফম অহুগী মরমদা থঙহল্লি, অহুবু মহাক্না য়ায়া হুংঙাইতবদি মহুগী মরমদা মখোয়না থোইনা থোশাদবগুম উই। অমুয়া নোংমা

নোংমা হৌখ্রে। মরক অদুদা মথুরানা মীশক অসিবু য়ুমদা চঙহনবা, জ্রুরার শান্নবা, য়ু থকমিন্নবা অদু লেপ্তে। মহাকপু পাখোল শীবা, মখোয়গী চা লোলহনবা অসিনচিংবা অন্নম তৌই। মসিদা মহাক্কী পুক্লীংদা হৌরকপা সুংঙাইতবগী রাখল অদু হায়নীং-ঙাই লৈতে। অদুগা মরক মরক্তসু মথুরানা মী অমা অরেম্বদা লৈবগী থরচনচিংবা পন্দুনা তুমিন্না ঙাঙবা মালিনীনা তারে।

মহাক নোংমদি মফম অদু থাদোক্তুনা তুমিন্না চৎথ্রগে হায়না মপুক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে।

## ১১

নোংমা মথুরাগা মন্দোমচাগনা লৌকুম্বা চৎখি্ৰ ঙৈদা মহাক্না মফি-মরোল অহু ফি অমদা য়োমশিল্লে। মহাক্না লাকপদা য়াও-রকপা ফি ঙাক্তনি, পঙয়াম য়ামদে (মফম অসিদা লাকপা মতুংদা মাগী অনৌবা ফিরোল অমত্তা লৈদে)।

মহাক্না শম্বল মরুমদা লেপ্লগা মমাম্নবী অহুবু কৌরকই। মমাম্নবী অহুনা মাগী মখোল তাবদা চেম্থোরক্লুনা মাগী মনাক্তা লেপ্লরে, মালিনীনা পোৎ ময়োম অমগা লোয়ননা লৈরম্বা অহু উবদা ঙকখ্রে, হায়রকই, "করিনো মালিনী য়ুমদা চৎকদৌরব্রা?"

"উম তোম্বী, ঐ য়ুমদা চৎলগে, হোরেন ইন্দোমচাখোয় লাক্লগা থরা তম্বীয়ু," মালিনীনা হায়রকই।

মমাম্নবী অহুগী মায়থোঙদা খঙহৌদনা অরাবগী মমি তা-রকই, হায়রকই, "মালিনী, করিগীনো নহাক্না তুমিন্না চৎকদৌ-রিবসি?"

মহাক্না মালিনীনা বারী শাবদগী ইমুংহুদা লৈবগী মুংঙাইতবা,

মন্দোমচাগা মখুরাগী লীচত্তা পেন্দবা, অদুগা থোইদোক্না গোপাল হায়বা মীশক অদুনা মাবু চিংগদোরি হায়বগী রাকম অসিদা মখুরানা করিস্নু থৌশাদনা লৈথোকপা অমস্নুং মীশক অসিবু মথোয়দা অদুম চঙইনবা পুন্নমকসি মমান্নবীদুনা মুন্না থঙই।

মালিনীনা হায়রকই, "তোম্বী, অমুক হায়রুদুনা কৈদৌনি? নঙনা পুন্নমক খঙলবদুনি।"

মমান্নবী অদু রাহং অদু অমুক হংলক্লে, খঙহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেনখ্রে। মহাক্না মালিনীগী পোৎয়োম অদু পায়রগা হায়রকই, "সে, ঐ বস থাকম ফাওবা থিনবীগে।"

অদুদগী মানা খঙহৌদনা করিগুম্বা অমা নীংশিংলকপগুম তৌনা পোৎয়োম অদু থম্নগা অমুক হায়রকই, "মালিনী, ঙহাক্না ঙাইরমখো, ঐঙোন্দা নঙগী কত্তাগা, ফিগা লৈহৌরি, ঐ লৌ-রুখিগে।" (মানা শামতু কুরিং লোন্নবা কত্তাগা, ইন্নফি অমগা মালিনীদগী রায়। ফি অত্ত মানা হৌখিবা নিংথোকাবা মুমিত্তা ইম্ফাল কাবদা ইন্নরুবনি।)

মমান্নবী অদুনা মযুমদা চেনশিনখ্রে।

মীকুপ খরগী মনুংদা মহাক্না ফিদু খবরনা চেকশিন্না য়োম্নগা, অদুগা কত্তা অদুনা তোঙান্না চে মচেৎ অমনা য়োম্নগা থোরক্লে। মহাক্না মালিনীগী পোৎয়োম অদু থোক্তুনা মখোয়শিং অদু হাপচিনখ্রে।

মতাং অদুদা অরাংলোমদগী হাইগৎলকপা উফুল রা-রা থাংনা লাকপা বস অদু মশক উরক্লে।

"থোক্লসি, অছুদি গাড়ী লাক্লে," তোম্বীনা পোৎয়োম অছু পায়খৎলদুনা হায়রকই।

মখোয় অনী কোন্থোঙলোমদা থোকখে।

মীকুপ খরগী মন্নুংদা অমনবা বস অছু মখোল অহুম মরি থোকপা হোর্ন অছু খোংহুনা খোংনাং বট পাম্বী অমগী মখোঙ-দা থাররে।

মালিনী বস মন্নুংদা কাখৎখে। মমাম্নবী অছুম্নু গাড়ী মন্নুংদা কাখৎলক্নু মাগী কমকম য়েংমিন্নরকই। ঙহাক্কী মন্নুংদা বস অছু ষ্টার্ট তৌবা হৌরক্লে।

"অছুদি চৎলোকো মালিনী," মমাম্নবী অছুনা হায়রকই।

"করে, চৎলগে লৈহৌরোকো। ঐঙোন্দা চিঠি হেক হেক ইরকউ।"

মখোয় অনীগী মমীত্তা পিনা থল্লি, ফিগী মচীনা মখোয় অনীমক তৈথোকই। মখোয় অনীমক মতাং অছুদা অমনা অমদা করি হায়গদগে খঙদে।

মমাম্নবী অছু মমীত্তগী মপিহু ফিগী মচীনা তৈথোক তৈ-থোক্না কুমথখে।

ঙহাক্কী মন্নুংদা বস অছু অহৌবা মখোলগা লোয়ননা, মনীংদা অমুবা মৈখু থোক্না চৎখে।

মমাম্নবী অছুনা সড়ক ময়াদা লেপ্লগা বস অছুনা মশক উখিদবা কাওবা য়েংহুনা লৈহৌই।

মালিনী গাড়ী মন্নুংদা করিমতা লেঙদনা তুমিন্না ফমহুনা

লৈ। মহাক্না চৎলিবসি ময়ুমদরা? ময়ুমদনা করা থেংনরক্-গনি? মহাক ৱাখল অমতা থনবা ঙমদে। মীনিম্না ওমচারক্-ন্বা গাড়া মমুংতুদা মীশিংগী ৱারী শাবা, নোকপা, মী তোং-হনবগী ইন্নবা পুন্নমক মহাক করিমতা ভাব তাদে। পাক্নবা সংসার অসিদা মাগী মী কনামত্তা লৈত্রবগুম, মাগী হিংফম লৈত্রবগুম নীংলকই। মহাক্না রবিবু ইন্দিরা পুন্নহনা য়ুমদু থা-দোক্লনা চৎথিনবা হায়বা ঙমগদ্রা হায়না খল্লকুই। য়ুমতুদা মথোয়গী অধিকার করিস্থু লৈতে। অদুবু মদু মহাক্না রবিদা কৈদৌঙেদস্থু হায়বা ঙম্লোই। মাগী পুক্নীংদা চমম্বা অৱাবা ৱাথলনা পীক থনখে।

মালিনী অস্থুম ৱাখল থন্না লাকপনা ইম্ফাল য়ৌথিবা থঙহৌদে। গাড়ী তোংলিঙৈদা থোক্নখিবা থৌদোক খুদিংমক মহাক থোইনা থঙহৌদে—মরক মরক্তা গাড়ী থাম্বা, হোর্ন থোংবা, মী কাথৎ-কুমথ তৌবা, মীনা ৱারী শাবা পুন্নমক্ মড়দা তৌবগুম্নী। ইম্ফাল য়ৌরবদা দলান অৱাংবা, মীকুংবা, রিক্সো, সাইকল, খোঙনা চৎপা পুন্নমক অদু উরগা মহাক জ্ঞান থজিক্কং তারকই।

গাড়ী থাম্নবা মতুংদা মতুদা তোংলম্বা মী খুদিংমক মাগী মাগী মপোৎ-মচৈ পুতুনা গাড়ীদগী কুমথনরক্লে। মালিনীসু পোৎ-য়োম অদু পুতুনা বসক্তগী কুমথরক্লে।

মক্তমতু ইঙেল থানি। অতিয়াতু মায়কৈ থরদা ভোরুনবা লৈচিম্না শন্দোক্লনা লৈ। অদুবু লৈচিম্না কুপ্তবা অশংবা অতিয়াগী

শরাক্তগী মুমিংনা লংনা য়াক্লবা মঙালগা লোয়ননা থোরকই। মালিনীনা গাড়ীদগী কুমথরগা য়াক্লবা মুংশা অতুদা মায়-থোঙদা হুমাং মরীক মরীক পল্লা সড়ক ময়াদা লেপ্লগা ৱিল্লো অমা কৌরে।

তুপি উপ্পা হুমাং জি-জি শৌবা ৱিল্লোৱালা অমনা চঙ-শিল্লক্লগা হংলকই, "কদায় য়ৌগদবনো?"

"ক্বাকৈথেল য়ৌগদবনি।"

মালিনীনা ৱিল্লো অহু তোংথংলবা মতুংদা ৱিল্লোৱালা অতুনা ম্বাগী হকচাং অমসুং মমায় অহু মুংশানা য়ৈদনবা ৱিল্লোগী বোদি অহু তপ্পা চিংখংলে অতুগা থোবা হৌরকই।

ৱিল্লো অতু মথোয়গী থোঙ্গাল মপাদা থারে।

মহাক্না কোম্থোঙদগী য়েংলকপদা মথোয়গী য়ুমতু শো লোন্দুনা লৈবা উই। মমেশক্তি খুদৈ অমা শেৎলগা ফুরিৎ লীত্তনা পুথ্রী মপান্দা থোই চোপ্তুনা লৈরম্মী, মহাকপু উবদা হরাউনা কৌরক্লগা হায়রকই, "মালিনী, নহাক লাক্লব্রা?"

মানা থুনমক থোইজে অহু পুথ্রীগী লৈরাইদা য়ুংশিল্লমগা কোম্থোঙলোমদা থোরক্লে।

"চঙলকউ, ঐখোয়দা হাম্না চঙলকথো," মহাক্না হায়-রকই।

মালিনী মথোয় অনী চঙশিল্লরকই।

মথোয়গী মাঙ্গোন্দা কুচু মুনঙ তৌবী, মমায় কোয়দানবী, মী থরা পীকপী মৌ অমা থোরকই।

নুপী অদুদা রমেশনা মাবু মশক তাক্লদুনা হায়রকই, "ইন্দিরাগী মচে মালিনীনি।"

নুপী অদুনা খজিক্কং মোমোন নোক্লুনা মাবু শাকথঙনবা চৌবগী মওঙদা য়েংলকই, অদুগা মহাক্কপু হমাউ হন্নাউনা মাঙোন্দা কন্নবা কৌশিল্লি।

মালিনী ভাবনা খঙই নুপী অদু রমেশকী নুপীনি।

"চাক চারক্লব্রা?" রমেশনা হংলকই।

"চারক্লে।"

"হৌজিক য়ুমদা কৈনবা লাক্লবা নত্রা?" রমেশনা হংলকই। (মালিনীনা ময়ুমদা লৈবগী থুদোং চাদবা অদু মানা খঙই।)

"হৌজিক মখোয় কদায়দা চৎথরগে?" মালিনীনা রমেশকী মাহং অদু পাউথুম পীদনা হায়রকই।

"মখোয় হৌজিক য়ুমদা লৈতে," রমেশনা হায়রকই, "রবিদু মফম অসিদা শুক্লাক লাকথিত্রে। অদুদগী নুমিৎ মঙানিগী মমাঙদা ইন্দিরাদু মচা অনীদু পুদুনা য়ুম শো লোনশিল্লয়গা মাগী মনাক্তা লৈরুগনি হায়না চৎখ্রে। মহাক্কা নঙোন্দা পাউ অমত্তা খঙহল্লমত্রা?"

"খঙহল্লমদে?"

"হৌজিক নহাক মফম অসিদা ঈংবা লৈখা মারে," রমেশনা মালিনীগী লাক্লিবা কীরমগী মতৌদু খঙনা, থোইদোক্লা লৌহল্লিংবা মওঙদা হায়রকই, "মখোয়গী শো অসি ফক্কায়গনীদুরা?"

মালিনীনা য়ারহুনা রমেশনা ময়ুমদগী থুংলাই অমা পুথো-রক্লগা শুমাঙদা তাবা নুং অমগা থুল্লগা মীকুপ থরগী মন্নুংদা শোহু কক্তায়রে।

"চঙলো," রমেশনা হায়রকই।

মহাক্তি থুংলাই অহু থম্নবা ময়ুমদা অমুক চঙখ্রে।

মালিনীনা থোঙ অহু হাংদোক্লগা ইমুংদা চঙলক্লে। মমাঙগী ফমফম কা অহু সোকা সেট, লৈতেংগী পোং কয়াহু কায়দনা লৈরম্মী। মাগী ফমুং থাকম অহুদি হোংদোক্লম্লে, মোম্পাক অমতা থায়মদে, কাঙথলম্মু য়াওরমদে।

মহাক পোং খুদিংমক অহু উবদা হঙোইবা পোক্লকই। মানা অরাং থংবা মমানা নাহুনা হীপ্লম্বা কাহুদা চঙহুনা য়েংলকই। কাহুদা থাবা অনেম্বা ফমুং অমদা মমানা কুচু তাইফেং তাইনা, শকফম শোক্লা নাহুনা হীপ্লম্বা, মাগা অরোইবা ওইনা উন্নহুনা য়ারী শাখিবহু নীংশিংলকই; মহু নীংশিংলুবদা মহাক খঙহো-দনা মশাহু তু চুংলকই।

মহাক্লা পোংয়োম অহু ফমুংদা থন্নগা ওহাক্লং তুমিন্না রা-থল থোক্তনা ফমহুনা লৈ। মতম অহুদা মাগী পুক্লীংদা লাক-পা রাখল অহু করিনো খঙদে, পুন্নমক চমৈ্ল। ময়ুমদা থুং-লবা ওইরবম্মু মহাক মী তান্নবা ঈথং অমদা থুংলবগুম তৌই, মপুক্লীংদা কনাম্ন লৈতবা, কনাম্মু হিংদবগুম নীংই।

মহাক্লা অম্রুম্না ফমহুনা লৈরিভৈদা রমেশকা মাগী নুপীগা মাগী মনাক্তা চঙলক্লে। নুপীহু মচীন-মখা য়াংই, মপুরোইবগুম্না

মীগী মতেং পাংগনবা মীতা মাল্লি। মহাক্না মালিনীগী মনাক্তা ফমহুনা মাগী অরাং-অপা, পোং-চৈ, ফিরোল, চান-থক্রবা পুম্ন-মক মঙোন্দগী লৌ হায়হুনা রাম্না হরাউ হরাউ তৌরে।

হুমিদাং অহ্ মালিনীনা রমেশকী নূপীগা চামিন থকমিন্নৈ। মখোয় অনী মাগী মনাক্তা লাক্‌নুনা রারী শারৈ। মখোয়না হনথ্রবা মতুংদা মালিনী মথন্তা অমুক লৈহৌরে। মতম অহুদা মঙোন্দা অঙকপা থৌনা অমা লাকই—মীওইবগী উপায় অতে লৈত্রবা মতমদা লাকপা অরোইবা থৌনা অহুনি।

মহাক্না থোঙ ভপ্পা লোল্লগা মৈঙাল অহুদা মথন্তা তূমিন্না চীপ্তুনা রাখল তৌহুনা লৈ। মহাক তূম্বগী রাখল চঙদে, মমীং তূকথনা পাঙহুনা লৈ।

ঙসায়মথৈ রমেশকা মাগী নূপীগনা মাগী মনাক্তা লৈহুনা রারী শামিন্নরিঙৈদদি মহাক্তী কোক্তা অরাবা রাখল খরা চঙলমদে, অহুবু হৌজিক মথন্তা ভায়রবা মতম অসিদা মহাক্তী কোক্তা অরাবা রাখলনা ঈরোং ফাংনা চেনশিল্লকই। য়ুম অহুদা অভাং ওইরিঙৈদগী হৌনা থোকখিবা থৌদোক খূদিংমক নীংশিংলকই—মাগী মপানা য়ুমহূ শারম্বা, মখোয়না খঙলকপদা মশক মতৌ ফজরবী মমানা মতম চুপ্পদা নহা ওইবগী মোমোন মীনোক্তা লোয়ননা মপাগা লোয়নখিবা, মপা শিথ্রবা মতুংদা মমাগী লমচৎ হোংলকপা, ইন্দিরাম্ন মমাগী মতৌ খূদিংমক তমহুনা নীংতম-খিবা অসিনচিংবা। রাখল পুম্নমক অসিনা মাবু রাম্না রাহল্লি।

অকোনবদা মানা, মাগী হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদা

থমবা হৌরকই। মসিগা মরী লৈননা মঙোন্দা মরু ওইবা থাখল অনীথক লাকই। অহানবদা, ইন্দিরাগা ৱবিগত্থু অমুক য়ুম অসিদা লাকখিগদ্রা? অনীশুবদা, মহাক হৌজিক করি উপায়না হিংগনি? অহানবগী ৱাফম অদুগী মবমদদি মহাক্না পুকচেল পরা চাউথৎনা লেপ্লে, মখোয় লাক্লবস্থ হৌজিক চঙ-হল্লরোই। অনীশুবগী ৱাফম অসিগী মরমদদি মঙোন্দা চমম্না থোকই, হৌজিক মাগী থৃক্তা লুপা হুম্ফু হুমদোইদমক লৈ। মহাক্না হৌখিবা নিংথমথাদা মাগী থুংনেক্তা শামতু ফুবিৎ অমা লোন-বদা লুপা য়াঙথৈ ফংখি, অদুগা মানা চংলমদাইদা লৈকাইগী মৌ অমদা মাগী অরোনবা মোনথুম অমা য়োহোল্লম্বদা লুপা তরাতরুক অমগা ফংখি। অপুনবা হুম্ফুতরুক অদুদগী মানা লাকপগী বস ভাড়াগা রিক্সো ভাড়াগা থাইদোকপগা মাগী থৃক্তা মথক্তা পনখিবা পৈশাহু লৈ। মহুনা কয়াম কুইনা হিংবা য়াগনি? রমেশকা মাগী নুপাগনা মাবু শয়া কুইনা য়েংশিন-বীগনি? মহাক মখোয়গী মতেং ভাক্তনা হিংবস্থ পামদে। মহাক্না ইন্দিরাবু অমুক নীংশিংলকই। ৱবিগা মখোয় অনীদগী মহাক করিস্থ পামদে। অকোনবদা মানা মথন্তা শূদ্র-নোমজবগা হিং-বগী ৱাথল নত্তনা অতৈ অমা লৈত্রে হায়বা থওপকই। ৱাথল অদুগা মরী লৈননা মানা মমানা কম্লম্বা হুকান অহু নীংশিং-লকই। "মহুনদি ঐ লোয়দনা হিংবা ঙমগনি," মানা থম্লকই, "অহুবু লৈশাকী ওইঁরিবী ঐনা করম্না হুকান কমগনি?" মমা লৈরিঙেদা নোংম-কাদোক কম্বদি কম্বনি, মহুনা হিংবা ঙম্ববা

চোংথোরকপা তারবদি অরায়বা নত্তে, মী কয়াগী মীৎয়েং হায়বা অমম্থু লৈরি। ৱাখল অদু মঙোন্দা অকিবা অমনি। মমানা চৎলম্বা লৌচৎ শাজ্রৎ পুন্নমকপু মুম্না থঙহৌবা মীনা, মমাগী মহুৎ শিন্দুনা তুকান ফমহৌরবী মাবু করম্না মীৎয়েংনা য়েংবীগদগে? থবক অদু থল্লু থল্লুরগা হেক ওইথোকপা য়াবা ওইনা থল্লক্লে। অম্মুম্না অরেপ্পা ৱাখল অমা থঙদনা অহিংদু হৌপ্লে।

# ১২

নোং হেক ঙানবগা মালিনীনা ইমুংগী থবক থরা তৌরম্লগা মমাঙলোমদা থোরকই। রমেশ অদু ঠিকা তৌকমদা চৎনবগীদমক মফি-মরোল শেৎলগা মাগী মনাক্তা লাক্লে।

মহাক্না চুরি ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই, "মালিনী, করিমতা মুংশা থীরুগন্নু, নঙগী অরাংপা খুদিংমক হেক্তা হায়ম্নু।"

শূমাঙদা মাগী নূপীনা মাগী সাইকলদু তৈথোক তৈথোক্লা রমেশপু ইচম চম্না য়েংই, অদুগা মালিনীদম্নু নোক্লকই।

অস্নুম্না নোংমা নীনী হৌখ্রে, মালিনীগী মথূক্তা লৈবা পৈশা থম্না অদু লোইখ্রে। অরুণদি নোংমা ফাওবা মাগী মনাক্তা লাক্কে। মালিনীনা উপায় লৈতবদগী রমেশকী মতেং থরা লৌহনা হিংবা তারে। রমেশনম্নু মঙোন্দা হরাউনা মতেং পুম্নমক পী।

অহানবদা রমেশকী নূপী অদু হরাউ হরাউ তৌরম্লবম্নু মপুরোইবগী (মাগী বাথলদা) কাহেনবা মতেং অদু য়ানীংদবা

পোক্লক্লে। মাগী পুক্লীংদা মখোয় অনীমী মরী অতুবু চিংনবা পোক্লক্লে।

মহাক্না নোংমা মাগী মপুরোইবদা হায়রক্কই, "ঐখোয় অসুম্না তৌরবদি হিংবা ঙম্লোইদৌকি।"

"কৈদৌরবগে ?"

"মী অমবু অসুম লেম্না য়োক থাকপা ওইখোক্লবনি," রমেশকী নুপীনা মালিনীগা মরী লৈননা হায়রক্কই।

"করি য়ানো দেবলা ? মহাকী কনাপু লৈত্রে, ঐখোয়না খরা য়েংশিনবীদবা য়াত্রা ?"

"অতুবু হাকমনখ্রে, মাস্থ হিংবা ঙমবা নোম্বা তাই, শূবা তাই, করিগী মীগী মতেংনা অসুম হিংবা পাম্লিবনো ?"

"মহাক করিসু ঐখোয়গী ইতেংনা হিংবা পাম্রদে, ঐনা পীনীংহুনা পীবনি।"

"অতুদি নহাক মাগী কনানো ? করিগী অতুক মিথুংশি চাউরিবনো ?" মাগী নুপীনা খোল খরা ঙম্না শাউনা হায়রক্কই।

"করিগীনো নঙনা মক্ষু হংলিবা ?" রমেশসু মমায় ঙাঙনা শাউনা হায়রক্কই, "নঙগী নথৌ করি লৈ ? ঐনা পীনীংবহু অতুম পীগনি।"

মাগী নূপী দেবলানা শাউনা মাগী পুক্লীংদা ফুমথা চিংনবা য়াথল খুদিংমক কোঙদোক্লহুনা মপুরোইবদা মচীন থীহুনা ঙাঙবা হৌরক্লে। রমেশসু শাউহুনা মাবু ক্ষু-চৈবা তৌরক্লে।

মালিনীনা মখোয়গী খৎন-চৈনবা লাউনবা অতুদগী মখোয়গী

খংনবগী মরমছু শামিন ওইনা খঙলে। মহাক ইকাইখনা থাঙ-খা ঙমদ্রে। দেবলানা লৌরিবা অর্থ মরৌ অছুগীসু মহাক হায়নীংঙাই লৈঙনা মুংঙাইতে। মহাক্না মছুগী মরমদা মঙোন্দা ৱা খরা শেংদোক্লীংই, অছুবু মাদি মঙোন্দা মুমিৎ মঙানী-রোমগী মমাঙদগী কৌথিদ্রে। মহাক্না রমেশতা ওইরবসু ৱা-ফম অছু অমুক্তং শেংদোক্কে খল্লি, অছুবু খংনবা মীকুপশিংদা মহাক্না মছু মঙোন্দা হৌদোক্লবগী কান্নবা লৈতে হায়না খন্দুনা অমুক তোক্লে। "মঙোন্দগী মতেং লৌদ্রবদি, ৱাথোক অসি অমুক থোক্লরোই," মহাক্না খল্লকই।

রমেশনা ঙসায় অমুক চৎথোক্লমদাইদা মাগী নুপীগা খৎন-চৈনবা তৌরম্লবসু মহাক্না সন্ধ্যাদা ময়ুমদা হল্লকপা মতমদদি মালিনীগী মনাক্তা হাল্লা চঙলক্লে। মহাক গাড়ী তোংলকপগী মশমছু উফুল ঙাক্তা পল্লা মথুক্তা থাউ অচৌবা অমা য়াল্লগা মালিনী-খোয়গী চুরিদা লেপ্লরে।

মতম অছুদা মালিনী মাঙোন্দা সন্ধ্যাগী ধূপ থাছুনা লৈ।

"মালিনী," মহাক্না কৌরকই।

"করিনো?" মালিনীনা অচাকপা ধূপ কল্লীগী মমাঙদা খুরুম্বদগী হৌগৎলগা খুম্লকই।

রমেশতু পুক্নীং ইহন হম্বনা উই, ঙসায় মাগী নুপীগা মাগা খৎনবছু মালিনীসু তারমগদ্রা হায়না চিংনবা পোকই।

মহাক্না থাউ অছু দারীদা থম্লগা হায়রকই, "সে, মসি লৌশিল্লু।"

মালিনীনা তপ্না খুল্লকই, "রমেশ, ঐ ওঁসিদি নহাক্কী মতেং অঁসি লৌররোই, নহাক শাউরম্নু।"

"কৈদৌরে মালিনী ?" মহাক্না চিংনরপ ভৌনা হায়রকই, "মসি লৌশিল্লু। নহাক্কীদমক্তা ঐনা লৈরকঁপনি।"

মালিনীনা ওমহুনা মানা পুরকপা পোৎ-চৈ অহু লোহোঁক্রে। রমেশতু ইকাইনা মমুমদা চঙখ্রে।

তশেংবদি মুমিং অহুগী মুংদাং অহু মালিনী চান-থক্কবা করিমতা লৈতে। মহাক চাক থোংদনা কমুংদা চঙখ্রে।

"চাদদনা শিরবসু শিরগনি, মাঁগী মতেংনা হিংবদি হিং-লরোই," মহাক্না খল্লকই। মহাক্না রমেশকী মতেং অহুবুদি থাগৎনীংই। মমা লৈরিঙৈদগী হৌনা মানা মথোয়দা মতেং কয়া পাংলকপা পুম্নমক অহুগী লমনদি মহাক নীংশিংহুনা লৈরগনি, অহুবু মাগী নুপীনা থল্লিবা রাখল অদোমদা পুরবদি ওন্থোক্লা হঙোইখ্রে। মানা হৌজিক থনবা হায়রবু মাগা নক-শিন্নদবা ফরে অসিনি।

অহিং অহু মহাক মীং কক্না অমতা তুমদে। মুংদাং অহুদা মাগী কোক্তা অহুকী মতীক ফত্তবা রাখল ভাক্তা চঙলকই। চীঙ্কবা মানিংগী ইপোম হৌরবা অহিং অহুদা মুংঙাইনা তুম্নিবা মীপুম থুদিংমকপু মহাক্না য়েক্কবা ভাক্তা ওইনা থল্লকই। মহাক মর্ধত্তা আত্মঘাত তৌবগী রাখল ফাওবা থল্লকই।

নোংঙাল্লগা পুং মাপল্লমুক তাবা অহুম্নাইদা রমেশতু মাগী নুপীনা চাকঁশঙদা চাক থোংশিঙৈদা মালিনীগী মনাক্তা লাক্লে, অহুগা

মাঙোন্দা থাবা চৌকি অমদা ফম্লে।

" মালিনী, হায়য়ু, করিগীনো ঐতোন্দগী মতেং পামজ্রিবা ?" রমেশনা ভরাংগী খোদোক অহুগা মরী লৈননা হায়রকই।

রমেশকী নৃপীহু শৃমাঙ, মাঙোন্দা লৈবা উদ্রবদা মালিনীমু ফক্লাংদা ভাথহুনা রমেশকী মনাক্তা লেপ্লে। রমেশকী পুক্লীংদা ফাওরিবা মুংভাইতবা অহু মাস্থু থডই।

" রমেশ, " মহাক্না জ্ঞান ভানা শেংনা হায়রকই, " নহাক্না ঐভোন্দা পীবা মতেংনা নখোয়গী ইমুংদা শান্তি কায়বহু ঐ পামদে। ঐ নঙগী মতেং থৃদিংমক অহু পুন্সা অসিমগী কাউররোই, অহুবু মতুং তাবদি ঐ অমুক লৌররোই।"

বাহৈ অহুনা রমেশপু য়াম্না মুংভাইহন্রে। মহাক ভাবনা থডলে মাগা মাগী নৃপীগা থৎনবা অহুগী মরম মালিনীনা থডলে।

" মালিনী, মানা মচীন থীহুনা পঙভাঙ ভাওজবনি। মহুগী করিস্থু থলুহু। ঐখোয় অসুম হিংমিন্নগদবনি, লৈরবস্থু লৈত্রবস্থু !"

" মহুগী করিস্থু থন্দেদা, মাবু করিস্থু শাউদে, মহু নৃপী ওইবীশিংগী হৌনশানি। পুন্নমক ঐগী ইরাল ভাক্তনি।"

রমেশকী মায়থোঙহু য়াম্না মকশিনখ্রে, হায়রকই, "নত্তে, মালিনী, নহাক্না অসুম্না থল্লবদি ঐ য়াম্না মুংভাইররোই !"

মীকুপ থরদং তুমিন্না লৈনখ্রে।

মালিনীহু ভহাক্তং রাথল থল্লগা রমেশকী পুক্লীংগী ফীবমহু থঙনা খোঙেল তপ্না হায়রকই, " রমেশ, নহাক্না ঐগী ইতেং পাংবীগে হায়রবদি ঐনা হায়নীংবা অমতংদি লৈ।"

"করিনো ?"

"ঐ হৌজিক ইথস্তা হোৎনহুনা হিংবা পাম্মী।"

রমেশতু মায়খোঙ মকালাম্না হরাউ হরাউনা হংলকই, ". হায়য়ু হায়য়ু, মহু করম্না ? মহুদা করম্না মত্তেং পাংউগে ?"

"ঐ হৌজিক ঐখোয়গী হুকান অহু হাংহুনা পোৎ য়োনগে থল্লি। মসিগীদমক শেল থরা দরকার ওই।"

হৌজিক রমেশকী থৃত্তা ঠিকাগী বিল ফংবগী শেল থরা লৈরি। মহাক্না হংলকই, "কয়ামুক্নো ?"

"চামরিমুক্তনি, মহুনা অহানবা হৌদোকপদি থরা য়াগনি," মালিনীনা হায়রকই, "ঐ থুনা অমুক শিংবা ওম্নবা হোৎনগে।"

"নত্তে, নত্তে," রমেশনা হান্নগী হরাউবা মায়খোঙগী মতৌহু উত্তুনা হায়রকই, "শিংবগী রাদি অরায়বনি নঙনা শিংনিংবা কান্দা শিংবা য়াই, অহুবু থবক অহুবু নহাক ওমগত্রা ?"

"উম, শোয়দনা ওমগনি," মালিনীনা মতিন য়োথরহুনা মঙক নোম্নগা মশাবু থাজনা থুম্নকই।

রমেশনা ময়ুমদগী পৈশা লৌরুরগা লুপা চামরি অহু মালিনীগী মথুত্তা পীরে।

মথংগী নুমিত্তা মালিনীনা হুকান্দা চত্তুনা শেংদোক-শেংজিন তৌরুরে। মখোয়গী মিংশেল চনবা অলমারী মচা অনী, পোৎ থম্নবা ফক্লাংদা শেম্বা উপাকী ফম্পাক পুম্নমক্ত য়াম্না ফজনা শেংদোক্রে। অহুদগী নুমিৎ য়ুংবা মতমদা মানা পোৎ-চৈ লৌরুরগা মাগী হুকানহুদা থম্লে, চুরুট, বিড়ি, মৈথেৎ, বিসকুইট, কা,

সাখন অসিনচিংবা পোৎ মকূপ কয়ানা হুকান অহু মমিংতা ওইনা হাংদোক্লে।

হুংথিলদা মীনা হুকান ফম্বহু উবদা মমাবু মশক থওবা অহল থরমা চঙলক্‌না পোৎ লৈবা ওইনা মাগী মনাক্তা ফৈয়ে, মাবু হুংলিবা বারী শয়ে; পড়ক্তা চংপা নহাশিংনা মতোন্দা ওক্লা মুম্না য়েংই।

শুমিং অহুগী সন্ধ্যাদা মহাক্লা ময়ুমদা চঙলগা য়েংবদা লুপা হুক্‌মুক শীৎলি; মহুদা মগী শেন্দোং লুপা তয়ামঙাবুক য়াওরে। মহাক্লা পুক্লাং থরা লুম্না থক্লকই, "হিংবদি ওয়গনি।"

মহাক্লা ইমুংগী থবক মোয়া মোয়া বাথল অহু অহুম থম্নুনা লৈ। চাউরবা য়ুম অহুদা মথক্তা লৈবগী অচৌকপহু অকিবগী মশক ওইরম্বদগী ভাসিদি থরা ওইদবগুম তৌরে। মানা থল্লি হুকান অহুগী মতেংনা মখোয়গী মমাগা হিংখিবনি, মহু হৌ-জিকসু ওইখা য়াই। মমা থওই মমানা রাখিবা অহু খরচ কাহেয়া চাউবা, হুংভাইবা পীবা, ওক্তবা অসিনা মরম ওইদুনা রাখিখনি—চয়া হিবমথৌদি মখোয়গী হুকানহুগী মতেংমা ওই-থোকই।

সন্ধ্যাদা রমেশনী ময়ুমদা হেক্ক হল্লকপগা মতোন্দা চঙ-লক্‌মা পোৎ য়োমবহুগী মরমদা হংলে। মহাক্লা অশাৎপা পোৎ-চৌশিং, শেলনি চাংগী মরমদা রমেশতা তম্মী।

মাগিনী নোংঙানবদাদি থরা ওয়া হুকান্দা থোক্লে; তয়াং-গুয়া পোৎ অহুম কজনা শীৎলি, সন্ধ্যা ওইকাক্লিডো ওক্লা

ময়ুমদা হল্লকই। অমুম্না নুমিৎ মরি মঙানি ফম্লবা মতুংদা থরা চনীং তারে, পোৎ শীংপগী চাং অদু থবা থরা থেম্লবসু মহাক্কী করবার অদুনা মহাক হিংবা ঙম্লগনি হায়বসিদি ফজনা খঙলে।

মাগী মন্দোমচাদু মানা তুকান ফম্লবা মতুংদা নোংমা মাগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মহাক্না মালিনীবু কবিগী অদুম্না তুমিন্না চৎলিবনো হায়না ঙাঙলম্মী। মহাক্না মঙোন্দা হৌনবীগী ওইনা হায়রম্মী, "মীগী মমাঙদা ফজদে মালিনী, ঐখোয়গী ইনাক্তা চৎশি।" মালিনী মাগী রাদু তাবদা মপূক্নীংদা শাউনীংলকই, অদুবু মহাক য়াম্না কম্নদি থুমখিদ্রে। মানা মখোয়দা চৎপগী রাফম অদু য়াদ্রবদা মন্দোমচাদু হনখে।

অমুম্না মালিনীনা তুকান ফম্লবা মতুং নুমিৎ তরানিগী তুংদা নোংমা নুংথিলগি ইন্দিরাদু মচা অতোম্বদু পুদুনা মপামদা লাক্লে। মহাক নোংমা মালিনীগী মনাক্তা লাক্লম্বা নুমিৎ অদুগুম্না শকফম ইশোক শোকই। মহাক্না হায় মহাক পাঙ্গৈদা হান্না মচেবু কৌবা চৎলুরে, মা লৈরমদ্রবা অদুদা ময়ুমদা চুমদ্রীং লাক্লবনি।

মালিনীনা তুকান ফম্লম্বদু উবদা মঙোন্দা ঙক্না থোকই। মহাক্না তুকানগী উপাক্কী গদি মথক অদুদা ফমদুনা অপীকপা মচা অদু পম্লগা হায়রকই, "ইচে, ঐ অমুক চৎলরোইদবনি।"

"করি রানো ইন্দিরা? করি অমুক তৌনরক্লে?" মালিনীনা ঙক্না হংলকই।

ইন্দিরানা তম্লকই রবিদু নূপী অমমুক থিরে, মদুগী খৎনদুনা

মহাক হৌরক্লবনি।

মহাক্না হুকান অহুগী মতেংনা মচীন মনাউ হিংবহু ওয়গনি খল্দুনা মচেগী পুক্লীং লুমবা হায়রকই, "ইচে, নহাক পোথা-হুনা লৈয়ু, ঐ হুকানসি কমগে।"

মালিনী ইওক ওক্লা ইন্দিরাদা কজনা ওনশিল্লহুনা হায়রকই, "ইন্দিরা, করিনো ঐবু ভাব ইতা তাত্রে, নুপীমচা অহল অহুদি?"

"মহাক মপাগী ময়ুমদা থনম্রে," ইন্দিরানা ইকোম কৌয়া খোইনা খৌশাদনা হায়বকই।

"নওবু নচা অহু য়ুংশিত্রব্রা? মমা য়াওদনা মহাক মকম অহুদা কয়া লৈগনি?"

"মহাকসু অমা হোৎনহৌসমু, ঐ ইথন্তা লোইনা হোৎনবা কনানা ওমগনি?" ইন্দিরানা হায়গী খোনকম অহুদা ইতিং তিংনা অহুম হায়রকই।

মালিনীসু ইওক অহুম ওক্কুনা লৈরে। মহাক্না ইন্দিরাবু অঙাংহুগী য়েংহুনা হনখিনবা নত্রগা অঙাং অহবু পুবিয়ক্লবা কয়া হায়বা হৌরকই, অহুবু কায়বা লৈত্রে। মহাক থওই মনাউনুপী ইন্দি-রা অসি অঙাং ওইরিঙৈদগী মানা নাংবতা তৌহুনা লাক্লবানি, মানা হায়বহু কায়ররোই। অহুনা মহাক মহুগী মরমদা মখা তারক্নে। মহাক শাউসু শাউনীংলকই, চৈসু চৈনীংলকই, অহবু মতাং অহুদ-দি মহাক্লা মাবু অমুক চৈ-থাংবা তৌরক্নে। মানা ভাওলিবা পুয়মক অহু অঙাংহুগী য়েংহুনা হায়বা ওাক্তনি, অহুগী রবিগী য়া য়েংলুরবদি মহাক্লা মনাউনুপীবু কৈদৌঙৈদসু মাগী মনাক্লা চৎহয়ীংত্রবনি।

# ১৩

অরুণ হৌজিক বি, এসসি, পাস তৌরে, ডি, সি, অফিসতা কেরানী ওইরে। মহাক্না মালিমীগী ফজবা পাউ তাবা অমসুং চিংনখিবা অতুনা মরম ওইদুনা নোংমতা মতম কনা ওইবা অসিগী মতুংদা মাগী মনাক্তা চংথিরে। থোইদোক্না মখোয় অনীগী মরী অসি পুন্না চংনথবগুম তৌরে।

থবক তৌরবা মতুংদা হৌজিক মতোন্দা নাপল অমা লাক্লে, ফজবা নুপী খুদিংমকপু মহাক্না থোয়দাক্লই, মখোয় খুদিংমক মহাক্না হেক হায়রবথিদি য়ারিকদবগুম লৌই, মশাগী মমল অ অতুক্কী মতীক য়াম্না থনথে, মহুদি মখোয়গী মতুংদা কনাগুম থরম্না মাথু সুংশিনবগুম থল্লি। নুপা অতে খুদিংমকপু মখোয়না ছুংশিনবদা মতীক চাদবা মীশিংনি হায়না মহাক্না থল্লি। মাগী পুক্নীংদা হৌজিক পুন্নাগী ওইবা য়াবা নুপী অমগী শক্তম অয় ভাবনা শাররক্লই। নুপী অহু মতোন্দা ফখোকপা অমগা জোয় নানা সুংশিবা ওবী, শকতমগী ফজবদা মপুং ফাবথী, জাইহিরকদাইং

হৈবী, অক্ষবা ইমুংদা পোকপী, লমচৎ ফজবী, সরকারগী থবক তৌবী, হৌজিক্কী সমাজদা পুথোকপদা মশক থোকপী নুপী অমা ওইগদবনি। থরা অঙাং ওইরিবৈদা থনখিবা ফজবা নুপী অমদা হেক্তা পুক্নীং লুপ্পা, অতৈ ইমুং-মন্নুং, লমচৎ শাজৎকী মরমদা করিস্ত্ থল্লুদবা ৱাথল অহু নত্তবা হেন্না শিংবা, অহুবু মশাগী ওইজবা থিবা মওঙ অমদা মুংশিবা তঙ্গী ৱাথল অমা মঙোন্দা লাক্লে। মহাক্না মালিনীবু মুংশিখিবহু নীংশিংলকই। মহু মহাক্না অঙাং ওইরিবৈগী অপঙবা মতমগী ৱাথলনি হায়না থল্লি। (মহাক হৌজিক মশানা য়াম্না মপুং ফারবা মী অমগুম্না থজৈ।) মহাক্না মালিনীগী দোষ পুথোক্তুনা থল্লি, "মহাক ফত্তবা মমানা পোকপী, মহৈ ফজনা হৈতবী, চিংননীংঙাই ওইবী নুপীনি।" মালিনীনা মথুৱাগী মনাক্তা লৈরগা য়ুথকপা, জুৱার শান্নবা মী কয়াগী সেবা তৌই হায়বহু মহাক হেক হেক নীংশিংলকই।

মানা মতম অমদা মালিনীগী মমাগী লীচৎ, ইমুং-মন্নুংগী ফীবম ফগৎনবা হোৎনবা অহু নীংশিংলক্তুনা থল্লকই, "মহু খ্বাইদগী ওইথোক্লোইদবা অপঙবা থবক্নি!" অহুদগী মালিনীগী মমাগী তৌবীমল থঙদবা মতৌ অহুবুস্থু নীংশিংলগা য়াম্না থোয়শাউনরকই।

অসিগুম্বা পুক্নীংগী ফীবমদা লৈরিবৈদা নোংমা মাগা থবক তৌমিন্নবা মালিনীথোয়গী লৈকাইদগী নুপা অমনা মঙোন্দা তন্নকই, "মালিনী অহু হৌজিক মমুমদা লাক্লে, মমানা কয়ম্বা হুকান

অচুম্বা কয়ে।" অরুণনা তুকচনা খল্লকই, "মহাক মমা অহূগী মচানুপীনি। মহাকসু মমাগুম্না তৌরগনি!" অম্মুম্না মানা মাপি- নীবু ক্বাম্না কত্তবা মগুন্দা ঙাক্না খল্লখে।

হৌজিক মানা মশাবু মমল থাম্না পঙথক্না খঙলগা পুন্নীগী হিংবগী লানফমদা মায়পাক্লে. মহুনা পুম্নমক অরোইবদি হায়না খল্লি। মমাম্না, অতৈ মীশিংনা তৌরকপা ব্যবহার অহূনা মাবু নুংঙাইহল্লি, মহুনা মাগী মমলবু য়ামথৎহল্লবগুম নীংই; মীঙোন্দা ৱা ঙাঙবদা পুম্নমক থঙ-হৈরবা, থবক চিনবা, মমল লৈবা শা- হুনা ঙাঙই, মতম চুপ্পদা মফি-মরোল নাম্না শেৎলি। অফিসকী থবক তৌমিন্নবা মীশিংগা সঙ্গ মরাম তৌরকপা অহূনা মাবু চাউথোকপা অমসুং নুংঙাইবা পোকহল্লি, মখোয়গী মনুংদা য়ু থকপা, জুৱার শান্নবা ওক্তবা মী কয়া য়াওই; মখোয়গী লমচৎ- শাজৎ অয়াম্বদু হৌনবী, চৎনবী অমসুং অচুম্বনি হায়না মহাক্না খল্লি।

অফিসকী থবক তৌমিন্নবা নুপী কয়াগা ফাগী-জুগার কম্না তৌনহুনা, ৱারী শাহুনা মাগা নুংশিনরকপা য়াবা য়াওগে, অহূবু মানা মখোয়বু তশেংনা নুংশিবা ঙমদে মরমদি মখোয়শিংদু মশক ফজবা ৱাৎলি, (মাগী ৱাখলদা) মী খোন্দে। মানা খল্লি অসিগুম্বা নুপীশিংগী মনুংদা থাইদগী মশক ফজবী, গুন্নৎ- পী, ৱা ঙাঙবদা মখোল নুংশিবী, মীবু খোন্দবী, পুক্নীংনা খোঙকাপী য়াওরক্লবদি হেক্তা নুংহোংগনি।

মালিনী হৌজিক ইন্দিরা লাকপদগী থরদি নুংঙাইনা লেল্লে।"

ইন্দিরাম্না থৌনা ফনা, হৈশিংনা ছুকান ফম্বদগী চাবা-থকপগী ৱাংপা করিস্ু পৈত্রে। ইন্দিরানা ছুকান্দা চংখি্রৈগদা মানা মচা অহুম্ু য়েংশিনবী, অহুগা ইন্দিরাগী লমচং-শাজংকী ময়মদসু মানা কয়া পায়ে। মচেনা ভাউবা অহুদা ইন্দিরানা ৱায়া জ্ঞান তানা খুম্মী।

মালিনীনা অরুণগী হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী ময়মদা করিসু খঙদে। অহুবু নোংমদি কুমারহু রমেশথোয়দা লাকপদা মথোয়দা চঙলকই। মহাক্না অরুণহু অফিসকী থবক অমা তৌরে হায়না তম্মী। মালিনীনা মাবু চানচিংবা লোয়গা পীথক্্না কুইনা ৱাখী শাহ্না ফম্মী। ৱারী অহুদা মালিনীনা মাগী মফমদা মশা-গী পূক্নীংদা লৈরিবা রাকম কয়া কোঙদোকই, মশাগী ৱারী—মন্নোমচাথোয়দা লৈরিগদা মাবু মথোয়না নমহুনা ফত্তবা জুৱার শায়বা মীশিংগী সেবা তৌহনবা, মথোয়দা লৈবা ফুংভাইরক্তব-দগী তৃমিন্না চেন্নকপগী ৱা কয়া তম্নকই।

ছুমিং অহুগী সন্ধ্যাদা কুমার অরুণথোয়দা লাকই। মথোয় অনী সিনেমা য়েংবা চংমিয়ে।

“ঐ ভসি মালিনীথোয়দা চংলুই,” কুমারনা চংনা চংনা হায়রকই, “নহাক মাগী মনাক্তা ভুক্লাক লাকখিত্রে হায়। নহাক্না থবক তৌবগী পাউসু মাদি তারমগ্রি।”

“উম, ঐথোয় মরী লৈনত্রে,” অরুণনা খোইনা থৌশাদনা মহৌশা ফুংশিনরম্বা মীশক অমবু হৌজিক থস্নবা মগুঙ অমদা হায়রকই।

" কৈদৌরে ? মহাক্নদি নঙবু খল্লি, " কুমারনা হায়রকই, " নঙগী মরমদা ৱা য়াম্না হংলকই। নঙনা খবক তৌখগী পাউতু তাবদা মহাক য়াম্না হরাউহৌই।"

" পুন্নমক তৌশিন্নবনি। "

" করি ৱানো অরুণ ? মাগী মতৌ অহু তৌশিন্নবা নত্তে। "

" অরেম্বনি ঐনা মাবু মুম্না খঙলবনি, মহাক লমচৎ চুমদবী নুপী অমনি, " অরুণনা অর্থ লৈনা হায়রকই, " মহাক মম্না অদুগী মচানি ! অদুগা মনাউনুপী ইন্দিরাসু অদু মঙাম। "

ইন্দিরাগী ৱা পল্লকপা অদুদা কুমারদু মায়থোঙ খন্না লাং-শিনখি, মরমদি মহাক্না ইন্দিরাবু য়াম্না নুংশিখি, হৌজিকসু নুং-শিরি।

মহাক্না অরুণনা তৌরিবা অদুগুম্না নুপীদা হন্থনা, নাপল অমগা য়াওনা য়েংবা মীৎয়েং অদুবু য়ানীংদে।

" করম্না মাবু লমচৎ চুমদবী ওইরিবা ? নঙনা মাবু করম্না নুংশিখিবনো ? " কুমারনা হংলকই।

" উম, মতম অদুদদি মখোয়বু মশক মুম্না খঙখিদে, মখোয়-গুম্বা মীশক অসিদা অফবা গুণসু য়াওবগুম নীংলুই, য়ারবদি মখোয়গী ফীবম ফগৎহনগে হায়বগী আশাদু ঐঙোন্দা লৈরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি ঐ খঙলে পুন্নমক অদু অরেম্বনি, " অরুণনা কুমারগী অহানবা ৱাহং অদুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই।

" অদুবু মালিনীসু মখোয় অতৈগুম্না শনবদি লাক্লি, " কুমারনা হায়রকই।

মহাক্না ওহাক্তুং নৈরগা অমুক হায়রকই, "অরুণ, মাবু খীরায়বীবা চুমদে, মহাক কনাম্ব নৈত্রবী তোল্লবী নুপীমচা অমনি।"

অরুণহু থুমক্লে। মানা মাপিনীবু কবিগী, মতৌ করম্না টিংনখিবনো হায়বহুগী মরমদা কুমারদা করিমন্তা শেংনা হায়-জোরক্লে। কুমারহু ঙকপা পোক্লকই, মতম কুইনা উম্রক্রবা তুংদা অরুণগী পুক্নীং-বাথলহু য়ামা থীনা হোংলম্লে।

কুমার বাফম অতুগী মরমদা মথা তারকখিল্লে।

অরুণনা ৱারী পম্বিং অতুদগী নৈথোক্লবা হংলকই, "মহাক কয়াম কুইবা ফাওবা নৈথিগনি?"

"চৈরাউবা ফাওবা নৈথিগনি।"

অতুদগী মথোয় অনী ইমুং-মচুংগী, থবক তৌবগী, ৱারী অতৈ অতৈ শাখ্রে। কুমারনা কোহিমাদা করবার তৌবগী, মক্কমহুগী ঈশিং চুংশিংকী, পোৎ-চৈ তাওবগী, চুংঙাইবা চুং-ঙাইতবগী ৱারী কয়া শারকই। অকানা নৌনা থবক চঙ-বগী, অফিসকী ওইবা সংসারগী অমসুং থবক তৌবা নুপীশিংগী মরমদা ৱারী কয়া শারকই। মহাক্না থবক তৌবদগী মশা অত্রু য়াম্না অকা অপুম্রবে, লাইরিক তম্লিচৈগী পুন্সী অহুনা হেম্না চুংঙাইবগুম নীংই হায়রনা ফোঙদোরকই।

কুমারনা অরুণগী মরমদা পেন্দবা অমা নৈ, মহাক নৌনা অফিসকী থবক তৌবদগী মানা কক্লে থন্দুনা থাদোকখ্রবা লীচৎ কয়া চৎলম্লে—চুকট থকপা, যু থকপা, পার্টি তৌফমদা জুয়ার

শাগ্নবা অসিনচিংবা। মহাক্না খল্লি অরুণনা মাগী হৌজিক ওই-রিবা কীবমদা অমুক য়াম্না পেন্থোকপা চুমদে, অদুগা মাগী লীচৎশিং অদুদা অদুক য়াম্না মুংঙাইবনি খনবমু ফত্তে। "মুং-ঙাইবা হায়বসি ইশানা মুংঙাইবনি খনবদু ওইদবমু য়াই," মানা খল্লি, অদুবু মহাক অরুণগী মফমদা মাগী পুক্নীংগী রাহু ফোঙদি ফোঙদোরক্তে।

নোংমা অমুক অঙনবদা কুমারনা কোহিমাদা চৎলমদাইদা অরুণনা থিন্দোরকই। কুমারনা মালিনীগা মখোয় অনী তাই-শিন্নবা য়াম্না থেম্মী। মহাক্না হায়রকই, "অরুণ, নহাক অমুত্তং মাগা উন্নবা চৎলু, মহাক্না তাইশিন্নৌ।"

অরুণ করিমতা খুমদনা লুকথহনা লৈ।

ওহাক্তী মতুংদা গাড়ী থাগদবগী হোর্ন খোংলক্লে। কুমার-না অমুক্তং অরুণগা খুৎ শোররগা মুংশিনা হায়রকই, "অরুণ, চিঠি তোয়না ইরকউ, নখোয় অনী উন্নরবা মতুংদা ঐঙোন্দা পাউ থগহল্লকউ।"

"উম," অরুণনা মপুক্নীংদা থোইনা অরেপ্পা লৈতনা মতাং অদুগী ওইনা খুম্নকই।

কুমারনা চৎথ্রবা মতুংদা অরুণ তুমিন্না মফ লুক্না রাখল খন্দুনা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্না চৎনা চৎনা কুমারনা হায়রম্বা বা খরা অমুম নীংশিংহনা লৈ। অদুগা মরাপ্তুনা নোংমা মঙোন্দা হায়বা অদুমু নীংশিংলকই, "অরুণ, মহাকপু অদুক মীরায়বীবা চুমদে, মহাক ফনামু লৈত্রবী তোম্নবী নুপীমচা

অমনি।" অসুম্না নীংশিংবা ৱাহৈ খরসিনা মাবু থরায় ৱাহল্লকই।
""কনাগুম্ লৈত্রবী, তোল্লবী, অদুবু খাজনীংতাইদি ওইদবী......
মাবু নুংশিবদা মতীক চাত্রা ?" মাগী পুক্নীংদা ৱাহং অসি অমুক
হন্না হন্না হংলকই। "নুংশিবদা মতীক চাদে," মাগী নুংগী
খোল্লেল অমনা পাউখুম পীরকই, "অসিগুম্বী নূপী মখল অসিনা
নূপা কয়াবু তক্লহনি, নমহন্না নুংশিহন্নি, অদুগা মখোয়গী পুন্সী-
বু লৈখা তানা মাঙহন্নি।"

অসুম্না অখোনবদা অরুণনা মাগী মরূপ কুমারনা হায়রম্বা
মালিনী উয়বগী ৱা অদু কাউথোক্লবা হোৎনরে।

মহাক্না ময়ুম য়ৌরগা কমুংদা কুইনা ৱাখল খন্দুনা লৈ।

অয়ুক্কী পুং মাপল মখায় তারক্লে। মহাক্না চাক চাবা
তোক্লগা মাগী কাদা মফি-ময়োল শেংনবা চওলক্লে, অলমারী
মনুংদা যাল্লিবা (মানা খবক তৌরবা মতুংদা তুবা) ফুরিৎ
খোঙ্গাউ কয়া অদুগী মনুংদা থনবা হোৎনকই। অফিস কাবদা
ফিরোল জুগোৎ চাদবা মওঙ তাদনা শেংপা, মচুগী চানদবা
অসি অফিসক্কী খবক তৌমিন্নবা নূপীশিংনা কয়েন্নহন্না লৈক্লে।
মরম অসিনা মহাক ফিরোল শেংপদা য়াম্না চেকশিন্নি। মহাক্না
ঊং মচুগী খোঙ্গাউ অমগা অত্রিয়া মচুগী কোল্লর পাক্লক্লা হাপ্পা
ফুরিৎ অমগা পুখোরক্লে, অদুগা মখোয়দু শেংলে।

মানা অফিস য়ৌবদা মী কনা য়াম্না তিঁনখৎনরক্লে। অফিস-
কী ভেরেন্দাদা মী কয়ানা, খরনা মখুত্তা চেন্‌চাং পায়রহন্না,
খরনা ফাইল পাইরহন্না চৎলি, খয়না ফালঙা কর্মইহন্না লৈরম্মী।

মানা চঙবদা মাগা মায়রোক্লনা ফম্বী কুচু ঙৌবী নুপী অমা চে-চাং খরা শুংহনা লৈ, মাগী অকোয়বদা, মী ময়ম্লু-য়োম-ছুনা লৈ। ময়ক ময়ক্তা নুপীছনা মীশিং অম্হবু, মপান্দা-থোক্ক-খিনবা থোল কয়া কয়া হায়রকই। ঙহাক্কী মতুংদা মাগী মনাক্তা ওম্বা মীশিংদু থোকখে। অদুদগী মানা মাগা মায়রোক্লনা মশা-মউ নায়া ফম্লিবা অরুণবু হাইফেং থোয়দানা য়েংজদা কলম অদু ইরম্বদগী পায়খত্তুনা হায়রকই, "য়ৌবীখক্রেকনা?"

"উম," অরুণনা মাগী মীৎয়েংগী অর্থ অদুবু খঙনা খুমক-ই। মহাক্না মঙোন্দা ব্যবহার তৌদুনা বা ঙাঙবদু ইহৈ হৈনদে, ইচম চম্না থবক তৌমিন্নবা মরূপ অমা ওইনা হেক্তা কৌবদুনা হেম্না পাম্মী।

"করিগীনো সুন্দরী, মীবু অদুক য়াম্না চৈরিবা?" অরুণনা শক্ফম ইকায় কায়দনা হংলকই।

"মথোয়সি য়াম্না ভাব ভাদে, খরা ঙাঙদবা য়াদে," নুপী অদুনা মথোয়বু চৈথা ঙম্বগী শক্তি অদু পায়বগুম্না খুমকই।

নুপী অদু মশক ফজে, করিগুম্বা কান্দা অরুণনা মাবু হেক হেক হুংশিগে তৌরুই, অদুবু মাগী মী থোন্দবা ৱাঙাঙ অদু মহাক্না য়াম্না হৈনদে, মাবু হুংশিবা ঙমদে।

অরুণ খুমক্লে।

কা অদুদা ফম্লিবা মী তরামুক অদু মানা মানা নীংথৌ কয়া হায়নরক্লনা ৱারী শানরকই। সুন্দরীগা থংনবা কুম্বী শূমাঙ লিলা য়াওরম্বা মমায়পী কপা কাম্নীগী শক্তা তাবা নুপী

অমনা ৱা অমুক অমুক ভাওলকপনা ময়াম ৱা-ৱা নোকই।

অরুণদি থোইনা থবক চিনবা নত্রবস্থ মখোয়না ৱারী শাৱিবা অছুদগী লৈথোক্লবা থবক শূহুনা লৈ।

জুমিং অছুগী মুংথিলদা মখোয়গা থবক তৌমিন্নবা নুপা অমগীদা বক্তি পুজা অমা থোক্লুনা অফিসকী মী ময়াম চৎলি। নুপীশৈখেদি ওহাক কয়গা হুনখি। অছুবু অরুণগা মগোয় মী থরগদি জুরার শান্নহুনা, থকচাহুনা লৈহোই।

'মখোয়না থোরকপদা শূমাঙ লিলা য়াওরম্বা নুপা অছুদি য়ায়া থকমনখিহুনা চৎপা ওমদ্রে, অংতোম্বা মী থরনা মাবু রিক্সোদা হাপ্লুনা পুখ্রে।

মতমছু য়ায়া থেঙত্রি, মমশিনখিবদি ওহাক ওইরে।

অরুণম্ব নেশাচি ভাওরে, অছুবু মশানি থৱা লাকশিনবা ওয়ি। মখোয় লোইনা চৎখ্রবা মতুংদা মহাক ফীবম অছুদা ময়ুমদা চঙনীংদহুনা কদায়দা চৎলুখিসিগে হায়না খনবা হৌরকই। তাঙ্গা অছুদা মানা ওসায় কুমার থিন্দোকপা চৎলুবদা মানা মঙোন্দা মালিনীবু উন্নবা হায়রম্বা অছু নীংশিংলকই। মাগী রাখলদা মশেগ মরাল থল্লকই, "করে, মাগা উন্নরুগে, হৌজিক মাগী মরমচং কত্তবা পুন্নমক পুথোক্লুনা চৈগে।" "ওক্তবী, ওক্তবী মমাগী মচানুপী!" মহাক্না মথন্তা সড়কী মচীদা লেপ্লগা মুকম মুকম শোনবা হৌরকই, "ঐনা মাবু কয়াদা চুংশিবা! অছুগা মহাক্না রমেশকা মরী লৈনবা, মথুরাগী মনাক্তা লৈরগা ওক্তবশিংগী সেবা তৌবা! কয়াদা তুক্কচখ্রবা!" অছুদগী মানা

ইন্দিরানা তুকান ফম্বগী বা কুমারনা মঙোন্দা তম্নম্বা অমা নীং-শিংতুনা শোল্লকই, "মহাকপু হল্লক্লগা তুকান ফম্নবা! মমা-গুম্বা ওক্তবী ওইরগনি, তুম!" মহাক্না তুকচনা লৈবাক্তা মতিন শীংলকই। "মখোয়গীদমক্তা ফনবা য়াথল করি থম্মীং-ঙাই লৈ? মখোয়না মখোয়গী জগৎ অসিবু পামদ্রে। মখোয়-বু উম্নবতু মখোয়গী জগৎ অসিগী মীবু উম্নবগুম উম্নগদবনি," অরুণগী মকোক্তা অসিগুম্বা ফত্রবা য়াথল ঙাক্তা লাকই। মহাক্না মালিনীগী ফজবা মশক মতৌ অদুবু নীংশিংলকই, অদু-গা মাবু মাগা মরী লৈনদবা ওক্তবী নূপী অমগুম ভাবনা উরকই।

মহাক মালিনীখোয়গী লৈফম তাম্না লাক্লে। মাগী মমীৎ-মমায় অদু পূমশা শাগৎলি, মহাক্না থৈনখিবা মী থরগা, মৈ-ঙাল থরগতা উখিবগুম তৌই।

মহাক্না তুকানগা মায়য়োক্নবা মতম কুইনা লেপ্লুত্রবা সড়ক মচীদা লেপ্লুরে, অদুগা তুকান অদোমবা য়েংশিল্লকই। মহাক্না উরে ইন্দিরা অদু মচাতু পোরগা তুকানগী পোৎ-চৈ থরা লোই-শিল্লি, ময়ুমদা চঙলমদাইগী থৌরাঙ তৌবা মাল্লি। মালিনীদি লৈবা উদে।

নেশা অদুগী পাজলনা অরুণগী মশাদা অঙকপা থৌনা অমত্তুং ইকাইবা খঙদবা মতৌ অমা লাকই। মহাক য়াথল থোইনা খম্বরুবা তৌদনা মমায় ইঙাঙ ঙাঙনা তুকান অদোমদা চঙশিনখে, অদুগা তুকান অদুগী থোঙদা মখূৎ অনী থাজত্তুনা পায়রগা

ইন্দিরাদা মমীং ইভাও ভাওনা য়েংলগা হংলকই, "নখোয়গী মালিনীদি থোরক্ত্রা?"

ইন্দিরাদু তুং ওঙ্খোক্তুনা পোৎ লোইশিল্লবদগী ময়ায় ওঙ্খোবল্লগা মভোন্দা ওক্লা অমম্মুং কিনা য়েংলকই। মাগী মমীৎ-মমায় ভাওবা, হা ভাওবা শেংদবা, মশাহু চুয়া লেপ্পা ওমদবা অদু উবহুদা মহাক নেশা চারগা লাক্লিবনি হায়রবদু ইন্দিরানা লায়না খণ্ডবা ওম্মী।

মহাক্কা মফম ইরেও লেওদনা মভোন্দা অদুম কিনা য়েংলগা খুয়কই, "মহাক্তি থোরক্কে!"

অরুণনা চুকান মমুংদা চওশিল্লক্তুনা গদি মথক্তা ফম্লবে, অদুগা মরোল ইকাই কাইনা হায়রকই, "করিগীনো মহাক্তি থোরকপা য়াদ্রা? নখোয় অনী শুত্রবদি চুকানসি কয়া মপুং ফাগনি?"

ইন্দিরানা কিনা হাথু হাথুনা মাগী পোৎ-চৈ লোইশিন্দুনা লৈ, মাগী পাউথুম পীরক্কে। মহাক কিবনা মশাহু নীক্লে, খবাকী মিহুল অদু তিং তিং চোংই।

"ঐ যুমদা চওলগে, থোও লোল্লগে," ইন্দিরানা থাড্ড মচা অমা পায়রগা অরুণ চৎথিনবা হায়রকই।

"করিগীনো অশুক থুনা চওগদৌরিবা? নখোয়গী নচেহু কৌথোরকউ, ঐগা বারী অমতা শাগে," অরুণনা ইথো খোশাদনা মথুং অনীহু মখুকউদা শোক্তুনা গদিদা অদুম ফম্লগা হায়রকই।

ইন্দিরানা মানা ভাওবা বাহ্ন তায়রোই তায়রোই তৌনা মপান্দা থোকখে, অদুগা হুকানগী থোঙ ময়োরা উপাক্ক অছু পায়র্না মথং মথং লোনবা হৌরক্লে।

অরুণনা মহু উরবদা গরিদগী হৌগৎলগা হাইরঙ তুরং তৌনা মপান্দা থোরক্লে।

ইন্দিরানা মহুংদা থুনা অমুক চঙহন্না মৈ মুখৎলগা মপান্দা থোরক্লুনা খৃৎলৈ থুনা হুকানগী শো অচৌবাহ লোক্লে। মহাক্না বান্দান অমত্তা ভাঙদনা খাউ মচাহু পায়রগা থুনা লমীদা থোরক্লে।

অরুণস্থ মচীন্দা করিপুম্বা থরা মুক্লম মুক্লম শোন্দুনা লমীদা পঙথাপ থাপ্তুনা মাবু অস্থন ইম্নরক্লে।

" নখোয়গী নচে মালিনীদু ঐ লাকই থোরকউ হায়রু,"
অরুণনা মরোল শেংদনা লাউরকই।

ইন্দিরাদি মানা হায়বা বা অমত্তা খুমদনা থোঙথাং বাক্লা থুন্না চংখৎখে, অরুণহু লম মঙা তরুক লাখা মথক্তা মুক্লম মুক্লম শোন্দুনা চক্তুনা লৈহৌরে।

ইন্দিরানা কিনা হাথু হাথুনা মহুমদা চঙলক্লগা অয়ানবদা মালিনীবু কোম্নখি ঙ্খিরকই; মতমহুদা মালিনীদি চাকশুঙলোম-দা য়েনশ্লাং শেম্মি। মহাক্না মচেগী মনাক্তা ফিংমা চঙলক্লুনা মখোল নীক্লা, ভয়রে, " ইচে, অরুণহুবু য়াম্না থক্লগা লাক্লহৌরবনি, ঐখোয়গী হুকান্দা চঙশিল্লবক্নি। ঐ কিবনা থুনা চঙলক্লগনি। মহাক্না মচীন্দা মুক্লম মুক্লম শোন্দুনা ঐবু ইমরক্লই, অদুগা

নওবুন্ন খোয়কউ হায়রৌই ! ”

মালিনী মনাউনুপীগী ব্বাহু তাবদা শকক্ষম ওনখে, য়েনশাং শেয়রবা অহু লেপ্লহুনা মনাক্তা ফিংনা ক্ষমহুনা পাউ তম্নরিবা মনাউনুপীদা থাজদনা য়েংলগা হংলকই, “ অওইত্রা ইন্দিরা ? ”

“ অওইবনি, থাজত্রগা য়েংলুচো, লৈরক্কী মন্নাদা শম্বল ন্নরুমদা মথস্তা মুরুম মুরুম শোন্দুনা লেপহৌবনি, ” ইন্দিরানা হায়গী খোনক্ষম অহুমক্তদা অহুম হায়রকই।

মালিনীগী মায়থোঙ অহুদা অশাউবা, হুংঙাইতবা অমস্মং অরাবগী মমি তারকই; মহাক ব়া-লান অমতা ঙাঙলমদনা মাঙ্গোল্লোমদা খোকখে।

হুংদাং অহু মম্মী, অহুবু মী লৈবগী মমি শামিবা খুদমদি অহুম থঙই। মহাক্লা অরাং থংবা য়েনথাদা খোক্তুনা নাশোল পীক্লা শম্বল নরুমদা চঙহুনা লৈরক্তা কনাগুম্বা মীগা লৈত্রা হায়না য়েংলকই, অমম্বা অহুদা কনাস্তু লৈবা উদে, কনামত্তা লৈবগী মরা-মখোল তাদে। অহুদগী ঙহাক লৈরগা মহাক্লা কোম্হোঙলোমদা লোক খুবগী মখোল অমা তারক্লে।

মালিনী মায়কৈ অদোমদা থোরক্লে।

মহাক্লা গেট য়ৌগদবা লম অনীরোমদা ভায়রবা কান্দা লৌনা শাবা উগী গেট অহুগী পুনা অহু মপাল্লোমদগী হাং-দোকদবগী তৌবা মখোল অমা তারকই। অহুদগী ইথঙ থঙহৌদনা অফাইথা খোঞ্জেল অমনা কৌরকই, “ মালিনী !”

মালিনীনা থঙলে খোঞ্জেল অহু অরুণগীনি।

মহাক ওহাক্তুং চময়বা পোল্লকই, খুদক অহুদা মানা তৌগদবা করিনো হায়বা খওলক্তে।

অরুণনা হায়গী খোঞ্জেল অত্তুমক্তদা অমুক্তা গেটকী পুনা অহু হাংদোক্কদবগী ক্রোক ক্রোক লাউনা মখোল খোকহল্লুনা হায়রকই, "মালিনী, গেটসি হাংদোকউ, ঐ চওলকে, ঐ হাংদোকপা ঙমদ্রে।"

"নত্তে, ওসিদি কয়া মুংঙাইরয়োই লেঙবীখ্রে, নোংমা অমুক লাকপীয়ু।"

মাহু তাবদা অরুণ মরোল শেংদনা শাউনা হায়রকই, "করি মালিনী, নঙ ঐবু চওহল্লরোইদ্রা ? হায়য়ু করিগীনো ?" মহাক্কা গেটকী পুনা অহু হাংদোকদবগী হোৎনরম্বদগী গেটকী অহোবদা মথুৎ থিংজিল্লক্তুনা খওহোদনা মালিনীগী খুজেং পায়খ্রে।

কুইনা উন্নরুদ্রবা মতুংদা অরুণগী মরিং মরাংবা শাজৎ অহু উবদা মালিনী ম্নায়া কি-তুকচবা, শাউনীংবা অমম্মুং হঙ্গোইবা পোকখ্রে। মানা অরুণগী অচেৎপা খুৎপায় অহুদগী মথুৎ অনী চওহুনা নাম্থোক্রবা কয়া হোৎনরকই।

অরুননা মালিনীগী খুজেং অহু অত্তুম কয়া পায়রগা মখোল খরা শেমহুনা নৌথরগা হায়রকই, "সে মালিনী, ঐ অমুক্তা চওলকে, গেটসি হাংদোকউ।"

মালিনীনা মথুৎ অনী চওহুনা কয়া চিংহুনা লৈথোক্ত গা অরুণগী খুৎপায় অহুদগী নাম্থোক্তে, অহুগা ম্নাগী মথুত্তু ঈম্থোকখ্রে।

"চংখে্রা, অমুম কুইনা লৈররদি লৈকাইগী মীশিং তা-রক্লগনি!" মালিনীনা শাউনা হায়রকই।

"লৈকাইগী মী, রমেশ নত্রা? হয়!" অরুণনা কংনা নোক্লহনা হায়রকই, "ওক্লবী, মী অক্তৈবু নখোয়না তরাক্লা কৌশিল্লি অহুগা ঐবুদি চঙহন্ত্রিবা করিগীনো? ঐস্থু নখোয়গী পৈশা মরাং কায়না পীগনি!"

অরুণ মথন্তা গেট য়াংমদা ভাঙহনা লৈরে।

মালিনীদি থুনা য়াঙনা ময়ুমলোমদা অহুম চঙখে্র।

তাঞ্জা অহুদা লৈকাইগী নহারোল খরা রা-রা লাওহনা লম্বীদা চৎপগী মখোল তারকই। অরুণহ লৈথোক্লনা চংখে্র।

ইন্দিরাস্থু মাঙ্গোন্দা মচেবু শঙহনা লৈরগী। মখোয় অনী ইমুংদা চঙলক্লগা ইন্দিরাদি চাকখুমদা চঙখে্র; মহাক্লা মচেদা অরুণগী শাজৎ অহুবু য়ায়া হঙ্গোইনা ভাঙলকই।

মালিনীদি মাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা ফম্নগা চিন্তা তৌ-হনা লৈখে্র। মতম অহুদা মাগী পূক্লীংদা লাক্লপা বাখল অহ্ মুংশিবা অমদি হঙ্গোই-তূকচবা অনীগী য়ানশিন্নবা বাখলনি। মতম অমদা অরুণ মাগী ফিদম্নকম ওইবা নুপা অমগী শক্লম ওইরম্বী, অহুবু হৌজিক কয়া থীনা হোংখ্রবা মাগী শাজৎনো! মাবু উবদা কিবা অমস্থুং হঙ্গোইবা পোক্লে। মাগী শাজৎ অহু মহাক্লা থ্বাইদগী হঙ্গোইনা খনবা নুপা অমগী শাজৎনি। মহাক্লা মীকুপ অহুদ্রা মপূক্লীংদা ফাওরকই, মখোয় অনী অহুঙ্গা ফীবমদদি কৈদৌঙৈদস্থু মরী লৈনবা য়ায়রোই, মহাক লৈনক্লস্থু

পামদ্রে। খঙহৌদনা মালিনী মমায় খুমহুনা কপখ্রে। মহাক্না জগৎ অসিদা অমখক্তনি খন্দুনা মুংশিজবা মীশক অমনা ফীবম অহু য়েৌখ্রবদা মহাক য়াম্না নীংবা কায়রকই।' মঙোন্দদি মুং-শিবা হায়বসি অমখক্তনি, মহাক্না অতোপ্পা কনাগুম্বা অমত্তু মুংশিবা ওয়রোই। অরুণগী ৱাখল থাদোকপা হায়বসি পুন্সী অসি মাঙখিবগা চপ মান্নে। "মহাকপু হায়গী শাজং অহুদা অমুক চুমথোকপা ওয়রোইদ্রা?" মহাক্না খল্লকই। "মহু ওই-থোক্লরোই," মাগী মুংগী ৱাখলদা ফাওরকই। মহাক্না অরুণনা মঙোন্দা হল্লোইবা মওঙদা খুজেং পায়খিবহু নীংশিংলকই; মানা নমখিবা য়ুগী মনমহুম্ভু ভাবনা নম্লকই। অরুণগী পুক্নীংদা লৈ-রিবা ফত্তবা ৱাখল অহু মাগী পুক্নীংদা ফাওবগুম তৌরকই।

মতম অহুদা ইন্দিরানা মাবু চাক লোইরে হায়না কৌ-শিল্লক্লুনা মহাক চাকথুমলোমদা চঙলক্লে। মচেগী মমীৎ-মমায় পোম্বা, শকফম ওনবা মতৌ অহু উবদা মহাক্না খল্লকই, "য়ু-থকপা অহুগীদমক কপ্পুরিমাল্লে।" অহুবু মহাক তুমিন্নদি লৈহ্রে, থোকখিবা থৌদোক অহুগী মরমদা ৱা ইঙাঙ ঙাঙলক্তে।

মুংদাং অহু য়াম্না খেঙবা ফাওবা তুমদনা মালিনীনা অরুণগী মরমদা খন্দুনা লৈ। "কমদৌনা মহাক ফীবম অসি য়েৌখ্রিবনো?" মাগী পুক্নীংদা ৱাহং অসি তোয়না তোয়না মথন্তা হংজরকই। মশাগী মরল পুন্নমক মাঙখ্রবা মীগুম্না মহাক্না মুংঙাইতনা চিন্তা তৌবা হৌরকই। মহাক্না কুমারগী মফমদগী অরুণগী থবক তৌরবা মতুংদা হোংলকপা লীচংকী মরমদা খরা তাখ্রে, অহুবু

মহু মহাক কয়া থাজখিদে। ঙসিদি মহাক মমীৎমক্সা মহু উরে। মহাক্সা অরুণগী ঙসিগী শাজৎ অহুবু হেন্না হেন্না নিন্দা তৌবা হৌরকই, অহুগা লোয়ননা মাবু থাদোকপগী ৱাখল খল্লক্লে। অহুবু মাগী মমীত্তা অতৎ অথম লৈত্তনা পি শিন্থরকই।

অহিং থেঙনা তুম্বনা মহাক্সা নোংঙাল্লগা হৌগৎপহু থেঙ-লে, ইন্দিরানা ইমুংগী থবক লোইহনা হুকান্দা চৎনবা থৌরাঙ তৌরম্লে।

মহাক্সা হায়রকই, "ইচে, ঐনা থবক লোইনা লোইরবনি, অঙাংসি থবা লৌহোরো, ঐ হুকান্দা চৎলগে।"

# ১৪

নোংঙাল্লগা অরুণ ওয়াংগী থৌদোক অহুগী ময়মদা থল্লুরগা ইকাইখা পোল্লকই। মহাক্না মালিনীবু শাউনীংগবসু, মাগী লমচৎপু চিংনরবসু অহুগুম্বা ফীবম অমদা উমগে হায়মদি থনখিদে। ওয়াং নেশা চারুববা মতুংদা মঙোন্দা অক-ফত্ত থনবা ওখী য়াথল অমতা লাকখিদে, খূদকী কত্রবা য়াথল অমনা লমজিংহুনা মাবু মালিনীগী মনাক তাম্না পুহনা চৎখি। মানা থ্বাইদগী হেম্না ইকাইখদি মানা ফত্তনা থল্লুরিবা মালিনীথোয়বগী মনাক্তা লৈবা রমেশনা মাবু কনবীবকই। মানা লৈকাইগী নহারোল থেংনহনা খুদোংথীবা য়াবা ফীবম অমা থোকখে, অহবু মথোয়শিং অতুগী মরক্তা রমেশ য়াওরমহনা মানা মথোয় অতৈবু থাম্লগা মাবু থাঁদোরকই।

অহবু ওয়াং হুঁদাংগী থৌদোক্তদা মাগী লাইবকী ওইথংবা শম্নাক অহুঁ উদা থেংজিন্দুনা মুশুক মূনা থাম্লে।

মহাক্না অফিস চৎপহ থেংওলে। মী অয়াম্বা অফিস কানয়রে।

সুন্দরীস্নু ঙাঙলৈনবা শাড়ি অমা শেৎলত্তুনা মহৌশাগুম্না মশা থীংনা, মমীৎ-মমায় মকালাম্না থবক শূত্তুনা লৈরম্মী। অরুণ চঙলকপদা মহাক্না য়েংথৎলকই অত্তুগা অরুণগী লাইবক্কী অশোক-পা দাগ অত্তুদা মীকুপ অমতং চিংনরপ তৌনা য়ুম্না য়েংলকই, অত্তুবু অফিসকী থবক শূরিবা মী অতৈগী মমাঙদা মহাক রাদি চাঙলক্তে। ।

মুমিং অত্তুগী মুংথিলদা অফিসকী মনাক্তা লৈবা হোটেল অমদা সুন্দরীগা মথোয় অনী চা থকমিন্নে।

" লাইবক্কী দাগ অত্তুদি কদায়দা শোক্লুরিবনো ? " সুন্দরীনা হংলকই।

" করিস্মু থীনা শোকপা নত্তেদা," অরুণনা অশোকপা মফম অত্তু মখূৎ ওইনা নাল্লগা থঙহন্নীংদবা মওঙদা থুম্নকই।

সুন্দরীনা খঙই ঙরাং ষষ্ঠি পুজাদা অরুণগা মথোয় মী থরদি জুরায় শান্নবা অমস্নুং চা-থকপা তৌত্তুনা লৈহৌই। মহাক্না খল্লি থকচারবা মতুংদা মথোয় মশেল্ল থৎন-চৈনবা নত্ত্রগা করিগুম্বা খুদোংথীবা অমা থোক্লম্বা য়াই।

অরুণনা থঙহন্নাংদবা মতৌ উৎপা অত্তুদা মহাক রাহং অত্তু মথা তানা হংলক্তে, অত্তুবু মহাক্না হায়রকই, " শরৎ-থোয়, ইবোচৌথোয়গা তিন্নরুগন্তু, মথোয়গা তিন্নরবদি নহাক লৈখা তানা মাঙথ্রগনি।" ( সুন্দরীনা পল্লিবা মীশিং অত্তু মথোয়গী অফিসতা থবক তৌমিন্নবা মীশিংনি, অরুণ ঙরাং মথোয়গা লোয়ননা লৈহৌই হায়বা মহাক খঙই। )

অরুণ মাগী রাত্থ ভাবদা অঙকপা পোক্লকই, মানা মাগী-দমক্তা রারিবা করিগীনো হায়না মপুক্লীংদা খল্লকই।

মুমিৎ অত্থ ময়ুমদা হল্লক্লগা মানা সুন্দরীগী মরমদা খরা খল্লকই, অত্থবু মালিনীবু হেক উবদা মুংশিখিবা অত্থগুম্না মানা সুন্দরীবু হেক মুংশিবা ওমদে, মাগী মী থোন্দবা মতৌ অমসুং নাপল অত্থ হেক্তা নীংশিংলকই; মাবু হেক হেক মুংশিগে তৌবা ফীবমদা ভারুরবম্থ অমুক অমুক পুক্লীংথ হন্দোরকই। অত্থবু অমুকস্থ মাবু থবক তৌবী, মতীক চাবী, মশা থীংবী নুপীনি খল্লুবদা মপুক্লীংদা নমত্থনা মুংশিগে হোৎনরকই, থবক তৌবা নুপা-নুপী য়ুম পানমিন্নবগী মুংঙাইবা পুল্সী অত্থ পামত্থনা মাবু ভাব তাদনা শেংফাত্তনা লুহোংবগী রাখল হেক হেক খল্লকই, অত্থবু নোংমা ফাওবা মানা সুন্দরীদা রাখল অত্থ ফোঙদোক্কে।

মুমিৎ থরনিগী মতুংদা কুমারনা মঙোন্দা চিঠি ইরকই। মত্থদা মহাক্না মালিনীগা মখোয় অনী উম্নবা হায়রম্বা অত্থগী মরমদা হংলকই। মত্থগী পাউথুম থুম্বদা অরুণ চমম্লে। মহাক মালিনীগা উম্নিত্রি হায়ত্থনা থৈত্থনা থুমখি। অত্থগী মত্থত্তা মহাক্না সুন্দরীগী মরমদা নোনা শাগৎপা রাখল খরা মন্নপুদা ফোঙ-দোক্নুনা ইখি।

অম্মুম্না মুমিৎ থরনি হোৎখ্রে। মহাক অফিসকী থবক চাংনাইনা তৌই, সুন্দরীগা মুমিৎ থুদিংগী উন্নৈ, রারী কয়া শাই, থবক মতেং পাংনৈ, অত্থবু মাগী পুক্লীংগী রা অমত্তা মঙোন্দা ফোঙদোক্কে, অত্থগা মান্না ফোঙদোক্লীংবগী ঈথৌ লাংবম্থ

লৈতে, অফিসকী থবক তৌমিন্নবা মী অতৈশিংগী মমাঙদা য়াথল অহু কোঙদোকপসু য়াম্না ইকাইবগুম্বা অমা পোকই, অসুম চন্না লোয়নবনা মঙোন্দা য়াম্না মশা কোয়গুম, সুংঙাই-বগুম তৌই। মমৈথঙদদি মাগী পুক্নীংদা সুন্দরীবু নুংশিগে থনবা য়াথল অহু ফাওবা মুথখে, মাগী ভাবতা সুন্দরীসু মাগী মতৌ অহুদা তম্বা পোকখে, হায়না থল্লকই। উন্নবা, শকথঙনবা লৌরিঙৈদা নুংশিনবা য়াবা তাঙ্গা অহুদগী থেঙথথিহনা হৌজিক্তি অমনা অমবু চুম্না থবক তৌমিন্নবা মী অমদা চন্না লোয়নবা মওঙ অহুদা অসুম তারক্লে। নুংশিবা হায়বহুমক ওইথোক্তবা নাতৈ চাদবা মওঙ অমা ওইনা তৌরক্লে, মতম থন্না লৈরগা সুন্দরীগী মায়থোঙ, মওঙ মতৌদা অহুকী মতীক হোংখে, মহুদি মাবু উরগা করিসু থৌশাদবগুম তৌখে।

নোংমদি অরুণনা অফিস কীরকপদা মাগী মমাঙগী পরেং-দা মাগা মপা থন্না শেন্নরম্না ফম্না শূমাঙ লিলা য়াওরম্বা। নূপা অহুগা মাগা থংনবা ময়াঙ কংবা নূপা অমগা সুন্দরীগী মরমদা বারী শাহুনা লৈরম্মী। লিলা য়াওরম্বা নূপা অহুনা মঙোন্দা মমীং নাম্ম থজিক্তং উইশিল্লগা হায়রকই, "সুন্দরীহু চেনখে।"

অরুণনা ভক্না মহুগী মরমদা মথোয়দা বা থন্না হংবদা মথোয়না মীহু মশক তাক্লকই। মথোয়না হায় নূপা অহু এস, ও, নি।

অরুণহু তুমিন্না লৈখে।

তুমিং ফনা তুইনা সুন্দরীগী চৌকিহু হাঙহুনা লৈ। অহুদগী

মতম থরা লৈরগা মহাক নুপাহুদা লুহোংখ্রে।

লুহোংলবা মতুংদা মহাক অমুক অফিস কাররে। মহাক হায়রদগী হেয়া মশক ফজনা উরে, কুচু ভোংখোকই, য়াম্না কেনা উই, অনৌবা ওয়াংবা ফি অমনা অনৌবা অশংবা ফনেক মপান্নাইবা (মপান্দা মচু মচুনা লোনবা) অমগী মথক্তা শাড়ি ওইনা শেংলি, মখাগ্রদা চন্দন থিল্লি, য়াম্না চাংলেমখ্রে, রা ভাভবদা দরকার ওইবা অতুত্তা ভাংই।

অরুণনা মাবু উবদা কল্পকপদি নত্তবা য়াম্না খোয়শাউনবা রাথল অমা লোকই। (নুপী অমনা মা নত্তবা কনাগুম্বা নুপা অমদা হেক্তা লুহোংবা য়াই হায়বসি থত্ত্ববসনি মহাক্তা মফম থত্তদনা য়াম্না খোয়শাউনরিবহু।)

মতম থরা হৌখ্রে। হৌজিক মালিনীগী পুন্সী মরেলদা খোইনা অহোংবা লৈতে—ইন্দিরানা চুকান কম্বা চানবা শেল তানবা, অতুগা মানা য়ুমগী থবক-ইথাং নোম্বা অসিনি। মহাক য়ুমদগী মপাল থোক্তে। অদুবু হৌজিক মভোন্দা সুংভাইভবা রাথল থরা লৈ। অহানবদা অরুণনা মভোন্দা লাক্লম্বা মতৌহু নীংশিংলুরদনি, মহাক হৌজিক সুংশিবদা নীংবা কায়রে। অনী-শুবদা রমেশকী নুপী দেবলানা মপুরোইবনা মভোন্দা লুপা খীহুনা চুকান কমহল্লি হায়বসি থঙলক্লবদা মাগা মপুরোইবগা খীনা থৎনহুনা নোংমা সুংখিল্ল অমা মপামদা চৎখ্রে। অহুমশুবদা মাগী মনাউনুপী ইন্দিরা অহু মানা কনা কয়া রায়ক্লবমু থায়না

মমানা তৌবগুম্না ওক্তবা শাক্সং চৎলত্রা হায়না চিংনরক্লে। মানা করিগুম্বদা ছুকান্দা চৎপদা মহাক নুপা অমা অনীগা ফম্মিন্নত্না ৱারী শাবা য়াওরম্মী, মা থোরকপা উবদা মথোয় চৎখি। ছুকান ফম্বা হৌরকপদা ইন্দিরা অহু ছুকান্দগী ওম্না ওম্না হল্লকপনি, অদুবু হৌজিক্তি মুমিং তাখ্রবা মতুংদা থেঙ-নতা হল্লকই।

হৌজিক্কী ওইনা মঙোন্দা খ্বাইদগী মুংঙাইতবদি মাগী মরম-গীদমক দেবলানা মশামদা চৎখিত্রবা অদুনি; মসিগী মরমদা মহাক রমেশকা ৱারী অমুক্তং শানীংই।

রমেশতু মুমিং খুদিংগী অয়ুক মমলিঙৈদা মাগী ঠিকা তৌ-ফমদা হেক হেক চৎলি, অদুগা সন্ধ্যাদা হেক হেক হল্লকই।

নোংমা দেবলা চৎখ্রবা মুমিং মঙানিগী তুংদা মালিনীনা রমেশপু সন্ধ্যাদা ঙাইহনা লৈরে।

রমেশ লাক্লগা মানা মাগা ৱারী শানবগীদমক মথোয়গী চুরি ময়াদা চঙলুরে।

"করিনো মালিনী?" রমেশনা মাগী মহৌশা হরাউ হরাউবা মায়থোঙগী মতৌ অদুগা লোয়ননা হংলকই।

"রমেশ, ঙসিদি নঙগা ৱারী অমতা শানীংই," মালিনীনা খোঙ্লেল তপ্না হায়রকই।

"হায়য়ু হায়য়ু, করি ৱারী শাশিগে?" রমেশনা মালিনীবু মহৌশাগুম্না মত্তং পাংনীংবা, মুংশিবা মতৌ উত্তুনা পুক্লীং চঙনা হংলকই।

মালিনীনা রমেশখোয়গী অনেম্বা লৈবাক্কী দারী অহুদা ফমথরকই।

"রমেশ, দেবলাবু কৌবীরুচো, মানা চৎখিবসি য়াম্না নুংঙাইতে," মহাক্না হায়রকই।

"করিগীনো মালিনী? ঐদি মহাকপু কৌররোই থল্লবনি, মহাক মঙক থরা হাইগৎলি, হন্দক্তি থরা খঙসন্নু। ঐ মাবু শাউনীংই।"

মালিনীনা হায়রিবা অহুগী মরম রমেশনা খঙদ্রে। মালিনীনা মীকুপ খরগী মনুংদা মপূক্নীংগী য়া অহু শেংনা হায়দোরক্লে, "রমেশ, মহাক ঐগী মরমগীদমক চৎখিবনি হায়বা খঙই, মহু য়াম্না নুংঙাইতে।"

মাগী য়াহু তাবদা রমেশতু মায়থোঙ থরা লাংশিনখে। মানা য়া থরা থুপ্তুনা হায়রকই, "নত্তেদা মালিনী, নহাকী মরমগী নত্তে, মহাক মচীন থী হায়দুনা ঐনা চুন্না য়ারকপতনি, মহুদা মানা শাউহুনা চৎচখিবনি ......।"

মালিনীনা মরক থত্তুনা হায়রকই, "নত্তে রমেশ, ঐ পুম্নমক খঙলবনি, মহাক মশানা মসিগী য়াফম অসি ঐঙোন্দা হায়রম্লবনি।"

মহু তাবদা রমেশ মমায় অহুম ঙাওনা লৈখে, করিমত্তা খুমখিদ্রে। ইকাইবা, পুক্নীং নুংশিবা, নুংঙাইতবা য়াথলনা মাবু খুহুম চনখে।

"রমেশ, ওয়্নবদি শেল অহু থুনা শিংনবা হোৎনগে," মালিনীনা অমুক হায়রকই।

মাগী মখুত্তা শেল লৈতে। অদুবু থৌদোক অদুগী মুংঙাই-তবনা মরম ওইদুনা মানা ৱা অদু হায়রবতনি। রমেশনা মদু খঙই। অদুগা অমুক্তা মানা মালিনীবু মতেং পাংবগী মুংঙাই-বা অমা লৈ। মসি ফত্তবা অর্থনীতিগীডাকতা নত্তে।

"নত্তে, মালিনী, শেল অদুগী মরমদদি করিমতা খল্লুনু, মদু ঐনা নত্তোন্দা পাংথরবনি," রমেশনা হায়রকই।

"রমেশ, মানা মুংঙাইতনবা তৌবা চুমদে। ঐসু নুপীনি, নুপী ওইরবীগী পুক্নীংবু মুন্না খঙই। মানা শাউবা চুম্মী, মানা মুংঙাইতনবা তৌবীনু। মদুম্না তৌবদা মাবু মুংশিনবীনু।"

মমৈদদি রমেশতু ইথুম থুমখিদ্রে, থোক্লিবা থৌদোক অদুগী চঙনবা ঙাম অমবা পোকপা হেল্লক্লে।

"মানা লৈনীংঙ্গবদি করি তৌগনি?" মহাক্না হায়রকই।

"মাবু কৌদা কৌরীক। মাগা ঐগা ৱারী জ্ঞান তানা অমুক্তং শাগে। অদুগা মাগী শাউবদু শোয়দনা ফগনি।"

তাঙ্গা অদুদা রমেশকী মমাদু লূকমায় অমা পুদুনা কৈ-থেল কুমক্লে।

মদু উবদা মালিনী মযুমলোমদা চডথে।

নোংমা নীনী হৌখে, দেবলাদু মযুমদা লাক্তে, মালিনী-না থৱিজিল রমেশতু মাবু কৌবা চংলমগদবা মাক্রে।

অদুবু নুমিৎ মডানিগী মতুংদা অযুক অমা দেবলাদু মখোক্না থিজক্লনা রমেশকী যুমদা লাক্লে। মতম অদুদা রমেশতি মযুমদা লৈতে। মালিনীনা মাগী মনাক্তা চঙদুনা ৱারী খরা শারুসিরা

হায়না খল্লকই, অদুবু মহাক য়াম্না খঙ্গানরকই, করিগুম্বা দেব-লানা মচীন থীদুনা মাবু চৈ-থাংদুনা ভাওলক্লবদি মহাক খাওবা ওয়োই। অদুবু অকোনবদা মালিনীনা খঙ্গাননা দেবলাগা রারী থজিক্তুং শানবা মাগী মনাক্তা অদুম চঙলক্লে।

দেবলাদু মচাদু ফমুংদা ফমহল্লগা, মানা পুরকপা পোৎ-য়োম অমা থোক্তুনা ফিরোল থরা লৌথোক্তুনা লৈরম্মী।

"দেবলা," মালিনীনা খোনকম ইহা হাদনা ইমুংদা চঙ-লক্লগা কৌরকই।

দেবলাদু মানা কৌবদু থুম্লক্তে, চেপ্না ফল্লপতমক য়েংলকই।

মালিনীনা খোঙজীন ময়াদা লেপ্লগা হায়রকই, "দেবলা, নঙনা ঐবু লাম্না লৌরিবা করিগীনো? ঙসিদি ঐ নঙোন্দা রা থজিক্তুং শেংদোক্লীংই।"

অপমারীরোমদা ওনশিন্দুনা ফি হাপচিল্লিবা দেবলানা মঙোন্দা মমীৎ খানা শংত্রিক লৈথোক্তুনা য়েংলকই, অদুগা মাগী থবক্তুদা অমুক ওনশিন্দুনা মালিনীনা ভাওলিবদু তানীং-দবগুম তৌনা লৈ।

মালিনীনা মঙোন্দা অমুক য়েংলগা লুকথদুনা মথা তানা হায়রকই, "রমেশনা ঐঙোন্দা শেনফম অদু ঐগী অরাবদা মতেং ওইনা পুংনবগনি, মদু ঐনা থুনা শিংলক্লগনি।"

শেল পুহনবা অদুগী রা ভাক্তা নত্তনা শাউরিবা দেবলানা লাউনা মঙোন্দা চৈরকই, "করিগীনো রাফম অদু ঐঙোন্দা হায়রিবা? থোকপিথ্রো মফম অসিদগী!"

“নত্তে, দেবলা........,” মালিনীনা পূক্নীং ফারগা ৱা ঙাঙমক শেংদোক্কে তৌরকই, অদুবু দেবলানা মাবু করিমতা খৌশাদনা পৈথোক্কনা থংনবা কা অমদা চঙখে।

মালিনী ইকাইনা মপান্দা থোরক্লে :

হুংখিল অচুমা মহাক মথন্তা থরায় হুংঙাইতনা ফমুংদা কপ্পুনা লেপ্লে। মহাক্না মরম ওইদুনা মীগী ইমুং অমদা ইরাং থোকপা, কাংথোং চাইবদু কয়াদা হুংঙাইখিদ্রবা! অদুগা অমুকস্তু ৱাখল থেনবী দেবলানা মানা ৱাকম অহুগী মরীদা শেংদোক্লবা তাঙ্গা অমা ফাওবা পীরক্কবা, চৈ-পাংলকপা অদুদা কয়াদা হুংঙাইখিদ্রবা! ৱাকম অদু মহাক্না ইন্দিরাবু তাহন্নীংদে মরমদি মহাক্তি শাউগনি, মা তারবদি দেবলাগা থৎন-চৈনবা তৌরকপস্তু য়াই।

অদুবু নুংদাংদা মানা দুকান্দগী কুম্লক্লগা মচেনা কপ্লুগী মমীৎ-মমায় ইপোম পোম্না লৈবদু উবদা মহাক্না মদুগী মরমদা তক্কনা হংলক্লে।

মালিনী অহানবদা ইখুম খুম্নমদে, অদুবু শেলগা মন্না লৈনবা ৱাফমনিনা মনাউনুপীদস্তু মুন্না থঙহনবা কৈ হায়না থল্ল-দুনা মানা থোকখিবা থৌদোক অদুগী মরমদা মঙোন্দা তম্লে।

থঙহৌদনা ইন্দিরানা মমায় ঙাঙনা শাউদুনা দেবলাবু চৈবা হৌরকই, “করি মানা উশিল্লহনা পঙচাঙ ঙাঙবা য়াত্রা? ঐ লৈরম্লবদি থঙগদবনি, মশম ফোয়গদবনি।”

মহাক্না থুনমক মচেনা থাম্না য়াদনা মপাল থোকখুগা

মাংজোন্দা লেপ্তুনা দেবলানা খুয়রুবা লাউনা লাউনা ভাওতুনা চৈ-থাংবা তৌরুরে।

মতম অতুদা দেবলাতু মনাইংলোমদা লৈ; মানা ভাওলিবা অতু তাত্রা তাদত্রা খওদে খুমদি খুয়রুক্লে।

মালিনীনা থোয়রুনা মনাউনূপীবু থাম্বগা পুশিনখে। ইন্দি-রানা দেবলাবু চৈর-চৈরতুনা চওলকই।

" মখোয়গী শেল অসি থুনা শিংদোকখিনবা হোৎনরগা লোইরে, মখোয়দা শাউনীংডাই করি লৈ?" মালিনীনা হায়-রকই।

" শেলগী রা অরায়বনি, মানা নডোন্দা শীরিবা মরাল অতুনি ঐনা শাউনীংলিবা! মতুগীদমক মহাকপু লাল্লে হায়জ-হনগদবনি।"

" ইন্দিরা, মতুগী মতাং অমা লাকখিগনি।"

ইন্দিরাতু ওহাক তুমিন্না লৈখে। অতুদগী মহাক্না জ্ঞান ভানা হায়রকই, " অতুদি মখোয়গী শেলতু করম্না শিংশিগে? অরুণদা হায়য়ু, মহাক হৌজিক তলব চারবনি। মহাক্না য়ু থকপা, ফত্তবা থবক তৌবদা শেল মাওহল্লি, অতুগা পৈশা অতুদং পুগে হায়বদি য়ারোইত্রা?"

ইন্দিরাদি করিস্নু থৌশাদনা রাতু হায়দোকখি, অতুবু মাগী য়াতুনা মালিনীগী থম্মোয়দদি ভিংখংনা থিনবগুম থোকই। মহাক শককম হোংলকই।

" ইন্দিরা, করিগীদমক মাগী রা পল্লক্রিবনো? ঐদি মাগা

করিস্নু মরী লৈনদ্রে," মালিনীনা থম্মোয়দগী ছোরকপা অরাবা রাখলগী ঈনোৎ অমা য়াওবা খোম্মোকা লোয়ননা হায়রকই।

ইন্দিরানা মচেগী মায়খোঙদা ওক্না মুন্না য়েংলকই।

"অদুদি কমদৌনি? ঐখোয়না দুকান্দা শীৎলিবা শেলগী চাং অসিনা পৈশা অদু পাক শিংবা ওমখিরোই," মহাক্না হায়রকই।

মালিনীদু ওহাক তুমিন্না ফালদা ফয়গা রাখল তৌদুনা লৈ।

"রা অদু হায়ববু কৈদৌই?" ইন্দিরানা মচেগী চিংনবা পুক্নীংগী ফীবম অদু খঙনা হায়রকই, "অতৈমক নত্রবস্নু মহাক খঙনবা মীশক অমনি, মীতোপ অমদগী পুবগুম পুবা য়াই। নহাক হঙ্গোইরগা ঐ চৎলুবা? ঐ হায়গে, ঐগা মহাকা মুন্না খঙনৈ।"

থোনা লৈনী, মী কিবা থড়বা ইন্দিরাগী রাডাঙ অদু তাবদা মালিনীনা পাম্নদুনা হায়রকই, "নত্তে নত্তে, ইন্দিরা, মদু ঐ পাংদে। তৌজিক ঐখোয়না নড়োন্দা রাহ্ হায়রুবদা মহাক্না ঐখোয়বু করি ওইনা খনবীরক্কনি হায়বস্নু খড়দে। শেল অদু মখুদা লৈরাদবস্নু য়াই। ঐখোয়গী অরাবদা মীবু চেন্নহনবসি ঐ পামদ্রে।"

"অদুদি কমদৌসিগে হায়রো," ইন্দিরানা ভাব তাদনা মচেদা য়েংলগা হায়রকই।

মালিনীদু অমুকস্নু তুমিন্না লৈখ্রে।

ইন্দিরানা মথুত্তা পায়রিবা শেঙ্গাউ মরী অদু কিশিল্লদুনা

মকোক্তা অনৌবা রাখল অমা লাকপগুম তৌনা হায়রকই, " করে, নহাক য়াওরম্বু ঐনা থোকপ: শীল্লগে। "

মালিনীহু অহুম তুমিন্না লৈরে, ইন্দিরানা তৌগদৌরিবা অহু করিনো হায়বা ফাওবা হংলকখিদ্রে।

থংনবা হুমিংকী অয়ুক অঙনবদা ইন্দিরা মচাহু পুথোক্লগা চুকান্দা চংখ্রে। মহাক্লা মচেদা মহাক পুং তরামুক তাবা অহু-রাইদা বাজারদা চংকনি চুকান্দা থোরকউ হায়রম্মী।

মালিনীস্ম মানা হায়বা মতুং ইন্না মতম অহুদা চুকান্দা থোরক্লে, অহুগা ইন্দিরাগী মচা অহু লৌরগা চুকান্দা লৈহৌরে।

ইন্দিবানা ময়ুমদা অমুক চঙচুনা মফি-মরোল হোংলুরে। মহাক্লা মপান্দা অঙাঙবা অশংবা ১চু মচুনা লোনবা ফনেক ম-পান্নাইবা হুঙ্গামপাল অমা শেংলে, ভাংলৈনবা ফি অমা ইল্লে, মমায়দা পাউদর ফজনা থারে, মমীত্তা কাজল থারে, চীনবান্দা লিপস্তিক থারে। কেরবা মতুংদা মহাক পুক্লীং শুঙ্কংনৗংঙাই ওইরবী তনৌ তনৌরবী নূপীমচা অমগুম ফজে। ভৌরবা কুচু অহুগা মানা শেং-চারিবা অহুগা য়াম্না পকচৈ, মাগী থোঙ তোন মাম্নরবা ফীবম অহু য়াম্না পুক্লীং চিংশিন্নৗংঙাই ওই।

মহাক্লা রিক্সো অমা তোংচুনা চংখ্রে।

হুমিং য়ুংবা মতম অহুরাইদা মহাক অমুক রিক্সো তোং-চুনা হল্লক্লে। মালিনীনা ঙক্লা হংলকই, " ইন্দিরা, নঙবু পোং লৌবা চংপা নত্রা?"

রিক্সো অহু চংখ্রগা ইন্দিরানা চুকান মচুংদা চঙচুনা গন্দিদা

জান তানা ফম্নগা হায়রকই, "নত্তে, পৈশা পুবা চৎলুবনি। 'সিদ লৃপা চামরি অহু লৈরে।" (মহাক্না চামচৎপীগা তরা-চৎপীগা নোট মকোল অমা হুমাংনা চোৎলবা মথুং অহুনা পায়রি, মহু মচেদা উংলকই।)

"কনাদগী পুরুরিবনো?" মালিনীনা ওক্না হংলকই।

হুন্দক ইন্দিরানা দুকান্দা পোৎ-চৈ লৌবা হেক হেক চৎ-পদা দুকানগী মহাজন অমগা মুন্না থঙনরে। শেল অহু মঙোন্দ-গী লৌরকপনি।

ইন্দিরানা থৌশাদনা থুম্নকই, "থঙনবা মীদগীনি।" মহাক রা মথা তারক্তে।

মালিনীসু ইঙক ঙক্লে।

ইন্দিরানা থোইনা থৌশাদনা ময়ুমলোমদা চঙথ্রগা দেবলা-দা পৈশা অহু শিংথ্রে।

মালিনীদি রা ঙাঙফম থঙদনা অহুম লৈহৌরে।

# ১৫

অরুণ হৌজিক মানা মালিনীদা চৎথিবা শাজৎ অহুগীদমক পূক্নীংদা নীংঙমদবা ফাওরকই; মানা মালিনীবু চিংনবা কন্না লৈরবস্থু ফীবম অহুদদি উন্নরগ্নোইদবনি হায়বা ৱাখল অসি হঙ্জিন হঙ্জিন্না খনবা হৌরকই। অস্থুম্না নোংমদি মানা মালিনীগী মনাক্তা চৎলগা ৱা থরদি শেংদোক্লগে খল্লহুনা সন্ধ্যাদা লাকই। মখোয়গী হুকান অত্তুদা ইন্দিরা মথন্তা ফম্বা উই, হুক্কান্দা পোৎ লৈবা লাকপা দূপী, অভাং, পাথংমচা কন্নাস্থু য়োমশিনবা উই।

অরুণনা হুকানলোমদা চঙলমদনা মালিনীথোয়গী মন্নুমলোমদা হাইজিল্লক্লে।

মালিনীহু তুলসীবোংদা ধূপ থাহুনা লৈরম্মী। মহাক্না খুরুম্নগা অচাকপা কম্বী অহু পায়হুনা হৌগৎলকই, অহুগা অরুণনা লেপ্লিবা কোন্থোঙলোমদা য়েংলকই। অহুদগী মহাক ইমুংলোমদা চঙখে। মহাক মরক মরক্তা মাদোন্দা য়ুমগী

খবক-ইথাং নোম্বা থোরকই, অদুবু অকণ উন্নবদি থোরক্তে।

খঙহৌদনা কনা য়াম্না মমশিনখে, ইমুংদা মৈনচিংবা থান-গৎনরক্লে।

মুংদাং ফনা থেঙবা ফাওবা অরুণ মালিনীথোয়গী কোম্বোঙদা হুক্কৎ-হন্দা চৎত্তুনা লেরম্মী, অদুবু মালিনীনা থোরক্তুবদা মহাক মুংঙাইতনা অমম্মুং ইকাইনা হল্লক্লে।

মহাক্না মাগী মরূপ কুমারবু নীংশিংলকই। কুমারনা মঙোন্দা মালিনীগী মনাক্তা চত্তুনা মাগা ঙাইশিন্নবা অমম্মুং মদুগী মরমদা মঙোন্দা চিঠি ইদুনা খঙহল্লরুবা হায়রবদু নীংশিংলকই। মহাক্না তুম্নমদাইদা কুমারদা মদুগী মরমদা চিঠি ইনবা চেগা কল্লমগা পায়খৎলকই, অদুবু ইফম অমত্তা খঙলক্তদুনা অমুক তোক্লে, ফমুংদা চঙখে।

অহিং অদু মহাক তুম্বা য়াদনা য়াওন তোয়না ওন্দুনা লৈরে। অদুদগী মহাক্না হৌগত্তুনা মৈ থানগৎলগা মাগী মরূপ কুমারদা থাননবা চিঠি অদু অমুক ইবা হৌরকই।

"মুংশিরবা মরূপ,—নহাক্না হায়বা মতুং ইন্না নঙনা চৎ-খিবা মুমিৎ অদুমক্তদা ঐনা মালিনীগা উন্নরুই, অদুবু ঐনা মদু নঙোন্দা চিঠিদা খঙহনখিদ্রে। লাইবক থীবদগী মুমিৎ অদুদা ফত্তবা সঙ্গ থরা লোয়নকদুনা ঐনা মালিনীগী মনাক্তা নেশা চারগা চৎলুরে। মুমিৎ অদুদা মানা ঐবু ওম্বোক্না ফত্তবা ৱাখল অমা থনখে, মদুগীদমক মানা ঐবু ঙাকপিবা ঙমদ্রে...।"

ৱাহৈ খরা অসি ইরগা মহাক কুইনা ৱাখল তৌহনা লৈরে। মহুগী মতুং তারকপা ম্বাবা মাঙ্গী পূর্ণীংদা ল্যাকপা ৱাহৈশিংছু য়াম্না মখুং হুজিনবা খম্মোরমগুমগী ওইবা পুক্নীং মুংশিন্বা। মাবু খোশাবীরত্নবগী মুংভাইতবা ৱাখল কম্বা ভাক্তা ওইনা তৌরে; মহু পূমমক অহু মানা মাগী মরুপ্তুদা ৱাঠিক ওইনা ইহুনা ফোংদোক্লীংলক্তে। মানা থুনমক ইথিবা চে অক্তু মখূৎনা শূক্ত শূক্ত নৈশিনগে, অহুগা চে কলম লোইশিন্দুনা কুইনা ৱাখল খন্দুনা কমহুনা লৈরম্লগা ফমুংদা অমুক চঙথে।

রমেশখোম্বগী ইমুং অহু নহানমুক শেল শিংথবা মতুংদা খরা শান্তি লৈখে। দেবলাছু মালিনীদা কৌত্রবম্ব অমুক খৎনবদি হৌরকখিত্রে, মপুরোইববু মহাক্না মালিনীগা ৱারী শানবা, নকুদনবা কম্বা পান্নহুনা লৈখে।

মালিনী মাগী মরমদা রমেশখোম্বগী ইমুংদা ইরাং খোক্তবহু খরা মুংভাইরে, অহুবু ইন্দিৱানা নোংমা নোংমগী নীংতম্বা হেল্লকপা অহুগী মুংভাইতবদি লৈরি। মানা হুকান্দা মী কমহন্দুনা ৱারী শাবা অমম্বুং মুংনাং মমুথদা খেঙনা হগ্রকপহু ভোকপা লৈতে।

কৌজিক ইন্দিৱাগী মথুক্তা চিংননীংডাই ওইবা মওঙদা পৈশা প্যারে হায়বসি ম্যালিনীনা খঙই। মহাক অনৌবা ফিরোল, পোৎ-চৈ ত্রৈমা ৱাক্সাগ্লা তোয়না চৎলি, খুরচ চাউনা তৌই। মথোমগী হুকান্দা পোৎ শীৎপগী শেম্দোংগী চাং অহুনা মানা

তৌরিবা খরচ অদু তৌবা ওয়োই হায়বা মহাক খঙই। মহাক্না নীংশিংলকই মতম অমদা মমানা লেনখিবা পুন্সী মরেল, অদু, অদুবু অঙাং নংত্রবী, হায়বা ইন্দ্রবী, ঙনীং তৌবা পাম্বী মনাউ-মুশীবু মহাক্না ৱারকপা ঙমদ্রে। মহাক মদুগীদমক্তা খল্লুবদা য়াম্না মুংঙাইতে।

মহাক অরুণগী মরমদদি খোইনা খন্দ্রে। মহাকী ওক্তবা শাজৎ অদুগীদমক্তা মহাকপু হঙোইখিবা অদু মাগী পূক্নীংদগী কোকপা লৈত্রে। মরম অসিনা মহাক্না নহানমুক অরুণ লাক-পদা উয়বা খোকখিদে।

হৌজিক মালিনী পুন্সীদা য়াম্না নায়তোম তারে, অদুবু মহাক্না ফিরোল শাবা, রুমাল লোনবনচিংবা খবক্তা পূক্নীং চঙদুনা অনৌবা মুংঙাইবা অমা তয়ে। অসিগুম্বা লাইরিক-লাইস্মু তম্বা তোকখ্রবী মপাল খোক্ত্রবী নুপীমচা ওইবী অমগী পুন্সী মরেল অসি য়াম্না পঙশিল্লি; মহাক করিগুম্বদা মুংঙাইতবা পোক্লকই—লাইরিক-লাইস্মু ফজনা তমমবদি মহাক অসিগুম্বা ফীবমদা তারমদবা য়াই। মহাক নীংশিংলুরগা মুংঙাইরক্তে মমানা মহাকপু কয়া কোম্না খোশাদনা লাইরিক তম্বা তোকহনখিবা! মতম অদুদদি মহাক খোইনা জ্ঞান তারমদে, খোইনদুম ৱাই-শংবগুম খল্লম্মী, অদুবু ঙসিদি মহাক মদুগী মুংঙাইতবদু ফাও-রকই। অদুগা অমনা মতম খরগী মমাঙদদি মাগী আশা খুদিংমক অরুণদা। খমদুনা মানা ফরকপদা মাগী মুংঙাইবা শরুকস্মু য়াওগনি হায়না খল্লম্মী, মানা খবক তৌবগী আশাদা মুংঙাইরম্মী;

লাইরিক ভমদ্রবী নূপীমচা অমনা তুংদা মপুরোইবগী মপান ভাংহনা চপচানা মুংঙাইবা ফংবগী আশাহ মহাক্কা তৌরম্মী, অদুবু থবক তৌথ্রবা মতুংদা অরুণগী শাজত্তা অহোংবা অমা লাকখ্রবদা মাগী পুন্সী লেনবগী নিয়মসু অনৌবা অমা হোংবা তারক্লে।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। অরুণসু নহান নোংমা মথোয়গী কোম্হোঙদা লেপ্লম্বা মুমিৎ অহুদগী মাগী মনাক্তা লাকখিত্রে।

অঙাং ওইহৌঙৈদা থৌদোক কয়া থোকখিবা! পুম্নমক অদুবু করম্মা অরেম্বনি খনগনি? পুন্সীগী তাঙ্কক খুদিংমক্তা পুম্নমক অদুবু নীংশিংবগী মুংঙাইবা লৈ—মথোয়শিং অহুনা পুনশিন্নগা পুন্সীবু মপূং ফাহল্লি। পুন্সীবু অমুক্তদা হৌবদগী লোইবা ফাওবা পাক্লবা অয়েকপা কেনভাস অমদা য়েংবগুম য়েংবা ওন্নবদি কয়াদা মুংঙাইগ্রবা, কয়াদা পুক্নীং মুংশিখ্রবা!

অরুণ মাগী পুন্সীদা থোকখিবা থৌদোক কয়াবু মরক মরক্তা নীংশিংলুরগা পুক্নীং মুংশিবা, মুংঙাইতবা পোক্লকই। মাগী পুন্সীদা হৌখিবা অমসুং হৌজিক ওইরিবা ফীবমদা অশোয়্ন-বা কয়া লৈরে হায়বসি মশানা খরা খঙজরকপা য়াওরকই। মাগী পুন্সীগী মরু ওইবা শরুক অয়াম্বদি মুংশি-মুংওনগী ইরাং-দা তাউদুনা মতম মাঙহনখ্রে, অদুগা থবক তৌরবা মতুংদনা ফত্তবা সঙ্গ তৌদুনা লমচত্তা লৈখা তানা মাঙলে। মী অমনা মরক মরক্তা মাগী অশোয়বা লীচৎ অহু শেংফাত্তনা হেক হেক

খজরকপগুম অরুণস্থ পুম্নমক অদু খওজরকই। লোম্বনবা মাপা নক্রা তিম্নরম্বা কুমারবু নীংশিংলকই—মখোয় অনী কয়া-দা লাপ্পরবা—হৌজিক মাগী নক্রন্নবদি মহাক কত্তবা সঙ্গদু তৌরমদবস্থ য়াই।

মতম অমদা অঙাং ওইরিঙৈ ঈনখৎলকপা মতমদা মালিনী উরিঙৈদা তুমিল্লা থম্মোয়রনুংদা নুংশিবিবা ইনাক খুনবা ইমুংদা পোকপী, মশক মতৌ ফজবী আরতি অহ্ হৌজিক ডাক্তর ওইহনা লোইহনা থোরক্লে। মহাক্না ডাঙৈলনবা শাড়ি অমা শেৎলগা মখোয়গী কোম্ফোঙদা খাংনা কার অমা তোংলহনা মখোয়গী কোম্ফোঙদা খবক কাখা হেক হেক চৎলি। মহুবু মানা ওঙকপা অমনুং কিদা-কিক্রম তৌবা য়াখল অমগা লোয়নগা লেংই। পুক্নীলা মীকুপ খন্না খন্না মাওহুনখিবদগী মখোয় অনী অন্তু য়েল্লা খেৎলা থাক অহু য়ৌরে। মহাকস্থ মাগুম্না মরম ওক্লবদি ডাক্তর ওইরম্বা য়াই। অঙাং ওইরিঙৈদদি আরতিহু ইনাক খুনবা ইমুংদা পোকপী ওইরবস্থ চন্না থক্লগী, য়ামক্রবদা মাবু নীংবা, নুংশিবা ফাওবদি য়াবগুম্না থক্লি, অহুবু হৌজিক অদি-বুবা মীশক অসি মশামক্তগী থাক য়াম্না য়াংখৎখিহুবা চুম্না থম্মোয়রনুংদা তুমিন্না নুংশিবা ফাওবা য়াদবগুম্না থক্লি।

অহুগা হৌজিক মাগী নুংঙাইহিনবা অমনা মাগী চিন্নগনবা য়াথলনা মাওজিল থাহনা মালিনীদা চৎথিবা শাজুৎ অহুগী মশামদা অগুম লানবগুম খজবা অহুনি।

য়াউশও মতম অমুক ওইরক্লে, কুমারহু কোহিমাদগী অমুক

খোরক্লে। অরুণনা মাগা উন্নবদা মাপিনী মখোয় অনীগী মরক্তা খোকখিবা খোঁদোক অদু ৱারী শারে। অরুণনা কুমারদা মাপিনীগা রমেশকগী চিংননীংঙাই ওইবা মরী অমসুং মাপিনীনা পাক্লৈদা লৈ-রিঙৈদা লেনখিবা চিংননীংঙাই ওইবা পুন্সী মরেল অদুগী মরমদা (মমাঙগী উন্নবদা ফোঙদোকখিদবদু) শেংনা ফোঙদোরক্লে। কুমারনা হায়, "রমেশতি লুহোংখিবা কুইরে।" অদুদগী পাক্লৈদা লেনখিবা পুন্সীগী মরমদা কুমারনা অরুণগী চিংনবা অদু শেং-দোক্লহনা অমুক হায়রকই, "মাপিনীগা ঐগা নহানমুক উন্নবদা মানা ঐঙোন্দা মথুরাগী শাজৎ অদুবু পামদহনা তুমিন্না মখোয়-গী মনাক্তগী চেল্লকপনি হায়না তম্মী। মতুগীদি মঙোন্দা চিং-ননীংঙাই ওইবা লমচৎ করিসু লৈতে। অরুণ, নঙগী চিংনবা ৱাখলশিং অদু ঐঙোন্দা নহানমথৈ ময়েক শেংনা হায়ব্রিবা করিগীনো?"

অরুণদু মায়থোঙ যাম্না মকখেৎ, তুমিন্না লৈখে। কুমারগী ৱাদু তারগা মহাক মশানা অসুম অসুম লানজবগুম থনবা হেল্লক্লে।

"মহাকপু ঐনা কয়াদা হন্না য়েংলুবা—মহাকপু মমল স্তাওদবগুম থনখিবা! মহাক্লা ঐবু নুংশিখিবা অদুমক্লা মাবু কোমথোক্লা থনখিবা, অদুগা অমুকসু মাবু চিংননীংঙাই ওইবা ওইনতা লৌরবা, মাগী ৱা অমতা তানবা হোৎনখিদবা, মাগী অৱাবা মীকুপশিংদা মথন্তা থাদোকপা, নেশা চারগা শাগী লীচৎ চৎকে খল্লুবা, কয়াদা অকিবগী মশক ওইথ্রবা

য়াথলনো! অমুকস্থ ঐনা মাবু মতেং পাংবীবা ওম্বা, লমজিং লীবা ওম্বা ওাক্তা ওইনা থল্লুই। অতুবু হৌজিক ঐ থওলে ঐনস্থ মাগী মতেং অমস্থং লমজিং দরকার ওই। অতুবু কদায় ঐনা মঙোন্দগী মতু ফংলরোই,” অস্থয়া মহাক্না স্থংঙাইঙনা থনয়া হৌরকই। মহাক্না অমুক খল্লকই, “হৌজিক ইশাবু পূমশেং শেংদোকচবা ওন্নবা হোৎনরগনি। মঙোন্দা লাল্লে হায়জরগনি।”

মতম অমদা মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা বুধ, রামকৃষ্ণ অমস্থং গীতাগী বা পারগা মথস্তা মখোয়গী পাউতাকশিংতুবু ইন্দুনা পুন্সীদা অচুম্বা চৎকে, পাউতাকশিংতুবু থবক ওইনা পাঙথোক্কে থনখি। অতুবু মহাক মতু ইঙম ভমখিদে, অতুগা থোইদোক্না থবক্ তৌরবা মতুংদা ফত্তবা সক্ত তৌতুনা মখোয়গা পুন্সীগী লম্বীদা পোঙ্গামিন্নখিবদগী, মখোয়না থনবা রাথল, চৎনবীনি থনবা নিয়ম, মখোয়না হনবা পুন্সীগী অর্থ মহন অতুন্না অচুম্বনি খন্দুনা মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈগী অফবা রাথল, অফবা লাইরিকী রা পূমমক কাউক্ররে।

নোংমা মহাক্না ছুট মুমিৎ অমদা মানা ছাত্র ওইরিঙৈদা পাখিবা লাইরিকশিং অতু মাগী মতম কুইনা শোক্লুরবা লাইরিক হাপ্পা অলমারী অমদগী থিতুনা পুথোরক্লে। মহাক্না মুমিঙ অতুমা চথোক্তুনা লাইরিকশিং অতুগী মরু ওইবা শরুক, মরা মানা কলম্না হকচিনখিবা শরুক অতু পারকই।

অরুণ ভাঁসিদি অমুক নোনা মীৎ পাঙথোক্লকপগুম তৌরকই। মহাক থওজরকই মহাক নতম কুইনা তূয়গুম লৈরুরে; মীয়ামগী

ওইরা অজাউবা চৎনবী ইরাং অমদা তাউথরুরে। মহাক্না ছাত্র ওইরিঙৈদা রামকৃষ্ণগী পাউতাক পারগা ঈশ্বর নীংথিবদু নীং-শিংলুকই। মতোন্দা খঙহৌদনা নীংতম্না য়াখল অমা লাক্লে, ঈশ্বরবু নীংশিংলুবদা মমীত্তগী পি শিন্থরকই, খঙহৌদনা মীপুম খুদিংমকপু মুংশিরা পোক্লকই। তাইরঙ মীওইবনা অকনুবা, অশিংবা, শক্তি লৈবা শাহ্নুা নাপল তৌরিবা অহুগা তশেং-বদি মহাক্না করিস্থু ঙমদবা—পূম্নমক অসিগী মরমদা খনব্না হৌরকই। নোংমা ফাওবা ঈশ্বরগী রা নীংশিংদনা অপাম্বা কল্লকপ্রা, মিহৌবা কয়াগা লোয়ননা নীংবা থুংদবগী দাবি কয়া তৌহ্নুা মতম চুপ্পদা মশাগী ওইজবা থিবা য়াখলদা পোম্লাবা লৈরুদ্রবা মাগী পুন্সীগী মরমদা খনবা হৌরকই।

মহাক্না মশাবু শেংদোকচরগে খনবা মতম অহুদা মতোন্দা অঙকপা মুংঙাইবগী য়াখল অমা লাকই। বুধনা তাকপা মী-ওইবগী হিংবগী, লমচৎ শাস্ত্রকী পাউতাক খুদিংমক্তু মহাক্না পুন্সীদা থবক ওইনা পাঙথোক্তুনা য়েংগে হায়না লেপ্লে। অহান-বদা মহাক্না মশাগী ফত্তবা লাচং খুদিংমক থাদোক্লবা, মশাবু জয় তৌনবা, অনীশুবদা চন্না লেনবা, কাহেনবা অপাম্বা থা-দোকপা ঙম্নবা, অহুমশুবদা ফত্তবা সঙ্গ খুদিংমক থাদোক্লবা হোৎ-নরগে খল্লে।

য়াখল পূম্নমক অহু খল্লুরগা মহাক্না মালিনীবু তুকচক্লবা মতোন্দা চৎথিবা শাজৎ অতুগীদমক য়াম্না মুংঙাইতবা হেল্লকই।

মহাক হৌজিক খ্বাইদগী চম্বা পুন্সী মখল অমা লেনবা

হৌরে; অশংবা মতমদা ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাহুনা মতম লেপ্লি, অফিসতগী কুমরুগা য়ুমদা চুমত্রীং লাকই, কোয়বা চখোক্তে। অসিগুম্না লেনবা পুন্সী খুংলেন অসিনা মহাক য়াম্না নুংঙাইবা ফাওরকই, পুক্নীংগী শান্তি ফংই। মানা পুন্সীদা য়েংবা মীৎ-য়েংসু পাকথোকহল্লি। মহাক হৌজিক লন-থুম লৈরবা মীবু খোইনা কল্লক্তবগুম তৌই, মানা খল্লি মথোয়গী লন থুম লৈরবা পুন্সী অতুনা মাগী পুন্সীগী নুংঙাইবতু য়োদে। নাপল তোবা মীবু উরগা মহাক্না খল্লি, "মহাক খ্বাইদগী অপংবা মীনি।" মীগী ফত্তবা ৱা ঙাওবা (মশাবুনা অফবনি খল্লবা) মাশিং উরগা মানা খল্লি, "মথোয় মশামক অফবা নত্তে।" অস্নুম্না হৌজিক অরুণগী থাজবা ৱাখল কয়া হোংলে।

# ১৬

কুমারনা হন্দক থোরকপসিদা অরুণগা ৱারী শাবদগী মালিনী মখোয় অনী তশেংনা কায়নবা য়াবগী ফীবম্দা লৈরম্ছু উবদা য়াম্না নুংঙাইত্রে। মহাক্না মালিনীগোয়গী ইমুংবু মহৌশাদগী নুংশিরকপহ্ হৌজিক্সু নুংশিরি — ইন্দিরানা মাগী থম্মোয় শোকহনখিবহ্ মাগী পুন্সীদা কাউবা য়ারয়োইদবা থৌদোক অমনি, মালিনীগা অরুণগস্ু অহ্নুবা ফীবমদা তাহন্নীংদে। থোইদোক্লা ৱানা হৌরক্লবী মালিনীবু মহাক্না য়াম্না নুংঙাই-হন্নীংই।

মহাক্না নোংমা নুংথিল অমা অরুণদা থঙহল্লমদনা মালিনী-খোয়দা চৎলে। ইন্দিরাহ্ মচা অমা পল্লগা হুকান্দা লৈরম্মী। কুমার মাবু উবদা হঙ্গোইবা, নুংঙাইতবা অমম্নুং পুক্নীং নুংশিবা পোকই। মতম অমদা মাগী নত্তনা অতৈ কনাগীসু নক্তে হায়না খল্লবা ইন্দিরা অহনা অতোপ্পা নুপা অমগী মচা অমা পল্লগা লৈরম্বহ্ উবদা মঙোন্দা থাগৎপদবা অমগুম থোকই।

মহাক্না চুমথ্রীং রমেশখোরদা হাইজিল্লে।

রমেশকী নূপী দেবলাহু শূমাঙ মথোন্দা মনা-মশীং থন্না থাহুনা লৈরম্মী, মহাকপু উবদা হরাউনা কৌশিল্লকই। রমেশতি অয়ুমদা লৈরমদে।

"হৌজিক মালিনী লৈরমগন্ত্রা?" কুমারনা মাঙোন্দা থাবা মোরা অমদা ফয়হুনা মানা লাক্লিবা অদুগা মরী লৈননা হংলকই।

দেবলানা থরা ওক্লা কুমারদা য়েংলগা হায়রকই, "করিগী-নো? লৈরমগনি, হৌজিক্তা মমাঙলোমদা থোরক্লম্মনি। মনীং-লোমদা লৈরম্মা য়াই।"

"অমুক্তা কৌথোকপীরক্কেরা?"

দেবলাহু মালিনী মথোয় অনী কৌনদে হায়বদু কুমারদা হায়বা হঙোইহনা মীকূপ অমতং চওক্লহনা লৈ।

"করিগীনো?" মহাক্না অমুকস্থু হংলকই।

কুমারনা মথোয় অনী কৌনদে হায়বদু খঙদবা মরমনা দেবলাগী য়াহং অদু মাবু চিংনহুনা হংবনি থম্দুনা অরুণগা মালিনীগগী মরী অদু হাইফেৎ কাওথোরকই, অদুগা মদুগী মরমদা মালিনীদা য়া হায়গদবা লৈ হায়রকই।

দেবলাহু মদু তারগা মপূক ওনথিবগুম ভৌরকই।

মতম অদুদা মালিনীহু শূমাঙদা বালটিন অমা পায়হুনা থোরকই।

মাবু উবদা দেবলানা কুমারদা তাক্নুনা হায়রকই, "তু,

মক্সাক পোরক্লে।"

কুমারনা মায়কৈ অদোমদা য়েংলকই। মালিনীনা মাবু হান্না উরম্লে, মঙোন্দা কৌনীংবগুম তৌনা নোক্কুনা য়েংলগা বালটিন অদু অদুম পায়দুনা লেপ্লগা হংলকই, "করি থবক্তীনো?"

কুমার মালিনীগী মনাক্তা চঙখ্রে, অদুগা হায়রকই, "মালিনী, ঐ নঙোন্দা বা অমা হায়নীংদুনা লাকপনি।"

রমেশকা মখোয়গা ফাওনবা শম্বলগী অহোবা মফম অমদা চঙলক্লবা মালিনীনা মঙোন্দা হায়রক্ই।

মালিনী মাঙোল্লোমদা চঙলক্লে, অদুগা মোরা অমা থাক্লগা কুমারবু ফমহল্লে।

"কৈদৌঙৈ থোরকই?" মালিনীনা মনাক্তা লেপ্তুনা উখোঙদা ভারগা হংলকই।

"নুমিৎ তরানিমুক শুরে," কুমারনা খুম্নকই। অদুদগী মানা লাক্লিবদুগী মরমতু হৌদোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "মালিনী, নহাকা অরুণগা মরী লৈনদ্রে হায়বসি চুম্লা?"

কুমারগী বাতু তাবদা মালিনী থঙহৌদনা শকফম ওনখি।

মাগী থম্মোয়নুংদা হায়নীংবা বা কয়া লৈ, অদুবু মদু পুম্নমক্কু কুমারদা করম্না ফোঙদোক্কনি?

মহাক্না শম্না হায়রকই, "কুমার, হৌজিক মহাক ওক্তবা মী অমা ওইরে, মাগী শাক্তং অদু ঐ য়ানীংদে। ঐ মাবু শাউনীংই।"

নোংমা অরুণনা য়ু থক্লগা মখোয়গী কোম্মোঙদা লাকপগী

ৱা অহু মহাক্না কুমারদা তম্নকে তৌরকই, অহুবু পংনবা মীকুপ্তা ক্লাজা পূক্লীং কাখহুনা মহু তম্নক্নে; মহু মহাক্না কুমারদা খঙ-হনবা কাওবা ইকাইবা পোকই। অহুবু কুমারনদি মহুগী মরমদা মাগী মম্লপকী মফমদগী পুম্নমক তাখ্রবনি।

"মালিনী," কুমারনা খেমজিনবা মওঙদা হায়রকই, "মহাক অকিসকী ফত্তবা মীশিংগা তিন্নবদগী ওক্তবা থবক তৌক্নরে, নঙোন্দা মানা শান্নবা য়াই, অহুবু হৌজিক্তি মহাক ক্তান তারে, ফত্তবা শাজং থাদোক্লে, মহাক তৌক্নরিবা থবক অহুগীদমক নীংঙমদবা পোক্লে। নহাক মাবু ঙাকউ।"

মালিনী ৱাখল থন্না মমায় লূক্না উখোঙদা ঙারগা করিমত্তা কুমারনা তুমিন্না অহুম লেপ্তুনা লৈ।

অহুদগী কুমারনা অরুণনা হৌজিক লেল্লিবা পুন্সী মরেলগী মরমদা থরা হায়রকই।

কুমারনা মালিনীগী মরু লূক্তুনা লৈরিবা মায়থোঙ অহুদা য়েংহনা তকশিন্দুনা অমুক হায়রকই; "মালিনী, মহাক্না অমুক্তা ঙম্নৌ, ৱারী শাউ। ঐ মাবু নোংমা পুরক্কে।"

মালিনীনা কুমারগী ৱাহৈ অহুগী পাউথুম পীবা তৌদনা মাগী পূক্নীংগী ওইবা ৱা থরা হায়রকই, "কুমার, ঐদি মানা অহু-ণবা শাজং অহু চংলক্তনি হায়বা থাজদে। ঐনা য়ু থকপা মীপু কন্নাদা তুকচবা।" অহুদগী মালিনীনা খঙহৌদনা মাগী পূক্নীংগী ৱা মথং মথং হায়বা হৌরকই, "কুমার, ঐ মাবু হুংঙাইতে। হন্না য়েংবদা ফনাশু লৈত্রবা ঐখোয়না কন্নাদা ৱান্না। ঐনা

মতম অমদা মডোন্দা আশা তৌরম্মী, মানা থবক তৌরবা-মতুংদা হুংঙাইগনি হায়না; অহুবু কুমার, মহাক : তৌজিক অহুকী মতীক নাপল তৌখ্রে, ঐ থডই, মহাক মাগী অনীংবা লুংঙাইবা লম্বী অমদা চত্তুনা লৈখ্রে। নোংমা ঐখোয়দা লাক্লম্মী.........অহুবু থোদোক অহুবু নীংশিংবদা হঙোইবা পোকই।" (নোংমা অরুণনা য়ু থক্লগা লাকপগী থোদোক অহুবু পন্দি পল্লকুনা ) মালিনীনা অমুক মথা তারকই, " কুমার, ঐগী হায়নীংঙাই রা করিস্থু লৈতে। ঐহাক ফত্রবা ইমুং অমদা পোক্লবীনি। কনাগুম্বা অমদা ইশাগী অপাম্বা, অনীংবা কোঙ-দোকপা কাওবা অকিবা পোকই, মীনা ইশাগী খুদোংচাবা লৌনীংহুনা তৌরিবনি থনখিগত্রা নীংতুনা। ঐ হৌজিক্তি তূমিন্ন-তা লৈরগে হায়না থল্লে, ইশাগী অনীংবা পূম্নমক থম্মোয়মুংদা তূমিন্না য়োক্তুনা থম্লগা।"

অসি হায়রগা মালিনীহু তূমিন্না লৈখ্রে। মাগী মমীত্তু পিগী ঈরা চেল্লি।

কুমারনা উরে মালিনীহু মপূক্লীং য়াম্না মুংশিরে, মশানা মশাবু য়াম্না হন্থনা থগ্নরে।

" মালিনী, ঐ থডই, ঐ পূম্নমক্তু থডই," কুমারনা মখোল নীক্লা হায়রকই। মহাক্লা থায়না ইন্দিরাবু মুংশিথিবা মতমদা থনখিবা রাথল অহু হৌজিকসু মডোন্দা লৈরি। মহাক্লা মালিনী-বু পূক্লীং খোগৎলহুনা অমুক শমথরকই, " করিগীদমক্তা অহু-গুম্বা রা ঙাওলিবনো? নখোয়গীদমক্তা ঐখোয় লৈরি, নখোয়গী

নহাক্‌ পুন্নমক পাংগনি।”

ঙহাক মখোয় অনী তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

অমত্তা থাজী হু‌‌ংশাহু মচু শেংকাত্তুনা মেঙথরক্রে। অমুক অঙ্গলবদগী হৌনা তাবা সুংশিংনা শূমাঙগী উফুল ঊনা রানাশিংবু হুমহুনা পুরি। অঙিয়া অহু ঙাওলৈনবা লৈচিন্না মমি-শামি মূত্তী, মথুদী মরক্তা মুঝিংনা ঙাংলি ঙাংলি হৈনী দনা থোক্কই।

ঙহাক তুমিন্না লৈনক্করবা মতুংদা কুমারনা অমুক গন্না হায়-রক্কই, “মালিনী, নহাক্না থোক্নাবীত্রবদি মহাক অমুক অমাঙবা লম্বীদা থোঙদাথিবগু য়াই। মচুদি নঙগী দোষ ওইরোইদ্রা?”

হন্দক্কী রাগি তাবদদি মালিনীহু রাথল য়াম্না থস্থিবগুম তৌরকই। যাম্না রাথল হোংলকপা মানবা মাংথোকপগী মতৌ অহু য়েংলগা কুমারনা শমথরকই, “ঐ নোমা মাবু পুহনা লাকে?”

মালিনীহু মরক নূক্না থুমহনা লৈ।

কুমারনা অমুক হায়রকই, “হয়েং মুংথিল ছুকান্দা লৈরম-গেরা?”

অস্নুম্না কুমারনা হন্না হন্না থেস্নদগী মমৈদা মহাক ছুকান্দা লৈরমগে হায়না য়ারে।

কুমারহু মখোয়দগী থোরকপদা ছুকান্নোমপা হাইবেং য়েং-শিল্লম্মী। ইন্দিরানা ছুকান মথুংদগী মাবু মুন্না য়েংহুনা লৈরম্মী। কুমার মানা চংলুবা থবক অহুগী মায়পাকপগী অমন্থুং ইন্দিরানা য়েংহৌবগী হুংঙাইবা রাথল অমগা লোয়ননা মমুন্দোম্মদা থাজকে।

মহাক্না ময়ুমলোমদা চঙ্ত্রিভৈদা অরুণখোয়গী ময়ুমদা চঙ-লকই। অরুণতু হীপ্তুমা লৈরম্মী, মহাকী মখোল তাবদা কাওখল মহুংদগী কৌরবই।

" কৈদোরে ওমজরব্রা ? " কুমারনা ইখুংদা চঙলক্লগা হংলকই।

অরুণনা কাওখল হ'ইদোরকই, অদুগা হায়রকই, " ফম্মু কুমার। ওসায় অকিনতগী কুপলকপদগী হকচাং ইওম ওমদহনা হীপ্তুনা লৈরবনি। "

" করি ওইনা ওমত্রিবনো ? "

" কোকসি য়াম্না চৌনই, অদুনা লাইহৌনু থবা লৈ। কন্না ওমদবদি নত্তে "

কুমার মানা হায়গে নীংদুনা লাক্রিবা রাফম অদুগা অরুণনা নাদু-না লৈরম্বা কীবম অদুগা চানদ্রবা অদুদা খবা লকক তৌনা হায়রকই, " অরুণ, ঐ হৌজিক মালিনীগোয়দগী লাক্লিবনি। ঐনা হয়েং নঙবু পুদুনা ম'গা উন্নবা লাকে হায়রম্মী। নহাক চৎপা ওম্মরোইদ্রা ?"

মালিনীগী ব্রা পনবা অদুদা অরুণনা হরাউনা হায়রকই, " অওইব্রা কুমার ? মহাক্না করি হায়রকই ? "

" ঐনা নঙগী মরমদা রায়ী শাবদা মহাক মুংঙ'ইতবা পোক্লে, মহাক হৌজিক নঙগা রায়ী শাবা য়ারে।"

নূপীগী নৌরবা থম্মোয়দগী অমুক হন্না ফংবা মুংশিবা—মহুদা থম্মোয়বু থুক্কৎনা হৌরকপা মপাল নাইদ্রবা মুংভাই-বগী ঈহুল অদুনা মহাকপু মমীত্তা পিগী ঈরা চেলহল্লকই। মহাক্না হায়রকই, "কৈ কুমার, হয়েং মাযু উন্নবা চৎপা ওমত্রা

মেংগে।”

অরুণগী মায়থোঙদা হেন্না নুংঙাইবগী মমি ভারকই।

কুমার রারী ওহাক শায়ন্নগা চৎখ্রে। মা চৎখ্রবা মতুংদা অরুণনা নোংঙাল্লগা মালিনীবু উন্নবগী রাথল চপ য়ুংনা খন্দুনা লৈ। অদুবু নোংঙানবদদি মহাক মশাদু হেন্না ওয়মগ্রে, হৌগৎ-পদা মকোক য়াম্না ঙাওই, অহিংসু লাইহৌ তোয়না তোয়না হৌথি। মহাক নুমিত্তু মালিনী উন্নবা চৎপা ওমগ্রে।

নুমিৎ অদুগী নুংথিলদা মালিনীসু ছুকান্দা থোক্লুনা কুমার মথোয় অনী লাকপা ঙাইদুনা লৈ, অদুবু মথোয়না লাক্লবদা মহাক নীংবা কায়না ময়ুমদা চঙথি।

অসুম্না নোংমা নোংমা হৌখ্রে, অরুণহ্ নাবা ফত্তদুনা ফমুংদগী হৌগত্রে। কুমারসু মাবু কোহিমাদা থুনা লাক্লবগীদমক চিঠি ইরক্লুনা থুনা অমুক চৎখ্রে। অরুণ নাবগী পাউ অহ্ মহাক্না মালিনীদা পীরম্বা ওমগ্রে।

নুমিৎ থরনিদু মালিনীসু নুংথিলদা ছুকান্দা হেক হেক থোক্লুনা অরুণ লাকপা ঙাইহনা লৈ, অহ্বু মহাক লাক্লবদা মহাকসু নীংহন্নরে।

থা মথায়মুক্কী মতুংদা অরুণ নাবা ফরে। মহাক্না নাবা হেক ফবগা মালিনীখোয়গী ছুকান্দা চৎলুই, অদুবু অসুম থোকউ হায়দুনা মালিনীগদি উন্নগ্রে। ইন্দিরানা ছুকান্দা ফমদুনা লৈরম্মী। মহাক্না হায় মচেন্থু পাঞ্জেদা লৈবা মথুবা অহ্ কন্না নারে হায়দুনা পাউ চেল্লক্লুনা চৎখি; মহাক নুংথিলদা অদুম হন্নফনি।

সুমিৎ অহুগী হুংথিলদা অরূপনা বস থাকমদা মালিনীবু ভাইহুনা লৈ। অহুবু মালিনীদি বসতা য়াওয়রক্তে। মহাক য়াম্না নীংজিং মাওজিংননা ময়ুমদা হল্লক্লে।

ময়ুম্ম য়োৌরগা মহাক য়াম্না লাওতক্লবা হেনগৎলকই। সুমিৎ অহুগী হুংদাংছু মহাক মপূক্লীংদা মওল মওল থন্দুনা লৈ।

## ১৭

নোং হেক ঙানবগা অরুণনা ইন্দিরাগী মনাক্তা চত্তুনা মালিনীবু হংলুই, অদুবু মহাক্না মচেহ্ চুম্না লাক্তি, হায়নতা থুম্নকই। অসুম্না সুমিৎ নীনী ছুম্লি অদু মহাক্না চত্তুনা হংবদা মালিনীদু মন্দোমচাখোয়দগী লাক্তি, হায়নতা থুম্নকই।

অরুণ চিংনবা পোক্লক্রে, মাগী মঙস্থ য়াম্না সুংঙাইতে। মহাক মালিনীগী মনাক্তা চৎনীংলক্রে।

মহাক্না অমুক অমা সাইকল তোংহুনা পাঙ্গেদা চৎনবা থোরক্রে। (মহাক মশাম্থ কয়া ঙমফাত্তে।)

শজিবুগী মতমনি, নোং হেক ঙানবগা সুংশা লংনা থোরকই। লম্মাঙগী কম্না শীৎপা সুংশিং মরক্তা সাইকল থোবা অদু মশাদা নিংথম চনবা ফাওই। অমুক্কা সুংশাহৃদা ইপোম হৌবগুম উরিবা অশংবা লৌবুক-লম্মাঙ, চীংয়া-তময়া, রাপল-উপলনা কোয়শিন্দুনা লৌবুক্তগী থাইদোক্তুনা তুম্বক তুম্বক লৈবগুম উরিবা অরাপ্পা থুলশিং, অহাঙবা লমজাউদা তাম্ন

হৌবা মনা পূংলবা উপালশিং—পূম্নমক অদু থোইদোক্না নাং-থিজে। মথোয়না য়েংনা য়েংনা লাকপদু মহাক মকমদু য়ৌবদু থঙহৌয়ে, অদুনু মশাগি হায়নীংঙাই লৈতনা চোকথে। মতম অদু মুংশাম্নু য়াম্না শাগৎলক্লে।

মহাক্না সড়ক ময়াদা হৌবা খোংনাং বট পাম্বী অমগী মথাঙদা লৈবা অপীকপা হোটেল অমদা ভহাক ফম্নগা পোখা-রকই। হোটেল অদু ইহাঙ হাঙই, মল্লবা অমুবা মচু ওল্লবা ফান্দ অনীতমক থাই। মহাক মকোক য়াম্না ভাওই, মশাদু ভু ভোয়না তোষনা চুংই, থবাক্কী মিহুলদু অদুম চোং-হুনা লৈ। মহাক করিমতা চানীং থকনীংহুনা চঙলুবা নত্তে, মশাদু চোকথমনবা অদুদা পোখাবনি। মনাক্তা খোঙ্গাউ হাফ অমুবা শেংপা, ফুরিং লৌত্তবা, হোটেলগী চা লাম্ভোক-লানশিন তৌবা নূপামচা অমনা ঈশৈ ঙংল-ঙংলহুনা কি ফত্তবা অমনা মাগী মমাঙদা লৈরিবা কাল অদু নাম্ভোকই, অদুগা মঙোন্দা য়েংলগা হংলকই, " করি চাগনি ?"

" করিসু চারোই, ইবুংঙো ঈশিং গ্লাস অমথক্তা থকে।"

নূপামচা অদুনা মঙোন্দা থয়া ওক্না য়েংলগা হোটেলগী কাচিন্দা লৈবা টেবল মচা অমদগী কেটলি অমা লৌরগা গ্লাস অমদা ঈশিং হৈরগা মঙোন্দা পীরকই। অদুদগী মহাক থরুক ইরৈ লৈতবগুম্না মানা ফম্নিবা কাল অদুদা ফম্নগা খুঁৎশা অতুনা কালদা তক তক লাউনা তাল থাহুনা লৈ।

" ইবুংঙো, " অরুপনা ঈশিং অদু থক্লগা গ্লাসত কাল

মথক্তা থম্নগা কৌরকই।

" করিনো ?"

" ঐ বা অমতা হংগে, নখোয়গী স্বাইদা ইম্ফালদগী লাকপী কনাগুম্বা মালিনী কৌবী নুপী অমা খঙব্রা ?"

" উম খঙই," অঙাং অহুনা মখুৎনা ফালদা তাপ্ন থারম্বা অহু লেপ্লগা অনৌবা মরু ওইবা পাউ অমা খঙহল্লীংবগুম অমীং লাওথোক্লহুনা তম্নকই, " মহাকপু গোপাল কৌবা কত্তুবা নুপা অমনা ওরাং অয়ুক চিংখ্রে, অহুবু মথোয়বু খুদক্তা পুলিসনা তান্নবদা মথোয়না তোংলিবা গাড়ী অহু ঈশিং থোং অমদা থৌথহুনা মথোয় লোইনমক শোক্লে—কত্তুবা মীশিংহু পুলিসনা ফারে।"

" অহুগা মালিনীদি ?" অরুণনা পাউ অহু তাবদা নিং-দোল চোংনা হংলকই।

" মহাকস্থ থীনা শোক্তুনা জ্ঞান তাদনা ইম্ফালদা পুখ্রে।"

অরুণ খঙহৌদনা হৌগৎলক্লে। মহাক থুনা হোটেল অহুদগী থোরক্তুনা ইম্ফাম্লোমদা হাইগৎলক্লে, নুপামচা অহুনা মাবু ওক্না য়েংহুনা লৈহৌই।

মহাক্না অহানবদা ইন্দিরাগা উম্নহুনা মচে শোকপগী পাউ অহু খঙহনগে হায়হুনা মথোয়গী ময়ুমলোমদা লাক্লে। মথোয়গী তুকান অহু থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মী। মহাক্না ময়ুমলোমদ চঙহুনা য়েংবদস্থ য়ুম অহুস্থ থোঙ লোন্দুনা লৈবা উই। মহার থম্নকই, " ইন্দিরাহু পাউসি হান্না তারম্বা য়ারে।"

মহাক হোসপিতাল্লোমদা হাইগৎলক্লে, অহানবদা কেজুয়েল-টিগী জগাদা চঙলকই। মহাক্না থোঙ অমগী মপামক্তদা ইন্দিরা-গা থেংনক্লে।

"ইন্দিরা, মালিনীদি কদায়দা লৈ?" মহাক্না বা অক্তে অমতা হংদ্রিবৈদা য়াহং অহু হংলগা কা মমুংদা য়েংশিল্লকই।

মহাক্না উরে মালিনীহু অনকপা ফমুং অমদা মকোক অমদি মখুক্তা বেণ্ডেজ য়াম্না পুন্দুনা হীপ্তুনা লৈরে। মাগী মকোক্তা পুনবা ঈ তৈবা বেণ্ডেজ অহু অহুক্কী মতীক য়াম্মী মহুদি মমায়গী শক্লক থরকমক উবা ফংই, অহুদগী মাবু মশক খঙবা য়ানা থোকই। মহাক মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ। অরুণ মাবু উবদা মশাহু থক্কৎখিবনা নীকখে।

ইন্দিরাগা মখোয় অনী কা অহুদা চঙমিন্নরকই।

ইন্দিরানা মচেগী য়ারীহু মঙোন্দা তম্লকই। মহাক্না হায় মচেহু নোংমা নীনী মন্দোমচাখোয়না মখোয়দা লৈনবা কন্না হায়হুনা লৈবদগী থৌদোক অহু থোকখ্রবনি, মহাকমু মুংথিল অথেণ্ডবদতা মচে শোক্তুনা হোসপিতালদা পুরক্লে হায়বা পাউহু তায়। অহুদগী মানা হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদমু খঙ-হল্লকই, অহুগা হায়রকই, "হয়েং ওপরেসন অমা তৌগনি হায়না ডাক্তরনা হায়রম্মী।"

"জ্ঞানদি তারিব্রা?"

"উম, জ্ঞানদি থরা তারি।"

অহুদগী মহাক্না তপ্না তপ্না কৌরকই, "ইচে, ইচে।"

মালিনীহ্ মমীৎ তপ্না পাঙথোরকই, অহ্নগী অরুণগা মখোয় অনীদা য়েংলকই।

" মালিনী!" অরুণনা তপ্না কৌরকই।

" হুম, " মালিনীনা নাশোল ওইনা খুম্নকই। মীকুপ অমগী মনুংদা মাগী মমীৎ অনীহ্নদা পিরাং চেল্লকই। মহাক স্বপ্নহ্ রানা হোল্লকই।

" মালিনী, থাওবদা য়াম্না য়ারব্রা?"

" উম, য়াম্না রায়।"

অহ্নদগী মীকুপ অমগী মনুংদা মহাক্না মমীৎ হস্থনা পাঙ-লহ্নবা অমুক হায়রকই, " ঐগী ইনাক্তা অস্থুম লৈয়ু, অস্থুম চৎথ্রগনু!"

" উম, মালিনী, " অরুণনা মঙক নোম্লগা মমীত্তা পিরাং চেম্না মাগী তাইফেৎ তাইরবা মমায় অহ্নদা নুংশিনা য়েংলগা হায়রকই, " ঐ নঙগী ননাক্তগী কৈদোৌদস্থু চৎলরোই।"

অরুণনা মনাক্তা লেপ্লিবা ইন্দিরাদা মখোয়গী মন্দোমচাগা মথুরাগগী মরমদা হংলকই। ইন্দিরানা হায় মথুরাহ্ নাহ্না লৈবনা মন্দোমচাস্থু মাবু থাদোকপা য়াদে, মহাক ওরাং লাক্লমগা অহ্নম হনখ্রে। বা অহ্ন তাবদা অরুণ য়াম্না নুংঙাইতবা পোক্লকই।

মালিনীনা থরা মতৎ মতৎ ওইনা বা অমা অনী ঙাঙ-লকই, অহ্নবু মনাক্তা লাকপা কুচু থরা মুবী নর্শ অমনা মাবু বা ঙাঙদনবা কম্না হায়রকই।

ভহাক লৈরগা ইন্দিরাহু মপান্দা পোং অমা লৈবা থোক-খে.। অহুদগী মনাক্তা চংলম্বা নর্শ অহুম্ থোকখে.।

মালিনীনা তপ্না মতং মতং ওইনা অমুক ভাওবা হৌরক-ই, "ঐনা অদোমু উম্নগে নীংবহু, অদোমদি অমুক্তা লাক-খিদ্রে।"

"মালিনী, ঐস্থু মতম খরগী মমাঙদা নাহুনা লৈরুরে, অহুনা নঙবু উম্নবা লাকপা ভমখিদে, ঐনা লাকপা মতমদদি নহাক নখোয়গী নন্দোমচাখোয়দা চংলম্রে!"

"উম!" মালিনীনা অসি হায়রগা স্বর শাংনা ৱানা হোল্লকই, অহুদগী ৱা মখা তাবা ৱারহুনা তুমিন্না অমুক লৈখি।

"মালিনী, নহাক ঐবু ভাকউ, ঐ নঙোন্দা লানখে.," অরুণনা থঙহৌদনা ছৌথিবা থোদোক অহুবু নীংশিংলহুনা হায়-রকই।

মালিনী অরুণগী ৱাহু তাবদা মমীত্তা হান্না চেল্লম্বা পিগী ঈরা অহু মীংকী মীংচি অনীদা চেম্বরকই। মহু অঙোবা ঈ তৈবা বেঙ্গেজ অহুদা চুপশিনখি।

মাগী পূন্নীং অহু অহুকী মতীক নৌথোক্না উই, অরুণবু মপুং ফানা ভাকপীরবগুম তৌরবা মাগী শক্তম অহু হায়নীং-ভাই লৈতনা মুংশিবা পোকই, ফোঙদোকফম থঙম্রবা অৱা বা মতৌ অমা উৎলকই। মীকূপ অহুদদি মহাক্না অরুণদবু নত্তনা সংসারগী মীপুম খুদিংমকপু ভাকপীনীংবগী মওঙ অমা ওইনা উরকই। মহুনা অরুণবু অকিবা ৱাথল অমা পোকহল্লি, মরমদি

মী খুদিংমক্না পুন্নীগী লোইবুমদা মীকুপ্তা অতুগুম্না মীপুম খুদিংমকপু ঙাকপীনীংবগী মতৌ অম্না হেক হেক উৎলি।

"ঐ অদোম্বু পুক্নীংদা চামবক হন্না ঙাকচখ্রে, ঐগীসু দোষ লৈ, ঐনা অদোম্বু ফহন্নীংবমক্তনা অদোম্বু কয়াদা শাউ-কখ্রবা, কয়াদা ৱারৌক্রবা!" মালিনীনা স্বর মতৎ মতৎ হোন্দু-না মশাবু নিন্দা তৌজবা মওংদা হায়রকই, অতুদগী মমীত্তগী অশাবা পিরাং হন্না হন্না শিন্থরকই।

অরুণনা মমায় মক্না লুকথতুনা লৈখ্রে।

"ঐনা হুংঙাইতবা অমা লৈ," মালিনীনা হায়রকই।

"করিনো?"

"ঐ অদোমগীদমক করিমত্তা লমন শিংবা ওন্নোইদৌরে, ঐনা মতম অমদা ৱাশকখিবহু ঐনা অঙম্বা মতমদা অদোমগী মতেং পাংগনি হায়তুনা, অদুবু ঐদি·········!"

"নত্তে, মালিনী, অদুম্না হায়বা হৌনদে। নহাক করিসু তৌরোই, শোয়দনা ফরকনি! মহুগী মতম লাকখিগনি!"

মালিনীদু তুমিন্না অমুক লৈখ্রে।

মহাক্না অরুণনা হায়বা ৱা অদু থাজদবগুম তোনা শোম্বাঙ-ননা অমুক হায়রকই, "ঐ অদোমদা হায়জনীংবা অমতংগা লৈ।"

"হায়মু, হায়মু, করিনো?"

"ঐনা করিগুম্বা লৈখিদবা থোক্লবদি, ঐথোয়গী ইন্দিরাবু থবা য়েংশিনবীয়ু, মহাক লমহেনবী, মনীং তৌবীনি, ঐ মাগীদমক্তা

ৱায়। ঐখোয়গী মমা মপা লৈত্রবা মীওইবু সুংশিবা ৱাখল অমু পুম্নমক চুম্না থাদোকপীগনু! ঐগী আস্থানা মহু ঐনা অদোমদগী কংবা অশেংবা সুংশিবগী থুদম ওইনা লৌজগে।"

"মালিনী!" অরুণনা খঙহৌদনা কৌরকই, মহাক অমা-বগী স্বরনা ফুনগৎলকই।

তাপ্পা অমুদা মালিনীবু যা ঙাউদনবা হায়বা অপীকপা নর্স অমু কা অমুদা চঙলক্লে। মালিনী তুমিন্না লৈখ্রে।

ইন্দিরাসু মথৃক্তা ম্রুকোঙ্গ লীক্লি অনী পায়দুনা কা অমুদা চঙলক্লে। মহাক্না লীক্লি অনী অমু ফাল মথক্তা থম্লগা মচে-রোমদা য়েংলগা রুমাল অমা পায়রগা মচেগী মমীক্তগী মীৎ-চিরোমদা চেন্থরক্লিবা পিরাং অমু তপ্না তপ্না তৈথোকপীরকই।

সুমিৎ অমুমা অরুণনা মালিনীগী মনাক্তা লৈদুনা সেবা তৌবা য়াওই, পৈশানচিংবা পুথোক্লুনা হীদাক-লাংথক্লচিংবা কয়া লৈ, ডাক্তরশিংগা উন্নদুনা অশোকপদুগী কৌবমগী মরমদা ৱারী শাই। কনাসু লৈতনা লৈরম্লবা মালিনী অমু মহাক লাকপদগী অরাংপা থৃদিংমক মপুং ফানা মেনশিনবগুম তৌরে। অমুবু মথংগী সুমিত্তদি মালিনীগী কীবম অমু শোকচিনখ্রে, মহাক যা ঙাউবা ঙমরে, মমীক্তু উইশিন্দুনা লৈরে। ডাক্তর-শিংনা কীবম অমুদা মাবু ওপরেসন তৌবসি খুদোং থীনীং-ঙাই ওইরে হায়না মত পীরে।

মথংগী সুমিত্তদি অরুণনু অরুবা হিসাব থম্না শৃগদবা লৈ হায়দুনা অকিলতা কৌরক্লুনা চংখ্রে।

ঙুমিং অতুগী অথেঙবদা মানা অফিসতগী হল্লক্লগা হোস্পিতালদা অমুক চঙলকপদা থোঙ ময়াদা মালিনীদা না ওাঙগন্থু হেক হেক হায়বা অপীকপা নশ অহু থেংনৈ। মহাক্না অরুণবু উবদা মশক খঙনা খল্লা অরাবা মায়থোঙ অমগা লোয়ননা য়েংলগা হায়রকই, "মহাক লৈখিদ্রে, ময়ুমদা পুথক্নে।"

রাহু তাবদা অরুণ মকোক্তা বজ্রনা থাবগা চপ মান্নখ্রে, মকমতুদা লেপ্পা ঙম্লক্রবগুম তৌরকই, মমীত্তা তন্দন পাইরকই, সংসার অসি অমম্বগুম উরকই। মহাক মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না খোঙথাং তপ্পা থোকখ্রে। নর্শ অহুনা মাবু লেপ্তুনা য়েংন্থনা লৈহৌই।

মহাক ময়ুমদা লাক্লগা ফমুংদা চঙখ্রে। মহাক্না মশা অহু পূম্নচোক চোকথখ্রে, লাইহৌ তৌদনা মশাহু নিংথম চনবা হৌরক্লে। মহাক্না ঈশ্বরবু নিন্দা তৌরকই, "অসিগুম্বা থৌদোক অসিবু করিগীদমক্তা থোকহল্লিবনো?" ঈশ্বরনা সেম্বা তাইবঙপানবদা অরেপ্পা, শোয়দ্রবা, পূরুং লুম্বা মওংগী নিয়ম অমা লৈত্তে হায়না খনবা হৌরকই; সংসার অসি করিম্থু লৈতবা অহাঙবা পোৎ ওইনা উবা হৌরকই। সংসার অসিদা মপু অমনা লমজিংবীরি হায়বা অসি ফাওবা থাজবা ঙম্লক্রে। "অতু ওইরবদি মরাল লৈত্রবী মালিনীগী পুন্সী করিগীদমক্তা অম্বম্না থাঙ্গথক্তা লোইহল্লিবনো?" মহাক্না খল্লকই। মীওইবগী পুন্সীবু লং য়াওদবা বোল অপাইবীনা অহাঙবা অত্তিল্লাদা পাইবগুম খল্লকই—অহাঙবা মালংদা হুংশিং-হুংশা, অঙাংবা থেংনল্লনা অতুম পাইবা, অহুগা মীকুপ অমদা অহুম

হেক্তা কায়খিবা য়াবা—অরেম্বা মওঙ লৈতবা।

অদুদগী মানা মালিনীগী পুন্সীদা অৱাবা থৌদোক কয়া থেংনখিবা, মহাক্না মাবু থোওইথিদবা—পূম্নমক অদু নীংশিংলুবগা মমীত্তগী নৌহৌননা অশাবা পিরাং লেপ্পা লৈতনা শিন্থরকই।

হকচাং ঙমদবা মতমদুদা মহাক পুন্সীগী নহানমথৈ থন্দবা, বাখল ঙাক্তা থল্লকই; হকচাংদি লেঙদ্রবমু, বাখলদি পোথাদে, পুন্সীগী হৌথ্রবা থৌদোক, কাচিন-কোয়া থুদিংমক কোয়থুং থুংনা চৎলুই। পুন্সীগী মরমদা মহাক হেন্না হেন্না থম্বা হৌরকই। কনাগুম্বশিংনা সংসাবদগী থঙহৌদনা মাঙখি, কনাম্বু থঙবা ঙম-দ্রবা অঙবপা মক্ষম অমদা চংখি, অতৈনা মতম ঙাইবা ওইনা সংসারদা লৈহৌই। মদু হেক খল্লুবদা মহাক সংসার অসিদা হিংবগী মহাউ অমত্তা লৈবক্তবগুম তৌরকই। মহাক্না মশেল্ মরাক ওইনা থল্লকই, "হিংবগী অর্থ করিনো? কুইনা নত্রগা মতম থরদং হিংলম্বগী থেন্নবনা কবিনো?"

সন্ধ্যা ওইরে, মাগী কাদা কাঙনা ভ্রোং ভ্রোং থোংই। মাগী মমানা চঙলক্তুনা মাগী কাদু মৈ থানগৎলম্মী, অদুগা মাগী কাঙ-থলমু থারম্মী।

ভৌরবা ফাঙথল মরুংদা, অঙানবা মৈঙাম্দা অরুণ তোয়না তোয়না-য়াওন্দুনা অরাবা থাঙবা হৌরকই। মহাকী মমায় অদু মৈ হৌনা শাগংলি, মকোক অদু ঙাওবনা ইশাই পাইবগুম ভৌই, মপুক্তমু অনাবা ফাওই, কমুং মথক্তা হীম্না অদু মৈথক্তা হীমগা চপ মান্নে। অসুম তৌনা মহাক মুংদাং য়াম্না থেঙবা ফাওবা লৈ।

মমানা চঙলক্তুনা মাগী মখোঙ মখুং অহু ফিনা ওমহুনা সেবা তৌরম্মী, অহুবু মহাক্না মথন্তু। পোত্থারগে হায়বদগী মমাহু কাগী মৈ মুখত্তুনা অতোপ্পা কা অমদা চঙখ্রে।

মহুগী তুংদা মহাক খঙহৌদনা উররোন তুমথরকই। মাগী মঙদা মশেল মরাল মরী লৈনদবা অকিবা মঙ ঙাক্তা মঙই, কিমু শেংপা ডাকু থরা উই—মখোয়না মালিনীবু থীনা ফু-চৈবা তৌবী, তুরেল খোঙবান্দা অশিবনচিংবা পোৎলোইবগী মৈ চাক-পা উই, মপাল লাইদনা পাল্লবা তুরেলগী ঈরাউখোল থোল্লবা, ইপোম হৌরবা ঈশিংগী ঈমায়সু উই—মঙহুদা মহাক কিবনা লবাইগী শম চপ য়ুংই, মশা পুম্নমক তু চুংই। খঙহৌদনা মীকপ থোরল্লবদা মাগী মমায় অমদি মশাপুম্বা হুমাংনা পুল্লুপ লুপ্তুনা লৈরম্মী, মশা অহু য়াম্না শাগৎলম্মী। মহাক খঙলে মহাক লাইহৌ কন্না তৌরুরে; অহুগী মতুংদা মহাক অমুক তুমথবা য়াদ্রে। মতমহু হুংদাংগী পুং তরামাথোই তাবগী পুংজা য়ৈথিবদা ঙায়রি। মাগী কম্মুং নাকলদা পাল্লিবা মিংশেল চনবা থোঙনাউ অহু ফাওনা য়েং-বদা মপান্দা অমম্বা নত্তনা কন্নিসু উদে, অহিংগী অচীকপদা ইঙ্গিনগী মখোল, মরক মরক্তা নুংশিৎনা হুন্নকপদা উনা-রানাশিংদগী থোরকপা জ্বায় জ্বায় লাউবা মখোল, মরক মরক্তা উনারক্তা য়া-য়েক্রম্বা উচেক্কা থোংলকপা মখোল নত্তনা অতৈ করিমতা তাদে। অনাবগী চৈনা, মালিনীগী বাথল্ল, অচীকপা অহিংগী মতমদা থোরক-পা তোপতোপ্পা খোঞ্জেল পুম্নমক্তুনা মঙোন্দা অকিবা পোক-হল্লি। অস্নুম্না মহাক কমুংদা হাই-হুমহুনা কনা কুইনা খাঙলবা

মঁতুংদা নোংঙাল্লমদাই পুং অহুমলে'ম তাবা মতম অহুৱাইদদি মর্শাংহু খজিত্তং পোখারকই। মহাক-খংহৌদনা অমুক তুমথখে্র।

অহুবু নোংঙানবদদি মহাক তশেংনা নাহুনা ফমুংদগী হৌয়ৎ-পা ঙমদ্রে। নারবা মতুং হুম্মিগুবা হুমিংকী নোংঙাল্লমদাইদসু মালিনীবু মাগী মওদা অমুকসু উই। মহাক ফি অত্তোবা অমন। মকোক খুম্নগা মাগী নাক্তা লাকই, মাগী চা'নবা উহৈ-রাহৈ কয়াসু চেকশিন্না ফি অমদা য়োম্নহুনা পুরকই। মাগী মকোক খুমখ্্রগা উরিবা রাশি লৈঘা মমায়হু য়াম্না শেংনা তরু তরু উই, মমীত্তুনা মাবু হুংশিনা, খৌবাংনা য়েংই। মাগী মায়খোঙহু উবদা অরুণ হায়ফম খঙদনা হুংঙাইবা পোক্লকই। মহাক্কী মমানা মাবু হুংশিনা তরাম্না ওক্লহুনা মাগী নাক্তা পুশিল্লকই। অহুদগী মখোয় অনীতা কাহুদা থনম্নগা মমাহু মপা'দা থোকখি।

মালিনীনা মাগী ফমুংগী নাকলদা ফমখৎরক্লে, অহুগা মানা পুরক্লিবা পোং-চৈশিং অহু লোখোক্লগা মঙোন্দা হুংশিনা পীরকই। কখোক্লবা থম্মোয় শেংনা হুংশিবা, নুপী ওইবাগী থোংনোবা মতৌ অমগা লোয়ননা মঙোন্দা তোবা সেবা অহুদা মহাক অহুক্কী মতীক হুংঙাইবা পোকই মহুদি স্বর্গ হায়বহু মফম অহুদা লৈরবগুম মপূক্লীংদা ফাওরকই। মাগী মায়খোঙগী শকক থূদিং-মক্লা মাবু মপাল নাইদনা হুংশিবগী ইঙ্গিৎ ফোঙদোয়কই। মাগী মওহু অশেংবা পুন্নীগুম অহুক্কী মতীক ময়েক শেংই; অহুবু ওহাক্কী মতুংদা থৌদোক্কী পরিংহু অমুক কায়রকই, মালিনী অহু মাগী মনাক্তা তশেংনা লৈরবনি হায়বগুমসু তৌরকই।

মানা মাপিনীগী য়েং থংবা মোল্লবা মথুৎ অদু পায়রদুনা মচীন-বান অমদি থজাইদা থম্লদুনা লোংথাক লোংনা হীগী মঙোন্দা পুন্নী হিংমিন্নবগী ৱারী কম্না শাম্রকই। অদুদগী ওহাকী মতুংদা লৈচিল-নোংফাই মরক্তা মাঙথিবগুম মাপিনীগী শক্তম অদু তপ্পা তপ্পা মমি শামখে; মহাক মাগী নাক্তগী চৎথ্রবনি হায়বগুমদু তৌই। তাঙ্গা অদুদা মহাক্না মপান্দা মুংশিবা থোক্লোক অমগা লোয়ননা কনাগুম্বী অমগা মমাগা ৱারী শাবা তারকই, ৱারী অদু মীকুপ খরগী মনুংদা হেন্না ময়েক শেংনা তাবা হৌরকই। থঙহৌদনা মহাক মীকপ থোরক্লে। মুংশা য়াম্না লংনা থোক্লম্মী, মাগী থোঙনাউদা মুংশাগী অঙৌবা মঙালদু লংনা ফাওজিল্লকই।

অরুণনা মপান্দা মমাগা কনাগুম্বী নুপী অমগা তশেংনা ৱারী শাবা তারে। "য়ানি, য়ানি ইনে," নুপীগী মুংশিবা থোঞ্জেল অদুনা হায়রকই।

"শোমদনি ইবেম্মা।

অরুণনা থোঙলোমদা য়েংলকপদা উরে কুচু ভোরবী আরতিনা শংবান্নবা শাড়ি অমা শেৎলদুনা মথুক্তা অঙৌবা বেগ অমা পায়রদুনা মশাধীংনা মায়থোঙ মকাপান্না চঙলকই, মমানা মাগী মতুং ইন্নরকই। (মহাক থবক অমা চংপা থোরকপনি, অরুণগী মমানা অমুক য়াম্না ওল্লিবৈদা ময়ুমদা চত্তুনা মচাগী অনাবদু য়েংবীনবা হায়রক্লদগী মথোয়দা চঙলকপনি।) অরুণনা মাবু উবদা মঙদা উবা মূর্তিগুম মপুক্লীংদা নীংলকই।

অরুণগী মমানা আরতিগী কল্লবা য়োংকী চৌকি অমা কমুং ময়াদা থাই। আরতিনা মহুদা কল্লগা অরুণদা অনাবরু পুক্লীং থৌগৎপা মীৎয়েং অমনা য়েংলহুনা হায়রকই, "অমুক্তা য়েংসি, কদায়দা মুংঙাইবীদবগে ?"

অরুণনা মাগী পুক্তা নাবা, লাইহৌ তৌবা, অহিং থেঙবা ফাওবা ভূবা য়াদবা অসিনচিংবা মশাগী মুংঙাইতবা কয়াহুগী মরমদা হায়রকই।

আরতিনা পুক্লীং চঙনা তারগা মাগী মমীৎ, থৌনাউনচিংবা য়েংলকই, অহুদগী যন্ত্র থাহুনা হকচাংগী শরক অয়াম্বমু মুন্না য়েংলগা অরুণদা য়া অমমম অনী অনী হুংলকই। অস্মুয়া মহাক্না মুন্না অনাবহু য়েংলগা চেদা হীদাক থরা ইরকই, অহুগা মথং মথং ওইনা চানবা মতম্নচিংবা অরুণদা তাক্লকই।

য়েংবা লোইরগা অরুণগী মমানা প্লেট অতোবা মচা অমদা লুপা কুম্ব খিক হাপ্তুনা মডোন্দা থানবা পুথোরকই, অহুবু মহু আরতিনা লৌ হায়বা য়াদ্রে।

আরতিনা চংথ্রবা মতুংদা অরুণনা ঙসিগী মুংঙাইত্রবা মঙ অহুগী মরমদা মথন্তা অমুক থল্লকই অহুগা থঙহৌদনা মাগী মচীন্দা শেংফাত্তনা শোল্লকই, "হৌজিক ঐবু কবিগীদমক লায়য়েংলিবনো ? ঐ হিংবা পাম্লিব্রা ?" মহাক্না মালিনীগী মঙদা উবা শক্তম অহু মাবু অতোপ্পা মপোক অমগীদমক লোবা লাক্লবগুম ভাবনা থনবা হৌরকই।

১৮

আরভিগা অভাং ওইরিবৈভদগী গোরী হায়বী মখোয়গী লৈকাই-দা লৈবী নুপীমচা অহুগা লুনা তিন্নরকই। গোরীসু বি,এ, পাস তৌরবা মতুংদা অফিসকী থবক মচা অমা তৌরে। মখোয় অনী পুন্নাগী অরুবা হীরম কন্নাদা য়া তারে, অভাং ওইরি-বৈভগী থৌদোক কয়াবু নীংশিংহনা নোকমিরে, থৌদোকশিং অহুগী মরমদা পুন্নীং হুংশিনা য়ান্না শারে। অভাং ওইরিবৈভগী অপঙবা থৌদোক কয়াবু হৌজিকী মপুং ফারবা য়াথংগী মীৎয়েংনা হন্‌ংনা য়েংবদা হুংভাইবসু য়াওই, নোক্নীংবসু য়াওই, অহুমকপু পুন্নীংদি মুংশি—থৌদোক থুদিংমক্তু অমুক হন্না লাক্লরোই থন্নু-বদা। আরভিগী মশক মতৌ, মগুণ, ইনাক-কৈরাক থুনবা—পুন্নমক অহু গোরীনা মতম লৈবা খিবিক্তা পুন্নীংদা য়াংনা থাদি। "মহাক মতীক চারবী, নুপী ওইবীগী গুণ থুদিংমক চেন্নবী মীশক অমনি, মভোন্দা করিসু য়াদ্রে। ইনাক-কৈরাক থুনবা ইমুংদা য়াত্ত-পাদনা হৌরক্লবী, অহুগা অমুকসু মশানা

কেথোক-মৌথেংকপা তৌদবা, অরাংবা থাকী লৈ তম্নবী নূপী অমনি," অমুক্না গৌরীনা মমান্নবী আরতিগী মরমদা খল্লি। তশেংনমক আরতি মাগী থায়নগী চম্বা, নোমুকপা, মীতোনবা মতৌ খুদিংমক কবিমতা হোংবা তৌদে, মতোন্দা নাপাল থাংদে। মশামক মী পূম্নমক্কী মংশিবগী শরুম অমনি। আরতিনসু গৌরীবু রানা হৌরক্লবী, পূকচেল শেংলবী মরূপ অমনি খল্দুনা মংশি। মখোয় অনীমক মহৈ-মশিং হৈরবী ডাক্তা ওইবনা ময়ুম-মকৈ পানবগী রারী শানরকপদা অডাং ওইরিতৌদা তৌব-গুম্বা ওহাক ওহাকী ওইবা রাখলগী ঈহৌনা পুবা তৌদে। আরতিবু থবক তৌমিন্নবা সেনিয়ার ডাক্তরশিং, অচৌবা অফি-সারশিং অমসুং ইঞ্জিনিয়ারশিংনা হায়; গৌরীবুসু থবক তৌ-মিন্নবা মতীক চাবা মীওই কয়ানা হায়, অদুবু মখোয়না মীৎ-য়েং পাকথোক চাউথোক্লা মীওইশিং অদুগী মরক্তা খাইদগী হেন্না মতীক চাবা পূরীংনা খোরদাবা মীশিংবু খেংনজিমখৈ লৈথোক্নুনা লৈ।

আরতিবু হায়বা লাক্লিবা মীশিং অদুগী মনুংদা মগাকী মপাগা নক্না তিন্নরকপা হুকান কম্বা ইনাক য়াম্না খুনবা নূপা অমগী মচানুপা ইক্সুকেটিভ ইঞ্জিনিয়ার অমগী থাওরি। মপাগা নক্না তিন্নবা, ইনাক-কৈরাক খুনবা, অদুগা নূপা অদুসু থোই-দোক্না মতীক চাবা অদুগী থল্লুবদা আরতিগী মমা মপানা মচা-নুপীবু নূপা অদুদা পীনীংই। মহাকী অহল-লমনগী রাখল অদু আরতি মশামকসু খঙই, অদুগা গৌরীসু খঙই।

নোংমা নোংমাইজিং শুমিৎ অমদা আরতিগা গৌরীগা আরতিখোয়গী পুখ্রী মপালগী শুঙনা চনবা ফমফম অমদা রারী শাতুনা ফমী। মুংথিলগী মুংশা মেঙথরক্লে, উগী মরুম্না শাংনা শাংনা অশংবা নাপীগী মথক অমসুং লৈকোল্দা তারি। মখোয়-না ফম্লিবা মফম অতু উরুম ফজনা লাংই; পুখ্রীদা শাংপা অঙাঙবা থম্বাল, থম্বাগী মনম নম্লকই।

গৌরীনা আরতিগীদমক মমা মপানা হায়নরিবা ইঞ্জিনিয়ার অতুগী মরমদা হৌদোরকই, "আরতি, মহাক মশক-মতৌ ফজে, লমচৎ ফজে, নথোয়গী পাবুংগা ইমাগনা নঙগীদমক মতীক চাবা বর অমা থনবীরে। নহাক্তি করি থল্লিবগে?"

গৌরীনা থবক তৌরিবা অতু ইঞ্জিনিয়ার অতুগী অফিসতনি।

"মাগী হৌনবা তৌরক্লগদবনি," আরতিনা মোমোন নোক্ল-দুনা হায়রকই।

"অওইবনি," গৌরীনা জ্ঞান তানা অশেংবা ওইনা হায়-রকই, "মহাক মপুক ফৈ, ওক্লবা লমচৎ চত্তে, অফিসকী মী থুদিংমক্না মাবু নুংশি। নঙনসু মাবু শোয়দনা নুংশিগনি।"

"চরোদা, নঙনা ঙাঙবা অমা। নঙনা হেক্তা থঙলক্রা?"

"অওইবনি," রাহৈ অসি হন্না হায়দুনা গৌরীনা হৌনা ফাক ফাক নোকথোরক্লে, "মতীক চাবা মী অমবু শোয়দনা নুংশিগদবনি।" অতুদগী মানা নূপা অতুগী মরমদা মানা থঙবা রা কয়া হায়বা হৌরকই—অফিসতা মী অতৈগা লোয়নবা, নূপা-দুগী ইমুং-মচুংগী ফীবম অসিনচিংবা, অতুদগী মানা নূপা অতুবু

থাগৎপা হৌরকই।

আরতিনা মরক থৎলদুনা হায়রকই, " মী অমবু মপালথোং-দা য়েংলগা হেক্তা খঙবা য়াত্রা ? "

" মপালথোংদা ভাক্তা য়েংবা নত্তে, মাগী পূকচেলম্ থঙলখনি। "

" মদু ওইথোক্কবা য়ানি, " আরতিনা লৈথোক্লগা খুমকই।

" অদুবু হায়া থরগৈথ পুরীংবু খঙবদি য়াই—লৌন-লৈনরবা মতুংদা হেন্না মুন্না খঙগদবনি, " গৌরীনা মমীংনা অর্থ লৈনা আরতিদা নোক্কুনা য়েংলগা থোনকম হঙিল্লা হায়রকই, " নহাক মাগা য়ারী শাগেরা ? "

" চরোদা নাতৈ চাদবা, " আরতিনা ঙগৎলগা হায়রকই।

গৌরীদু মোমোন নোক্কুনা ওহাক অমুক তুমিন্না লৈথ্রে। অদুদগী মানা খঙহৌদনা হংলকই, " নহাননুক নঙবু অরুণ নারে হায়দুনা মমানা অয়ুক অমা কোবা লাকপদু চৎলুব্রা ? "

" চৎলুই। "

" কমদৌরে ? মহাকপু কয়াম কন্না নাবরগে ? " গৌরীনা হংলকই, অদুগা মথা তাবকই, " পাম্মুথেদ্রা, মহাক অকবা ছাত্রনি অদুবু হৌজিক মাঙলে। "

আরতিদু মতম কুইনা লংকৈদা লৈরুবনা মাগী লমচৎকী অয়মদা থোইনা খঙদে। মানা হংলকই, " মাবু কৈদৌরবগে ? "

" হায়মা, নঙ খঙব্রিবোইরে ? মহাক য়ু থকপা ওজবা মীশক অম' ওইরে। " ( অরুগী নৌনা হোংলকপা শাজৎ

খরদি গৌরীনা খঙদে।)

আরতিচু খজিক্কং মাথোঙ লাংশিন্না তুমিন্না লৈখি, অদুগা মীকুপ অমগী মতুংদা গৌরীনা হংখিবা রাহং অদুগী পাউখুম পীরকই, "মহাক হৌজিক কন্না নাবে, অদুগা ফরকপস্থু মতম খরা চঙগদবা অনাবনি।"

আরতিনা অনাবগী অকুপ্পা লাইঙউশিংচুদি গৌরীদা হায়খঙে।

গৌরীনা অরুণগী ওক্তবগী মরমদা মানা খঙজবা রাণী কঁয়া আরতিদা লীবা হৌরকই। মানা হায় ওক্তবনা মরম ওইচুনা মহাক কীবম শোকটিনখিবনি। অছুনগী মানা মালিনীগী মরমদস্থু হৌদোরকই। মানা মালিনীগা অকণগা লৈনব মরী আছু খঙই, অছুগা হন্দক্তা থোকখিবা অরাবা থোদোক অদুগী মরমদস্থু লৈকাইগী মীশিংনা রাণী শানরকপদগী তারে। মহাক্না হায়, "মহাক মালিনীগা কারনবগী অরাবা চৈথেং অমা ফংলে। মচুনা মরম ওইচুনা নাবা ওইবস্থু রাই।"

আরতিনা রাখল খন্দুনা হায়রকই, "উম, খরায় সুংঙাইংবা হায়রবসি অনাবা কন্নাগী হৌরকফমনি।"

গৌরীনা মানা থারনা লাইরিক তম্লিউদা খঙখিবা ইন্দিরা-খোঙগী ইমুংবু নীংশিংলগা হায়রকই, "মহাক ফত্রবা ইমুং অমদা পোকপীনি। মহাক্না মরম ওইচুনা অরুণবু অমাঙবা কীবম অমদা তাইনখিবনি।" (মানা মালিনীগী লমচৎপুদি মুন্না খঙদনা থাকমচু হায়রকই।)

অছুবু তাপ্পা অছুদা মাবু মমানা কৌরক্লুনা রারী শাবা অহু লোইশিন্দনা তোকখ্রে।

হুমিৎ মঙানিমুক্তী মমাঙদা অরুণনা কুমারদা মালিনী লৈ-থিদবা অমম্তুং মাগী অনাবগী মরমদা খঙহন্দুনা চিঠি ইথি। চিঠিছু হেক ফংবগা কুমার ইম্ফালদা লাক্লে। মহাক্লা থুংলবছু হুমিদাং থেঙলে। নোংঙানবগী অয়ুক্তা মহাক অরুণগী মনাক্তা লাক্লে।

মহাক্লা অরুণগী মফমদা মালিনী লৈথিদবগী মুংঙাইতবা কয়া ফোঙদোক্লরে। মহাক্লা মহৌশাদগী মুংশিবা মথোয়গী ইমুংগী খল্লুবদা মহাক মমীত্তা পিগী ঈরা চেনখ্রে। মহাক্লা অরুণগী ফমুং মচাদা ফম্নগা খঙহৌদনা শোল্লকই, " ওন্থোকপনি, মুংঙাই-বা মশক খঙথিব্রবী! " অছুদগী ইন্দিরাগী ওইহৌগদবা পুন্সীগী মরমদসু মহাক খল্লকই; মাগী মায়থোঙ অহু হায়নীংঙাই লৈতনা অম্নুম অম্নুম মকশিনখ্রে, লুকথহুনা লৈখ্রে।

মহাক্লা অকোনবদা মথোল নীক্লা অরুণবু থেমজিল্লহুনা হায়রকই, " অরুণ, পুম্নমক ঈশ্বরনা তমখ্রবনি! ঐথোয়না রাক্লহুনা কৈদৌগনি? "

অরুণহু খুম্নক্কে, মমায় লৈথোক্লুনা নাকল অমদা চেপ্লগা মমায়হু মোন্দা শূক্ল শূক্ল নৈশিন্দুনা লৈখি।

" কুমার, পুন্সীদা কনা অমতনা মাগী মহুৎ শিনবা ঙম্নরোই,"

অরুণনা হায়রকই। অতুদগী মানা মালিনীবু উরগা মঙ অহৌ শুম্লকই।

"অরুণ, হৌজিক মাগী মরমদা খল্লুরগে" কুমারনা হায়রকই। অতুদগী ৱারী পরিং অমদা চখনবা মানা অমুক হায়রকই, "হৌজিক নঙগী অনাবা অসিদুম ফনবা য়েংশি। হৌখিবা পুম্নমক হৌখ্রসনু, মতুংদমক অমুক খল্লুরগে।"

অরুণ করিমত্তা খুমদনা লোংখাক লোংনা হাপ্তুনা মমীৎ তুকথনা পাওদুনা লৈ। মহাক্কী খম্নোয়মুংদা চাকলিবা মৈচাক অদু কুমারগী খেমজিনবা ৱাহৈশিং অদুনা মুংহনবা ওমত্রে।

কুমারনা ওহাক্তুং লৈরগা হংলকই, "হৌজিক নহাক্কী অনাবসি কনানা লায়য়েংলিবগে?"

"আরতিনা," অরুণনা মমিং অদু পনবদা খোইনা কোইবা তৌদনা হায়রকই।

"মহাক হৌজিক খোরক্রবা?"

"উম, খোরক্রে।"

অরুণনা অঙাং ওইরিঙৈদা আরতিবু নীংখিবা, মখোয় অনীগী অঙাং ওইরিঙৈগী খোদোক খরা অমুম কুমারনা নীংশিংই, অদুবু হৌজিক কুইখ্রবা মতমগী ৱারী অদু মতমগী ঈরোমদা অদুবু লুপথ্রবা অদুগা অমুকসু মখোয় অনীগী খেন্নবা থাক, মহৈ-মশিং, ইমুং-মচুং, থাক-পুম্নমক অদুনা মাবু খিং অদু পনবদা খোইনা ৱাথল অতৈ খঙহনবা তৌত্রে।

মহাক্না চম্না অরুণগী মমায়দা য়েংলগা হংলকই, "মহাক্

করি হায়রম্মী ? ”

“ নুমিৎ ত্তরানি হৌদাক চাখো হায়রদুনা ইদুনা পীরম্মী, অদুগা য়ঙোন্দা অমুক থঙহল্লকউ হায়রম্মী। ”

“ অদুদি কমদোই হৌদাক অদু চাবদা থরদি মুংঙাইরব্রা ? ”

“ কুমার, থোইনা মুংঙাইকম খঙদে।”

“ অদুদি নুমিৎ কয়ানি শুখে, মানা য়েংলম্বদু ? ”

“ নুমিৎ তরানিমুক্তি শুরমাল্লে, ” অরুণনা নীংশিংবা থংনা হায়রবই।

“ ফরে অদুদি মতা চারে, ঐ মাগা উমগে অদুগা নঙগী অনাবগী ফীবম্‌ অদু য়ঙোন্দা থঙহনগে।”

কুমারদু অরুণগী মনাক্তগী চৎখ্রগা আরতিথোয়গী য়োংনা লেপউ পানবা, চেকপন্না কোয়না থাবা ইংথোল মমুংদা চঙলক্লে। মী অতৈদি মথোয়গী মুংঙাই য়াইফবা কোল্লুপ অদুদা চঙবদু হঙ্গ্লেইদনৈ, অদুবু কুমারদি থোইনা কোইবা তৌদে মরমদি আরতিগী মমাদু মহাক্তা কুজনা কৌনৈ, লোন্দিয়ে, অদুগা আরতিগনু মহৌশা মাগা থোইনা কোইনখিদে, হৌজিকসু থায়নগী আরতি অদুগুম্বা অদুম খল্লি।

আরতিগী মমাদু পুথ্রো মপালগী নাপী মথক্তা ফি শূদুনা লৈরম্মী, মাবু উবদা কৌরকই।

“ আরতিবু লৈব্রা ইনে ? ” কুমারনা হংলকই।

“ লৈখনি, ইবুঙো চঙউ। ”

মাগী মগোন তাবদা আরতিদু দলান মথকী থোঙনাউদগী

য়েংখরকই। মহাক থুনমক কুমথরক্লুনা মাঙ্গোল্লোমদা থোরল্লে, লিড়ি ময়াদা লেপ্লুনা লৈরিবা কুমারবু হরাউ হরাউ কৌরগা হায়রকই, "করি থবকীনো? হেক্তা চঙলকউ।"

মহাক্না কুমারবু কৌশিন্দুনা লৈত্তেং তৌরবা অচৌবা কমকম কা অমদা পুশিন্দুনা কমহল্লে।

কুমারনা অরুণগী হৌজিক ওইরিবা অনঃবগী ফীবম খঙহল্লহুনা আরতিদা ৱারী শায়রকই।

আরতিনা ৱাখল মুন্না থল্লগা হায়রকই, "মঙোন্দা অচৌবা দিপ্রেসন অমা লৈরে। অহুম তৌরবদি হীদাক চাবগীম্মু থোইনা কায়রোই। মঙোন্দা নুংঙাইবা ৱারী শাবীয়ু, মপুক্কীং নুংঙাইনা লৈহন্নবা হোৎনবীয়ু।"

কুমার ভূমিন্না লৈ।

"মঙোন্দা করিগুম্বা নুংঙাইতবা থৌদোক্তা থোকখিবা লৈত্রা?" আরতিনা গৌরীগী মকমদগী অরুণগী মরমদা তাখিবা ৱারী অহু হেন্না মপুং ফানা খঙনীংলহুনা অমুক হংলকই।

কুমারহু হাইফেৎ ওকচাননা আরতিদা য়েংলকই, অহুগা হায়রকই, "উম, নুংঙাইতবা থৌদোক অমদি থোকখ্রে।"

অহুদগী মহাক্না অরুণগা মালিনীগগী মরী, (অরুণগী মকমদগী তাখিবা) থোকখিবা নুংঙাইতবা থৌদোক অহুগী মরমদা আরতিদা লীবা হৌরল্লে; অহুগা হৌজিক অরুণগী হোৎলকপা পুক্নী অমম্মুং মাগী থাজবা ৱাখল কয়াগী মরমদম্মু তম্লকই।

আরতিহু ৱারী অহু য়াম্না মুন্না তাহুনা লৈ। মহাক্না ৱারী

আরতি মাগী হান্নগী শংবান্নবা শাড়িহু শেংলকই, মাগী অঙৌবা বেগ অহু অহুম পান্নরকই। মুংশা মরক্তা চংলুবগী মমান্নহু খবা ভাওভক ভৌরকই, নোংমগী থবক শূরুবগী চোক-থনা উট, অহুবু মাগী মমীং-মনা শিংবা মায়থোঙ অহু উবদদি হায়নীংঙাই নৈভনা গুঙ্গাংনীংঙাই অহুম ওই।

অরুণগী মমাহু চা লোনবা চঙখে।

আরতিনা ভাকুর অমনা অনাবা অমদা থোইনা কোইবা তৌদনা য়েংবগুম মত্র থাহনা অকণগী মশাদা য়েংলকই, অহুগা ফান্নগুম্না মাগী ভৌরবা মোল্লবা এসেন্স মনম নম্নবা মখুং অহুনা মাগী মমীংনচিংবা পায়দুনা য়েংলকই।

য়েংবা লোইরগা মানা অনৌবা হীদাক খন্না অমুক ইরকই, অহুগা মানা অরুণদা হীদাকশিংহু চানবা মতম্নচিংবা ভারুগা হায়রকই, "করিস্থু মুংশা থীবীরুগনু, শোয়দনা কগনি। ৱাথল মুংভাইনা নৈবীয়ু।"

অরুণনা লোংনা হীপ্লগা ময়েং ভারবা মমায় অহু ভাওলপ্পা আরতিদা য়েংলকই, অহুগা থুম্নকই, "উম।"

মহাক ৱা ইভাও ভাওদে, ৱা ভাওবদা ৱানা থোকই, অহুগা মহারুা শিনা থনবা, ব্যবহার ভৌনীংবা আরতিদা ৱা ৱান্না ভাওবম্ন হঙ্গোইবগুম ভৌই।

ভাঙ্গা অহুদা অরুণগী মমানা আরতিগী চা পুথোরুহুনা চঙলকই। মহারুা আরতিদা চা পীরগা মচাগী অনাবগী মরমদা হংলকই। মুংশা থীবনা মমায় মরুবী অরুণগী মমানা আরতিনা

হায়বা পূম্নমক পূক্নীং চঙনা তায়, অদুগা বা অমমম অনীনীম্ন হংলকই। অরুণসু তুমিন্না হীপ্পগা আরতিগী খুংগিবা থোঙ্গোক অদু তাদুনা লৈ।

অমুম্না আরতিনা অরুণগী চাবা থকপগী, হীদাক চাবগী, সেথা তৌবগী মরমদা বা কয়া হায়রবা মতুংদা চৎনবা থৌরাঙ তৌরকই।

অরুণগী মমানা হান্নগুম প্লেটতা হাপ্পুনা লুপা তরাচংপা অদুমথক প্লাবা পুথোরকই, অদুগা হায়রকই, "সে আরতি, মসি ঙসিদি লৌ, নহানমুকসু নহাক্না লৌ হায়বা য়াক্রে।"

আরতিনা পৈশা হাপ্পা প্লেট অদু মখুৎনা ঊগোরক্লদুনা হায়রকই, "হুম, ইনে ঐ লৌরোইদা।"

অরুণগী মমানা পৈশা অদু পায়দুনা আরতিদা পীনবা হোৎ-নরকই, অদুবু মহাক্না লৌ হায়বা অদুম য়াদনা চৎখ্রে। (আরতি লৈকাইগী খঙন-চায়বা মীশিংবু লায়রেংবনা অমুম্না পৈশা হেক হেক লৌদে।)

অরুণগী মমানা কোঙ্গোঙ ফাওবা আরতিবু খিগোক্লুরগা অমুক মচাগী মনাক্তা চঙলক্লে, অদুগা ফমুং মচীদা ফম্নগা আরতিবু থাগৎপা হৌরকই, "কয়াদা ঙুংশিথ্রবনো! মশকনে মতৌনে, মপূকচেলনে—ইনাক-কৈরাক খুনবা ইমুংদা পোকপী—মঙোন্দা গুণ থুদিংমক গুনা তিল্লি। মাগী মশাদা চাউথোকপা খঙদে, অমুম মহৌশাগুম্মী। মহাক্নুখী ডাক্তর অমা ঐথোয়গী লৈকাইদা লৈবসি কয়াদা পূক্নীং লুমথ্রবনো!"

মহাক্না ফনা কুইনা আরত্তিবু থাগত্তনা লৈ। অগাং ওইরিঙেদা লাইরিক-লাইস্নু য়াম্না ফনা হৌরকপা মচানুপা অহুম্নু অহুম্বা মহৈ অহৎ তম্লম্লবদি কয়াদা মুংভাইগনি থম্লুবরা মাগী মপুক্তাংদা য়াম্না মুংনাংবা পোকই।

# ১৯

আরতি ময়ুম ময়োরগা মফি হোংদোক্তনা ফমুংদা ফম্নগা রাখল থন্দুনা লৈরে। মানা খল্লিবহু অরুণগী অনাবগী মরমদনি। মহাক্না অহানবা থাবা হীদাক অহুগী থোইনা কান্নফম খঙদবা অহুদা করিগুম্বা অতৈ অরুবা অনাবা থরম্হু চেন্নরক্রা হায়না চিংনরকই, হৌজিক থারিবা হীদাক অহু চারগা ফগৎলকক্রা ফগৎলক্লোইক্রা খনবা হৌরকই। অরুণদা পুক্নীং মুংঙাইতবগী লায়না অমস্হু লৈরিবহু মহাক্না মতৌ করম্না কোকহনগদগে হায়না থল্লকই। মহাক্না কুমারগী মফমদগী তাবা অরুণগা মালিনীগা লৈনখিবা অচেংপা মরী, মালিনীগী লমচৎ, মশক-মতৌ ফজবা, (লাইরিক য়াম্না তমহৌদ্রবস্থ) মঙোন্দা লৈবা মপুং ফাবী নুপী ওইবীগী গুণ, মালিনীনা মাবু নীংবা, নুপী ওইবীগী কখোকপা রাখল অমগা লোয়ননা হুংশিবা—পুন্নমক্তুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মঙোন্দা কদোমদগী লাকপা রাখলনো খঙদে অহুগুম্বা শেংলবা মরী অহু খঙহৌদনা কল্লকপা পোক্লকই।

মহাক্না লৈথিত্রবী মালিনীবু উনিংবা পোক্লকই, মহাকপু মরাইবক ফবি অমগুক্না থনবা হৌরকই।

মতম অতুদা গৌরী মাগী কাদা চঙলকই।

মহাক্না মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "কৈদৌরে, করি রাথল থক্লিবনো, নকি-নরোলগা অমত্তা হোংদোক্তনা?"

"করিস্থু থন্দেদা," আরতিনা শেমশাদুনা খুম্নকই, "চঙলকউ, গৌরী।"

"নত্তে, নঙবু কদায়দা চৎলুবগে? অস্থুক থেঙনা কুম্নক্লিবা অসিবু।"

"নহানগী অনাবদু য়েংবা চঙলকই।"

"অরুণবুরা?"

"উম।"

"কমদৌরে থরা করত্রা?"

"থোইনা ফগত্তে, গৌরী; অতুগীনি ঐনা থক্লিবা।"

"অতুবু করি থম্নোংডাই লৈবগে?" গৌরীনা থোইনা থৌ-শাদনা হায়রকই, "ডাক্তর থুদিংমক অতুম্না অনাবশিংগী মরমদা রাথল থন্দুনা লৈরমগত্রা?"

"গৌরী, নঙনা করিমত্তা খঙত্রে।"

"করিনো হায়যু ঐনা থঙত্রিবদু।"

"মহাক্কী মথম্নায় মুংঙাইতবা অসি কয়ম্না ক্নোকহনগদগে থক্লিবনি। মঙোন্দা শাথিবা দিপ্রেসন অমা লৈরে।"

"মদুদি নঙনা কয়ম্না ক্নোকহনবা ঙমগদৌরিবনো?"

আরতিহ্ তুমিন্না খুমদনা লৈ। মহাক্না মীকুপ খরগী মতুংদা হায়রকই, "গৌরী, মালিনী হায়বী নুপী অহুগী মরমদা নহাক্না তম্বগা মাগী মরূপ কুমারনা তম্বগা য়ান্না থেন্নৈ। মহাক্না হায়বদি মহাক্ত য়ান্না ফিদম্নীংঙাই ওইবী, লমচৎ ফজবী, মুংশিংবগী শক্তম অমনি হায়।"

"অফবীবু ওইরবস্থ, ফত্তবীবু ওইরবস্থ কৈদৌরবগে?" গৌরীনা খরা শুক্লোক্তুনা আরতিগী য়া অহু মতাং চাদে হায়না উৎপগুম তৌনা হায়রকই, "মহুগা লায়রেংবগা কন্নি মরী লৈনবগে? অরুণনা মাগী য়াখলদা নারে হায়বা অসিমথৈজি শোয়দ্রে।"

"ঐনা হায়বদি মাগী মালিনী হায়বীহুগী মতৌ খুদিংমক্ত ঐনা তম্লবদি!" আরতিনা খঙহৌদনা ইতিং তিংনা মমান্নবী অহুদা হায়দোরক্লে।

আরতিগী য়াহু তাবদা গৌরী মহুংগী ভাব পুম্নমক তারহুনা মমীৎ লাওথোক্তুনা মঙোন্দা য়েংলকই অহুগা হায়রকই, "কন্নি য়ানো আরতি? নঙবু ঙাওরব্রা? নঙবু হৌজিকস্থ অস্থম অঙাং মচাগুম্না খল্লিব্রা? কনাগুম্বা অঙাংনা অফবা ফত্তবা খঙদনা মানা নীংবা অমদা চপ য়ুংনা পুমচুম চুম্নবনি হায়না খনবহু...। নঙনা অসিগুম্বা য়া হায়রকনি হায়বসি য়ান্না থাজদে।"

"ঐ কন্নিমতা ঙাওদে গৌরী, নখোয়না মতীক চাবনি খল্লিবা অচৌবা খবক তৌবা, ইনাক-কৈরাক খুল্লবা ইমুংগী মীওইশিং অহুতনা মপাললথোংদা য়েংলগা মতীক চাবনি কন্না

হায়রগনি? ঐনা মী অমবু থম্মোয় অমস্তুং ৱাখলগী মতুং ইন্না মতীক চাবনি খল্লি." আরতিমা হায়রকই।

" মী অমনা মানা নীংথিবা অতুনা পুন্নমক্তগী হেল্লি হায়না থমথা ৱাখল অসিমক্তনা মুংশিববু মমীৎ তাংচই হায়নরিবনি। নহাকস্তু মাবু মুংশিরুবা অতুনা মাবুতবু ফনা থল্লুবগী ৱানি আরতিং, মতীক চাবা মীওইশিংগী মহক্কস্তু পুক্চেল চাউবা, লমচৎ ফজবা, থম্মোয় শেংবা করিগী লৈরোইদগে?"

আরতিহ্ থুমফম থঙদনা তুমিন্না লৈখে। মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা ৱাখল থুদিংমক অহু মমান্নবা অঁহুনা কৈদৌঙৈদস্তু মথেক শেংনা থঙবা ঙম্লরোই, অতুগা মানস্তু কোংদোকপা ঙম্লরোই। অহুবু মহাক্না ঙহাক্তা মতুংদা হায়রকই, " নহাক্না হায়বা চুম্মী, গৌরী। অহুবু ঐনা হায়নীংবা ৱা অমা লৈ। ঐনা হায়রিবা থম্মোয়গী ওইবা ৱাফম অসিগা মন্নান্না লৌনরিবা অসিগা থেন্নবা অমা লৈ। মীয়াম্না ইনাক-কৈয়াক থুনবা, লন অনবা, মশাগী থনবা—অহুগা পুকচেল ফবা শাবা, মশামক্তি পুন্নশেং শেংদোকপা ঙমদবা—মাগী ইমুং-মতুং অমশুং মী থবনা মথোয়বু অফবনি হায়নদি থঙবা, অহুগা অফবদি নত্তবা! মসিগুম্বা মীশিংসি ঐ য়ানীংদে।"

আরতিনা অরুণগী নোংনা হোংলকপা থাজবা, মশাবু পুন্নশেং শেংদোকচবগী ৱাখল, ঈশ্বর নীংবা, অধ্যাত্মিকী জগত্তা চঙশিনবা, অচুম্বা তৌবা, অপীকপা দরকারদগী হেন্না পাম্বা লন-থুমগী ৱাখল থাদোকপা—পুন্নমক অহু পুন্নাদা চাংয়েং তৌবা—মসিগী

মমমদা মাগী মক্কপ কুমারগী মকমদগী তাথে। অহুগুবা চাংঙেই অহুবু মহাক হায়নীংঙাই লৈতনা যাওনীংথি। মহাক লন-থুমগী অরাং-অপা লৈতবা ইমুং অমদা হৌরকই, অঙাং ওইরিবৈদগী অরাংপা থঙলক্কে—লন-থুমগী চুংঙাইবা অহুদগী হেন্না চুংঙাইবা থবায়গী পোত্থাফম অমা থিরকপদা অহুগুবা পুন্সী মথেল অহু-দা চুংঙাইবা ফংগনি হায়বসি মাগী অচেৎপা থাজবা ওইথি।' মরম অসিনা তমফম থঙদবা চিংশিনবা শক্তি অমনা মাবু অরুণগী রাথলদা চিংশিল্লি।

গৌরী মাগী রাথল অহুদা চমন্নবা পোক্লক্লে, হায়রকই, "আরতি, নহাক ওন্নতৈনবা রাথল ঙাক্তা থল্লে। যামত্রবদা, নুপা নুপীগী থাক্কী রাথল অমদি খনগদবনি। মীনা তাবদা নোক্কদবা রানি।"

"নোক্লীংবা কনানা নোকসনু!"

গৌরীহু অহুম যাম্না ঙক্না আরতিদা য়েংহুনা লৈরে।

"ফরে, ফয়ে, অহুদি," গৌরীনা আরতিগী রাথলহু মপুক্লীং-দা যানীংদনা হায়রকই, "নঙনা মঙোন্দা নঙগী রাথল অহু ফোঙদোকপদি ঙমগদ্রা?"

আরতিগী মায়থোঙহু লাংশিনখি।

গৌরীনা মথা তারকই, "অহুগা মানা নহাকপু মাগী মালিনীংগুম্না থনবা ঙমগনি হায়বসি শোয়দনা থঙলত্রা?"

আরতি অহু থুমকম থঙখিল্লে, ঙহাক মমায়বী অহুগী মমাঙদা ইকাইবগুম তৌনা তুমিন্না লৈক্করগা হেন্না মমায় ঙাঙনা

খুম্লকই, "মচুদি খঙবা ঙমদে, গৌরী।"

গৌরীনা মাগী মরূপ অদুবু মাগী ৱাহৈদুনা খুদম চল্লে হায়বগী মওঙদা খজিক্কং মুংঙাইনা, অদুবু অমরোমদা মাগী ৱাহৈ অদুনা মাগী মরূপ অদুগী পুক্লীং মুংঙাইরোইদ্রা হায়দুনা খুজিক্কং চিংনরূপ তৌনা হায়রকই, "আরতি, ঐখোয় নুপীনা ঐখোয়গী মমল হন্দুল্লনবা থবক থক তৌরোইদবনি। নহাক্না নীংলিবা ৱাখল অদু নহাক্কী নশক-নতৌ, নগুণ পুম্নমক অদুগা ওন্থোক্না খেন্নখ্রে।"

আরতি তুমিন্না অদুম লৈখ্রে। মানা মপুক্লীংদা গৌরী-পা মত খেন্নবগী মুংঙাইতবা অমদি লৈ, অদুবু মশাগী অনীং-বনা চুম্মী হায়না য়েৎনকবগী কান্নবা লৈতে হায়না খল্লে। মাগী মরূপ্না হায়রিবা অদুনা ময়ামগী ওইবা মীৎয়েংনি, অদুগা মাগী ৱাখল অদুনা মরনাইগীনি। মাগী অনৌবা ৱাখল, অনৌবা থাজবা, অনৌবা পুক্নী মরেল অমগী চাংঙ্কে পাম্বা অদু মাগী মরূপ্তুনা কৈদৌঙৈদসু খঙবা ঙম্মরোই।

গৌরীনা চৎথ্রবা মতুংদসু আরতিদু অদুম ৱাখল খন্দুনা লৈহৌই।

মুম্মিৎ থরনি হৌখ্রে। অরুণগী অনাবদু ফগৎলক-পা লৈত্রে। নহানমুক আরতিনা য়েংবা লাক্লম্বা মতুংদা খরা অমুক ফগৎলুরে, অদুবু হৌজিক্কি মহাক্কী অনাবদু থরক্লুম

হেক্তিল্লকপগী ফীবমদা লৈ। অসুম্না লৈরিবৈগী ফীবম অসিদা মহাক্না নোংমা মমাগা মুমলোম্নবা মুপী অমগা মথোয়গী মাঙোন্দা আরবিক্তু থুনা লুহোংথিগদৌরে হায়বা য়ারী অমা শাবা তারক-ই। মমানা মাগী অনাবা লায়য়েংবা অহু মপুং ফাহৌররোই হায়না সুংশা থীবা ফোঙদোরকই।

অরুণনা মথোয়গী য়ারী শাবা অহু তারগা সুংঙাইবসু ভৌদে, সুংঙাইতবসু তৌদে। করিগীনো খঙদে মঙোন্দা হিংবগী মহাউ থুদিংমক মাঙথিবগুম তৌই, সংসার অসিদা অপাম্বা অমত্তা লৈরক্তবগুম তৌরকই।

হুমিং অহুগী সুংথিলদা নোং য়াম্না চুই। পুং মরিমুক ভাবা মতম অহুরাইদা আরবিক্তু হায়গুম্না কারহু থোঙান্দা থা-য়ম্লগা অরুণবু য়েংবা চঙলকই। মহাক্না অশংবা মচুদা হঙাম্ন-পালনা কুপ্না মরীক মরীক লাংবা পানিকোট অমা লীংলহনা মাগী বেগ অহু পায়রগা মাঙোন্দা কাথংলক্লগা অরুণনা হীপ্লিবা ফাগী থোঙজীন্দা লেপ্লরে।

মহাক্না ইমুংদা চঙলক্লগা মাগী পানিকোট অহু তপ্না লৌ-থোক্লহনা চৌকি অমদা য়াল্লগা অকণগী ফমাঙদা মোরা অমদা ফম্লরে।

মতম অহুদা অরুণদি তুম্লি।

আয়তি লাকপা উরবদা অরুণগী মচননুপী অঙাং অমনা অরুণগী মনাক্তা চঙলক্লুনা মশা পায়হনা হোৌদোক্লরে, " ভাবো, ভাবো, ডাক্তর লাক্লে।"

অরুণগী মমীত্তু য়াম্না হৈনীংদনা পাঙলকই।

"অস্সুম তুমদ্রুনা লৈরব্রা?" আরতিনা হংলকই।

নোংগী মরীক মরীক পক্লবা আরতিগী ভোরবা কোয়রপ ভৌবা মায়খোঙ অদুদা অরুণনা তপ্না য়েংখৎলকই। মহাক্না মঙওই হাওই থুম্নকই, "উম।"

"অমুক্তা য়েংশি," অসি হায়দুনা আরতিনা হাম্নগুম্না মাবু য়ুম্ন থাদুনা য়েংবা হৌরকই। ঙসিদি মাগী মায়খোঙ অদু য়াম্না মকালামদে, অরুণগী অনাবা অদু থোইনা ফগৎপগী মওঙ ঊদে।

আরতিনা অরুণগী মচননুপীবু ঈশিংনচিংবা লুমহন্দুনা হী-দাক অমম্মুং গ্রু কোজনচিংবা কাপ্না হৌরকই।

তাঞ্জা অদুদা অরুণগী মমাতু ছাতিন অমা তুপ্লহনা কৈথেল-দগী কুম্নকই। আরতিনা মঙোন্দা অরুণগী অনাবগী অরুবা কৌবম অদুগী মরমদা তম্নকই। মহু তাবদা মহাক হুংশা থীগে।

আরতিনা হায়রকই, "ইনে, ঐ ঙসি হীদাক অনৌবা খরা ইরমথিগে, মসিদা কগত্তবা থোক্লিবদি হোসপিতালদা পুনবা থৌরাঙ তৌশি।"

অরুণগী মমাতু মহু তাবদা অমুক হেন্না হুংশা থীখে, হায়রকই, "অহুদি ইবেম্মা করম তৌসিগে? নহাক্না খরা শীন্নবীগদ্রা?"

"য়ানি ইনে, মহু পুম্নমকপুদি ঐ শীনগে। অদুবু হীদাক অসিদংদি য়েংথিসি।"

অরুণগী মমাহু মচাগী থৃন্না মপাদা কন্নহনা মমাম্ম মক্লা থবার্ম খানা লৈ। ' আরতিদি থুনা লুহোংখ্রগনি হায়রা পাউ অহু তাবদা মহাক চৎথ্রগা মচাগী কীবম কবি ওইহৌগদগে "হায়র্না লাওতক্রকই; মহাক্তা খংহৌদনা হায়দোরক্লে, "ইবেম্মা 'আরতি, মহাক্কি 'থুনা লুহোংখ্রগনি হায়বা পাউ ভ্রাগে, মহাক চৎথ্রবা 'মতুংদা খাগী কীবম অসি কবি' ওইহৌগদগে -হায়না থনরঁদা ঐদি য়াম্না রাগে।"

অরুণগী মমাগী রাহু তাবদা আরতিগী মায়থোঙ অহু থরা 'ইকাইখগুম তৌনা লৈথি।

"ইনৈ, অহুম' থুনা ফরকপসু রাইদা," আরতিনা মাগী লুহোংবগী রাধম অহু করিমতা পল্লক্তনা থুম্নকই।

"থওদে ইবেম্মা," নহাক চিত্রিগী মমুংদা ফবা ওইসমু!" অসি হায়রুনা' অরুণগী মমান। খংহৌদনা 'মমীত্তা চেনবা পিরাং-গী চেপ্পুরুকপা 'ঈবিক অমা ফিগী মচীদা টৈথোকই।

আরতিগী লুহোংবা অহু কালেনগী তরামমিনি পানবদনি, হুমিৎ 'কুম্নিমুক রাংলি।

আরতি মমাম্ম মক্লা অহুম লুকথহুনা লৈথে। অরুণগী মমাস্থু 'পিরাং চেন্না লৈ। অহুদগী ওহাকী মতুংদা অরুণগী মমাহু চা লোনবা চঙথে।

অকণ তূর্মা তূম্না মচীন্দা করিগুম্বা থরা শেংকাত্তনা মুরুম মুরুম শোল্লকই। আরতিস্থু মাগী মতৌ অহু 'পুক্লাং চঙনা য়েংহুনা লৈ।

। ।

অহুদগী অরুণগী মচীন্দা শোন্নক্লিবা মাটং অহু মরেক থরা শেংলক্লে। মহাক্না নাশোল ওইনা কৌরকই, "মালিনা, মালিনী!"

আরতিনা মাবু তপ্না হৌদোকই।

অরুণ তপ্না মমীৎ পাওথোরকই, মমীক্না মশেল মরাল ওইনা উরিবা শাড়ি অভৌবা শেংপী আরতিবু ওহাক য়েংহুনা লৈ।

"কনাবু কৌরিবনো?" আরতিনা থওনা থওনা হংলকই।

"আরতি!" অরুণনা কৌরকই, অহুদগী মমীৎকী নাকল অমীমক্তা পিরাং শিন্থরকই, অহুগা য়াথল অমা খনবগুম তৌনা লৈখ্রে।

"হৌজিক মালিনীগী য়াথল থাদোক্লো। অদোমদা লৈ-রিবা শাথিবা দিপ্রেসন অসি কোক্তিবমথৈ লায়য়েংবা য়ারগনি।"

অরুণ করিমত্তা খুম্লক্লে। মহাক্না অহাওবদা অহুম য়েং-হুনা লৈ।

আরতিগী অমকপা মায়থোঙ অহুনা করিগুম্বা অতোপ্পা রা অমা হায়বগুম তৌই।

অরুণনা, মালিনীগী মরমদা পল্লকপা অহুদগী লৈথোক্লবা হায়রকই, "আরতি, ঐগী অনাবা অসিবু ফরকথিগনব্রা?"

"শোয়দনা ফরকনি, অহুবু ঐনা হায়জথিবহুনি হুংঙাই-তবা য়াথল থাদোকপীয়ু।"

হুমিৎ অহুদদি আরতি মপুক্লীংগী ওইবা রা কয়া কোওদোরক্লনা

অরুণদা ৱারী শাৱকই। মহাক্না অরুণবু নাবা ফরগা লাইরিক-লাইস্নু তম্বা ফজনা চথনবা পুক্নীং থোগৎলকই। ( হৌজিক অরুণ লুংথিলদা লো তম্নি। ) অতুগা মহাক্না কুমারগী মকমদগী ভাবিম্বা অরুণগী মৌনা থাজবা ৱাখল কয়া অত্থুবু থাগৎপা কোক-দোৱকই। অরুণ তশেংনা ভকপা পোক্লকই, মগুণ লৈৱবী, মহৈ হৈৱবী আরতিগী থম্মোয়দা অতুগুম্বা ৱাখল য়োক্লমগদবা মান্দে। অধ্যাত্মিকী ওইবা জগৎ অমদা চঙশিনমিন্নবা আত্মা অনীনা হেক্তা শকথঙনবা অতুগুম্না মপোয় অনীগী আত্মাচু শকথঙনৱকই। আরতিগী ৱাহৈ অতুনা মাবু গঙ্গাগী ঈশিংনা চামথোকপিৱবগুম ত্তোখে। অতুবু অভকপা অমদি মাগী থম্মোয়-দা লনাইগী ওইবা লুংশিবা মথংল অতুদি লাকপা লৈত্রে। আরতিসি চুম্না মগুণ লৈবী নূপী অমগুম উবহুদগী হেন্না অতোপ্পা অমগুম উবা ঙমদ্রে।

## ২০

আয়ুত্তিন্না অকোনবা থাবা হীদাক অহু চারবা মতুংদা অরুণ বারা, তপ্পা তপ্পা কপংলক্লে। মহাক কমুংদা কম্বা, তপ্পা তপ্পা খোংগৎপা খরা ওয়রক্লে। আরতিনা মাবু থরার য়াওনা লায়-য়েংনীখিবা, করিগুম্বদা সেবা ফাওবা তৌখিবা অহু নীংশিংলুরগা মহাক্না মপুক্লীংদা আরতিবু হায়নীংঙাই লৈতনা থাগৎলকই, পুক্নী চুপ্পা মাগী লমন তোল্লবগুম খল্লকই। মাগী চুংশিহৈবা মীৎয়েং, মায়থোং অহু নীংশিংহ্নানা লৈ। মানা মাগিনীগী বা পল্লবা অহুম্বু নীংশিংলকই। "করিগীদমক্তা মহাক্না মাগিনাবু পল্লম্লিবনো?" মহাক্না খল্লকই। অহুদগী লোংথাক লোংনা হীপ্পগা মমীৎ কুপ্তনা পাওহ্নানা বাখল তৌহনা লৈ।

অহুদগী মানা আরতি লুহোংবগী বা নীংশিংলকই। মানা স্বয়ম্বরগী হোল্লগা খল্লকই, "উম, মহাক কনাগুম্বা মাগুম্বা মতীক চাবা নুপা অমদা লুহোংখিবা ফৈ।" বাখল অহু থনবদা মহাক মীকুপ থরগী ওইনা মপুক্লীংদা হুংঙাইতবা

কাওরকই; অদুগী মহাত্মা থাদোকে থনবা কল্লকপা, সিহোবা, অপাম্বা পূম্নক অসিগী মাথল অদু থমজবে থাদোকপা ওন্থম তৌরকই। আরতি অমসুং মাগী নৌবা লুহোংণবৌরিবা মপু- রোইবা অদুগনা লেনগদৌরিবা পুন্সী অদু মহাত্মা কল্লকপা পোক্লক্তে, মপোকপীদম ক্তা হুংতাইবা কোকদোক্লকোংলকই। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মাথল অদুনা মাবু অমুকন্দু মাহল্লি। মহাত্মা আরতিগী কখোকপা মাথল, মীগী লেবা তৌনীঙ্গো পুকচেল, অচুম্বা পাম্বা, নোক্লকপা, ঈশ্বর নীংবা পূম্নক অদি নীংশিংহুক- পা মাগী থশ্মোয়দু অকম থওদনা মপ্তোম্দা চিংশিনখত্তুম তৌই। আরতিগী মক্ক লুকপা, যোংহাদবা মায়খোও অদু য়েংবদা মাগী হুংগী ফজবা মাথলখুদিংমক্কী মমি তাই, ধ্যান তৌবা মীশিংগী মায়খোওদা সেনবা অত্তকপা চিংশিন্নোংতাই ওইবা শক্তি অমা মাগী মায়খোওদা মাওই।

নোংমা হুংখিল অমা আরতিদু অমুক মাবু য়েংবা লাকই।

মানা মাগী ছাড়ি অতৌবদু শেংলগা খোঙদগী চেপখত্নুনা য়েংবদা অরুণনা ফমুংদা ফমত্নুনা লৈরম্বা উবদা মোমোন নোক্নুনা হায়রকই, "নাবা ফরেদনা?"

"উম, আরতি চঙলকউ," অরুণনা মানা পারম্বা লাই- রিক অমা খুমজিল্লত্নুনা হায়রকই।

"ল্যাবরিক পোকমক্তি কত্রি, থম্বা পোথাখিবা থৈ।"

"উম, অসুম পোথাকম থওদত্নুনা পাবতনি।"

আরতিনা চঙলক্নুনা ফমুং ময়াদা থাবা মোংকী চৌকি

অরম্বা ফয়ে।

অরুণনা তোৌবীমল থঙবা উত্তুনা হায়রকই, "আরতি, ঐ নঙগী নপাল্লা হিংলবনি। ঐ নহাকী লিংবা ওয়রোইদবা মমম অমা তোল্লবনি।"

"কদায়দগীনো, ওম্বোকপা বানি, ঐখোয়নবু করি ওমগ-দগে? ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বত্থনি।"

আরতিনা মাগী থাউদগী থৃজু-থৃংলাই লৌথোক্তুনা অরুণবু হায়গুম য়েংলকই।

"শোয়দনা ফবনি, অহুবু য়ারিবমথৈ চেকশিনথিবা থৈ," মহাক্না হায়রকই।

"আরতি, ঐ মুমিং থরনিগী মমুংদা শোয়দনা অফিস কাব! ওয়গনি," অরুণনা মশা থাজনা হায়রকই।

"উম, শোয়দনা ওয়গনি," আরতিনা মভক নোয়হনা থুয়কই।

"হৌজিক ঐনা নীংজবহু থুংলে, নহাক চংথিত্রিভৈদা লাবা কবা হায়না ঈশ্বরদা থুরুথহু! ঐখোয়গী ইমাস্থু মহুতা নীংহুনা লৈ।"

অরুণগী বাহৈ অহু তাবদা আরতিহু থঙহৌদনা শকফম থরা ওনখে।

অরুণস্থু বা অহু করয়া মভাং চাদবা হায়ক্রিবনো হায়না থল্লকই।

মথোয় অনী ওহাক তুমিয়া লৈনখে।

মীকুপ খরগী মতুংদা আরতিনা হান্না হায়গে নীংঙ্লা লাকপা মানবা মওঙদা মপূক্নীংগী বা অমা কোঙদোকবা হায়বা হৌরকই, " ঐ ঙসিদি অদোমদা করিগুম্বা বা খরা হায়জনীংই।"

" করিনো হায়য়ু।"

" ঐ কুমারগী মফমদগী অদোমগী বাখী পুম্নমক লোইনা তারে, মহাক্না হায় অদোম কনাগুম্বী মাজিনী কৌবী নূপী অমা কায়নখিবদগী ফীবম অসিদা তাখিবনি হায়না……।"

" আরতি!" অরুণনা খঙহৌদনা মরক থত্তুনা কৌরকই, অদুগা হায়রকই, " মদু করিগী হায়রিবনো ?"

" মরম লৈ, ঐনা মাবু হুংশি, ঐনা মাগী পুন্সীবু কল্লকই," আরতিনা শকফম হোংদনা মরু লূনা হায়রকই।

অরুণদু ঙরা আরতিগী চাংলেম্লবা মায়থোঙ অদুদা য়েংদুনা লৈরে, মতম অদুদা মাগী থম্মোয়দা কাওরকপা বাখল অদু তম্ফম খঙদে, অরাবগা ঈরোইনবা স্বরমগী অমা হোল্লকই, পিগী ঈগানা মাগী মমীত্তা কুপ্লা হৌরকই।

" করম্না আরতি? নহাক্তি মহৈ হৈরবী, হুংঙাই য়াই-ফবা ইমুংদা পোকপীনি, অদুগা মাদি চম্নবী নূপীমচা অমনি, নহাক্না মাবু করিগীদমক্তা কল্লকইবনো ?"

বাহং অদুগী পাউখুম আরতিনা খূদক্তা পীবা ঙমদ্রে।

অরুণনা আরতিগী অনীংবদু থরমথৈ খঙবগুম তৌরকই।

মীকুপ খরগী মতুংদা আরতিনা হায়রকই, " মহাক লৈখিয়-বা মতুংদা অদোমগী বাখল পুম্নমকসু হোংলে হায়না জাৎঙে,

অমাংবগী থাম্নোকপগী য়াথল, চয়া লেনবা পুন্নী, সাধনাগী ঈথেল অহু ঐ ক্ষমরুপা ওমদে, অসিগুম্বা ৱাথল অমগী থৌ- হুঁমশিন পীরবী মহাক অহু মথাইবক ক্ষবীনি—ঐনা মাবু করু- কই।"

"আরতি, নহাক্না অসিগুম্বা রাং হায়রকনি হায়রমসি য়াম্না থাজদে। নহাক্ত্বা মীশক অমগী থাজবা অসি ঐগুম্বা চয়বা মীশক অমগী থাজবগা য়াম্না থেম্নরমগদবগুম মীংই।"

অরুণ মতম থরগী মমাঙদা আরতিনা মহোন্দা মাগী থাজবা ৱাথল থম্না কোঙদোকখিবহু নীংশিংলি, অহুবু মহাক্না অসি য়ৌনা লম্বেল অহুদা চৎনীংবগী ঈথোলাংবা অহু লৈরমগনি হাম্নবা থাজদে, অহুবু ওসিদি আরতিগী অনীংবহু অরংবা মিংলেলদা উবগুম উরক্লে। মাগী পুক্নীংবু মগুণ লৈরবী, মপুং ফানা শেংলবী, থোৎনোরবী, মুংশিবগী শক্তম ওইরবী আরতিনা খুহুম চনবগুম তৌরক্লে।

করাদা মুংশিথ্রবা, ওক্সাংলীংঙাই ওইথ্রবা! মহাক মালি- নীগী অভোম্বা শক্তম অমনি। মাগী মাহৈনা মাগী মৈশা লাং- জবা পুক্নীংবু চন্দনগী লাইজ থিকপগুম্মী, মাগী থোম্নোক থুপিং- মক্সা থম্মোয়দা মুংশিবগী থোম্বাঙ ম্নৈহম্লি। মাগী মিগুংশি চাউরবা থম্মোয়গী ইজিং থুদিংমক য়াওরবা মুংশিবগী মীৎয়েং অহুনা মালিনীগী মীৎয়েং অহুবু নীংশিংহম্লি। অরুণনা থও- হৌদনা কোংনা হায়দোরকই, "আরতি, নতাক ওশেংনমক মালিনী- গুম্মী, নহাক্না মহৈ হৈবতনি, অহুগা মুংঙাইবা ইমুংদা পোক্লবতনি!"

য়াহৈ অহ্ তাবদা আরতিগী মায়থোংগন্থ মকালায়রকই, থম্মোয়দা মথন্তা শোঙ্গরকই, "ঐনা মন্থ্রা কয়াদা নুংঙাইজখ্রবনো!"

মীকুপ অহুদা মখোয় অনীগীময়ক্তা ফাওনরিবা রাথল অহ্ মপূং ফানা থগুনরকপগুম তৌরকই। অহুদগী অরুণনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্না হায়রকই, "অহৃবু আরতি, মহাক্তি ঐবু থাদোক্তুনা মতম পুম্বগী ওইনা চংখ্রে!"

মতম অহুদা আরতিন্থ থগহৌদনা মমীত্তা পিগী ঈরা চেন্নকই; মহাক্না থম্মোয়গী রা খ্রদিংমক থগহৌদনা ফোংদোক্লহনা হায়রকই, "হৌজিক ঐবু অদোমগী মাপিনীনি হায়না থনবীয়ু। মহুনা কয়িগুম্বা অদোমগী পুক্লীং ঈংগদবা লৈরবদি ঐ অদোম্বু পুন্নী চুপ্পা থাদোকচরোই; ঐবু অদোমগী থাজবগী লম্বেল অহুদা পুবীয়ু।"

অরুণগী পুক্লীংদা চমন্নরকই, অঙাং ওরিইৈৱদা (মাপিনী উন্নিন্রিইৈৱদা) মাগী মগুলানগী জগত্তা ঙান্দুনা লৈরম্বী, মতম পুম্বদা কিনা থল্লকপী, মঙোন্দগী থাক রাংথৎনা লৈবী আরতিগী চীনবান্দগী থোন্নকপা রাহৈশিং অহনা স্বর্গগী খিকথরকপা অমৃতগুম্না মাগী থম্মোয়বু ময়োল চোংহল্লকই, মহাক্না মনাক্তা লৈবন্থ নোংমদোনগী থাজনা মনাক্তা ঙাল্লয়বগুম তৌরকই।

অহুবু মহাক্না লুহোংবগী থৌরাঙ খ্রদিংমক লোইরবা আরতিগী লুহোংবা অহ্ কায়হন্নীংদবা মওঙদা হায়রকই, "মহুবু ওইথোকপা য়াবা রায়া আরতি? হৌজিক নঙগী লুহোংবা

নঙ্গবনি।"

"মহু ঐগী অনীংবগী মায়থোক্তা অয়ল-লমম্না শীজবত্নি।"

"আরতি!" অরুণনা মাগী পুক্নীংগী ৱাথল থুদিংমক অহু থুরক অহুদা কোত্তদোকক্ষম খঙদনা খঙহৌদনা ভন্না হায়রকই,

"নহাক্কি মত্তীক চারবী নুপী অমনি, অহুগ্না ঐনা চমবা মী-শক---ঐ চমৈম পুন্নমক অসিবু করম্না ওইথোকদগে ………?"

"মহুদা করি কায়বা লৈবগে? ঐত্তোন্দা হৌজিক থেম্নবা, থাক্কী ৱাথল কবিন্থু লৈতে। ঐ অদোমগী লম্বেল অহুবু পামজরুরে," আরতিনা হায়রকই।

অরুণহু চমম্না অহুম লৈখ্রে, ৱাহৈ চামা চানম্থু মাগী পুক্নীংগী চমম্বা ৱাথল থুদিংমক অহু কোত্তদোকপা ঙম্মরোই।

মীকুপ অমগী মনুংদা আরতিগী মায়থোঙ অহুদি য়াম্না মকশিনখ্রে।

তাঙ্গা অহুদা অরুণগী মমা থরক অমা চহলুবদগী ময়ুমদা হল্লক্লে, মখোয় অনীগী ৱারী অহু মতাং অহুদা লোইশিনখ্রে। তহাক্কী মনুংদা আরম্ভিস্থু হনখ্রে।

আরতিনা অরুণগী মনাক্তা ভতোয়না, লায়রেংবা চৎপা, মখোয় অনীগী মরী অসি লৈকাইগী মীশিংনা নিংকুং নিংফুং খঙনরক্লে। পাউ অহু আরতিখোয়গী ইমুং-মনুংস্থু, য়ৌরক্লে। আরতিগী মমা মপানা মাবু কন্না ৱারক-ৱাতেম তোঙ্খ্রে।

আরতিস্থু অরুণগা অকোনবা ৱারী শাবা অহুদা ইকাইবা অমমুং পুক্নীং মুংশিবা অমা পোকখ্রে, কন্না থরাম্ন শোক্না মথন্তা

কল্লুরবা মতুংদা মহাক অরুণগী মনাক্তা অমুক লাকখিত্রে।

মাগী লুহোংবা মুমিং অহু নোং-চীং চুদে, অর্জিনাহু পুক-শেং শেংই, ক্যালেনগী অমুকী অশেংবা মুংশিংবা ভজা, তম্না শীংলি। ভরুণহু মশা থরা মুংভাইভবা হৌরভুনা কম্মুনা হীংগুনা লৈ। মুমিং চুপ্পা অহুমা মহাক কম্মুংনা লেজি। মুক-থিলগী মতমদা থোন থীনবা, মী লাভবা; অদুগা অমুকহু মুমিদাং-রাইরমগী মতমদা থোন থীন্দুনা মৈভালগা লোয়ননা আরতিবু থিনখিবা পুন্নমক শেংনা তায়। মহাক মশাল থোক্তে, কমুং-দগী হেন্দোক্তে; লাভবা, নিনবগী মথোশ অহুনা মাবু হায়-নীংভাই লৈতনা তমকম খভদবা অরাবা অমা পীরকই। মহাক মমীভ্তগী মপি অরেম্না লৈতনা শিন্দুরকই। "করিগীদমক্তা পুন্নমক অসি থোকখ্রবনো?" মাগী চমন্নরবা রাথলনা মথক্তা হংজরকই। মুংগী রাথল অমনা খুন্নকই, "পুন্নমক মশানা তাবা মওভদা থোকখ্রবনি!"

মমথখ্রবা মতুংদা মমাহু মুমলোন্নবা নুপী অমগা লোয়ননা লাকপা মথোল তারে। মথোয়না আরতিগী মশক-মতৌ, মগুণ অউনপোং মাখগী মরমদা রান্নী শাহুনা লাকই।

মমানা চভলকপদা অরুণনা কমুংদা হীগুনা লৈবা অহু উবদা হংলকই, "ইবুংভো, নভবু অমুক ভমত্রবা?"

"করিমু তৌদে ইমা, অসুম পোখাবনি," মানা মমাদা

লৈথোক্লনা থুরকই ।

মমাহু মানা পুরকপা করোক মরোম অনীগক টৈবগ মথক্তা থরগা মাগী মচনুপী অহু কৌরকই ।

কোম্হোক্তদা নুংহোংবা খিনথিবী কৈগ্না য়েংলুরগা চত্তলকপী মচনুপী অহুনা মমারবী অমগা আরতিগী ফজববু থাগক্লনা ৱারী শারগা চত্তলকই । মীকুপ থরগী মতুংদা থোন থীনবগী মথোল অহু তপ্পা তপ্পা লাপথোকখে ।

চহী অহুমলোম হৌখ্রে। অরুণ লো তম্বা লোইরে, অহবু প্রাক্তিস তৌত্রিবৈগী মমাঙ মতম থমহু মাপ্পী থবক অত্র অহুম তৌরি।

নোংমা মহাক্না ছুটি লৌরুরগা লোংভাল্লগা অফিস কারক-পদা মাগা মায়রোক্লনা কম্বা মভোন্দগী থব্বা অহল ওইবা গিলা য়াওরম্বা অপীকপা নূপা অহুনা মভোন্দা মমীৎ থংলহনা হায়-রকই, "অরুণ, ভয়াংদি নভবু নূপী অমনা হংলম্মী।"

মহাক্না মমীৎ থংলগা হায়রক্লিবা অহু অরুণগী হোংলক্লিবা লমচৎ অহুগা থোদোক অহুপা মম্বী লৈননা লক্করকপনি।

অরুণ ইভক ভকই। মানা হংবদা নূপা অহুনা মথুৎ মশা য়াওনা হৈশিংনা নূপী অহুগী সাবান মূর্ত্তি অহু থারকই, "মী পঙচাউ চাউদে, কুচু ভৌই, মশক ফৈজ্ঞ, মমাঙ কংই, কাকৈথেল-ফনীনি হায়।"

অরুণ ভাব তারক্লে, নূপী অহু ইম্বিবা লোয়দনা ওইরমগনি,

মাগী থবক তৌফম অহু থিরগা লাকপা ওইরমগনি। অহুদগী মহাক ৱা মথা তারক্লে, মাগী চৌকিদা ফমথরকই অহুগা চে-চাং থরা য়েংবা হৌরকই।

নুপা অহুনা মমীংনা অর্থ লৈনা নোক্লগা অরুণদা য়েংলগা অমুক হায়রকই, "কনানো থগুলত্রা মীহু? ঐনা হায়বদি…।" নুপা অহুনা হায়গুম্না মমীংনা নোক্কুনা অমুক লক্ররকই, অহুগা মওঙ তাদবা খোন্থোক অমদা হৌনা থঙহৌদনা নোক্লকই।

তাঞ্জা অহুদা মনাক্তা ফম্বা সুন্দরী লাক্লবদা মহাক ফাগী ঢৌবা তোকখে, অহুগা মাগা ঋংনবা অচোম্বা নুপা অমগা ৱারী শাখে।

অরুণনা লাক্লম্বা মীশক অহু ইন্দিরা ওইরমগনি খল্লুবদা মপুক্কীংদা মওঙ মওঙ থনবা হৌরকই। মানা মাকিমীনা হায়-মম্বা ৱাহু মীৎশিন্নলকই। মহাক লৈশিল্লবা মতুংদা মানা ইন্দি-রাবু অমুক্তা অনীমক উমলে হায়না চংলুম্লে, অহুবু ইন্দিরানা হুকান্দা নুপা খরগা ৱারী শান্নুনা লৈরম্বা উবদা মহাক হেক হেক হন্নখি। অহুদগী মহাক মাগী মনাক্তা অহুম চংথিজ্রে। মতম খরা লৈরগদি মাবু কাউবগুম তৌখে, লাইরিক তম্বদা পুক্লীং থম্বা চংথিবগা মাবু খোঙ্গোনা নীংশিংথিজ্রে।

সুমিৎ অহুনী অচিকম কুক্লকপদা মহাক ময়ুমলোমদা চক্রি-ঙৈদা কাইকঞ্জোম্লামদা চংগে। সুংথিবা অহুমক মরোইশাগী লুংথিন্না অহুগা খোইনা শেমদে। ইডা থানি, ওমচাক্কে। নোংছুপ থম্বা অভিরামদা অমুবা কৈচিংশিংগী মরুমদা সুমিৎনা লৈরখে।

অনিংঙ্গনা মুংথিল কয়াশিংদা মহাক্না লম্বী অতুদা হেক হেক চৎ-লম্বতু নীংশিংলুবগা অনৌবা মপোক অমদা চৎপগুম তৌই, মাগী পুন্সীগী মুংঙাইবা শরুক খুদিংমক লোইথ্রবগুম মপুক্নীংদা ফাওরকই।

মহাক্না ইন্দিরাথোয়বী চঙকম অতু য়োবদা উরে, মথোয়বী জিন্থ অভাঙবনা কুপ্পা ডুকান মচা অতু থোঙ লোন্দুনা লৈ, কল্লাং অতুম্ভ পুমহেন হোরে, উফুল য়ান্না পকই। মতুগী মমাঙ-দা শম্নী থরা তাবা উই। ডুকানতু য়েংবদা কুইনা অমুম থোঙ লোন্দুনা লৈরবা মাল্লি।

মহাক্না সড়ক অচৌবদা ফনা কুইনা হুঙ্কং-হন্দা চত্তুনা থরা মমওরকপা ডাইতুনা লৈরগা ইন্দিরাথোয়বী লৈরক্কা চঙ-লক্লে। মথোয়বী শুমাঙ মতোন্দা হৌবা নবাব পাম্বী অহৈ মন্নি মন্নিবা অতুদা মনা পুংনা লেপ্তুনা লৈরম্বা অতু উবদা মহাকী থম্মোয়দা থঙহৌদনা অনাবা ফাওরকই, মতুনা মালিনীগী থরায়-হৌরকচাংবু মতুং শিন্দুনা লৈহৌরবগুম নীংলকই। মথোয়বী শুমাঙ মতোন্দা লৈবম্বা মহৌশাগী কবোক্লে, গোলাব য়ান্না হৌবা লৈ-কোল অতু লৈরমল্লে, য়ুম-ইংথোল অহ্ পুম্নমক অহাঙবা ওইনা উই। মথোয়বী মথা থংবদা লৈবা রমেশথোয়বী য়ুম অতুম্ভ মী ইরে লৈতে। ( রমেশ মাগী নুপীগী মপামদা লৈথিবা কুইরে। )

ইন্দিরাথোয়বী য়ুম অতুদি, থোঙ নামতমক হাংহনা লৈ, মপান্দা কনাম্ভ লৈতে। মহাক্না রাখল অমুক থঙ্কবা তৌদনা

ৱরী-মতা অমগী ময়ুমদা চঙলকপগুম চঙলক্লে। মহাক্না শূমাঙ মতোল য়েৌবা মতম অহুরাইদা ইন্দিরাহ্ন খোঙনাউদা য়েংলকই। মীকুপ অমগী মমুংদা মহাক মপান্দা খোরক্লে। মহাক ফি মতুপ অমনবা অমা ইল্লি, ময়াঙ ইকং কংই, মাগী মহৌশাগী ফজবা কুচু অহু লোইনা মাঙখ্রে, মশক্কু তাইফেং তাইনা উই।

মহাক্না অরুণবু উবদা অরাবা অমম্বুং অঙকপা মীৎয়েং অমগা লোয়ননা খজিক্কং নোক্লগা কৌরকই, অহুগা মখোয়গী মহৌশাগী ফমফম কা অহুদা চঙহুনা মৈ কাপ্লগা অরুণবু চঙ-লক্লবা হায়রকই।

অরুণনা তপ্না কা অহুদা মাগী মতুং ইন্দুনা চঙলকই, অহুবু অঙকপদি মাহৌশাগী সোফা সেট, সোবোক্স, লৈতেংগী ওইবা পোৎ-চৈ অমতা লৈরমদে। অরুণনা চৌকি অমদা ফমথরকই।

"নখোয়গী সোফা, সোবোক্স অহুগা অতৈ লৈতেংগী পোৎ-চৈশিং খুদিংমক অহুদি কদায়দা চৎখ্রে?" অরুণনা অতৈ ৱারী শান্নিনৈঙদা অকোয়বদা য়েংলগা হংলকই।

"ৱৰিগী মচানুপা অহল লাক্কুনা লোইনা পুখ্রে।"

"করিগীনো?"

"মখোয়গী মপোৎ ভাক্তনি হায়হুনা—।"

অরুণনা ভাব তারহুনা হায়রকই, "করি মতৌনো অহুদি? নহাক্তি করিম্মু হায়হৌরা?"

"হায়হৌদে, লোইনা পুনিংলবম্মু পুজখ্রসমু খন্দুনা, মখোয়হু

হৌজিক ঐ করিন্নু প্পামল্লে।"

অছুক অকে-অামী পাম্বী ইন্দিরানা অমুম্মা য়োম হম্বনা লৈরম্বা অছু উবদা অরুণ পুমণ্ডক ভুকখে।

"মচু য়াম্না চুমদ্রা থবক্লি, নঙনা মহোন্দগী করিমত্তা ফংকম থোক্কবদৌনা তৌবত্তু চুমদে—হৌজিক ম্যানা নঙনু করিমতা ফম্না য়েংলক্কা, পৈশাগা করিমতা পীরক্কত্রা?"

"মতম থরা লৈপা চামা চামা পীরম্মী, অছুবু কুইরে মতুমু পীরকথিদবা।"

অরুণনা মঙক্ক হাইরত্তুনা হায়রকই, "মচু হোনদবা থবক্লি, নঙনমু করিন্নু হায়রক্রা?"

"হায়রক্রে, মহোন্দগী মতেং অমুক লৌররোই হায়ত্তুনা।"

"অছুগা অঙাংছুগীদি থরা য়েংবীগদরনি।"

"অঙাং অত্তুমু মাগী মনাক্তা পুগে, চহী অমরোম ফারে।"

"অছুদি হৌজিক নথক্তা লৈরবা?"

"উম।"

অরুণতু চময়বা মওঙদা স্বরমগী অমা শাংনা হোল্লকই, অছুগা রাখল থন্নুনা মমায় মক্তা ওহাক তুমিন্না লৈ। অছুদগী মহাক্না লাকপা অছুগা মমী লৈননা হংলকই, "নঙ ওয়াং অফিসতা লাক্লব্রা?"

"উম, লাক্লম্মী।"

"ঐ মছুগী মরমদা হংগে হায়ত্তুনা লাক্লিবনি।"

ইন্দিরাহু মমায় লূক্তা রাখল থরা থন্নানন্না অরুণগী মনাক্তা

কক্লাংদা ভায়গা লেপ্লুনা শোম্বাঙননা হায়রকই, "ঐখোয়গী য়ুম-ইংখোল অসি য়োখোক্লগে, মচুগী খোয়াঙ থজিন্না ভৌবীয়ু হায়গে ভৌবনি।"

অরুণনা ওক্লা হংলকই, "করি বানো? য়ুম-ইংখোল য়োখোক্লগা নঙদি কদায়দা লৈগনি?"

"লহায়দা ইন্দোমচাখোয়গী মনাক্তা লৈক্লগে। মখোয়-নস্তু লাক্লো হায়।"

"পৈশা অদুদি কৈদৌনগনি?"

"বেঙ্কতা থম্লগা শেন্দোই ওইনা থজিক থজিক লৌখোক্লে, অদুগা মদুনা হিংনবা উপায় ওইগনি। হৌজিক ঐ ইথন্তনি, লৈকম অমত্তং লৈয়বদি মখোয়গী কায়বা করিস্তু লৈতে।"

"নখোয়গী ইন্দোমচাখোয়দা অস্তুম লৈবত্তু সুংঙাইরক্লবা খোক্লবদি কমদৌগনি?"

ইন্দিরাহু থুমকম খঙদনা মমার লুক্লা ভুমিল্লা লৈখ্রে।

অরুণনা ইন্দিরাগী শোক্লবা মায়খোঙ, মওঙ মতৌ, বাঙাঙ অদুদগী মহাক য়াম্না হোংলবা মী অমগুম মপুক্লীংদা ফাওরকই। মহাক্লা মরু লুক্লা বাথল থল্লগা হায়রকই, "নহাকী হিংনব-গীদমক্তদি করিগী চিংনরিবনো? য়ুম-ইংখোল য়োন্দ্রবস্তু য়াই, ঐখোয়না নঙোন্দা অঙম্বা মতেং পাংগে। কুমারগী মকমদস্তু খঙহনগে, মানস্তু নঙোন্দা মতেং শোয়দনা পীরকনি।"

কুমারগী মমিং পল্লকপা অদুদা ইন্দিরানা মমার ভাঙনা হায়রকই, "হুম, মঙোন্দদি খঙহনবীক্লস্তু।"

" কৈদৌই ? "

" করিসু তৌদেদা, " ইন্দিরানা মপুক্নীংগী ৱা থম্না হায়-দোক্নীংদবা মওংদা মওং হাইরগা খুমকই। অদুদগী মানং অরুণনা হায়রিবা ৱা অদু লৈথোক্লদুনা মাগী হায়গী থৌরাঙ অদুগা মরী লৈননা হায়রকই, " মোইরাংদগী মী অমগা ইন্দোমচাথোক্লগা উরদুনা য়াম্নী শারে, মথোক্লনা য়ুমগা ইংখোল-গা লুপা লৌশীং য়াওবৈ পীগে হায়—দলিল ইথোক ইশিন, অফিসতা রেজিষ্টারনচিংবা তৌবদু মতেং থম্না পাংবীয়ু হায়গে তৌবনি। "

ইন্দিরানা হায়না থৌরাঙ অমা ইরোই লোইরবা অদুদা মাবু অমুক থাম্না য়ায়রোই হায়বা অরুণনা উরে। মানং তৌক্নম খঙদনা হায়রকই, " ঐবু দি নহাক্না হায়বদু শীনবীগে, অদুবু হীয়ম অসিদা রাখল মুম্না অমুক্তংদি থত্নহৌবনা কৈ হায়বতনি। "

ইন্দিরানা মদু মহাক্না রাখল মুম্না থম্লগা লেপ্লবনি হায়না খুম্লবদা অরুণদু ৱা মথা অমুক তারক্লে।

মহাক্না নোংমা নীনীগী মতুংদা থবক অদু লোইশিনবা শীন্নসি হায়রম্লগা চত্লক্লে।

ইন্দিরানা অরুণদা মাগী মরনাই পুন্নীগী মরমদা হায়দোক্লবা অদুগা হায়দোকপসু য়াদবা ৱা কয়া লৈ। মহাক্না মতম কনা

হৌইনা মচে লৈখিদ্রবা মতুংদা হকান ফমথুনা, ওক্তুবা শাজং চত্থনা থুনাই লেম্লে। হৌংখিলগী মতমদা মহাক্না কেনা মম্মায়দা পাউরে থম্লুনা, চীনবান শঙহুনা, ফি মতুপ অহনবা ইন্দুনা, হনেক ফল্লবা শেত্থনা হকান ফম্খি; সন্ধ্যাদা নুপা কয়া মাগী হুকান্দা কল্লে। মখোয়গা ময়াম্না থেগনা ৱারী শান্নুনা লৈ। মচে মাগী্না হিংলিঙৈদদি মাগী অনীংবদা অপনবা পীরম্বহ মা লৈখিদ্রবা মতুংদা মাগী মপুং কাবা নীংতম্বা ফংখি। অমুখ তোনা চহী অনী মথায়রোম লেল্লুরবা মতুংদা মহাক খঙহৌদনা মশামা অনাম্বা পোল্লক্লে। ডাক্তরনচিংবা য়েংলুবা মতমদা মখোয়-না হায় মাগী মম্মায়া জকবা অনাবা অমা লৈরে। মহাক ভাব-না থম্লক্লে, মারনা অহু থায়না মমাদা নাখিবা লায়না অহু ওইনা লাই। খঙহৌদনা মাগী পুক্নীং-বাখল পুম্নমক শোম্বিন্নরম্মী— সংসার অসিদা মাগী কনাসু লৈত্রে হায়বহু খঙহৌদনা নীং-শিংলকই। মমাদা থোকখিবা অহুগুম্না নায়বা মতমদা মাগী মনাক্তা কনাসু লাক্লে। মহাক অহুকী মতীক নায়তোম তানা বাখল, পুক্নীং শোম্না লেপ্লি—চাউরবা য়ুম অহুগী মমুংদা চাক্না কনাসু লেবা তোবীনবা মাওদনা শিবগী বাখল তোহুনা লৈ; বাখল অহুনা মাবু হায়নীংঙাই লৈতনা অকিবা পোকহল্লি। হৌজিক মহাক্না মাগী মমী-মতা মন্দোমচাথোয়বু নীংশিংলকই; মহাক মখোয়গী মনাক্তা চত্থনা লৈক্লগে হায়না মপুক্নীংদা চপ থুংনা লেপ্লে, মী থম্না লৈমিন্নবা দরকার ওইরে হায়বা খঙলে। মরম অসিদগীনি মহাক্না মাগী সম্পত্তি পুম্নমক য়োম্বোক্লমগা

মখোয়দা চংনবা থোৱাঙ তৌরিবনি। মহাক্না পৈশা থরনা বেঙ্কতা থম্নগা থরনা মথুরাগা লোয়ননা লংকৈদা লায়য়েংবা চংশিন্নবগী বা ভাওনৈ। পুম্নমক অসিনি মহাক্না অকুপনা শেংনা হায়দোকখিদবনি।

নোংমা নীনীগী মনুংদা অকুপনা মাগী নৈবা য়োনবগী থৌৱাঙ পুম্নমক তৌবীরে, পৈশা থীনবা মুমিং অহুদা মাগী মন্দোমচাগা মথুরাগসু লাকই। মকোই চোম্বা, মমায় ভাউবা মাগী মথুরা অহুনা হৌরম অসিদা য়াম্না থরায় থাওনা উই।

অহুগী মতুং মুমিং হুম্নি নৈরগা অকুপনা অমুক সন্ধ্যাদা চংলুবদা ইন্দিরাদি ময়ুমদা নৈরমক্রে, য়ুমহু থোঙ লোন্দুনা নৈরম্মী। য়ুমলোয়বা মীশিংদা হংবদা মখোয়না হায় ইন্দিরাহু চংখ্রে, অদোবা মীশিং অহু মথংগী নিংথৌকাবা মুমিত্তা লাক্‌না য়ুমহুদা নৈররগনি।

মুমিং থরনি নৈবগা মহাক পাঙ্গৈদা চন্দ্রনা ইন্দিরাবু হংবা চংলুই। মন্দোমচাগা মথুরা অহুগা হন্দকী য়ুম-ইংথোল য়োনবগী মভাংদা মহাক্না মুম্না শকথঙনশি। মাবু অচবা, পুকচেল চাউবা মী অমনি হায়না মগোয়না লৌহনা মাবু লুনা তৌই। মানা চংলুবা মতমদা ইন্দিরাদি উম্নরে, মথুরাগা লংকৈদা লায়য়েংবা চংখি হায়না মন্দোমচানা তম্মী। বা য়াম্না ভাওগনবী ইন্দিরাগী মন্দোমচা অহুনা মাবু বাম্না তরাম তরাম্না ইমুং-মনুংগী মীওয়া তৌই, মগোয়গী ইমুং-মনুংগী মরমদা বারী কয়া শাপ্নকই। মহাক্না ইন্দিরা অমন্নুং মমাবু নিন্দা তৌহনা বা কয়া

ঙাঙই। অদুদগী মহাক্না অরুণগা মালিনীগা লৈনরম্বা মরী অদু খঙবগুম তৌনা মালিনীবু থাগৎলদুনা হায়রকই, "মহাক লৈরম্বদি ইন্দিরাস্তু ফীবম অসিদা তারম্লোই।"

অমুক্না অরুণ মাগা অচম্বা ৱারী থরা শানরগা হল্লক্লে।

ইন্দিরা লংকৈদা থা অমরোম অনাবা য়েংবা চৎলুরবা মতুংদা থোরক্লে, অদুবু অনাবদি ইফ ফরক্তে; লূপা লীশীং তরাদগী হেল্লা থরচ তৌথি। মহাক ময়ুমদা অয়াম্বা মতমদা হীগুনা, নাদুনা লৈ। মন্দোমচাথোয়না অহানবদা মঙোন্দা পুক্নীং চঙলম্লবস্তু মমৈদদি থরা থরা কোমথোরক্লে। মসিগী মতুংদা মাগী মথুরাগী লমচত্তু হায়দগী করিস্তু অহোংবা লৈতে, মু থকপা, জুরার শান্নবা অসিনচিংবা অদুম তৌদুনা লৈ— অদুগা হৌজিক মহাক্না ইন্দিরাগী পৈশা থুদিংমক অদু মশাগীদৌনা মনীং তম্না শীজিন্নবা হৌরক্লে। ওন্নকপা চহীদা ইন্দিরা অমুক্তু লংফৈদা লায়য়েংবা চৎলুই—মদুদা মাগী পৈশা লোতনা লোইশিনথে, থোরকপদা পৈশা অমতা মথুক্তা লৈত্রে, অদুগা অনাবস্তু হায়গুম ফভম থঙদে, হীদাক মশীং নাইদনা চাবা অদুনা মশাদা ফগৎলকপগী মদুত্তা মকোক ঙাওবা, হকচাং শোম্বদুম হেল্লকই। অমুক্না মতম থরদি চৎনা চৎনা নারম্বদগী মহাক মতম শাংনা কুইনা হীপথে। মন্দোমচাগা মথুরাগনা মাবু থৌওই-রাওইবীরক্তবা অদুদা মহাক তূমিন তূমিন্না কপ্পা হৌরক্লে। মহাক্না ফমুংদা ওম্না থোইনা অনাবগী মৈচাক খাঙদুনা লৈ, অদুগা মথুরাগা মন্দোমচাগনা মাবু হুন্দাক্লুনা লোকুম্বা চৎলি। হৌজিক

মতম চুপ্পদা শোনবা মাগী লাইশোন হায়ববু থুনা সংসার অসিদগী বিদায় লৌখিবা অসিনি। ডাক্তরনচিংবা য়েংবা লেপ্লে, মখোয়দা থাদিংঙাই শেল অমত্তা লৈতে। মাগী ভাবনা পুন্সীগী ঈচেলবু হক্তংনা য়েংলুবদা মীশুগী অরেপ্পা লৈতনা পি শিন্দুরকই। মমানা লেনখিবা পুন্সী মরেপ, কাংখোং চাইবা ওক্তবীগী পুন্সী—মাগী মতৌ পুম্নমক মানা তমখিবা—পুম্নমক্ত খল্লুরগা মশাদা ভুজুংবা পোল্লকই। হুমিং চুপ্পা মঙোন্দা ৱারক-ৱাতেমখিবী, লমচৎ কজরবী মচে মালিনীবু মহাক্লা নীংশিংলকই। অতুদগী রবিনা মাবু থীনা তৌখিবা, অমতমক ওায়বা মচানুপাবু মমুমদগী পুখিবা—পুম্নমক্ত নীংশিংলকই। অতুদগী মহাক লেপ্পা লৈতনা কপ্পা হৌরকই, নাতুনা হীপ্পা মতমসিদা পুন্সীবু হৌবদগী লোইবা ফাওবা ময়েক শেংনা তরং তরং উবা হৌরকই—পুন্সী-গী অতৈ মতমদা খনখিদবা ৱাখল কয়া খনবা হৌরকই। য়ুমগা ইংখোলগা যোল্লমদাইদা অকনবা মাবু থামখিবা অতুম্তু নীংশিং-লকই—মহাক হৌজিক্তা খল্লকই—মখোয়গী চাউরবা য়ুমগী কা মম্লংদা মথন্তা অতুম শিজরমগদবনি হায়না; মাগী হৌজিকী কীবম অসিগা মতুপ্পা থোইনা খেন্নরম্লোই।

নোংমা হুংখিল অমনি। অরুণ মাগা থায়না ভম্মিন্নখিবা পাজৈদগী নমান্নবা রতনগা বাজারদা থেংনৈ। মরূপ অনুনা মঙোন্দা ইন্দিরা লৈখিল্লে হায়বা পাউ অমা তম্নকই। মতু তাবদা অরুণ মায়খোঙ য়াম্না লাংশিনখি।

ঙ্মাইবং অত্মুদা মহাক মমুম য়ৌরগা খঙহৌদনা মশা কম্না ঙম্নক্তনা কমুংদা চঙথে। মহাক নহানমথৈস্সু মাগী অনাবগা লোয়নবা খঙ্গোরবী লাইমন অমা মশাদা পক্কনা চাংনাইনা হীদাক চাহনা লৈরিবনি। পাউ অত্তুনা মাগী কীবম কংহনজে। আরত্তিনা মাবু খাদোক্তুনা চংথবা মতুংদা মহাক কুইনা হিং-লরোই হায়না মশাদা কম্না ফাওখি। মহাক ঙসিদি মাবুস্সু নীংশিংলকই, মালিনীবুস্সু নীংশিংলকই অত্তুগা মমীত্তা অথকপা লৈতনা পি শিন্দ্রকই। জগৎ অসিদা মাগী ওইবা কনাস্সু লৈ-তবগুম, মহাক মথন্তা হিংলিবগুম মপুক্নুংদা ফাওবা হৌরকই। মহাক্কা খঙহৌদনা মচান্দা শোন্নকই, "পুন্না অসিদি ইথন্তুলি, পুন্না লথীদা ইথন্তা চংলগনি!"



অইবগী অতৈ লাইরিকশিংঃ—

1. In the Depths of Our Hearts
( short stories in English )

2 পদ্মিনী ( উপন্যাস )